# য়েক শলাইগী হৌরকলোন পুৱারীগী মিংয়েংদা

## Ethnic & Ethnicity in Pre Colonial Manipur Society



# ꯌꯦꯛ ꯁꯂꯥꯏꯒꯤ ꯍꯧꯔꯛꯂꯣꯟ ꯄꯨꯋꯥꯔꯤꯒꯤ ꯃꯤꯠꯌꯦꯡꯗꯥ

# য়েক শলাইগী হৌরকলোন
# পুৱারীগী মিৎয়েংদা

## Ethnic & Ethnicity
## in the Pre Colonial Manipur Society.

এন. বীরচন্দ্র



জি. এম. পব্লিকেসন্স
কৈশামথোং, ইম্ফাল।

# যেক শলাইগী হৌবকলোন
## পুৱাবীগী মিৎয়েংদা

**Ethnic & Ethnicity
in the Pre Colonial Manipur Society**

অফোঙবা ঃ লোংজম সোমোবেন্দ্রো (অকন)
জি এম পব্লিকেসন্স
কৈশামথোং, ইম্ফাল।

ফোঙবা . আগষ্ট, ২০১৩

মমল লুপা ২০০/-

ISBN 978-81-910975-4-2

লাইবিক নম্ফম ঃ যু. কে. প্রিন্টর্স
কংলাপার্ক , ইম্ফাল

# কৎচবা

মতিক চাজদ্রবা,

মপুং মরৈ ফাজদ্রবা

ঐবু লৌশিংগী মৈবা পিবিবন্বা

নুংশিজরবা ওঝা ইবুংঙো লৈখিদ্রবা

মোইবাংথেম নবেন্দ্রগী মফমদা

মতিক চাদ্রবা লাইরিক অসি কৎথোৎচবি।

কৌরৌ নোংদোন থক্তগী

লৈচিন পোমাই হাংদুনা

লৎনবা লৈতনা লৌবিয়ুকো।

*এন. বীবচন্দ্র*

# 'থাগৎচবা'

লাইরিক অসি ইনবা হোৎনজরকপদা
অশুবা মতেং পাংবিরকখিবা
পুকচেল চাউরবা ঐগী মরুপশিং,
মমিং পঞ্জরবদা উসম থঞ্জয়,
নাউরোইবম ইন্দ্রমনি অমসুং নুংলেপ্পম শ্যামকনহাই
অহুমবু ইকাই খুম্নবা উৎচবগা লোয়ন্না থাগৎচবা ফোংদোকচবি।
ইশ্বরনা মখোই অহুমবু পুন্সি নুংশাংবা অমসুং
অকনবা পাঙ্গল পিনবিবা ওইসনু

ইম্ফাল

*এন. বীরচন্দ্র*

# অইবগী ৱারোল

মালেমদা লৈরিবা মীওই ফুকপ খুদিংমক্কী মখোই মখোইগী হৌবক শাৎলকফম মখোইনা হান্না-লৈরন্না মফমশিং অমসুং খুনহোংলকখিবগী থাজনবী ৱাবী ৱাখোং লৈনৈ। মতৌ অসিগুম্না মৈতৈ হায়বা ফুকপ অসিগীসু মখোইগী হৌবকফমগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা মত লৈজে। চহিচা কযাগী মমাংদগী হৌনা নিংথৌবোন কযাগী হাকতক্ত লৈবন্না অখং-অহৈ কযানা ইশিন্দুনা থম্নীবন্না মমল যাম্লবা লনগী পুকৈ অমা ওইবিবা পুযা হায়না খংনবিবা লাইবিশিং অসিনা হৌজিক্কী মীবোন্দা খোঙ্গুল লিজনবা অমসুং নৌহৌন্না থিজিল হুমজিন্নবগী চাওববা মচাক অমা পিবিবি। অদুবু অসিগুম্না মচাকশিং অসি মিথ, লিজেন্দ, ত্রেদিসন অমসুং চিন্থাং অমদগী চিন্থাং অমদা মথং মথং লাকখিবা মচাকশিংদা যুমফম ওইবনা অকুপ্পা মিৎযেং অমগী মখাদা থিজিন হুমজিনবগী তঙাইফদবা লৈবতা নত্তনা মযাম্না য়ানবা ৱাফম হাযবদি লোজিকেল ওইবা ৱাফম (থিওরি) অমদা পুবকপা তঙাইফদবদি লৈবি।

তোঙান তোঙানবা ফুকপ কয়া পুনশিন্দুনা মৈতৈ হাযবা ফুরুপ অসি শেমলকখি হায়বসি অবানবা ওইবোই। অদুবু ফুকপ মযাম অসিগী পারি পুবি (ইথনিক-ত্রাইব) উৎপা পুয়া কযা লৈজববসু মখোই অসি কদাইদগী হৌবকপনো অমসুং লাকখিবনো হায়বা ৱাফম অসি ফুকপ অমা অনিগী পুকোক ওইবিবা মীওইশিংগী নত্তনা অয়াম্বগীদি ফংবা ঙমদে। ৱাফম অসি লৈবনা মীওই কযাগী পুক্রিংদা মৈতৈ হাযবা ফুকপ অসিগী পাবি পুবিশিং অসি লমদম অসিদা পোকলক-শাৎলকপা ওইনা লৌনবসু যাওদবা নত্তে। মসিগা লোযন্না মৈতৈগী পাবি পুবি কযামুক মপান্দগী চংলকখিবনি হাযবসি কন্না যানিংদবা পোকই। মতাং অসিদা পনবা যাবদি মণিপুব হাযনা খংনবিবা লৈবাক অসিদা ঙসি ফাওবদা ফংলিবা অর্কেলোজিকেল ফাইন্দিংশিং অসিদা মীওইবা হাযবা জাতি অসি হৌবকখিবগী খুদম চাংদম অমসুং প্রমান ফংদ্রি।

মালেমদা হ্যুমেন সিভলাইজেসন হৌবকখিবসি ওসিদগী চহি মিলন কযাগী মমাংদগীনি। অদুবু অমবোমদা হৌজিক ফাওবদা লৈবাক অসিদা ফংলিবা অর্কেলোজিকেল ফাইন্দিংশিংনা পীবা মত্তা লৈবক অসিদা লৈবম্বা অবিবা নুঙগী যুক্কী মীওইশিং অসি ওল্লবদা চহি লিশিং কুন্থ্রাগী( অপব পেলোলিথিক) মতম অদুরাইদগীনি। মৈতৈগী পুরাবীনা লান্থা ফংবা মতমগী রাংমদনি। অদুনা ফুরুপ অসিগী হৌবকফম থিবা তাববদি অঙম্বা মতমগী সাউদ- ইষ্ট- এসিযা অমসুং চিনাগী ত্রাইবেল মুভমেন্ত য়েংবা দবকাব ওইবি। যুরোপিযান স্কোলাবশিংগী মত্তা সাউদ-ইষ্ট-এসিয়াগী ত্রাইব অয়াম্বা চিনাদগী হৌবকখি হাযনা মত পিবমবনা চিনাবোমদগী লাকলিবা ত্রাইবশিং অসিনা লাকখিবগী রাবি রাখোং নৈনদবা যাদে। অদুবু মথক্কী রাফম অসি মক্লা পুকচুম চুম্বদি নত্তবনা সাউদ-ইষ্ট-এসিযাগী লমদমশিং মকওইনা ম্যানমাব, ইন্দোচিনা, ইন্দোনেসিযা, মালোইনেসিযা অমসুং ওসননিযাগী লমদম অসোমদা লৈবম্বা ত্রাইবশিংগী খোঙ্গুলসু লিবা তঙাইফদে। অদুগুম্বা ফুরুপশিং অদুগী মুভমেন্ত অমসুং নাৎ, শকওং শক্তাদা কবি মান্নবা লৈবগে থিজিনবগা লোযন্না মৈতৈগী পুযাদা অমসুং লমদম অসোমগী মীওইশিংদা কবি মমি তাবিবগে খংদোকপা দবকাব ওই। অদুবু মান্নবা রাহে-রাতা খবদা যুমফম ওইবগা মৈতে হাযবা ফুরুপ অসি ত্রাইব অদুনি হেক্তা হাযজিনবসু অচুম্বা ওইবোই।

মৈতৈগী হৌবকফমগী মতাংদা চযেৎনবা কযা লৈজববসু ঐখোইগী মাইচৌশিংনা পুযাগী লাতমদা চনশিন্দুনা থম্বীবল্লীবা শলাই-শলাইগী ওইনা পিবমলিবা ইথনিক ত্রাইব নত্রগা গ্রুপ অসিসু লাল্লি হাযনা তবাইনা হুন্দোকপদি অবানবা ওইগনি। অসিগুম্বা মমল যান্নবা মচাকশিং অসি লাইবোন-তিনলোন, পাউবৌ-পাছে ওইনা লোন্না থুপ্না থম্বীবম্বনা মযাম্না থৌওইনা খল্লুদবা ওইগনি। মিতশিং অসি বিযেলিতি ওস্থোক্তুনা সোসিযেল এন্থ্রোপোলোজিগী ফোবমুলা পান্দুনা য়েংবদা মৈতে ফুরুপ অসিবু শেমলিবা শলাইশিং অসিগী হৌবকফম ইবাই লাইনা চোংথোকচবকনি। অদুবু থবক অসি তবাইবা অমদি ওইদে। সাউদ-ইষ্ট-এসিযাগী ত্রাইবশিংগী মবমদা কুপ্না নৈনবগা মৈতৈগী ফংলিবা মচাকশিংগা চাংদমনদুনা নৈনবা অমা চংই। অদুনা থবক অসি ইন্তব ডিসপ্রিনবি রার্ক অমা ওইবা তাই।

মথংদা নৈনবা য়াবা ব্রাফম অমনা মৈতৈ ফুরুপ অসিবু শেমলিবা শলাইশিং অসিগী হৌবকফম অমসুং শেমগৎলকপগী মওং অসি ঐখোইগী পুয়াশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা মত পীবতা নত্তনা শলাই অমনা কবিগুম্বা য়ান্নবা নত্রগা নমহাদুনা অতোপ্পা ফুরুপ মচা কযাবু মখোইদা তিনশিনখিবা মতমদা তোঙান তোঙাম্বা ফুরুপ অদুগী শক্তম মাংহনখ্রগা অনৌবা শলাই অদু হান্নগী শলাই অদুগী শাগৈ নত্রগা পুকোক অমদগী চিংথদুনা পেবেন্ত শলাই অদুদা য়োৎশিনখি। অদুনা অচম্বা মিৎযেংদা যেংবদা অকোনবা চংলকখিবা শলাই নত্রগা ফুরুপ অদুগী খোঙ্গুল মুৎখিবতা নত্তনা পেবেন্ত শলাই অদুগী চাদা নাউদা নত্রগা মশা ওইনা উগনি। অসিগুম্বা চযেৎনবা কযা অসিনসু মৈতৈ হাযবা ফুরুপ অসিগী হৌবকফম থিবদা চমমনহনবতা নত্তনা শলাইশিংগী হৌবকফম অমসুং শেমগৎলকখিবগী ব্রাফমদা চমমনবা কয়া থোকহল্লি। অদুনা পুৱাবীগী লিকলমশিং হনগৎনা য়েংবা দবকাব ওইগনি। ব্রাফম অসি লৈবনা শলাই অমগী ষ্টকচব নৈনবকপদা মখোইগী লৈজবিবা মশাশিং অমসুং মখোইদা নপচববা অমসুং তিনশিনখিবা পুম্নমক্কী ব্রাবী ব্রাখোং মমুৎ তানা নৈনবা তঙাইফদে। লাইবিক অসিগী মপুংওইবা পান্দমসু মৈতৈ ফুরুপপু শেমলিবা যেক-শলাইশিং অসিগী হৌবকফম, মশাশিং, নপচববাশিং অমসুং শেমলকপগী ব্রাবি ব্রাখোং পুৱাবীগী মিৎযেংদা থমদুনা ময়ামদা থমজবনি। থবক অসি মপুং ফানবগীদমক তোঙান তোঙাম্বা ফুরুপশিং(শলাইশিং) অসিগী পুৱাবীগী তাংককশিং নৈনদবা যাবক্তব মতাং থোকপনা মতেক মতেক খবা থমজবকনি। অদুনা লৈবাক অসিগী প্রিহিষ্টিী মতমদগী লৈবাক অসিদা মথং মথং চংলকখিবা অমসুং খুন্দা লৈতাদুনা লৈবক্লবা মীওইশিং অমসুং প্রোতোহিষ্টিী মতমগী পুৱাবীগী তাঙ্ককশিংদা মথং মথং চংলকখিবা শলাইশিংগী ব্রাবি ব্রাখোং মথং মথং চিংথবক্তুনা যেক-শলাই লাকখিবা, শেংলকখিবগী ব্রাফমদা পুক্রিং থিংজিনজববনি। ব্রাফম অসি হুন্দোকলম্বদা তানিং তমাং শম্নদবা ব্রাফম অমা ওইনা থোক্কনি। অবোইবদা লাইবিক অসিবু কুপ্পা নৈনবিদুনা হেন্না মবিক চুম্বা থিওবি অমা পুথোকপিবক্লবদি হোৎনজমল মহৈ যাল্লে লৌজবে।

এন বীবচন্দ্র

# ৱাহৌদোক

লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাবা হৌরকখিবগী পুৱারী অবিবা নুঙগী চক্কী অঙনবা মতম হায়বদি খৃ: গী মমাং চহি ৩০,০০০ অদুৱাইদগী হৌবকখি। মতম অদুগী মীওইশিং অদুনা নুঙগী খুৎশু খুৎলাইগী মথক্তা শরুনা শাবা খুৎশু খুৎলাইশিং শিজিন্নবম্বনা মণিপুরদা ফংলিবা অরিবা নুঙগী চক্কী মতম অসি অপ্পর পোলিওলিথিক এজকী মতমগী ওইবা য়াই মত পিনৈ। মতম অদুগী বেসিয়েল ষ্টেক নৈনবকপদা মণিপুরগী শরুাইববা এন্থ্রোপোলোজিস কুমার সিংহগী মত মতুং ইন্না মঙ্গোলোইড অমসুং ওষ্ট্রেলোইড ফুকপ অনিমক অবিবা নুঙগী চক অসিদগী লৈবে হায়না পীবি। মহাক্না মখাতনা উৎলিবনা মণিপুরগী মফম কযাদা ফংলিবা সৈভ্যাতাশিং খুদম ওইনা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্কী খংখুই শুকং অমসুং চান্দেলগী সোংবু মফম অনি অসি চিনাগী চৌকেটিয়ান কলচবগা মান্নবনা মতম অদুগী সৈভ্যাতা অদুদা লৈবম্বা মীওই ফুকপ অসি মোঙ্গোলোইড ওইগনি। অদুবু চান্দেল দিষ্ট্রিক্কী মচি, তমেংলোংগী থাবোন শুকং, সেনাপতিগী নোংপোক কৈথেলমাম্বী অসিনচিংবা মফমশিং অসিদা ফংলিবা সৈভ্যাতা অসিনা হাওবেনিযান কলচবগা মান্নবা ওষ্ট্রেলোইড ফুকপশিং ওইগনি অসুম্না অবিবা নুঙগী চক্কী মতমদগী লৈবাক অসিদা (মণিপুর) মঙ্গোলোইড অমসুং ওষ্ট্রেলোইড ফুকপ অনিমক্কী খুম্হোক খুন্দা লৈবে।

অসিগী মতুংদা খৃ গী মমাং চহি ৩০০০-২০০০ ফাওবগী মনুংদা মণিপুরগী মাইকৈ কযাদগী চংলকখিবা মীওইশিংনা অনৌবা নুঙগী চক্কী সৈভ্যাতা লৈবাক অসিদা পুরকখি। মতম অসিদা সেন্ট্রেল এসিয়াগী লমদম অসিদা কোইচৎ চৎতুনা শা-ষন যোকপগী শিনফম তৌদুনা মচিঞ্জাক থি থিদুনা যুমহোং কৈহোং তৌদুনা লৈবম্বা মঙ্গোলোইড ফুকপ কযা নোংচুপ থংবা চিনাবোমদা চংশিনলকখি। অসুম্না নোংচুপ থংবা চিনাগী অৱাংবা তম্পাক অসিদা মতম খরা লৈরম্লগা

হোয়াংহো অমসুং য়াংসিকিযাং তুবেল অনিগী হৌরকফম মবক্তা মতম খবা অমুক পলমই । মতম অদুদা মখোইশিং অসি তোঙান তোঙানবা ফুরুপ ওইজববসু লোন্দি ফাওনবমই । অসুমা নৈরন্বদগী মান্না মান্নবা ফুরুপ মচাশিং পুশিন্নদুনা অৱাংলোমদা হায়গৎলক্তুনা খরনা তিবততা চংলকখি । খবনা অৱাংপাংনা অসুম হায়গৎখিদুনা য়ুনান, ইন্দোচিনা, ইন্দোনেসিয়া, মালয়নেসিয়া, ওসননিযা মথং মথং যৌরুবগা অমুক হন্থবক্তুনা য়ুনান্দা থুংলবগা চিন্দৱুইন্দ তুরেলগী মবিল ইন্দুনা অপ্পর বর্মা হৌজিক্কী ম্যানমাবদা চংলকখি । মদুদগী মণিপুবরোমদা তপ্পা তপ্পা চংশিনবা হৌবকখি । মতৌ অসিগুমনা তিবততা লৈহৌবা ফুরুপশিং অদুসু মখোই মশেল নিঙাই শংদানরকপদগী অরুনাচল প্রদেসকী লম্বী অসোমদা চংলক্তুনা অৱাং নোংপোক ভাবতকী লমদম অসোমদা চংলক্তুনা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখি । মখোইগী মনুংদা খবনা মাইকৈ অনিদগী হাযবদি নাগালেন্দ অমসুং অসামলোমদগী চংলক্তুনা মণিপুব যৌবকখি । অসিগুম্মা ত্রাইব্রেল মুভমেন্ত অসি খৃ· মাং চহি ৩০০০ অদুৱাইদগী হৌবকপনা খুন্তোক কয়া চৎথবক্তুনা খৃ' গী অঙনবা চহি ফাওবা লেপ্তনা চৎথবকখি ফুরুপশিং অদুগী মমিং মখাগী অসুম্না পিবা যাই ।

১। মোন খমব ঃ- তাইলাং, ৱা, লৱা, পালুংৱা, তাইলোই, বিযাং, ইন অমসুং অনাপাইত ।

২। টিবেতো বর্মন ঃ- ফুরুপ অসি কাংলুপ অহুম থোক্লা খাযদোকপা যাই মখোইশিং অদুদি ঃ-

(এ) বর্মিজ ঃ- কাদু (চক), মক, লাশি, অষ্টি, নুঙ, ইন্থা, দানু, তুংতৌ, তামন, যো, ম্রো, চুংথা অমসুং অবাকান ।

(বি) চিন-কাচিন ঃ- চিন, কাচিন, গৌবি, সিংফো অমসুং দুলেং ।

(সি) লোলো ঃ- লোলো, লিসু, যোযিন, লাই মিও, ক্বি, মুসো নাস্কি, কো/অকো অমসুং অনুং/লুজে ।

৩। তাই-চাইনিজ ঃ- তাই / শান, সাইমিজ অমসুং কাবেন ।

মথক্তা পিবিবা ফুরুপ ময়াম অসিগী মনুংদা মখোই কযামকম মমিং খবা পল্লবদা - কাদু(চকপা), মক, ৱা(পালুংৱা), লিসু, যোযিন, মিও,মুসো/নাস্কি, কো/অকো, নুঙ, তাই নত্রগা শান অসিনচিংবা কয়া অসি মৈতৈ ফুরুপকী

মপা-মপু নত্রগা শলাই অমা নত্রগা অমগী মমা মপা ওইদুনা লৈবা য়াওরি। অসিদা নত্তনা নোংচুপ লোমদগী মৈতৈনা থোংনাং ময়াং হায়না খংনবা বোডো নত্রগা কছারিশিং অসিসু অঙনবা মতমদগী নোংপোকলোমদা হায়গংলক্লুনা মণিপুরগী নোংচুপ থংবা চীংশিংদা খুন্দা লৈতাবা হৌরকখি। মতৌ অসিগুম্না ওসেনিয়া অমসু মেলেনেসিয়া অসোমদগী মথং মথং লাক্লুনা ইন্দোনেসিয়া, ইন্দোচিনা, য়ুনান, কবোতম্পাক মথং মথং য়ৌরক্লুনা ত্রাইব কয়াসু মণিপুর য়ৌরকখি। লমদম অসোমদগী লাকখিবা মীওইশিংগী মনুংদা ওষ্ট্রেলোইড কয়াসু য়াওরকখি। রাফম অসি লৈবনা মৈতৈগী শকওং শক্তা অসি তোঙান তোঙাম্বা মওং থেংনরিবনি। অসুম্না মথং মথং চংলকখিবা মীওই ফুরুপশিং অসিনা হান্না লৈরম্বা মীওইশিংগা য়ানশিন্দুনা মখোইগী চাদা-নাওদানা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি ওইবকখি। তোঙান তোঙাম্বা ত্রাইব কয়ানা মাইকৈ কয়াদগী চংলক্লুনা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি শেমলকখি হায়বা রাফমদা মপানগী অখং অহৈ কয়ানা অসুম্না তোঙান তোঙাম্বা মত কয়া পিনরি।

১। ভেরিএব ইলবিননা (Verreier Elwin) মহাক্কী লাইরিক নগা ইনদি নাইন্তিন সেনচুরিদা অসুম্না হায়রি।

"It is parhaps not far from the truth to assume that, the present inhabitants of the plains and hills of Manipur have sprang up from the four great influnces The Kukis in the south, the Nagas in the north, the Shan and Burmese tribes from the east and certain hill tribes on the west more or less related to the great Kachari family now distributed throughout the valley of Assam

২। টি দি লাকুপেরিক (T D. Lacauperic) দি ক্রেদল ওফ শান রেসতা পির্ং বা রাফম্না মণিপুরশিং অসিগী মপা-মপুশিং অসি মতম অমদা চিনাদা শক্তী লৈরবা 'জুং' নত্রগা 'নুঙ' হায়বা ফুরুপ অসিনা সিন ষ্টৈতনা মতিক মগুন লৈরকপগা লোয়ন্না মখোইগী শক্তী হুম্বরক্লুনা অপিক অপিকপা ফুরুপ মচা কয়া থোক্লা খায়দোকখি। মখোইগী মনুংদা পানবা য়াবদি লুজে নত্রগা অনুং, লিসু নত্রগা য়োয়িন, মুসো নত্রগা নাকসি অমসুং অপিক অপিকপা ফুরুপ মচা কয়া। মখোইশিং অসিনা মণিপুরদগী চিটাগোং ফাওবা অমসুং বোদো কছারিশিংগী মপা-মপু ওইখি।[১]

৩। মতৌ অসিগুম্না এস কে চেটরজিনা মহাক্কী লাইরিক কিরাতা জনাকিতিদা জনান্দা মোহোন দাসকী বেঙ্গলি ডেক্সনারিগী ৱাফম পল্লদুনা কিরাতা (কছারি)শিংগী লৈফম উৎলকপদা মণিপুর অসিসু অমনি হায়না পিরি।

" The home of the kiratas were the eastern Himalayan tracts including Sikkim, Bhutan, Manipur and adjacent tracts which are exactly the lands of the Mangoloid sattlement in India [২]

ৱাফম অসিগা লোয়ন্না চেটরজিনা মখাতানা উৎলিবা মৈতৈ ফুরুপ শাগৎলকপদা কুকি চিনশিংগী চাওরবা শরুক য়াওরি। মহাক্কী মত্তা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি কুকি চিন কাংলুপকী মনুংদা চাওখৎপগী খোংথাংদা খ্বাইদগী খুমাং চাওশিনবা ফুরুপ অমনি হায়না পিরি।

৪। লোনগী মান্নবা য়ুমফমদা লৈনদুনা সিংখো খাইনসু মণিপুরগী খাথংবা শকক্তা লৈরিবা মরুওইনা টিদিমগী লমদমদা তারিবা মৈতৈশিং অসি কুকি চিনগা হৌরকফম শাৎলকফম তিন্নৈ হায়না পিরি।[৩]

মৈতৈ পুৱারিগী শৈহৌদা মপুং ওইবা মীওই ফুরুপ মরি-লাই, তিন, মী অমসুং পোং মখোইশিং অসিনা হৌরকখি। মৈতৈগী থাজনবিদা লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতারকপা অমসুং লৈবাক ভাকপগী মরুওইবা থৌদাং লৌরম্বা ফুরুপ অসি লাই ফুরুপ অসিনি। মতমগী মতুং ইন্না মী ফুরুপশিংনা খুল্লাও লৈচাওরকপা খুকন পাঙ্গলকপা লোয়ন্না পোংশিংগা খুৎশমনদুনা লাই অমসুং তিন অনিবু নমথদুনা লৈবাক অসিগী মপু ওইরকখি। থৌদোক অসিগী মতাংদা মৈতৈগী পুয়াদা উৎলিবা ৱাফমদি লাইশিংনা নোংলোন্দা (চীংদা) কাপ্রে, অমসুং তিন্না লৈখারোমদা চৎশ্রে। অদুবু লাই কাংলুপকী শরুক খরদি ১৭ শুবা খৃ: গী চহিচা ফাওবা মখোই মশাগী শক্তম ভাক্তুনা লৈরম্লগা মী মরক্তা তিনখি। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা ৱাফমদি লাই হায়বা ফুরুপ অসি করম্বা কাংলুপকী ইথনিক গুপনো নৈনদুনা য়েংবা য়াই। লাই কৌবা মীওই ফুরুপ অসি সাউট-ইষ্ট- এসিয়াদা ফুরুপ অহুম লৈরমই। মখোইশিং অদুদি ১) তাইলাই, ২) খাথংবা চিন চীংশাংগী ফলাম অমসুং হকা খুন অনি অসিদা লৈবা মীওইশিংবু লাই নত্রগা পাউই হায়না খংনৈ। মখোই মশানা লাই হায়না কৌজে। ফুরুপ অসিবু পোই হায়না খংনরম্বা মতমসু লৈরমই।[৪] (৩) থাইলেন্দা লৈবা মিও ত্রাইবকী মশা

অমবুসু মিও লাই হায়না খংনৈ। মখোই অসি মিওগী মনুংদা ষ্টি মিও হায়না খংনবা কাংবু অদুনি।[৫]

মথক্তা পিবিবা মীওই ফুকপ অহুম অসিগী মনুংদা মৈতৈগী নাৎতা খ্বাইদগী নকশিন্বা অমসুং মান্নবা ফুকপ অসি মিও লাই অসিনি । তাই-লাই অমসুং পাওই/লাই শিংগীসু মান্নবা লৈতে হায়বদি নত্তে। অদুবু মিও লাইশিংগা হেন্না নকশিন্নবা ফংবনা মণিপুবদা লৈবম্বা লাই কাংলুপ অসি মিও লাইশিংগী চাদা-নাওদা ওইগদ্রা নিংই। মিও লাইশিংগা মৈতৈগা মান্নবা খবা চাংদমনদুনা য়েংবা য়াই।

১। যুমশা-কৈশাগী মওংদা লৈবাক্তা যুমফম থোন্দুনা যুমশাবগী মওং। চীংমীশিংদি উ নৎত্রগা ব্রানা পাইল য়ুংদুনা মথক্তা কাংথক হাবগা লৈবা মওংগী যুমশা-কৈশা মওংনা অয়াম্বা তৌনৈ। মতাং অসিদা মৈতৈগা চীংমীগা চাওনা খেন্নবা লৈ।

২। মৈতৈগী মতৌগুম্না শাগে অমসুং য়ুম্নাকী চৎনবী লৈ। খুল অমদা শাগেশিং অসি পুন্না পুন্না তামিন্নৈ। অঙনবা মতমদা মৈতৈসু মওং অসি চৎনরমই।

৩। লাইনিং লম্বীদা য়েংলবসু মখোইসু মপা মপু লাৎপগা লোয়ননা সুপবনেচবেল ওইবা স্প্রিতশিংবু ঈবাৎ-থৌনিবা চৎনৈ। অসিগা লোয়ননা তাইবং পানবা অসিবু শেম্বীবা মপু অমা লৈ হাযনসু থাজনৈ।

৪। মৈতৈগী মাইবা অমসুং মাইবীগী মওং অমসুং চৎনবী চপ মান্ননা উবা ফংই।

৫। লৌনা লৈনবগী চৎনবীদা শাগে নৎত্রগা শলাই মশেল লৌন-লৈনবা অথিংবা লৈ।

৬ মৈতৈগী মতৌগুম্না চাবোকপি নুপীনা মনিংকুম্বগী চৎনবী লৈবমই। অশিবা মীবু ফুম্বগী চৎনবী লৈ। অদুবু ফুমদ্রিঙৈদা অশিবা হকচাং অদু ঈক মাইতাবিবগা অনৌবা মফি মবোল শেৎচিনবীদুনা নোংমা নৎত্রগা নিনি ইমুংদা থমদুনা শাগে পাচা অমসুং মকপ মপিজাশিংনা উনজনবা অমসুং অবোইবা বিদাই পিবগী থৌবম পাংথোক্লে। চৎনবী অসি মৈতৈশিংসু অঙনবা মতমদা চৎনবমই। য়াম্না মান্নবা মওং অমনা মৈতৈনা হৌজিকসু কন্না থাজনবগা লোযননা চৎনবিবা মওংদি অরোইবা মিকুপ লাক্লবদা

যাইবি থৱায় অদু অচুম্বা লম্বীদা চৎখিদুনা মপু মাগী লৈকোন্দা তিনখিনবা মাইবনা মখৌ মঙম পাংথোক্লে।[৮]

তিন-হায়না খঙনবা ফুরুপ অসি খাতিন ওইবা য়াই। খা নৎত্রগা অখা হায়না খঙনবিবা ফুরুপ অসিগী মচেৎ অমা য়ুনান্দা মখোয়গী শক্তম ঙাক্তুনা ঙসি ফাওবা লৈবি। য়ুনান য়ৌবক্ত্রিগুঙৈ মমাংদা ফুরুপ অসি খা-থংবা চাইনাগী ক্বাংসি অমসুং ক্বাইচৌ অনীগী মবক্তা মতম খবা লৈবম্লগা অৱাংলোমদা চংশিল্লকখি। মফম অদুদগী 'নামইউ' শিংনা তাম্নোকপিবক্তুনা ইন্দো-চাইনাগী জিয়াংখোং য়ৌকখি। মফম অদুদগী মখোযনা লৱাইদা শম্বুল পুনবগী চৎনবী হৌবকখি। মফম অদুদা মখোযবু 'খা-কৌ' হাযনা খঙনবমই। সাইমিজশিংনা ফুকপ অসিবু 'খাক্লান' নৎত্রগা 'খা কবাং' হাযনা কৌনৈ। ফুকপ অসি 'চে' নৎত্রগা-চিযাং বেসকী মশা অমনি। মখোযগী মপা-মপুবু "শো" (SHO) হাযনা কৌনবমই। খৃ:গী মমাং চহিচা ১১/১২গী মতম অদুৱাইদা মখোয অসি গলপ-ওফ-তৌফিনগী সমুদ্র মপান্দা তাবমই। মফম অদুদা লৌউশিংউবগী থবক তৌদুনা মতম শাংনা লৈবম্লগা "লৌ" (শান)শিংনা তাম্নোকপিবক্তুনা খুনহোংলক্তুনা মচেৎ অমনা য়ুনান্দা লৈহৌই। খবনা ইবাবতি তুবেলগী খোংলম ইন্দুনা অপ্পব বর্মা যৌবক্তুনা মনিপুরবোমদা মচেৎ অমা চংলকখি। ফুকপ অসিগী মশা ওইবিবা খামু নৎত্রগা খামুহ অসিদি চাওখৎপগী মমি ৱাৎপদা নন্তুনা চীংগী চীংমাইদা তাবমই। লৌ শিংগী মীনাই ওইদুনা লৈহৌই। খামু/ খামুহ অসিগী মচেৎ অমনা মৈতৈগী খুমন যেক ওইবকখিব্রা থিজিলনিংঙাই ওই। খুমন শলাইগী যি (ইথনিক ত্রাইব) পিবকপদা বাং হাযনা মৈতৈগী পুযাদা পিবমলিবসি খা-কবাংগী বাং অসি ওইবসু যাই। থিজিলনিংঙাইগী থিজিলনিংঙাই ঙাক্তনি।

খাকো নৎত্রগা খাকৌ অসি শো নৎত্রগা কেশো হাযনসু খঙনৈ।[৭] কুকি-চিনশিংগী মপা মপুশিংসু-"শো" হাযনা কৌনৈ।[৮] শো হাযবা ৱাহৈ অসিদগী লোম্বেদা 'জো' হাযনা খঙনবকপা ওইগনি। কুকি-চিন হাযবা জাতি অসি তোঙান তোঙানবা ফুকপ মচা কযা পুনশিন্দুনা শেমলকখিবগী মমি তাবি। কৌ নৎত্রগা কো হাযবা ত্রাইব অসিসু মৈতৈগী মপা মপু ওইবম্বা যাবগী চিংনবা লৈ। কৌবক (কৌব্রু) হাযবা মমিং অসি

কৌগী অরুবা হায়না ৱাহন্থোক পীবা য়াই। অসিগা লোয়ননা মৈতৈনা চাননিবা কৌখা-অসি কৌ ত্ৰাইবশিংনা পুরকপা অখাবা হায়বা ওইগনি। মতৌ অসিগুম্না 'ক' দি লাইরেননে, সুমলৈমা পান্নরগা নুংকারেং নোংতং সাংগা, খাকপগা অনি পোকএ হায়না পিরমলিবা পুকোক 'ক' অসি কো/কৌ ত্ৰাইব হাযবা ওইরম্বসু য়াই। তোঙান তোঙানবা ৱাহন্থোক লৈবা য়াই। হাইপোথেসিস অমা শাগৎপগী ৱাফমনি। খা নৎত্ৰগা অখাশিংগা মৈতৈগা চৎনা লোনচৎতা মান্নবা কয়ামরুম ফংই। খুদম খরা থমলবদা - (১) শম পুনবগী মওং। মৈতৈনা অঙনবা মতমদা নুপাগী শম্বুল মখল অনি চৎনরমই।- লৱাইদা/লুমাংদা পুনবা মওং অমসুং লুখমদা পুনবগী মওং। (২) য়েক ৭-শলাই ৯গী চৎনবী (৩) লৌনা লৈনবদা চেনবগী চৎনবী (৪) খাইনবদা নুপী মমল পীবগী চৎনবী (৫) মপা-মমাগী লনথুম য়েন্নবদা মচা অহলদা হেন্না পীবা (৬) লাইনিং লম্বীদা মপা মপু লাৎপা অমসুং ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা, মপা মপু লাইবু ইমুংদা লুবাক্তা হাপ্তুনা যুমগী কাচিন্দা থম্বা। মংদাবগী মওং অমসুং ব্ৰেক মেজিক অমসুং সোর্চবিগী মওং পুম্নমক মৈতৈগা অখাশিংগা ইমান-মান্নে।

খুদম অমতংগা থমজরবদা মোইরাং শলাই শাগৎলকপদা য়াওরিবা মোবিবম শাগে পনবা য়াই। মোবিবম শাগে মোরি ত্ৰাইবশিংগী চাদা নাউদানি। মোরি ত্ৰাইবশিংবু মোরান, মোরিয়া, মোরি অসুম্না তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা কৌনৈ। মখোয়গী হৌরকফম নোংচুপ থংবা চিনাগী য়াংসেকিয়াং অমসুং হোয়াংহো তুরেলগী হৌরকফম মরক্তা লৈরমই থাজনৈ। মখোয়গী মরি-মতা ওইবা বোড়ো নৎত্ৰগা কছারিশিংগা পুন্না লৈমিন্নরম্বদগী খৃঃ গী মমাং চহি ২০০০ অদুৱাইদা কছারিশিংনা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎত্ৰবা মতুং ইকুই কুইদনা লমদম অদু থাদোক্লম্লগা অৱাংলোমদা অসুম হায়গৎলক্তুনা হুকোং তম্পাক্তা মখোয় মচিন মনাও অহুম মতম খরা লৈমিন্নরম্লগা ময়াম্বা অহল মোইলাংনা মফম অদুদা লৈহৌরগা মনাও মোইরালনা নেপাললোমদা চৎখি। মনাও য়াইমা মোরান্না পাটকৈচীংশাং লাম্থোরক্তুনা আসামদা খুন্দাখি। মথক্তা পনখিবা মনাও অতোনবা মোইবান অসিনা হিমালয় চীংশাংগী নাপোমদা নোংচুপলোমদা অসুম চৎখিদুনা বিহার ফাওবা মৌনা চৎখিত্ৰা হায়না থাজনৈ।[৮] চন্দ্রগুপ্ত

মৌর্জ অসি মোরিয়া শাগেনি হায়না মত পীনবা লৈ। অতোপ্পা মত অমদনা চন্দ্রগুপ্তকী মমা অসি মোরিয়া ত্রাইবকী নিংঙোন ওইনা পীবসু লৈ। ফুরুপ অসিগী হৌরকফম পীরকপদা অপ্পর বর্মাগী কালেদা খুৎ থিন্দুনা পীরি। ব্রাফমশিং অসি নৈনরুরগা অপ্পর বর্মা হৌজিক্কী ম্যানমারগী লমদম অসোমদা পিয়ু, চকপা অমসুং কারেনশিংনা য়ৌরিদ্রিঙেদা মোরি ত্রাইবশিংনা হান্না তারম্বা ওইথোকনিংঙাই লৈ। মখোয় মচিন মনাও অহুমগী অহল মোইলাং অসিনা মথং মথং লাক্তুনা নিংথি তুরেলগী খোংলম ইন্দুনা কবো তম্পাক য়ৌরক্তুনা কালেদা মতম খরা খুন্দা লৈতারম্বা ওইবা য়াই। কালেদগী মনিপুরগী খা থংবা শরুক্তা চংলক্তুনা সম্বোং মোবি চীংদগী মোইবাং ফাওবা শন্দোবকখি। মোইবাং হায়বা মমিং অসিমক মোরিগী পুকোক ওইবিবা মোইলাংদগী লৌদুনা খোনখিবা ওইবসু য়াই। মনিপুরদা য়োংশুংবগী থবক ফুরুপ অসিনা হৌদোক্লম্বসু য়াই। পোইবৈতোন্না খুম্ভোবকপদসু মোবি থাংশাবা অমা লোয়নরকখি। মোরিগী চাদা নাওদাবু মোবিবম শাগৈ হায়না খণ্ডনদুনা মোইরাং শলাইদা শাগৈ অমা ওইনা লৈরি। মোবিগী পুকোক অদুবু লাই মোরিবা হায়না মৈতৈগী উমংলাই ওইনা ঙসি ফাওবা ঈরাংনরি।

খুদম খরা থমজবগী ব্রাফমনি। ত্রাইব খুদিংমক্কী ওইবা খুম্ভোকলোনগী পুবারী নৈনবসু ওইথোক্লোই অমসুং মখোয় খরগী খোঙ্গুলদি পুবারীগী লিকলমদগী মাংখ্রবা ঙাক্তা ওইরি। অদুবু মান্নবা ঙাক্তনা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি মপানগী ত্রাইবশিং ওই হায়না পিবসু লানগনি। মৈতৈগী পুয়াদা করি ফংই, হৌজিক্লা মখোয়গী খোঙ্গুল কদাইদনো, কবি করিদা মান্নবা লৈবগে অমসুং মখোয়গী খুম্ভোক-খুন্দা লৈবাক অসিদা লৈখিব্রা পুবাবীগী লাতম ফাক্তুনা কুপ্না নৈনবা চংই। অরোইবদা ময়ামদা থমজনিংবদি অসুম্না পুবারীগী তাক্কক কয়াদা মাইকৈ কয়াদগী চংলকখিবা তোঙান তোঙানবা ত্রাইবশিংনা পুনশিন্দুনা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি শেমগৎলকখি হায়বসি ইতিহাসনা শাখিনি।

# হিরম লমাই


| | হিরম | লমাই |
|---|---|---|
| ১ | অহানবা পাবা<br>য়েক শলাইগী ব্রাহম্ণোক, য়েক শলাই লাক্লিভৈদা লৈবম্বা ফুকপশিং। | ১-১৫ |
| ২ | অনিশুবা পাবা<br>শলাই মাপল, য়েক তবেৎ অমসুং য়েক তবেৎ শেমলকখিবগী তোঙান তোঙানবা মতশিং। | ১৬-২৩ |
| ৩ | অহুমশুবা পাবা<br>য়েক তবেৎ শমগৎলকপা অমসুং মখোযদা যাওবিবা ফুকপশিং। শলাই অমগা শলাই অমগা লৈনবা ঈমবি। | ২৪ ৬১ |
| ৪ | মবিশুবা পাবা<br>য়েক তবেৎ অসিদা তিনখিবা, নপচববা হাবমগী মীওইশিং অমসুং য়েক তবেৎনা কোনশিল্লমদবা ফুকপশিং। | ৬২ ৭৬ |
| ৫ | অনিশুবা শরুক<br>মৈতৈ সমাজদা লৈবম্বা তোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপশিং লোই, কৈ/ কৈবোই, নাই অমসুং হিন্দু লাইনিং লাকপগা ওইবকখিবা সমাজগী শক্তম।। | ৭৭-১২৪ |
| ৬ | বিব্লিওগ্রাফি | ১২৫-২৬ |

## অহানবা পারা

# য়েক-শলাইগী ৱাহন্থোক

**শলাই ঃ**

শলাই হাযবা ৱাহৈ অসিগী অশেংবা অর্থদি তাইবং হকচাংবু 'শা' হাযনা কৌনৈ। অসিগুম্বা তাইবংশিংবু শন্দোক্লিবা লাইশিং হাযবদি পুকোকশিং অদুবু শলাই হনবা হাযনা কৌনৈ। অদুনা শলাইগী অর্থ অসি তাইবংশাবু (মীশিংবু) শন্দোক্লিবা লাই হাযবনি। শম্না হাযববদা তাইবং মী পোক্লক শাৎলকপা পুকোকশিং হাযবনি। মসিনা ৱাত-ইতিমোলোজিগী মাইকৈদগী যেংনবা মিৎযেং নৎত্রগা ৱাহৈ অসিগী হৌবকফমগী ৱাফম্নি। ৱাহন্থোক অসিগা ওইবিবা শক্তমগা খেন্নবা চাওনা লৈ। শলাই হাযবা ৱাহৈ অসিনা তাক্লিবা নৎত্রগা ওইবিবদি মীওই ফুরুপ অমমম্নি। খুদম ওইনা হাযববদা "নুংকাং লৈতে, নুংলৈতে, নুংকাং শলাইসন " মথক্কী ৱাফম অসিনা ফোঙদোক্লিবদি অহানবদা নুংকাং শলাই লৈবমদবদু নুংকাং শলাই পাক সন্না লৈববে। যেক তবেৎ অসি শেমগৎলকপদা ফুরুপ কযা পুন্সিন্দুনা শেমলকই। অদুগুম্বা ফুরুপশিং অদুবু শলাই অমমম হাযনা খঙনৈ। অদুগুম্বা ফুরুপ অদুগা যুমলেন ওইবিবা শলাই/যেক অদুগা ঈ মবি তিন্নবা ওইবা ওইদবগী ৱা লৈবমদে। অসিগুম্বা ফুরুপশিং অসি যুমলেন ওইবিবা শলাই অদুগী মশা ওইজববসু মখোই খবদি মতম খবা মনিং তম্না পাল্লুবগা যুমলেন অদুদা অমুক তিল্লবনা অযাম্বা ওই। অদুবু খবনা ঈ মবি কবিমতা লৈনদবা, শলাই অদুদা নপচববা নৎত্রগা নমদুনা তিনশিনখিবসু যাওদবা নত্তে। খুদম খবা থম্লবদা (১) লুৱাং পুন্সিবগী ইবেম্মা হাওকু লৈমা লমতং নিংথৌ চনুনা পোকপা মচাশিংনা ফাইবোইজম শলাই ওইখি।[১] (২) অনিসুবদা খুমুজম শলাই উৎলকপদা সিংমিৎ-লাংমিৎ চুম্বনা-লুৱাং তাগোই

চনু পান্নদুনা মাগী ঈদি খুমুজম খুলিল ময়ুমনে, লাই শলাইনে অসুম্না পীরি।[২] অসুম্না ফুরুপ মচা-মচাশিং অসিবু শলাই হায়না শৈথানরম্না মৈহৌবরোনগী লাইবিকশিংদা উগনি। ৱাফম অসি হেন্না চেৎশিনহনবা ওইনা খুদম অমতংগা য়েংলবদা য়ুমদাবা উৎলকপদা অসিগুম্না তোঙান তোঙানবা ফুরুপ হায়বদি য়েক অমগী মশাশিং অসি য়ুমদাবদা মখোয়বু শলাই হায়না মশক তাকই। কোম্হৌজম শলাই য়ুমজংবা, লোকতোনবম শলাই য়ুমজংবা হায়না পীরম্না থেংনৈ। কোম্হৌজম অমসুং লোকতোনবম সরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ) য়েক্কী মশা ঙাক্তনি। অদুবু শাগৈশিং অসিবু শলাই অমমম হায়না তশেংনা উৎলি। মথক্কী নৈনরোলশিং অসিদগী ৱাবোই ওইনা পুবকপা যাবদি য়েক্কী চৎনবী লৈত্রিঙৈদা লৈবাক অসিদা লৈবম্না ফুকপ অমমম্বু শলাই হায়না কৌনবমই। মৈতৈগী পুয়াশিংদা শলাই মাপল খক্তা লৈরম্বগী ৱাফম ওইনা ইনৈ, অদুবু মতম অদুদা তারম্না শলাইদি হুমফুতবা খবা কন্তক ওইবা যাই। য়েক তবেৎ শলাই মাপল হায়না চৎনবী অমগী মখাদা মৈতৈগী পুয়াদা ইবমলিবসি করিগুম্না পান্দম অমগী মখাদা ইবম্বনি।

**য়েক অমসুং য়েক্কী ৱাহঙোক :-**

য়েক হায়বা ৱাহৈ অসিগী ৱাহঙোক কয়ামকম লৈ। পুম্নমক অসি নাকোইনবগা য়েক হায়বা ৱাহৈ অসিনা খঙনবিবদি ঈ তিন্নবা ফুরুপ হায়বদি পু অমতগী মচা মশুশিংবু য়েক হায়না খঙনৈ। অসিগুম্না ঈ তিন্নবা ফুরুপশিং হায়বদি পু অমদগী খাইথরকপা মচা-মশুশিংগী মবক্তা লৌনা লৈনবদা অথিংবা লৈ। মসিবু য়েক থোক্লবা হায়না খঙনৈ।

য়েক্কী ৱাহঙোক ওইনা মৈতৈ পুয়াদা পীবম্লিবদি "ইচানে, থংবাচানে, চানৌনে, চারোননে, পারীনে, ইসুনে, থংবসুনে, সুবীনে, সুনোংনে, সুরোননে, সুনোংয়াইনে, চারোল-মঙা, সুবোল তকক, তবামাথোই অসিদি ঈ মরিনে।[৩] অসিগুম্না ঈ তিন্নবা ফুকপ মাপল লৈরম্বদগী তবেৎতা হল্লরক্নুনা য়েক তবেৎ অসি ওইরকখি। য়েক তরেৎ অদুদি নিংথৌজা, অঙোম, চেংলৈ (সরাং লৈসাংথেম) খুমন, লুৱাং, খাঙানবা অমসুং মোইরাং। হাওরোক কোম্হৌনা সবাং-লৈসাংদা তিন্দুনা চেংলৈ অমসুং খাবনা ঙানবদা তিন্দুনা খা ঙানবা ওইদুনা মাপল ওইরম্বদগী তবেৎ ওইখি। অদুবু ৱাফম অসি চিংননিংঙাই ওই।

হাওরোক- কোন্থৌ অমসুং উরোক উষা- তোঙানবা শলাই ওইদুনা লৈরমই। অদুগা লোয়ননা মণ্ডাং শলাই মৈতৈগী শলাই মাপল অসিদা মশিং চন্দে।

ঐখোয়না মথক্তা থেংনম্লে মদুদি ঈতিন্নবা নৎত্রগা পু তিন্নবা ফুরুপ অমবু য়েক কৌই হায়না অদুবু বাফম অসি থিওরিখক্তা ওইরগা প্রাক্তিকেল ওইনদি ফংদে। য়েক অমা শেমগৎলকপগী পুন্নারী অমসুং য়েক অদু শাগৎলকপদা য়াওরিবা ফুরুপশিং নৈনদুনা য়েংবদা ঈতিন্নদবা ফুরুপ কয়া অমসুং লনাই মীওই কয়াসু উবা ফংই। মসিগী অকুপ্পা বারোল তোঙান তোঙানবা য়েকশিংগী কমপোনেন্ট পার্টশিং নৈনবকপদা ময়েক শেংনা উবা ফংগনি। অতোপ্পা বাফম অমনা মৈতৈগী য়েক শলাইগী চৎনবী অসি মপান্দগী চংলকপা মীওইশিং হাযবদি নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হারম, বৃষ্ণুপ্রিয়া অমসুং হান্না খুন্দাদুনা লৈবন্নবা চকপা অমসুং মৈতৈ ওল্লবা চীংমীশিংদসু চৎনবী অসিনা কোনশিল্লমই। অসিগুম্বা চৎনবী অসিনা হৌজিক্কী মীবোন্দা চয়েৎনবা কয়া থোকহল্লি। কবম্বনা মৈতৈ অশেংবনো ? থাঙ্গেশেংনা ঈ মরি লৈনব্রা অমসুং কবম্বনা মীতোপনো খন্দোকপা বাবতা নত্তনা লৌনা লৈনবদসু অকায়বা পীরি। মচা-মশুদা অকায়বা লৈ হায়দুনা মৈতৈনা ঈ তিন্নবা হায়বদি য়েক থোক্লবা লৌনা লৈনবমদে। কন্না ভাক্লরমই। লমহেনবা মীওইবু অকনবা চৈরাক পীদুনা সমাজদগী ঈন্থোক্তুনা থন্নমই। সাইরুক তিন্নবা, পেন তিন্নবসু অভনবা মতমদদি ভাক্লরমই। মসিগা লোয়ননা মতম অমদা য়াম্না পাম্নবম্না মনে মতুং ইনবগী চৎনবী অসি ঈ হুঞ্জিনবা থোকই হায়দুনা অখিংবা লৈখিবগা লোয়ননা মতম অমগী চৎনবী অসি পাম্নরক্তবদগী মুৎম্লে।

### পুন্নারীগী মিৎয়েংদা য়েক-শলাই ঃ

### য়েক শলাই হৌরকখিবগী পুন্নারীগী লিক্লম

লৈবাক অসিদা য়েক শলাইগী চৎনবী হৌরকখিবগী বাফম কুপ্পা নৈননিংঙাই ওই। মৈতৈ পুয়াগী বাফমগা ওইরিবা শক্তমগা খেন্নবা কয়া লৈবনা খন্না কুপ্পা থিজিনবা তঙাই ফদে। মৈতৈগী পুয়া অয়াম্বদা হয়ি চকতগী লাংবা চক ফাওবা অসিদি সাগৈ শলাই শিন্থোং খণ্ডদনা লৈরমই হায়না পীবি। কোন্না চক লাকপগা লোয়ননা চৎনবী অসি লাকখি হায়না উৎলি। অসিগুম্বা চৎনবী অসি খৃ:গী অহানবা চহি চাদা পানখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদগী হৌরকখি

হায়না পীবা লাইরিকসু লৈ। অদুগা লাইবিক খবদনা নোংদা লাইবেন পাখংববু মচা খুইনা হাৎতুনা নুংজেং পুম্রিদা লংথবন্নবা মতুংদা লাইন্না হেলোই তবেৎনা য়েক ৭ অসি পোক্লক-শাৎলকপগী ব্রাফম ওইনা উৎলি। লাইবিকশিং অসিদা উৎলিবা মওং অদু য়েংসিঃ

১। লৈকক লযাবেল চনুদি লাইশ্রানে - পাখংবা কোনএ- নিংথেম (নিংথৌজ) পোকএ।

২। লাইম্নিবীদি মহুমনুনে নোংলুম কোনএ অঙোম পোকএ।

৩। লফুবিদি মবৈনুনে, হামেং কোনএ - খুয়োনথেম (চেংলৈবম) পোকএ।

৪। মংব্রাইবীদি তোনথাংনুনে শামু কোনএ - খুমন পোকএ।

৫। তুব্রাইবীদি - থোইনুনে- ইবোই- কোনএ- লুব্রাং পোকএ।

৬। শর্চিবীদি চিৎনুনে- শজি কোনএ - মোইবাং পোকএ।

৭। লাংকাপীদি থবেলোংবম চনুনে- কৈ-কোনএ - ঙানবা পোকএ।

শলাই ৭ খাযদোকপা মফমদি মংলেন মনুং নোংপোক পাংবদা লৈবনে।[৪]

অসুম্না মথক্কী মত অসিগী মতুং ইন্না খৃঃ গী অহানবা চহিচাদগী য়েক শলাইগী চৎনবী লাকখিবা ওইনা লৌনৈ। অদুবু কনাগুম্বা অখং অহৈ খবগী মত মতুংইন্নদি য়েক-শলাইগী চৎনবী অসি লাংবা চক্কী অবোইবদা পানখিবা অপানবা কৌবা নিংথৌ অসিনা চৎনবী অসি হৌদোবকখি হায়না পীবসু লৈ।[৫] নোংদা লাইবেন পাখংববু অপানবা হাযনসু শৈথানবনা চযেৎনবা অসি লাকখিবসু ওইবা যাই। লাংবা চক্কী মতমদগী য়েক-শলাইগী চৎনবী অমসুং মমিং মথা খবা খবা শিজিন্নবগী প্রমান কযাসু লৈ। খুদম অমতং থম্লবদা লাংদাই শাংহৈ পুাদা হযিচক্কগী কোন্না চক ফাওবদা পানখিবা মীওই ফুকপশিংগী মনুংদা কেকে, মোইবাং, নোংযাই, নোংপাল অসিনচিংবা শলাইশিংগী মমিং শিজিন্নবা ফংলে।[৬] খুন্দাবোলগী লাইবিকশিংদসু শলাই কযাগী মমিংশিং তোঙান তোঙানবা চকশিংদা মথং মথং পানখিবা থেংনৈ। চৎনবী অসি যেক্কী চৎনবীদি ওইগনি নিংদে, শলাইগী চৎনবী ওইগনি। য়েক শলাইগী চৎনবী অসি মমাংদা লৈজরম্লবসু অকোনবগী চক (কোন্না চক) অসিদগী হৌনা মওং মরিল তাবা অমা (সিষ্টেমেটিক ওইবা) পুবকখিবা অসি নোংদা লাইবেনগী মতমদগী ওইগনি হায়না অযাম্বনা

মত পীনৈ। য়েক-শলাইগী চৎনবী অসি কোন্নাচকতদি য়াম্না ময়েক শেংনা লৈরে হায়বসি মথক্কী পুয়া অসিনা অসুম্না উৎলি। "কোন্না চক লাকপগা পাখৎবনা ফাওববদা খুমন, লুব্রাং, অঙোম, মোইবাং, নিংথেম, খাবা-ঙানবা, সবাং-লৈসাংথেম, হাওবোক কোন্থৌ, মন্তিংমোরা, লেরা খোংনাং, উবোক উষা, হৈবেম খুঞ্জান, থাঙঙা-কম্বোং, খোন্তে চাইবেন, অবোং অপাং, অসুম কৌবপনে"। লাইবিক অসিগী ব্রাফম অসি য়েংলুববদি মতম অদুগী চৎনবী অসি য়েক ওইবগী মহুত্তা শলাইগী চৎনবী লাকখিবা ওইনিংঙাই লৈ। মথক্তসু পনগ্রে, ফুকপ অমবু শলাই হায়না খঙনৈ। অঙনবা মতমগী মনিপুবগী পুব্রাবীগী তাক্কক হায়বদি কোন্না চক্কী মমাংদা মশিং য়ান্নবা শলাইশিং (ফুকপশিং) লৈবমই। হয়িচক্কগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্কুনা লাংবা চক ফাওবগী মতম অসিদা যামদ্রবদা অসিগুম্বা ফুকপ ৩০-৬০ ফাওবা লৈবমই। অদুবু মৈতৈগী পুয়াদা শুপ্পতগী শলাই ৯ খক্কগী ব্রাফম পল্লমই। য়েক ৭-শলাই ৯ হায়না পীনৈ। চৎনবী অসি নুংগী ওইবা ব্রাফম অমদা শাগৎপা ওইগনি। মৈতৈনা ৯ নৎত্রগা ৭ তা হিবম খুদিংমক্তা শাগৎনবা হোৎনবগী মমি তাই। মাপলগী চৎনবী অসিনা তাই নৎত্রগা শানশিংগী চৎনবী মতৌ তম্বা ওইনিংঙাই লৈ। তবেৎকী ব্রাখললোন অসিনা 'চে' (cheh) রেসশিংগী চৎনবী মতৌ তম্বা ওইবা যাই। মাপলগী চৎনবী হান্না লৈবমলগা তবেৎকী চৎনবী অসি লাকখিবা ওইগনি। তবেৎ, তবেৎকী চৎনবী অসি য়েক্কী চৎনবীতা নত্তনা লাই তিনগী থৌবম খুদিংমক্তা হৌজিকসু শিজিন্নবদা চৎনবি। খুদম ওইনা হাযববদা হেলোই ৭, হৈবম ৭, লৈবম ৭, লুকমাই তবেৎকী কবোক অসিনচিংবা। অসিগুম্বা চৎনবী অসিগী মখাদা য়েক অসিসু ৭ ওইহল্লকখিবা ওইগনি।

য়েক ৭ শেমলকখিবগী ব্রাখল্লোন অমসুং মতম অসি নোংদা লাইবেন পাখৎবগী মতম খৃঃগী অহানবা চহি-চা ওইগনি হায়না অযাম্বনা মত পীনৈ হায়না মথক্তসু নৈনখ্রে। অদুবু ব্রাফম অসি চিংননিংঙাই ওই।

নোংদা লাইরেন পাখৎবগী মতমদা খাবা শলাইগী নিংতম্বা মাংখি। শলাই অসিগী মীওইশিং মচোই-মচোই তাদুনা তোঙান তোঙানবা ফুকপতা তিনখি। খাবা মচেৎ অমদি অঙৌবা পুবৈবোম্বদা (অঙোমদা) চেনশিনখ্রে। খাবা মচেৎ অমদি তাংখুন মচিববু ওইখ্রে। মচেৎ অমনা নোংচুপলম চেনখিদুনা মহৌ লোনযাই ওইখ্রে। মচেৎ অমনা অব্রাংলম চেনখিদুনা কৌব্রু লৈখাদা খাবা উলেন

ওইগ্রে। খাবা নোংঙানবদি লাইনিংথৌগী (পাখংবা) ফাংখোংদা চোংশিনখিদুনা কনবিখি।[৮] থৌদোক অসিগী মতুংদা খ্ঃগী চহিচা মঙাশুবা অদুবাইদা পানখিবা মৈদিংগু নাউখম্বগী মতমদা খাবা শলাইবু মপুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগা য়েক্লখি হায়দুনা কোইথি থিদুনা তুম্না হাৎলক্লবদা খাবা শলাই ওইনা লেপ্লা ঙমদ্রদুনা ঙানবা শলাইদা চংজদুনা খা-ঙানবা হায়বা য়েক অসি ওইখি। খাবা শাগৈ লৈহৌরিবসি খুবাইজম অমসুং নোংজেংবম অনিদা ঙাইরে। ৱাফম অসি লৈবনা য়েক ৭ শেমলকখিবগী মতম অসি নাউখম্বা (৪১১-৪২৮ এদি) নিংথৌগী মতম অসিদা ওইনিংঙাই লৈ। অতোপ্পা ৱাফম অমনা মৈতৈগী পুয়া থরদা পীরম্লিবা লাইস্না হেলোই ৭না শলাই ৭ খায়দোকখি হায়না পীরম্লিবা লাইবিকশিং অসিগী ৱাহন্থোক অসি নৈনদুনা য়েংবা য়াই। লাইরিকশিং অসিদা পীরিবা অসি য়েক্কী ৱাফম ওইদে শলাইগী ৱাফম ওইনা পল্লী।

"শলাই তবেৎমা খায়দোকপা মফমদি মংলেন মনুংলমদা লৈবনে। মাইপালোনগী শলাই হেনলোই তবেৎমা খায়দোকপা মফমতি অসিনে খংও[৯] পিরমলিবা মথক্কী ৱাফম অসিদি য়েক শলাই ওইবক-শেমলকপগী ৱাফম ওইবগী মহৎতা লাই তিনগী হায়বদি মাইবরোনগী ঈবাৎ-থৌনিগী ওইনা-উৎলি। নৈনবোলশিং অসিদগী ৱারোই ওইনা পুরকপা য়াবদি য়েক-শলাই শেমলকখিবগী মতম অসি ময়াম্না খন্নরম্লিবা, পীনরিবা মত অসিগা থাঙ্গৈশেংবা শক্তমগা চয়েৎনবা লৈরি, মখাতানা থিজিনবগী মথৌ তাবি।

মৈতৈ হায়না খঙনবা ফুকপ অসিগী পুৱাবী কবি কবিসু লৈরমদবদগী তাইবং পানবগী মপুনা লৈশেম নোংশেম্বা লোয়রবদা নুমিৎ, থা, থৌৱানমিচাক খোংজোমনুবী অমসুং থৱাই পাম্লিবা জীবশিং শেমদুনা খুন্দা লৈতাবা হৌরকপদগী লাকখিবা পুৱাবী ওইনা থাজনৈ। অদুবু পুয়াশিং অসি অকুপ্পা মিৎয়েং অমা য়েংবা তারবদি লৈশেম নোংশেমদ্রিঙৈগী মমাংদা পুম্নমক লৈরে। লৈশেম নোংশেম্বগী থাজনবী অসি মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসিগী পারি পুরিশিং অসিনা লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতারকখিবগী অমসুং হান্না লৈরম্বা মীওইশিংবু মখোয়গী খুদুম মখাদা থম্লবা হোৎনবা নৎত্রগা মখোয়গা য়ানবা অমগী মখাদা পুন্না খুন্দা লৈতাবগী ৱারী ৱাখোংশিং অদুবু লৈশেম্বা হায়না খঙনরম্বা কৌনরম্বা ওইনিংঙাইনি। মসিগী প্রমান হায়রবদা " লৈবাক লৈতরিঙৈ লাইনিংথৌ কৌবরেলন্দা (কুরুদা) নুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং, থৱাই পানবা নিংসা হোল্লিবা

খৈবিসু মঙোন্দা থৌগলনৈ''। মসিনা তাকপদি হান্না পুম্নমক লৈরে। ৱাফম অসিগা মরি লৈননা কৌব্রুগী শৈথা অমা নীংশিংবা য়াই। ''অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা লাইয়াম (লোইমনাই) খুন্দা অহানবা চরিক মপান থাবা নোংথ্রে মউ লিংবা'' শৈথারোল অসিনসু লৈশেম নোংশেমদ্রিঙৈগী মতমদা কৌব্রু অসুপ্পনা মহাক্কী মঙাইরোইশিংগা লোয়ননা কৌব্রু চীংদা লৈবমই ময়েক শেংনা উৎলি। কৌব্রু চীংবু মতম অদুদা পোংমক চীং অমসুং থিগ্রু চীং (থিঙ্গ্রাচীং) হায়না কৌনরমই[১০] লাইনিংথৌ অসিগী মমিংনা কৌরেংঙং কৌই, পোংথাংলেন হায়নসু খঙনৈ।[১১] ইবুংও অসিগী মিংলেন্না মীহিংলেন মীপোকপা কৌই, মিংখৈনা ঙৌবা কৌই।[১২] অসুম্না কৌব্রু চীংদা হান্না খুন্দাবম্বদগী মথং মথং শন্দোবকই হায়বসি থিবেন লাযাৎ কৌবা লাইবিক্লা অসুম্না পীবি ''হয়িচক অহানবদা কুরু সিদবা মহাক্লা কৌব্রুগী খোংনিং ইন্না য়ুথক ৮৪০০০ ৱাংবা সনাচীং (সেলোই লংমাইচীং) মবোন খৈবিক সম্থোবকলে, মঙান্দী য়ুথক - ১০০০০০ নে। চীং মওংদি পাঙন পুনগী মওংনে।[১৩] কৌব্রু চীংদা হান্না খুন্দা লৈতাবম্বদগী মথং মথং শন্দোবকখিবগী ৱাফম অসিনা মৈতৈগী থাজনবীনি। অদুবু লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখিবা অসি প্রি হিষ্টেরিগী মতমদগীনি হায়বা অসিদি চপ চাবা প্রমান আর্কোলোজিসশিংনা উৎলে। প্রিহিষ্টেরিগী মতমদগী মনিপুর হায়না খঙনবিবা লৈবাক অসিদা তোঙান তোঙানবা মীওই ফুকপ কয়া মথং মথং লাকখি অমসুং খুন্দা লৈতারমই। সোসিয়েল এন্থ্রোপোলোজিসশিংগী মতুং ইন্না হ্যমেন সিভিলাইজেসন হৌবকখিবা মীওই কাঙলুপ অসি অফ্রিকাগী নেগ্রিটো ত্রাইবশিংনি পীনবি। নেগ্রিটো ত্রাইবশিং অসিনা অফ্রিকাদগী মথং মথং শন্দোবক্লুনা চহি ৬৯০০০-৫০০০০ ফাওবগী মনুংদা মনিপুর যাওনা সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী মফম খুদিংমক্তা শন্দোবকখি। অদুবু নেগ্রিটো ত্রাইবশিংগী খোঙ্গুলদি হৌজিক ফাওবদি ফংবা ঙমদ্রি। হৌজিক ফাওবদা ফংলিবা আর্কোলোজিকেল ফাইন্দিংশিং অসিগী মতুং ইন্নদি লৈবাক অসিদা হ্যমেন সিভিলাইজেসন হৌবকখি হায়না লৌনরিবসি অবিবা নুঙগী যুক্কী মীওইশিংগী মতমদগীনি। চাওবাক্লা ঙসিদগী চহি ৩০,০০০গী মতম হায়বদি অপ্পর পেলিওলিথিক এজগী মতমদগীনি লৌনবি। উখ্রুল দিষ্ট্রিক্তা লৈবা খংকুই শুকংগী সৈভ্যতা অসি অপ্পর পেলিওলিথিক এজগী মতম ওইগনি। মফম অসিদা শিজিন্নরম্বা খুৎশু খুৎলাইশিং অসি নুংগী মথক্তা-শকগী খুৎশু খুৎলাইসু মৱাং কায়না শিজিন্নবমই। ম্যানমাবদা ফংলিবা অপ্পর পেলিওলিথিক

এজগী সৈভ্যতা অসি চহি ৫০০০০ রোম অদুবাইগী ওইবা য়াই পীরি। ম্যানমারগী সৈভ্যতা অসি মনিপুব য়ৌরক্লমলোই হায়নিংঙাই লৈতে। চান্দেল দিষ্ট্রিক্তা ফংলিবা মচিগী সৈভ্যতা অসি ম্যানমাবগী কলচব অসিগী মশা ওইবসু য়াই। মখা তানা থিজিনবা দবকাব ওইবি। ও· কুমাবগী মত মতুং ইন্না থাবোন শুকংগী সৈভ্যতা অমসুং নোংপোক কৈথেনমানবী সৈভ্যতা হাওবেনিয়ান কলচব ওইগনি অমসুং চাওবাক্লা খৃ গী মমাং চহি ২৫০০-৩০০০ ফাওবগী মতমগী সৈভ্যতা ওইগনি। অদুগা সোংবু, খংকুই, মচি অমসুং নোংপোক কৈথেলমানবীগী সৈভ্যতাশিং অসিনা চাইনাগী চৌকেতিয়ান কলচবগী মমি তাবি।

মহাক্লা মখা তানা হাযবিবনা চৌকেতিযান কলচব অসিনা মোঙ্গোলোইড অমসুং হাওবেনিযান কলচব অসিনা ওষ্ট্রেলোইড ওইগনি। অসুম্না অবিবা নুঙগী যুক্কী মতমদা মথক্কী মীওই ফুকপশিং অসি লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাবন্বতা নত্তনা অনীগী তিন্নফমসু ওইবি। অবিবা নুঙগী যুগকী সৈভ্যতা অসি চহি ৩০০০০-২৫০০ চথবম্নগা অনৌবা নুঙগী যুগকী মীওইশিংগী সৈভাতা হৌবকখি। অনৌবা সৈভাতা অসি চাওবাক্লা খৃঃ গী মমাং চহি ২৫০০-১৫০০ ফাওবগী মতমদগী হৌবকখি। অনৌবা নুঙগী যুগকী মীওই ফুকপশিং অসিসু চাইনাবোমদগী নৌনা লাকখিবা মোঙ্গোলোইডকী মীওইশিংগী কলচবনা নাপাচিফ অমসুং সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্কী নোংপোক কৈথেল মানবী অমসুং ফুনানচীংগী মীওই ফুকপশিং অসিনা ভিযেৎনামবোমগী হাওবেনিযান কলচবগী মমি তাবা ওষ্ট্রেলোইড ওইগনি। অসুম্না অনৌবা নুঙগী যুগ অসিদসু মোঙ্গোলোইড অমসুং ওষ্ট্রেলোইড ফুকপ অনিমক খুন্দা লৈতাবন্বতা নত্তনা অনীগী তিন্নফমসু ওইববি। অসুম্না হান্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈবন্বা মীওইশিং অসিগা প্রোটো হিষ্টেবিগী মতমদা চংলকখিবা মীওইশিং হাযবদি মৈতৈ ফুকপকী মপা মপা কযামুক্লা তিনশিন্দুনা হৌজিক্কী মীবোল অসি ওইবকখি।

ঐখোয়না মথক্তা নৈনম্রে মদুদি প্রি হিষ্টেবিগী মতমদা চাইনা, ভিযেৎনাম অমসুং ম্যানমাববোমদগী মীওই ফুকপ কয়া লাক্তুনা খুন্দা লৈতাবখি। মতৌ অসিগুম্না প্রোটোহিষ্ট্রেবিগী মতমদসু মাইকৈ কযাদগী মীওই ফুকপ কয়া চংলক্তুনা খুন্দা লৈতাববতা নত্তনা মখোয কয়াদি মৈতৈ ফুকপ অসিগী পাবি পুবি-ওইবরি। মতৌ অসিগুম্না লৈবাক অসিদগীসু মীওই কয়া যুমথংনবা লৈবাকশিংদা চৎখিদুনা খুন্দা লৈতাখি।

হয়িচক্কী মতমদা লৈরম্মই হায়না লৌনরিবা মীওই ফুরুপশিং হায়বদি, তাক্লামানবী, খোইনিংমানবী, লম্বু, তুবু, অপকমা, নেমতা, সোইতা, লাইমৈকক, লাইমৈসাং, লাইমুরেন, তিনমৈকক, তিনমৈসাং, তিনমুরেন, তিনৱাইবেন, হুইবিয়াং, তাউমী, ককলা হামচেং, চকপা, অসাং অপুম (নুংপাল), হাওবে, পোংখু-পোংহন, তরং-তরং পাই, লাংচাখে, য়ুচাখা, কোং (কোংতিংলেন), সমারিরোম, ককয়েন, তেংলৈ, পুরুম, কে কে, ঙাঙোই, মোবি, অসিনচিংবা মযাম অসিগী মনুংদা অয়াম্বদি মপান্দগী চংলকখিবা ঙাক্তনি। মখোই পুম্নমক অসিনা লাকখিবগী ৱাবী লিখুন পুম্নমক পীবদি লাইরিক অসিগী পান্দমগা চুনদবনা নাকোইননা থমজবন্নগা খুদম অমা অনীদং লৌখৎচগে।

ককযেন : ককযেন হায়বগা মৈতৈশিংনা তমথিবা উচেক অমা ওইনা লৌনৈ। মখোয়বু ককযেন মীঙম্বা হাযনা শৈথানৈ। য়োইমোংবা তাওথিংমাং মচিন মনাও অনিনা তুদেং খোংদেংবগী থবক চঞবকপদা ককয়েন মীঙম্বগা লান তৌনদুনা হাৎখিবগী ৱাবী মৈতৈগী পুযাদা পীবি। ৱাবী ৱাখোং অসি ফুকপ অসিগী মতাংদা শাগৎপা থিম অমনি। লৈশেম নোংশেম্বগী মতমদা ফুকপ অসিসু যাওখি। যেক শলাইগী চৎনবী লৈত্রিঙৈদা লৈবাক অসিদা লৈবম্বা মীওইশিংনা মখোযগী মশক তাকচনবা টোতেম অমমম শীজিন্নবমই। লৈশেম্বগী মতমদা লৈবম্বা অদুগুম্বা টোতেমসিংদি- উচেক্কী মনুংদা মকু, কোবোহোন, মহেনকোন, ককযেন অসিনচিংবা, শাশিংদা- থেঙ্গু, কৈ, নোংশা, শামু, ইবোই, শজি, হামেং, কৈ, যোং, অমসুং প্রকৃতিগী পোৎশিংদা- নুমিৎ, থা অমসুং থৱানমিচাকশিং, (থৱানমিচাক নিংথী সিদবা, থাবা, শজিক, ওকপুবোই, তাওহুইবেং . .) অসিনচিংবশিংনি। ঐখোযনা শলাইশিংগী পোকলক শাৎলকপগী ৱাফম নৈনবকপদা পীবমলিবা ৱাফম "তুৱাইবীদি থোইনুনে, ইবোই কোল্লে লুৱাং পোকএ। শজিবীদি চিৎনুলৈমনে, শজি কোল্লে মোইবাং পোকএ" ফুকপশিং অদুগী টোতেমশিং অদুবু উৎপনি। মসিদা পীবল্লিবা শাশিং হাযবদি ইবোই অমসুং শজি অসি শাশিং অদুবু নত্তে, মীওই ফুকপশিং অদুবু মশক তাকপনি। ইবোই হায়বগা লুৱাং শলাইবু অমসুং শজি হাযবগা মোইবাং খঙনবমই। অসিগুম্বা টোতেমশিং অসি খরা থেংথবক্লবা মতমদা ফুকপ নৎত্রগা শলাই অদুগী ফিরাল (বেনব) ওইনা শীজিন্নরমই।

টোটেমিজমগী চৎনবী অসি নিংথিজনা লৈরম্বা অসিনা হিবম অসোমদা নৈনবা অখণ্ড অহৈশিংনা মৈতৈ সোসাইটিদা এপ্লেলোইডকী ইলিমেন্ট নিংথিজনা যাওই হায়না মত পীনবি। ককযেন হায়না খঙনবা মীওই ফুরুপ অসি খযেন (Khyen) ত্রাইব ওইগনি। মখোয় অসি চাওবাক্রা খৃঃ মমাং চহি ২০০০ অদুৱাইদা সাইবেবিযাবোমদগী মথং মথং খুনহোংলক্তুনা অনৌবা নুঙগী যুগকী মতমদা মনিপুব যৌবকখি। উখ্রুল, মোংপিচীং, থাঙ্গা, শুগু অসিনচিংবা মনিপুবগী মফম কযাদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবমই। অসুম্না থাজনবা ৱাবী লৈ মদুদি মখোযগী ফুরুপ অমা থাঙ্গাচীংদা তাবমই। লম অসি খুমন নিংথৌদা যোম্বোক্লন্নগা ত্রিপুবাদা (তখেল) চৎখি।

মোরি ঃ- মোবি হাযনা খঙনবা মোইবাং শলাইগী মনুংদা মোবিবম শাগে ওইনা লৈবিবা ফুরুপ অসি নোংচুপ থংবা চাইনাগী লমদম (হোযাংহো অমসুং যাংসিকিযাং) অসোমদগী খৃঃ মা চহি ১০০০ বোম অদুৱাইদগী খুন হোংলক্তুনা মথং মথং যৌবক্তুনা মখোয মচিন মনাও অহুম, মোইলাং, মোবান অমসুং মোইবান অহুম অসি চিন্দবুইন্দ তুবেনগী মক নুকোং ভেলিদা যৌবকখি।[১৪] মচিন মনাও অহুম অসিগী মযাম্বা অহল মোইলাং অসি মফম অদুদা লৈহৌবগা মনাও অনি অদু মথং মথং চৎখিদুনা আসাম, বিহাব অমসুং উত্তব প্রদেশ যৌখি। আসামদা মখোযবু মোবান হাযনা খঙনৈ। লৈহৌবিবা মযাম্বা অহল মোইলাংনা কবো তম্পাক্তা কুমথবক্তুনা কেলেদা লৈবমই। মদুদগী মোবিশিং অসি মনিপুববোমদা চংলক্তুনা শহ্লোং মোবি চীংদগী মোইবাং ফাওবদা তপ্না তপ্না শন্দোবক্তুনা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখি। কনাগুম্বশিংগী মত মতুংইন্নদি মোইবাং হাযবা ৠমিং অসি মোবিগী পুকোক মোইলাংদগী থোনখিবা ওইবা যাই হায়না পীবসু লৈ।

মতৌ অসিগুম্না মনিপুবগী খা নোংচুপ চীংশাংশিংদা তারম্বা লৈশেম নোংশেম্বগী মতমদা লৈরমই থাজনবিবা কোংতিংলেন হিংচাবী অসি ম্যানমাবোমগী গুযেন ত্রাইব ওইগনি। থাংজিংগা লান থেংনখি হায়রিবা সমারিবোম হিংচাবা অসি টোলেমিনা পীরিবা জমরাই ত্রাইব ওইবা যাই। কে কে অমসুং ঙাঙোই ফুরুপশিং অসি মৈতৈগী পুয়াদা মখোয়গী মৈহৌববোন লৈজরবসু ফুরুপশিং অসি তাইগী মশা ওইনসু লৈ। অঙাংঙা কৌবা অমনা ঙাঙোই অমসুং ঙাংলোই পোকই হায়না লাংদাই লাংহৈ পুয়াদা পীরি অদুবু

মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৈকোই চিগংলোই পুযাগী মতুং ইন্নদি মপান্দগী লমকোইবকপা পাবা ঙাংজস্বা কৌবা অমনা চিংনু লৈমা তোংবাইদুনা মচা পবা ঙাঙোইবা পোকই। ঙাঙোইবনা মোইবাংদা ঙাঙোই কৌনা খুনলেপহৌ[১৫] মতৌ অসিগুম্না মোইবাংদা খুন্দা হানবশিংগী মনুংদা থমলিবা চাখা বাচা(চকাবাচা) অমুবাচা অনি অসি মপলগী মতুং ইন্দুনা লাকখি হাযনা মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবদা পীবি। মমিংশিং অসি থাঙ্গাদা তাবম্বা লাইনিংথৌ নামুংবা অমসুং নামুংবী অনিগী মৈহৌববোন্দা যাওবি।[১৬]

ফোবেষ্ট এর্ক্টশিংগী মনুংদা টি ভি. লেকুপেবিনা -মহাক্কী ক্রেদল ওফ শান বেসতা পীবিবা ৱাফম হাযবদি নুং নৎত্রগা জুং হাযনা খঙনবা নোংচুপ থংবা চাইনাদগী খুনহোংলক্তুনা তিবত যৌবকখিবা ফুকুপ অসিনা মচেৎ মচেৎ কযা থোক্লা কাযখিদুনা লুতজে নৎত্রগা অনুং, লিসু নৎত্রগা লৈসু, মুসো নৎত্রগা নাসি অমসুং অপিকপা ফুকুপ মচা মচা কযা ওইবকখি। মখোযশিং অদুনা বোডো অমসুং মনিপুবদগী চিটাগোং ফাওবদা লৈবিবা মীওইশিং অসিগী মপা মপু ওইখি হাযবা ৱাফম অসি তবাইনা লৌবা যাদে।[১৭]

লুৱাং শলাইবু অঙনবা মতমদা নুংপাল হাযনা কৌনবমই। নুংপাল হাযবা ৱাহৈ অসি নুং নৎত্রগা অনুংদগী থৈথবকপা ৱাহৈ শোযদনা ওইগনি। মতৌ অসিগুম্না সবাং-লৈসাংথেমগী (চেংলৈ) ইথনিক ত্রাইব অসি মৈতৈগী পুযাদা হা| হুক | হুম হাযনা পীবমই। হ্বা (Hwa) হাযবা মমিং অসি লিসু ত্রাইব অসিগী মশা অমনি। ফাবেষ্টএকান্টদা পীবল্লিবা ৱাফম মৈতৈগী পুযাদা লৈবল্লিবা অসিগা চুশিন্নবা লৈ।

অসুম্না পুৱাবীগী অঙনবা তাঙ্ককশিংদা মপান্দগী লাকখিবা মীওই কযানা মৈতৈগী পাবি পুবি ওইবমলোই হাযনিংঙাই লৈতে। সাউথ ইষ্ট এসিযাগী ত্রাইবেল মুভমেন্ট অমসুং মখোয়না মণিপুবদা চংলকখিবা যাবা ৱাবী লিখুনশিং কুপ্না নৈনহৌদ্রবদি মৈতৈগী যেক-শলাইশিং ওইবকখিবা অমসুং শেমগৎলকপগী শক্তম মপুং ফাবা ঙম্লোই।

লৈশেম নোংশেম্বা হৌবকপদা লৈবম্বা মপান্দগী লাকখিবা পীনাইদবা হাযবদি তিনলিবেন, লাইযিবেন, খাযিবেন, লিনতাউরেন অমসুং তাউবোইনাই মঙা অসিনা তিন, লাই, খাকপরোন, কাংবরোন অমসুং লাইবুংথৌ মাপল

মথং মথং পোকখি। মতম অদুগী মীওই ফুকপশিং অদু মপুং ওইনা কাঙলুপ মবি হায়বদি - লাই, তিন, মী অমসুং পোং হায়না খায়দোকপগী চৎনবী উবা ফংই। মতাং অসিদা লোয়ুম্বা শিনয়েন্দা পীবম্বা ৱাফম অমা যেংবা য়াই। "লাইদি যোইরেন নামুংবা শঙনে, লাইদি নোংলোন মাপল মক্তা লাই ওইনা কাখিয়ে। তিন্না-লৈবোন মাপলমদা চংখিবে, লৈবোন মাপলমদা লৈহল্লিয়ে। তিন-লাই অনিমদি তিনলুপখ্রে। মী-পোং অনিমনা পালহল্লি[১৮] মীগা পোংগা অনীমক্তি অমতা ওইনা পুনশিনখ্রে। অদুবু লাই কাঙলুপ অসিগী মচেৎ খরদি যাম্না থেংবা মতম ফাওবা হাযবদি মৈদিংঙু লোয়ুম্বগী মতম ১০ শুবা খৃঃ চহি চা ফাওবা তোঙানবা ফুকপ ওইনা লৈবম্নগা মীওইনা তিনখ্রে।[১৯] ঙানবা শলাইগী খুমুবোংগী চাদা নাউদা, ঙানবা খুমুজম হায়না খঙনবা কাঙলুপ অসিবু লাই-শলাই হায়না খংনৈ।[২০] অসুম্না যেক-শলাইগী চৎনবী লৈত্রিঙৈদা মৈতৈ ফুকপ অসি তোঙান তোঙানবা ফুকপ নাইবগী চৎনবী লৈবমই।

মথক্তা নৈনখ্রে মদুদি, মতম অদুগী সমাজদা লাই, তিন, মী অমসুং পোং হায়না খঙনবা চাওবাক্লা ফুকপ মবি লৈরমই। ফুকপশিং অসিসু মখোয়না লৈরিবা মফম, থৌদোক ৱাথোক্লচিংবা কয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা কাঙলুপ মচা মচা কয়া খায়দোক্লুনা লৈবমই। মসিগী প্রমান মতম অদুগী চনুবাশিংবু মশক তাক্লকপদা তশেংনা উবা ফংই। মখোয়শিং অদুদি- (১) লৈনুং য়ুচাখা চনু, (২) লৈনুং পাঙকা নিংথৌ চনু, (৩) লৈনুং য়াবী য়াখা চনু, (৪) লৈনুং য়ুপুবোই চনু, (৫) লৈনুং যুনাউবোই চনু, (৬) সম্বোং পুনেম্বা চনু, (৭) হেবোং নিংথৌ চনু, (৮) হেবেম লৈমা নিংথৌ চনু, (৯) হাওকু লৈমা লমতং নিংথৌ চনু, (১০) চীংনুং হাওবা চনু, (১১) খাকপা নিংথৌ চনু, (১২) লাইয়েক লাইখু চনু, (১৩) লৈতং নিংথৌ চনু, (১৪) লৈকংলেন চনু, (১৫) লৈবাই নিংথৌ চনু, (১৬) লৈফুবেন চনু (১৭) লৈকক লায়বেন চনু, (১৮) লৈপিবেন চনু, (১৯) লৈথমলেন চনু, (২০) লৈহৌ নিংথৌ চনু, (২১) কোনফু লাইফু চনু (২২) থরে লোংবম চনু, (২৩) মোইবেং হৌবা চনু, (২৪) মঙাং নিংথৌ চনু, (২৫) নুংমু চনু, (২৬) ফিৎমোই কাংপী চনু, (২৭) য়াইথিংকোনবা চনু, (২৮) যেন্দং নিংথৌ চনু, (২৯) তিংকোই নিংথৌ চনু (৩০) খামপী লৈখাম চনু, (৩১) মায়নৌ চনু, (৩২) চীংমু তাইমু চনু, (৩৩) ৱাকোং নিংথৌ চনু, (৩৪) চীংঙুলৈমা নোংমাই নিংথৌ চনু, (৩৫) চীনফুবোন

লৈচিক ঙানবী, (৩৬) উয়েন লৈমা থংকোংসু, (৩৭) খাববোন (৩৮) লাইবেন চনু অসিনচিংবা।

হযিচকতগী লাংবা চক ফাওবগী মনুংদা চংলকখিবা অমসুং পোকলক-শাৎলকপা মযাম অসিনা অনৌবা ফুকপ মচা মচা কয়াসু মথং মথং শেন্নকখি। অসিগী মথক্তা মপান্দগী চংলকপা কয়া অমসু খুন্দা লৈতাবখিদুনা নোংমা নোংমগী ফুকপশিং অসিগী মশিং হেনগৎলকখি। অসুম্না হেনগৎলক্লিবা ফুকপশিংগী মনুংদা পনবা যাবদি মঙাং, উবোক উষা, কুসু পঠান, খুনবী লোনলাং, খেন্তে চাইবেল, খাকি, খামবন, চীংনুং হাওবা, মুকসন, খোংনাং মযাং, তখাওতুমী, পাসি, পাসা (পাঙন), তখেন, তেংলৈ, খোপসেন, ঙাসেন, হাওখা-লোকখা, মাম্বৌ-মোনসাং, কুম্বী খোংযাং, য়িথম-য়াম্বৌ, তোমসোম, পাসোম, ককশা হামচেং, মান্তিং মোবা, চক-লাই, মংসাংকৈ, থাকক, মেনতং, অবোং-অপাং। কোন্না চক লাকপগা লোয়ননা শাগৈ-শলাইগী চৎনবী লাকপগা লোয়ননা লাকখিবা শলাইশিংদি নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, লুৱাং, সবাং লৈসাংথেম (চেংলৈ) খাবা-ঙানবা, মোইবাং, হাওরোক কোম্বৌ, উবোক উশা অসিনচিংবনি।

মখোযগী মশা ওইনা লৈবম্বা শলাইশিংনা অরোং অপাং, অখামলোন কোংপম, থাঙজা কম্বোং (কম্বোং লোকহন, কম্বোং শোকখু) কেকে, ঙাঙোই খ্বাং শলাই, মুযাংজম, লোইবেঞ্জম, খুয়োন, মোয়োন, খুয়োম্বেম, নিঙোন লাইতোন, লেবাখোংনাং, লোকতোনবম, লুৱাংজম, ফান্তেক, হৈবোম খুজান, ফাইবোইজম, ৱাকোংথেম, শেলোই-লাংমাই, থাঙজা ঙাইখোং, থাঙজা য়ৌখাল, মান্তিং মোবা, লানপিসনচেন (খুনফমঙাংচেং)।

মখোযশিং অসি নত্তবা মৈতৈগী সমাজদা মশিং থাবিরমদবা শলাই কয়াসু লৈবমই। মখোয়শিং অদুদি মঙাং, উবোক উসা, হাওখা-লোকখা, পাসাবোন, থাৱা (থাৱাবোল), তেংলৈ (তেংলৈবোন), পঠানলোন, তাওববোন, ফুকপশিং অসিনি। লৈখাবোন্দা পীবন্নিবশিংদি - লৈখা, হাওখা, অহাওখোম্বা, অহাও-হাওবেং, অহাওঙম, থৌবু, ঙাসেল, নাপু, নাসেল, পুকসবি, লাইতং, য়েনতং, কাম্বা অমসুং য়েলৱাই নিংথৌবা।[২১]

থাৱারোন- কোইচিং, কোইমা, তিনজেং, তানজেং, থোমশেল, ঙাসেল,

থোংথোক, তানথোং, খুৎমনাও অসিনচিংবশিং।

তেংলৈবোল ঃ- চেংলৈ, চেংলৈমুংচা, হাওবা মুংজা, মুমংজা, ঙৌ ঙৌজা, হাওবম কোকচা, হাওবম সাংবাচা, তিকতাবা, তাইদবা অমসুং পাংমাতোনবা। মখোয় অসিগী অকুপ্পা ৱাবোল ফংদে। লোনশিং অসিদা পীবল্লিবা মমিংশিং অসি ফুকপশিং অসিগী মীওইশিং ওইগনি।

যেকক্কী চৎনবী লাকপগা লোয়ননা য়েক তবেৎ অসিবু খঙনবগ্বা মমিংশিংসু লাকখি। মখোযশিং অদুদি ঃ-

১। নিংথৌজা ৱাং/ৱাংঙম। চনুবাশিংবু শৈথানবদা ৱাংঙমলোন হায়না শৈথানৈ। কাংহুজম শলাইনা নিংথৌজাদা তিল্লবা মতুংদা শলাই অসিগী চনুবাশিংবু শৈথানবদা লিকহি মোম্বী ৱাংঙমলোন হায়না শৈথানৈ। নিংথৌজা কাঙলুপকী নিংথৌশিংবু নিংথেম হায়নসু কৌনৈ। মসিগী মথক্তা মৈতৈবু শৈথানবদা পোইবৈ মৈতৈ অমসুং পোইবৈ-ৱাংঙম হায়নসু শৈথানবমই। পোইবৈ হায়বা ৱাহৈ অসি ফুকপ (মৈতৈ) অসিবু খঙনবমব্রা নৎত্রগা লমদম অদুবু কৌবমব্রা নৈননিংঙাইনি। মনিপুরগী অৱাং থংবা লমদম নৎত্রগা মৈতৈগী মবমদম্বু পোইবৈ কৌনবমই। পুৱাৰীগী অঙনবা তাঙ্কক অমদসু লৈবাক অসিগী অপুনবা মমিং পোইবৈ হায়না খঙনবমই। খুঃগী তবাশুবা চহিচাদা মৈতৈ লৈবাকপু পোইবৈ/পোইবৈপাক অমসুং খুমন লৈবাকপু পাইবৈ/ পাইবৈপাক হায়না কৌনবমই।[২২] মথক্তী ৱাফম অসি য়েংলুবগদি পোইবৈ হায়বা ৱাহৈ অসি মৈতৈ লৈবাকপু খঙনবম্বা কৌনবম্বা ওইগনি।

২। অঙোম য়েকপু নোংপাল হায়না খঙনবমই। চনুবাশিংবু শৈথানবদনা নোংবানলোন হায়না শৈথানবমই।

৩। খুমনবু নোংযাই অমসুং অদোন হায়না খঙনবমই। চনুবাবু শৈথানবদনা খযোইবোন হায়না হায়নবমই। হাওবৈমা হায়না কৌনবসু যাওই।

৪। লুৱাংবুনা নুংপাল (নুংবান) অমসুং চনুবাশিংবুনা নুংবানলোন হায়না শৈথানৈ।

৫। সবাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ) শিংবু থাংযি খঙনবম্বগা লোয়ননা চনুবাশিংবু চিনফুবোন হায়না কৌনবমই।

৬। খাবাশিংদি খাবা অদুম কৌনৈ অমসুং চনুবাশিংসু খাবাবোন হাযনৈ।

৭। ঙানবা ফুকপপু ঙানু হাযনা খঙনবস্বগা লোযননা চনুবাশিংবু ঙানুবোন হাযনা শৈথানৈ।

৮। মোইবাং শলাইবু ইব্রাং কৌনবমই অমসুং চনুবাশিংবু ইব্রাংলোন হাযনা শৈথানৈ। অসুম্না য়েক য়েক্কী ওইবা চনুবাশিং অসিবু শৈথানবা অপুনবা মমিং অসিগী মথক্তা থৌদোক-ব্রাথোক খবদগী য়েক অমগী তোঙান তোঙানবা শাগৈশিংগী চনুবাশিংবু মশক তাকলকপদা তোঙান তোঙানবা মমিংসু শিজিন্নবমই। খুদম খবা লৌখৎচগে। ঙানবা শলাইগী চনুশিংবু শৈথাবদা ঙানুবোন হাযনা শৈথানৈ অদুবু তেকচা অহনবগী কাঙবুশিংগী চনুবাশিংবুনা ঙানুবোন নিংথৌ য়েন্দং চনু হাযনা খঙনৈ। খাইদেম চনুবুনা ঙানুবোন যাইবিলৈমা অমসুং পোংঙাম চনুবুনা ঙানুবোন খোইঙাইবা চনু হাযনা শৈথানৈ। শলাই অদুবু খঙনবা ঙানু হাযবা ব্রাতে অসিদি মমাংদা থমদুনা শলাই অদুবু মশক তাকই। অদুবু শাগৈ খবগী চনুবাশিংবু শৈথানবদনা মখোযগী শাগৈ অদু মশক তাকতবসু যাওই। খুদম ওইনা পীববদা লুব্রাং শলাইগী অবাম্বম শাগৈগী চনুবাশিংবু লম্বাসু / যোইকমলোন, মযেংবম চনুবু - যাওবৈবা চনু - অসুম্না কৌনবমই।[২৩]

অসুম্না য়েক-শলাই লৈত্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা লৈবাক অসিদা লৈবম্বা মীওই ফুকপশিংবু তোঙান তোঙান্না মমিং মথা কৌনবম্বগা লোযননা ফুকপশিং অদুগী মশাশিং খবদসু অসিগুম্বা মমিংশিং অসি পীনবমই। চৎনবী অসি য়েক শলাইগী চৎনবী লাক্লবা ফাওবা চথবক্তুনা যাম্না থেংবা মতম ফাওবা চৎনবম্বগী প্রমান ফংই।□

### অনীশুবা পারা

## য়েক ৭ পোক্লকখিবগী তোঙান তোঙানবা মতশিং ঃ

মৈতৈগী য়েক ৭ পোক্লক-শাৎলকপা অমসুং ওইবকখিবা অসি মৈতৈগী পুযাশিংদা লাই-তিনগী ৱা ওইনা অযাম্বনা উৎলি। মখল মথেলগী পুযা কযামুক্লা য়েক ৭ অসি হৌবকখিবগী ৱাফম নৈনবমই অমসুং তোঙান তোঙানবা মতসু ফংই। অদুনা পুয়াশিং অসি ক্রোস একজামিনেসন তৌদুনা নৌহৌননা থিজিনবা তঙাইফদে। মৈতৈগী পুযা শুবশিংগী মতুংইন্নদি য়েক-শলাই পুম্নমক অসি মপা মমা অমদগী হাযবদি যাইবিবেন সিদবা (তাইবং পানবগী মপু) মহাক্কী চাদা নাওদা, শলাই-শখাই ঙাক্তনি হাযনৈ। মত অসিগী মতুংইন্না সবাবেন (সোবাবেন) কৌবা অমনা-মচা মাপল পোকই, মখোয় পুম্নমক যুম অচৌবা কা-মাপল লৈবা অমদা পুন্না লৈমিন্নদুনা ফিজেৎ-চাকচা, লোন অমতা ওইনা লৈমিন্নবম্বদগী খাযদোক্লখিদুনা শলাই মাপল ওইখি। হাযবিবা অসি নত্তে হাযবা মী অদো পোক্লবদৌবনে।[১] অবোইবগী ৱাহৈ অসিমক্সু নুংগী ওইবা অর্থা অমা লৈবে তাকচবি। শলাইদি মাপল খক্তা নত্তে, মাপল অসিদি মখোয় মশেল অফবা মবি লৈনবা মতিক মগুন লৈবা মাপলখক খঙ্গৎতুনা কোসমোগোনিদা যুম্ফম ওইবগা শেমগৎপা থিওবিনি। যুম অচৌবা কা মাপল লৈবা অমদা পুন্না লৈমিন্নবমই হাযবা মত অসিমকসু ওইথোকপা যাবোই। যুমজাও কা মাপল হাযবদি খুপুনচীংগী চীংশা ফৈদোম মাপলবু খঙনৈ। চীং অসিদা পুৱাবীগী তাঙ্কক অমদা শলাই -৯ লৈবমই থাজনৈ। অদুবু খুম্হোকলোনগী পুযাশিংগী ৱাফম মতুং ইন্নদি শলাইশিং অসিনা খুম্হোবকপদগী মথং মথং মফম কযাদা খুন্দাবমই হাযনা উৎলি। ফিজেৎ-চাকচাসু অমগা অমগা মান্নবমদবগী মওং ফংই। তোঙান তোঙানবা ফুরুপ মবি লৈবম্না অমসুং ফিজেৎ চকচা মবি লৈবম্না

থেংনৈ। মখোয়শিং অদুদি - লোল্লৈ, তুপুন,মৈমুতোনশোম, শমপ্রেৎ অসিনচিংবনি। নুপানা শম পুনবগী মওংসু-লৱাইদা পুনবা অমসুং লুতুংদা পুনবা মওং অসি চৎনবমই। নুপীশিংগী শমকক মওংদি সাওথ ইষ্ট এসিয়াগী লৈবাক খুদিংমক ইমান মান্নরম্বা থেংনৈ অদুগা লোযননা অঙনবা মতমদা মখোয় খুদিংমক মনিং মখা তম্না লৈবাক অসিগী মচি মচিদা পাল্লমই। নিংথৌজা শলাইনা পুম্নমক অসিবু তপ্না তপ্না মখোয়গী খুদুম মখাদা পুবক্তুনা খৃঃগী চহিচা ১৫ শুবদা অপুনবা মৈতৈ লৈবাক অমা ওইবকখি। অসুম্না অপুনবা লৈবাক অমা ওইবকপগা লোযনন' অপুনবা শক্তম অমা শাগৎনবগী খোংথাংদা য়েক শলাইগী হৌবকফম অসি নৌহৌননা শেমদোক্তুনা অযিবগী কলম মচিন থৈখিবা ওইগনি। অদুবু মখোযনা খুৎ থাবা ফংহৌদবা পুযা কযাদা অচুম্বা শক্তম অদু মযেক শেংনা উবা ফংলি।

য়েক শলাইগী হৌবকফম থিওবি মখল মথেলনি। অযাম্বনা প্রমান পাহ্নে ওইনা পী। অদুবু মত খবদি শলাই অদুগী পুকোক নুপা নৎত্রগা নুপী অদুগী মমিং পীবসু লৈ। মত খবনা শলাইগী মচু ওইনা উৎলি। থিওবি খবদদি শলাই অদুগী মীওই ফুকপ হাযবদি ইথনিক ত্রাইব অদু মশক তাক্তুনা পীবসু কযানি। পুযা খবদনা শলাই মযাম অসিগী হৌবকফম শাৎলকফম মপুং ফাদবা মচেৎ-মকাই ওইনা শলাই অমা অনীগী হৌবকফম খক্তা পীবসু যাওই। মত খুদিংমক্কী কান্নবা অমসুং অর্থা অমমম লৈ। অদুনা কুপ্না খন্ন-নৈনদুনা লোজিকেল ওইবা সভ্য জগৎনা যাগদবা থিওবি অমা ওইহনবা দবকাব ওই। মসিগী মথক্তা পীবল্লিবা পুকোকশিং অসি কবস্বা মতমগী পুকোক্লো, শলাই অদুগী অশেংবা পুকোক্লা নৎত্রগা পোলিটিকেল লিদব ওইনা চংলকপদগী পুকোক ওইবব্রা খঙদোক্র বা পুৱাবী লাতমশিং নৈনবা তঙাই ফদে। খুদম অমতং নৈনববদা পোইবৈতোন্না খুমন লুৱাংগী পুকোক ওইনা পুযা কযামুক্তা পীবা থেংনৈ। অদুবু পোইবৈতোনদি নোংদা লাইবেনগী মতমদা (খৃঃ গী চহীচা) লৈবাক অসিদা খুম্লোবকখিবা মীওইনি হাযবা ৱাফম অসি মযাম্না যানববা অমনি। পোইবৈতোন্না লাক্রিঙৈদা খুমন অমসুং লুৱাং শলাইশিং লৈবে। পোইবৈতোন্না নোংদা লাইবেনগা লান থেংনবা মতমদা শলাই অনি অসিনা মতেং পাংখি। ৱাফমশিং অসি লৈবনা পোইবৈতোন খাঙভুথক্কী পুকোক ওইগনি। শলাইশিং অসিগী অঙনবা মতমগী পুৱাবী হঙ্গৎনা যেংবা দবকাব ওই অমসুং মখোযগী হৌবকফম থিদোকপা দবকাব ওইবি।

**১। অহানবা মত ঃ (পুকোক পিবা)**

(ক) নোংপোক অবিবনা (নোংপোক অপানবা) নিংথেম (নিংথৌজা) পোকএ।

(খ) সোবাবেন নামুংবা (অমম্বা) অঙোম পোকএ।

(গ) কৌব্রুনা লুৱাং পোকএ।

(ঘ) খানা চাওবনা (ৱাংব্রেন) খুমন পোকএ।

(ঙ) চীংখৈনা (মার্জিং) খা ঙানবা পোকএ।

(চ) নোংচুপ অবিবনা সবাংলৈসাং পোকএ।

(ছ) থাংজিংনা মোইবাং পোকএ।[২]

**২। মবেন্থৌ পীবা মত ঃ**

(ক) লৈকক লযাবেন চনুদি লাইশ্রানে, নুমিৎ কোল্লে, নিংথেম পোকএ।

(খ) লাইযিবিদি- মহুমনুনে নোংলুম কোল্লে অঙোম পোকএ।

(গ) তুৱাইবীদি থোইনুনে, ইবোই কোল্লে, লুৱাং পোকএ।

(ঘ) মংৱাইবীদি তোলথাংনুনে, শমু কোল্লে, খুমন পোকএ।

(ঙ) লাংকাপিদি থবেলোংবম চনুনে, কৈ কোল্লে, খা-ঙানবা পোকএ।

(চ) লফুবিদি - মবৈনুনে, হামেং কোল্লে, খুযোম্প্রেম (চেংলৈ) পোকএ।

(ছ) শজিবিদি চিৎনুনে, শজিকোল্লে, মোইবাং পোকএ।[৩]

**৩। নুমিৎ অমসুং পোকশকশিংদা প্রমান তৌদুনা পীবা মত ঃ**

(ক) শজ্রিক কুকনা ইরাইবু কোন্দুনা লুৱাং পোকএ।

(খ) ইবাইনা যুমজকৈশবু শম্নদুনা - নিংথেম পোকএ। লুৱাংনা যোকএ।

(গ) যুমজকৈশনা - নিংথৌকাবগা তিন্নদুনা অঙোম পোকএ।

(ঘ) থাংজনা - লৈবাকপোকপবু নমহাদুনা- মোইবাং পোকএ।

(ঙ) শগোলশেলনা -লৈবাকপোকপবু য়িমদিন্নদুনা -সবাংলৈসাং পোকএ।

(চ) থাংজনা নোংমাইজিংবু নমহাদুনা খা-ঙানবা পোকএ।[৪]

থিওবি অসিদা খুমনগী ৱাফম যাওবমদে। থিওবি অসি কুপ্না থিজিনবা দবকাব ওই। মসিদা যেক শলাইশিং অসি ওইবকখিবগী অবোনবা কযা ফুমদুনা লৈবি।

**৪। অতিংকোক অমসুং তাউবিলোইনাইদগী যেক শলাই পুম্নমক পোক্লক-শাৎলকখিবগী থিওবি ঃ**

**(ক) নিংথৌজা ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্লা য়েনবা, লৈকক লযাবেন চনুনা পোকপা কোনচিন তুখোকপনা য়েনবা, লৈতেংলেন চনুনা পোকপা লৈশংলেন্না য়েনবা, লৈফুবেন চনুনা পোকপা, লৈতোংলেন্না য়েনবা, কোনফুলৈফু চনুনা পোকপা, লৈতংলেন অসাংবনা য়েনবা, লাইয়েক লাইখু চনুনা পোকপা, কোনসৌবেন্না য়েনবা লৈনুংযাবি য়াখু চনুনা পোকপা, সেন্ত্রেংনা য়েনপা, লাইস্রানা পোকপা পাখংবনা য়েনবা খুই পোকএ। নিংথৌজা য়েক ওই।

**(খ) অঙোম ঃ**

লাইয়েক লাইখু চনুনা পোকপা, কোনসৌবেন্না য়েনবা, খাকপা নিংথৌ চনুনা পোকপা, কুপত্রেংনা য়েনবা পুবৈবোম্বা পোকএ। অঙোম ওইএ।

**(গ) মোইরাং ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্লা য়েনবা, লৈনুংহিপোকপিনা পোকপা, অবংবনা য়েনবা, শচিপীনা পোকপা তুমাহাবনা য়েনবা, চিংনু লৈমনা পোকপা, নুংমুনা য়েনবা, লৈফুবেন চনুনা পোকপা, কুকমলেন মৈনাইবনা য়েনবা য়ুচেং পোকএ। মোইবাং ওইএ।

**(ঘ) চেংলৈ ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্লা য়েনবা, যাইবৈমনা পোকপা, অশংবনা য়েনবা, লাংকাপ্লীনা পোকপা, চাওবা মপান থাবনা য়েনবা, থোইনুনা পোকপা, চকমবিংবনা য়েনবা, লৈথমলেন্না পোকপা, তুমবিংবনা য়েনবা, লিবি লৈমনা পোকপা, মুংমবিংবনা য়েনবা খুম খুম নিংথৌ পোকএ। চেংলৈ ওইএ।

**(ঙ) খাবা ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্লা য়েনবা, হিবৈমনা পোকপা, অবেংবনা য়েনবা, মংৱাইবীনা পোকপা তাংমবিংবনা য়েনবা মহুমনুনা পোকপা, লৈশাতাওনা য়েনবা, হাইনু লৈমনা পোকপা, কোন্তৌনা য়েনবা, লৈপিবেন চনুনা পোকপা, তবং খোইনুচানা য়েনবা তাওবেন খাবা পোকএ। খাবা ওইএ।

**(চ) ঙানবা ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্লা য়েনবা, য়াইবৈমনা পোকপা,

অতোংবনা যেনবা, তুংব্রাইবীনা পোকপা, পামবিংবনা য়েনবা, মবৈনুনা পোকপা, লৈখোম তাওনা যেনবা, পিসিন্নুনা পোকপা, তুমলাঙানবনা য়েনবা, লৈচিক নিংথৌ চনুনা পোকপা কুকমলেন মৈনাইবনা য়েনবা, ঙানবা লৈচিক চিকপা পোকএ। ঙানবা ওইএ।

**(ছ) খুমন-লুৱাং ঃ**

তাউবিলোইনাইনা পোকপা, অতিংকোক্না যেনবা, যাইকুপ্পীনা পোকপা, অশিবনা যেনবা, লৈফোনঙম্বীনা পোকপা, অঙাইবনা যেনবা, থবেলোংবম চনু পোকপা, অকুপ্পনা যেনবা, চীনফুরোন চনুনা পোকপা, নোইযাই চাবি ওনবনা যেনবা, পীযাইনুনা পোকপা, নোংতম খুবনা য়েনবা পোইবৈতোন পোকএ। খুমন লুৱাং ওই ।[৫]

মথক্কী থিওবি অসি লানবা চুম্বগী ৱাফম তোঙান্না থমম্বগা মৈহৌববোন অসিদা মৈতৈগী যেক-শলাই পুম্নমক অসি অতিংকোক অমসুং তাউবিলোইনাই অনীগী চাদা-নাওদা ওইনা উৎনবা হোৎনবি। অমসুং মৈতৈ হাযবা ফুকপ অসি মপা মমা অমতগী হাযবদি অতিংকোক অমসুং তাউবিলোইনাগী মচা-মশু ওইনা উৎতুনা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনবগী মম্নি তাবি।

**(জ) যেক-শলাইগী মচু অমসুং ইথনিক ত্রাইব পিবা থিওরি ঃ**

(১) ইমুবাবনা লুৱাং পোকএ অং কৌএ।

(২) ইঙৌবাবনা খুমন পোকএ- বাং/ লাং কৌএ।

(৩) অশংবনা সবাং লৈসাং পোকএ হা। হুক। হুম কৌএ।

(৪) অন্নাংবনা মোইবাং পোকএ, তে তে । বাং কৌএ।

(৫) খোমানবনা খা-ঙানবা পোকএ, তে তে । বাং কৌএ

(৬) মেমানবনা অঙোম পোকএ, কুক।কুপ কৌএ।

(৭) অঙাংবনা নিংথেম পোকএ, তরংঙাং। য়েং কৌএ।[৬]

মথক্কী থিওবি অসিদা মৈতৈগী যেক-শলাইশিং অসি মখল মথেলগী ইথনিক ত্রাইব কয়াদগী ওইবকখিবা তশেংনা উৎলি। মৈতৈ পুযাশিংদা পীবিবা ত্রাইবশিং অসি সাউথ ইষ্ট এসিযাগী ত্রাইবশিং অসিগা চাংদম্নদুনা যেংবা দবকাব ওই। লুৱাং শলাইবু অঙনবা মতমদা নুংপাল হায়না খঙনৈ। নুংপাল

হাযবা ৱাহৈ অসি নুংদগী থৈথরকপা ওইগনি। নুং ত্রাইবশিংবু অনুং হাযনসু খঙনৈ। ৱাফম অসি লৈবনা লুৱাংগী ইথনিক ত্রাইব ওইনা পীবল্লিবা 'অং' অসি অনুংদগী থৈথবকপা ওইবা যাই। অতোপ্পা ৱাফম অমনা 'অং' অসি 'অংক' হাযনা খঙনবা ৱা ত্রাইব অদু ওইবসু যাই। অদুবু লুৱাং শলাইগা নুং ত্রাইবশিংগা য়াম্না মবি লৈনবা হাযবদি নাৎ অমসুং চৎনা লোনচৎনতা মান্নবা অমসুং নকশিন্নবা কযা লৈবতা নত্তনা লুৱাংবু অঙনবা মতমদা নুংপাল হাযনা কৌনবম্বনা নুং ত্রাইব ওইগদ্রা খল্লি। অসিগুম্বা মান্নবশিং অসিদগী অতোপ্পা যেক-শলাইশিং অসিসু মখ্যাগী ত্রাইবশিং অসি ওইবা যাই।

১। নিংথৌজা - ৱাং ত্রাইব

২। অঙোম - ৱাকুট

৩। লুৱাং - নুং

৪। সবাং লৈসাং - লিসু নৎত্রগা মিও

৫। খা-ঙানবা, খুমন অমসুং মোইবাং- পালুংবা নৎত্রগা খা কবাং।

অদুবু চপ চাবা ৱাফমদি সোসিযেল এন্থ্রোপোলোজিশিংগী মতেং লৌদুনা কুপশিন্না থিজিনখিবা চংই। ওইবা যাবা পোবম অমা যাৎলম্বগী ৱাফমতনি।

(ঝ) অতোপ্পা থিওবি অমগী মতুং ইন্না ফুকপ অসিগী পুৱাবীগী শৈহৌদা মীওই নৎত্রগা ইথনিক ত্রাইব মঙা লৈবমই। মখোযশিং অদুদি তিনলিবেন, লাইযিবেন, খাযিবেন, লিনতাওবেন অমসুং তাউবোইনাই। মঙা অসিবু লাইবেন লোন পীনাইদবা মঙা হাযনা খঙনৈ। মত অসিগী মতুং ইন্না তিনলিরেন্না তিন ফুকপ পোকই। লাইযিবেন্না লাই পোকই। খাযিবেন্না খাকপা বোন পোকই। লিনতাওবেন্না - কাংববোন পোকই অমসুং তাউবোইনাইদি নুমিৎনে লাইবুংথৌ মাপল পোক্তুনা শাগৈ-শলাই অয়াম্বা শন্দোকখি।'

(ঞ) যেক-শলাইগী হৌবকফমগী ৱাফম অসি শলাই শলাইশিংগী অপোকপা খুকুম্বগী ঈবাৎ থৌনিগী লাইবিকশিং অসিদসু মযেক শেংনা পীবি। শলাই খুদিংমক্কী ৱাফম লোযনা পীবদি খবা চাওমনগদবনা খুদম অমা অনীদং থমজগে।

**নিংথৌজা ঃ-**

| | | |
|---|---|---|
| পোকপা নুমিৎ | - | শগোলশেল, নুমিৎ যুংবা মতম |
| থা | - | ইঙাগী ১৫ নি পানবা |

| | | |
|---|---|---|
| থৱানমিচাক | - | থাবা |
| মাইযোন | - | নোংপোক |
| ফিবোই ফিচু | - | পসোৎ |
| ঈশিং | - | নুংচেং |
| নাহেবা | - | তাইবেন |
| লৈ | - | থম্বাল অঙাংবা |
| হৈ | - | থমচেৎ |
| শিঙ | - | শযি |
| লা | - | চংবীলা |
| থাং | - | চাকমোম থাং |
| মচু | - | অঙাংবা |
| মৈ | - | মৈযৈ |
| * লাই কছা | - | পাখং যোইবেনবা (নোংপোক অবিবা) |
| * লাই ইপুথৌ | - | সেনতবেং |
| * মিংখৈ | - | তীলঙাংলেন সেন্তবেং লৈহিংচি । |
| * যিগী মিংখৈ | - | তবংঙাং/যেং |

২। **অঙোম ঃ-**

| | | |
|---|---|---|
| নুমিৎ | - | নিংথৌকাবা |
| থা | - | ইঙেনগী ১২ নি পানবা |
| থৱানমিচাক | - | শজিক |
| ঈশিং | - | কোংবা মৈবোংবা |
| লৈ | - | থবো অঙাংবা |
| হৈ | - | হৈবা |
| শিং | - | উপল |
| লা | - | লাকোই |
| লাইথাং | - | পুকক |
| মচু | - | অঙৌবা |
| মাইওন | - | অৱাং |
| যিবোই মচ | - | পসোৎ অঙৌবা |

| | | |
|---|---|---|
| মতম | - | অয়ুক য়ুথক |
| নাহৈবা | - | তাইরেন |
| লাই কছা | - | নোংথৌ সোবাবেন |
| লাই ইপুথৌ | - | কুপত্রেং |
| যিগী মিংখৈ | - | কুপ/কুট |
| মিংখৈ | - | কুক কুপত্রেং হিংচি ।[৮] |

মথক্তা থেংনবিবিবা নিংথৌজা অমসুং অঙোম যেক অনি অসিগী অপোকপা খুকম্বগী মবম পীবিবা অসিদা যেক অনী অসিগী পুকোকশিং পীবতা নত্তনা শলাইশিং অসিগী মপুং ওইবা ইথনিক ত্রাইব (যিগী মিংখৈ)শিংসু মযেক শেংনা পীবি। অসুম্না অতোপ্পা যেক-শলাইশিংগী ব্রাফমসু মযেক শেংনা ইবম্বনা মৈতৈগী যেক শলাইশিং অসি তোঙান তোঙানবা ইথনিক ত্রাইব কযাদগী হৌবর্কখিবা ওইখিবনি হাযবদা থোইদোক্লা লাল্লোই। মপুং ওইবা ত্রাইব অদুদা অতোপ্পা ত্রাইব কয়া তিনশিন্দুনা অমসুং হাপচিন্দুনা যেক অমা শেম্লকখি। মসিগী অকপ্পা ব্রাবোল মখাদা নৈনবকখিগনি।

---

## অহুমশুবা পারা

# য়েক ৭ শেল্লকপা অমসুং মখোয়দা য়াওরিবা ফুরুপশিং ঃ

যেক তবেৎ অসি শেন্নকখিবগী ব্রাবী নৎত্রগা থাজনবী মৈতৈগী পুযাদা তোঙান তোঙানবা মত লৈ। অদুনা পুযাশিং অসি অমগা অমগা চাংদম্নদুনা অকুপ্পা মিৎযেং অমা থম্বা তঙাইফদে। ঐখোযনা মথক্তা থেংনখ্রে, ঈ তিন্নবা নৎত্রগা পু-তিন্নবা ফুরুপ মখৈ পুনশিন্নদুনা যেক অমা শেমগৎলকই। অদুবু মসিগী ওন্না তৈনবদা যেক তবেৎ অসি শেল্লকপদা ঈ তিন্নবা ফুরুপ অসিগী মথক্তা অতোপ্পা শলাইশিংগী মীওই কযা ফুরুপ ওইনা নৎত্রগা লনাই ওইনা অমসুং মপানগী মীওই কযা যেক অমদা যাওবি। মখোযশিং অসি যেক অদুগী মশাশিং অমসুং শাগৈশিং অদুগী হৌবকফম অমসুং মখোযনা মতৌ কবম্না যেক অদুদা তিনখিবনো হাযবগী পুব্রাবীশিং পুথোকপদা ইবাই লাইনা খঙবা ঙমগনি। অসুম্না যেক অমা শেমগৎলকপদা শলাইশিং অমগা অমগা ঈ তিন্নবকখিবদতা নত্তনা মপান্দগী চংলকপা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমগী মীওই কযাসু যাওখিদবা নত্তে, অদুবু মখোয খবদি যেক অদুদা পুবা তিনশিনবগী মহুত্তা অযিনবা হাযনা লৈবমই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা চীংমী কযাসু খুঃগী অথেংবা চহিচাশিংদা পাকতক্লনা নৎত্রগা লনাই ওইনা তোঙান তোঙানবা যেকশিংদা তিনখিবসু কোঙ্গাইনি।

মতম অমদা নিংথৌনা মনিপুবগী মফম কযাদা থনম্বা কৈ শিং অসিদা থবক তৌহল্লম্বা, কৈবোই হাযনা খঙনবা মীওইশিং অসি নিংথৌবোন কয়াগী হাক্তক্তা ইমানসিপেসন তৌবিদুনা মৈতৈ ওলহনখি। খুদম ওইনা পীববদা কোইবেঙ্গৈদা লৈবা কৈবোইশিংদি কোইবেং জাতিনে, মখোয় অসি গবিবনিব্রাজগী (মযাং ভম্বা) হাক্তক্তা কৈ ওইবগী মখৌ মঙম কোকপিদুনা

মৈতৈ ওলহনখি। মতৌ অসিগুম্না কৈবোই পুম্নমক হৌজিক্তি মৈতৈ ওন্দুনা মৈতৈ সমাজদা তিনখ্রে। কৈবোইদা নত্তনা ফুঙ্গা নাই, লাই মনাই, নিংথৌনাই, লৈমা নাই পুম্নমক অসিসু খৃঃ ১৮৯২ দগী বৃটিশ সাসন লাক্কুনা চৎনবী অসি মুথৎতুনা মৈতৈ সমাজদা তিনখি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি মখোয় মখোয়না খুন্দা লৈতাবিবা মফম (খুন) অদুদগী অতোপ্পা মফমদা হোংবা যাবমদবনা ইবাই লাইনা মশক খঙবা তাকপা ঙম্নবমই। অদুবু অথিংবা অসি লৈখিদবগা লোযননা কনানা কনানো মশক তাকপা লুনা থোক্রে। হৌজিক থেংনবিবা অনৌবা যাওল অমনা মতম অমদা নাইগীশিংদা চল্লম্বা নিংথৌনাই, লৈমা নাই অমসুং লাই মনাই ওইবম্বা বিষ্ণুপিয়াশিং অসিনা মখোযনা অবিবা নৎত্রগা অশেংবা মৈতৈনি হায়বা ৱাফম পুখৎলক্লি।

মথক্কী নৈনবোলশিং অসিদগী লৌবা য়াবদি য়েক অমা শেমগৎলকপদা মপুং ওইবা শলাই অমদা তোঙান তোঙানবা ঈ কয়া তিনশিন্দুনা শেম্নকখি ওইরকখি। মসিগী প্রমান য়েক তবেৎ অসিদা করম কবম্না ঈ যাওরিবগে য়েংসি।

**নিংথৌজা ঃ**

নিংথৌজা য়েক অসিবু হৌদোকপিবকপা পুকোক অসি নোংপোক অবিবনি। অদুনা নিংথৌজা য়েক অসি মহাক্কী চাদা নাওদা ওইবা তাবনি। ৱাফম অসি লৈবনা নোংপোক অবিববু লাই কসা হায়না কৌনৈ।[১]নোংদা লাইবেন পাখংববু পোকই লৌনবিবা সেন্ত্রেংবুনা লাই ইপুথৌ হায়না শৈথানৈ। নোংদা লাইবেনবুনা যুমদাবা লাই ওইবা থমনৈ। য়িগী মিংথৈ হাযবদি শলাই অসিবু ওইরিবা মপুং ওইবা ত্রাইবনা তরংঙাং নৎত্রগা য়েং হাযনা পীবি। নিংথৌজা শলাইবু অঙনবা মতমদা 'ৱাং' হায়না খঙনবমই, চনুবাশিংবু ৱাংঙমলোন হায়না শৈথানৈ। ওইবা য়াবা ত্রাইবনা ইন্দো চাইনা মিও নৎত্রগা ৱাং ত্রাইবনি। অসুম্না মপুং ওইবা ত্রাইব অসিদা তোঙান তোঙানবা শলাইশিংগী মীওই কয়ামুক তিনশিন্দুনা য়েক অসি শেম্নকখি। য়েক অসিদা য়াওবিবা অতোপ্পা ফুকপকী মীওইশিংদি (১) কাংহুজম, (২) মঙাং মচেৎ অমা, (৩) হাওখা লোকখা মচেৎ অমা, (৪) অঙোম মচেৎ অমা, (৫) খুমন মচেৎ অমা অমসুং (৬) লুৱাং মচেৎ অমা। খৃঃগী নিপানশুবা চহিচাদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংগী মতমদা কাংহুজম শলাই অসি অদুঙৈ নোংদা লাইবেনগী

মতমদা পাংখিবা মতেং অদুগী লমন ওইনা নিংথৌজা অবিবনে হায়বিদুনা নিংথৌজা যেক্তা তিনশিনবিখি। মখোয়গী চাদানা কাংহুজম, খুবাইজম য়ুম্নাকশিং ওইবি। নিংথৌজা তিল্লু য়াদবা কাংহুজম য়ুম্নাক তরেৎতি অবোং ইন্দুনা অবোং ওইখ্রে।[২]

মতৌ অসিগুম্না মঙাং নিংথৌ কোনখুচাবু নাওথিংখোংনা মাইথিবা পীদুনা মঙাং শলাই মুথৎখি। শলাই অসিগী মচেৎ অমা নিংথৌজাদা তিনখি।[৩]

খৃঃ গী অহুমশুবা চহিচাদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ য়োইমোংবনা তুতেং খোংদেংবা চৎপদা ককযেন মীঙন্বা থেংনদুনা লান তৌনবদা শিকবে খনবদগী হিঙ্গৎলক্লবদা মহাকপু কনবিবনে খনবা হাওখা লোকখা মচেৎ অমা পুবক্তুনা নিংথৌজা যেক্তা তিনশিনবিখি। হাওখা-লোকখা অসি চকপা অমসুং অবোংনে[৪] মখোযশিং অসি কবি কবি য়ুম্নাক ওইবি হাযবগী বেকোর্দতি ফংদে।

মান্দোমগী চাদা নাওদা- লুৱাং ফান্তেকলোনগী মচেৎ অমসু নিংথৌজা ইন্দুনা লাইতোঞ্জম শাগে ওইদুনা নিংথৌজাদা য়াওবি। মতৌ অসিগুম্না খুমন মচেৎ অমসু নিংথৌজা ইন্দুনা মোইচেম যুমনাক ওইদুনা লৈবি। যেক অসিগী থোইদোকপা মশা লৈতে। অদুবু পনবা যাবদি নোংদা লাইবেন পাখংবনা খাবা ফান্তোংবগা য়েংথিনদুনা খাবগী মখুত্তা মাইথিবা ফংদুনা মোইবাংদা মতম খবা শৈদাংদুনা লৈবিঙৈদা যুনম কৌবী ইবেম্মগা হে -ৱাইনদুনা মচা নুপা অনি, মুংযাংচাওবগা, তাক্রুনুমিবগা পোকই। মখোই অনিমক মোইরাং অবিবা শলাই ইন্দুনা মুংযাংজম অমসুং লোইবেঞ্জম য়ুম্নাক ওইদুনা লৈখি। নিংথৌজানা অঙনবা মতমদগী পানখিবা মফমদি কংলৈ লমহন্দনি।

**অঙোম ঃ**

অঙোম য়েক্কী হৌবকফম অসি চয়েৎনবা কযা লৈ। মৈহৌববোনগী লাইবিক অযাম্বদি ফুকপ অসি নিংথৌ তবিনা লৈমা কাংখল পান্নদুনা পোকপা মচা পুবৈবোম্বগী চাদা নাওদা ওইনা উৎলি। অদুবু লাইরিক খরদনা কুপত্রেংনা পুরৈবোম্বা পোকই হাযনা পীবি। নিংথৌ তাবিগা কুপত্রেংগা অনী অসি অমতা ওইবোই। মৈহৌবোন থিরেন্দা শলাই অসিগী লাই কসা অসি সোবারেন নামুংবা কৌই হায়না পীবি, অঙোম লোন্দনা অঙোমগী পুকোক অসি খাকপা পুবৈবোম্বা হায়না উৎলি। কংলা নোংলৈযাংদা পীবিবনা - লাই কসানা নোংথৌ

সোরারেন, লাই ইপুথৌনা কুপত্রেং অমসুং য়িগী মিংথৈনা কুপ নৎত্রগা কুক।[৫] খুন্দারোল উৎপা লাইরিকশিংদা পীবিবা মতনা অঙোম শলাই অসি লাংবা চক্কী অহৌবদা চংলক্তুনা নোংপাল কৌবা অমনা মখোয় মবি হাযবদি নোংতারু, নোংখলয়াং, লিনতাংসাং অমসুং লিতাসাং লোয়নবক্তুনা খা-খোংদা (কোংবা মরু) পাল্লমই। মখোয় অসিবু অঙোমলোন পিনাইদবা হাযনা শৈথানে। মথক্কী ব্রাফম অসি লৈহৌ নাওফমলোন কৌবা পুয়ানসু শৌগৎতুনা অঙোম শলাই অসি নোংপাল কৌবা মীওই অমদগী হৌদোবকপা ওইনা উৎলি।[৬]

অঙোম শলাইবু অঙনবা মতমদা নোংপাল হায়না কৌনবমই। মখোয়গী পুকোক ওইবিবা নোংপালগী মমিং লৌদুনা কৌখিবা ওইগনি। ব্রাফম অসি লৈবনা তাবিগী মচা পুবৈবোম্বা অসি অঙোমগী অশেংবা পুকোক ওইবগী মহুৎতা পোলিটিকেল লিদব ওইদুনা অঙোম শলাইগী পুকোক ওইনা লৌনখিবা ওইগনি। পোইবৈতোন্না খুমন লুব্রাংগী পুকোক ওইরবগুম্বনি। অপোক লোন্দা পীবিবা অঙোমগী মৈহৌববোন :-

| | | |
|---|---|---|
| লাই কসা | - | সোবাবেন নামুংবা |
| লাই ইপুথৌ | - | কুপত্রেং |
| পুকোক | - | পুরৈবোম্বা (চীংব্রাংলক্কী পুবৈবোম্বা) |
| য়ি/ঙি | - | কুপ/কুক/কুত |
| ওইবা যাবা ত্রাইব | - | তাই/ব্রাকুত |

মথক্তসু পনখ্রে, অঙোম শলাই অসি নোংপাল কৌবা অমনা মখোয মবি (পিনাইদবা) লোযনবক্তুনা শলাই অসি হৌদোবকখি। নোংপালগী মচা অহল অঙৌনা অঙোম হাযনা লেপহৌই। ফুকপ অসিনা মপূং ওইবগা তাবিগী মচা পুবৈবোম্বা চংলক্তুনা অঙোম শলাইগী পুকোক ওইবদুনা অঙোম শলাই পাকথোক চাওথোক্লকখি। অসুম্না খুযোঙ্ছেম, শেলোই লংমাই, মন্তিং মোবা অসিনচিংবা কযা অঙোমদা তিনশিনখি। মসিগী মথক্তা খুমন মচেৎ অমা, খাবা মচেৎ অমা, চকপা মচেৎ খবসু অঙোমদা নপচবদুনা অঙোম যেক শেমগৎকখি।

অঙোম য়েক্কী মশা কযাসু লৈ। মখোযশিং অদুদি :- (১) খুয়োঙ্ছেম, (২) কোংপম, (৩) লুব্রোংজম, (৪) লেবা খোংনাং, (৫) নিঙোন লাইতোন (ফান্তেকলোন) (৬) হিতম, (৭) শেলোই লাংমাই অসিনচিংবনি। মখোযশিং অসি ব্রাফম মথং মথং নৈনদুনা য়েংসি।

১। **খুযোঙ্খেম ঃ-**

ফুরুপ অসি অঙোম শলাইগী মশা ওইনা লৌনববসু য়েক অসিগা ঈ মবি লৈনদবগী প্রমান ফংই। খুয়োঙ্খেমগী মৈহৌববোন তোঙান্না লৈজে। ফুরুপ অসিগী মৈহৌববোন নৈনবকপদা সবাং-লৈসাংথেম লোনগী 'ক' কৌবা অমনা সুমলৈমা পান্নদুনা নুংকাবেং নোংতাসাংবগা খাকপগা অনি পোকই। খাকপগী মমিং খাকপা নিংথৌ যোইবেনবা হায়নসু খংনৈ। মহাক্না খুয়োঙ্খেমগী পুকোক ওইখি হায়না পীরি।[৭] অদুনা মখোয়গা অঙোমগা ঈ মবি লৈনদে। অঙোমদা তিন্দুনা মখোযগী চাদা নাওদানা খুয়োঙ্খেম, মুংখাম, পুতোঞ্জম, কিযাম, সাংদোনজম, য়ুম্নাকশিং ওইবি।[৮]

* **কোংপম ঃ-**

লোন অসি অঙোমদগী খাইখিবা অঙোমগী মশা অমনি। অঙৌবা ওংতৈ খুন্দাবগী চাদা নাওদানা কোংপমলোন ওইখি।[৯]

* **লুব্রোংজম (লুব্রাংজম)**

পুবৈবোম্বনা পুরাং কৌনা হাওনিংশংখোম্বী তোংবাইদুনা লোয়াদা হাথবদি হঙ্গেললোংনা থাবনে। মাগী চাদানা লোংজম অমসুং ব্রাংখেম য়ুম্নাকশিং ওইবি। লৌনা লৈনবদা অকাযবা খবা লৈবদগী অঙোম যেক্তা লোন অসি তোঙান্না থমই।[১০]

* **ফান্তেক (নিঙোন - লাইতোন)**

**লিক্লাবিচা নোংজংনুবু** সোরারেন্না (পুবৈবোম্বা) তোংবাইদুনা খোইদোম, মান্দোম অনি পোকই। খোইদোমগী চাদানা অঙোমদা তিন্দুনা ফান্তেক লোন ওইখি। মহাক্কী চাদানা কশোংহন, নিংঙোন যাইম্বা অমসুং নিংঙোন অতোনবা অহুম ওই। কশোংহনগী চাদানা কম্বাম অমসুং অকোইজম য়ুম্নাকশিং ওইরি। নিংঙোন য়াইম্বগী চাদানা নিংঙোম্বম ওইবি। নিংঙোন অতোনবগী চাদানা লাইতোঞ্জম, হুইবেম, অযেকপম অসিনচিংবা য়ুম্নাকশিং ওইরি। নিংঙোন য়াইম্বা অমসুং নিঙোন অতোনবগী কাঙলুপ্পু নিঙোন - লাইতোন হায়নসু খংনৈ।

* লেবা খোংনাং ঃ- মান্দোমগী চাদানা লেবা খোংনাং ওইবি।

* অব্রোং ঃ- শলাই অসিসু অঙোমগী ঈনি। খোইদোম, মান্দোম মচিন

মনাও অনীগী চাদা নাওদা ওইবা শাগে খবা হায়বদি নিংঙোম্বম, লাইতোঞ্জম, কম্বাম, অকোইজম, অসিনচিংবাশিংবু অরোং হায়না খঙনৈ।[১১] লোন সিদা হাওখা লোকখা (চকপা) মচেৎ অমা অমসুং কাংহুজম য়ুমনাক তবেৎসু তিন্দুনা লৈবি।

মখোয়গী চাদানা নুংসাং খোংনাং, লমপুই, কসোম চীংমীশিং (তাংখুন) ওইখি।[১২] মচেৎ অমনা অঙোমদা তিল্লখি। মখোয়গী চাদানা খোংয়াংবম (খোংনাম) সোইবম, সম্বলদুরাম, য়ুমনাকশিং ওইবি।[১৩]

হিতম ঃ-

পুবৈবোম্বনা পিথেৎলৈমা পান্নদুনা খাংঅহনবা, খাংয়েং য়াইমবা অমসুং খমনুং ইব্রাইথং অহুম পোকই। খাং অহনবনা লাংমাইথেম ওইখি। খাং যাইম্বানা হিতম ওইখি। খমনুং ইব্রাইথংনা অঙোমগী ফম্বাল লেপহৌই। মহাক্কী চাদানা অঙোম য়ুমলেন ওইবি।[১৪]

**সেলোই লাংমাই ঃ**

ঐখোযনা মথক্তা হিতমলোন নৈনবদা পুবৈবোম্বগী মচা অহল খাং-অহলবনা লাংমাইথেম ওই হাযনা থেংনখ্রে। শেলোই লাংমাইদা লৈরম্বা অবিবা অঙোম মচেৎ অসিবু লাংমাইথেম হায়না খঙনৈ। অদুবু লাংমাইথেম অসি অশেংবা অঙোমলা নৎত্রগা খাং অহনবনা পোলিটিকেল লিদব ওইদুনা ফুরুপ অসি অঙোমদা তিনখিব্রা নৈনবা য়াই। লাংবাচক্কী অবোইবদা পুবৈবোম্বগা লুব্রাং লাংমাইবগা নুংগোইবীগী লাইফম মুন্নবকপদা লুব্রাং-লাংমাইবগী মিচং চংখিবা নোংমাইচীং তাবা সেলোই-লাংমাইবু পুবৈবোম্বনা তুম্মা হাৎলমই। হিংহৌবা খবা অদুবু লংমাইথেম হাযনা খঙনদুনা অঙোমদা তিনখি।[১৫]

নোংমাইজিং চীংবু তবং চীং কৌনবিঙে হযিচক্কী অহৌবদা এং এং পাই হায়না খংনবা ফুকপ অমনা তাবমই। মখোয়না তাবা (পাল্লবা) চীংনি হায়দুনা তবং চীং হাযনা কৌনবমই। ফুকপ অসি পাই-লাং ত্রাইব ওইবা য়াই। লাং হাযবা মমিং অসিদগী লৌদুনা লাংমাইচীং হায়না খঙনখিবা কৌনখিবা ওইগনি। লাংমাইদগী থৈথবক্তুনা নোংমাই ওইবকখি, অসুম্মা চীং অসিগী মমিংসু লাংমাইচীং ওইবকখি। হিষ্টোবিকেল বেকগ্রাউন্দ অসিগী মথক্তা সেলোই-লংমাইশিংগা খাবাশিংগা ঈ মবি লৈনৈ। ব্রাফমশিং অসি লৈবনা সেলোই

লংমাই ফুরুপ অসি অঙোম ঈ ওইবগী মহুত্তা অঙোমদা তিনখিবা নৎত্রগা অঙোম্না খোপচিনখিবা কাঙলুপ অমনি।

অঙোম য়েক অসি তোঙান তোঙানবা শলাই নৎত্রগা ত্রাইব কয়ানা মপূং ওইবা শলাই অমদা পুন্সিন্দুনা শেমগৎলকই হায়বসিদি অবানবা ওইবোই। অদুবু হৌজিক নৈননিংঙাই ওইবিবা ব্রাফমদি মপুং ওইবা শলাই নৎত্রগা ফুরুপ অসি করি ওইবম্না য়াই অসিনি। স্কোলাব কয়ামুক্কী মত্তা অঙোম য়েক অসি তাই ওইবম্না য়াই পীনৈ। ব্রাফম অসি কয়া য়াম্না চুম্না য়াই নৈনদুনা য়েংবা য়াই। মৈতৈগী পুয়াশিংদা পীরম্লিবা অঙোম য়েক্কী ইথনিক ত্রাইব (যি) অসি কুপ। কুক। কুত অসিনি। কুপ অমসুং কুক হায়না খঙনবা ইথনিক ত্রাইব ফংদে। অদুনা কুত অসিনা অচুম্বা বনান ওইগনি। কেনতুংদা লৈবা ব্রা ত্রাইবকী মশা অমবু ব্রা কুত হায়না খংনৈ।[১৬] ফুরুপ অসি খুনতাইশিংনা লোইচন্দুনা তাইসিংগী চংনা লোনচৎ অমসুং লাইনিং লিচৎ চৎপা কাঙবুনি। ব্রাফম অসি লৈবনা ফুরুপ অসিবু তাইলোই / তাইলাই হায়নসু খঙনৈ। অদুনা মপালগী মিৎয়েংদা ফুরুপ অসি তাই ওইনা লৌনৈ। অদুবু থাঙ্গে শেংবদি মখোয অসি ব্রাকুতশিংনি।

অঙোম য়েক অসিগা মনিপুরদা খুন্দাবিবা চীংমী কযাগসু নক্লবা মবি লৈনবম্বগী খুদম অমসুং ব্রাবী ব্রাখোং ফংই। তাংখুন অমসুং থঙ্গাল চীংমীশিংগা অঙোম য়েক্কা পাবি পুবি তিন্নবকপগী ব্রাফম অঙোম খোংহৌ খোইবাদা উৎলি। অসিদা নত্তনা অঙোমদগী চৎখ্রগা চীংমী ওনখিবা কযাসু লৈতবা নত্তে। মান্দোমগী চাদা নাওদাশিংনা নুংসাং, খোংনাং, লম্বুই, কসোম, তেবা (তোবা), লাইসোৎ অসিনচিংবা তাংখুন চীংমী কযা ওইখি হাযবগী ব্রাফম মথক্তসু থেংনখ্রে। যেক অসিদা খুমনগী কাউবী কৌবা অমসু তিন্নখি।[১৭] খাবা মচেৎ অমসু অঙোমদা নপচদুনা লৈবি। মৈদিংঙু নাওফংবনা খাবা তুম্না হাৎলক্লবদা খাবা মচেৎ অমা অঙোমদা তিনখি।[১৮] অঙনবা মতমদা লৈবাক অসিদা তাবম্বা মান্তিং মোবা হাযনা খঙনবা ফুরুপ অদুসু অঙোমদা তিন্দুনা মন্তিংবম অমসুং অঙোমজাম্বম য়ুম্নাকশিং ওইবি।

নৈনবোল অসিদগী ব্রাবোই ওইনা পুবকপা য়াবদি অঙোম য়েক শেমলিবা মপুং ওইবা ইথনিক ত্রাইব অসি ব্রাকতু ওইগনি। ফুরুপ অসিবু নিংথৌ তাবিগী মচা পুবৈবোম্বনা মহাক্কী খুদুম মখাদা পুবক্তুনা ফুরুপ (অঙোমগী) অসিগী পুকোক ওইবখি। য়েক অসি শেমগৎলকপদা পুব্রাবীগী তাংকক কযাদা তোঙান

তোঙানবা শলাইশিংগী মীওই কয়া লনাই ওইনা নৎত্রগা ফুকপ ওইনা তিনশিন্দুনা য়েক অসি শেন্নকখি। লাংবচক্কী শৈহৌদগী খৃঃ গী তককশুবা চহি চা ফাওবা মশা মরেং কয়া শন্দোক্কুনা মনিং তম্না পাল্লমই।

শলাই অসিনা ইহান হান্না পাল্লম্না মফমদি খা-খোং মক হায়বদি কোংবা মকুদনি। অদুবু নোংপালগা লোয়নবকপা মখোয় মবি অদুনা পাল্লম্না মফমদি নোংতাকনা খোইপুং, নোংতাযাংনা চাকশঙ, লিমতাংসাংনা ইনলুম অমসুং লিতাসাংনা খাঙপক্তা চোইনা চোইনা তাবমই। পুৱাবীগী তাঙ্কক তাঙ্ককশিংদা অঙোমশিং তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দা লৈতাবম্নগী ৱাফম ফংই। ফুরুপ অসি লাংবচক্কী অহৌবদা পাল্লম্নগা অমুক থুপচিনখিদুনা লাংবা চক্কী অবোইদা অমুক থোবক্তুনা নোংমাইচীং চীংদা লৈবমই। খৃঃ গী চহীচা হৌবমদাইদা মখোয অসি যাউবৈবী, পোং ইংখোলনচিংবা মফমশিংদা লৈবমই। অঙোম খোংহৌ খোইবাগী মতুং ইন্না অঙোম নিংথৌ মচা অনি থঙ্গালদগী চৎখিদুনা খংকুইগী সুকংদা লোত্তুনা লৈবম্নগা থোবক্তুনা মথং মথং লাক্তুনা তম্পাক্কী মফম অমদা (যাউবৈবী) পাল্লমই। খৃ:গী চহীচা লাকপগা লোয়ননা নোংদা লাইবেন্না কংলৈ লমহন্দা পালকুবদা মৈতৈগা পুন্না কংলাদা লৈমিন্নবমই। অদুদগী মথং মথং হোংখিদুনা কোম্বা, সঞ্জেম্বোং ৱাংমদা লৈবম্নগা অঙোম লৈকাইদা তাখি। খৃঃগী তককশুবা চহিচাদা পানখিবা শামৈবাংগী মতমদা মৈতৈনা অঙোমবু মাইথিবা পীদুনা অঙোম যেক্কী নিংতম্বা মাঙখি।[১৯] অঙোম মচেৎ অমদি নোংমাইজীং চীংদা য়াম্না থেংবা মতম ফাওবা মনিং তম্না পাল্লমই। মৈতৈ নিংথৌ উবা কোম্বৌবগী মতমদা ফুরুপ অসিসু মাইথিবা পীদুনা নোংমাই চীংদগী কৌথদুনা তমদা লৈহনখি। ফুরুপ অসিগী মশা ওইবিবা ফান্তেকশিংনা হাওবা লমলাংতোংদা মতিক মগুন লৈনা পাল্লমই। খুমনগা য়েংথিনবকপদগী খুমন নিংথৌ চিংখোং থোংগ্রাইবগী মতমদা (১২সু খৃঃগী চহিচা) খুমন-মোইবাং চংদুনা ফান্তেক কোনুং থুগাযখি। হিংহৌবা কাঙবুশিংনা অঙোম য়ুমলেন্দা তিল্লখি।[২০]

**(৩) সরাং-লৈসাংথেম (চেংলৈ)**

লাই কসা - নোংচুপ অবিবা

লাই ইপুথৌ - মুং মরিংবা

য়ুমদাবা - নুঙঙৌ ইমথংবা

ঈ / য়ি - হা। হুক। হুম

মথক্কী মত অসিগী মতুংইন্না সবাং-লৈসাং শলাই নোংচুপ অবিবগী চাদা নাউদা ওইনা পীবি। লাই ইপুধৌনা মুংমবিংবা অমসুং য়ুমদাবনা নুঙঙৌ ইমথংবা ওইনা উৎলি। সবাং লৈসাং লৈবাক অসিদা য়েলহৌঙেদগী লৈবক্লবা শলাইনি। খুন্দাবোনগী মতুং ইন্না হযাচক্কী শৈহৌদা ফুকপ অসিনা লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা পাল্লমই। অদুনা ফুকপ/শলাই অসি হয়া চকতদি লৈরে হাযবা য়াই। শলাই অসিগী লাই ইপুথৌ ওইনা পীবল্লিবা মুংমবিংবা কনানো থিজিলনিঙাই ওই। মীওই অসি চকপগী পুকোক মবিগী মনুংদা য়াওবিবা মুং মবিংবা অদু মকলা নৎত্রগা মমিং মান্নবব্রা খন্ননিংঙাইনি। চকপগী মুংমবিবা অসিদি নোংদা লাইগী মতমগী মীওইনি। চক মরিংবা, তাং মবিংবা, মুংমবিংবা অমসুং ঙাং মরিংবা মবি অসিনা মোংবা য়োইশঙ কাইদা (কাংপোকপী) নোংদা লাইরেন্না লাকপা মতমদা লৈবম্বদগী মুংমবিংবা ঙাংমবিবা অনিদি চৌত্রিপুঙদা হোংদোকখি। চকমবিংবগা তাং মরিংবগা অনিনা পুংমাই খোংদা হোংখি।[২১]

লৈবাক অসিদা লৈবকপা ফুকপশিংগী মনুংদা সবাং-লৈসাংথেম শলাই অসি খুঃগী চহিচা লাকপগা ইবোইননা চেংলৈ হাযনা খঙনখ্রে। শলাই অসিবু থাংয়ি হায়নসু খঙনবমই। চনুবাশিংবু শৈথানবদনা চিনফুবোন হায়না শৈথানৈ। মৈতৈগী মৈহৌববোনশিংদা সবাং-লৈসাংথেমগী হৌবকফম মখাগী অসুম্না পীবি ঃ



মথক্কী মত অসিগী মতুংইন্না নুংঙৌ ইমথংবদগী সবাং-লৈসাং ওইবকখিবা ওইনা পীবি।

সবাং-লৈসাং শলাইগী হৌবকফমগী মতংদা পীবিবা অতোপ্পা মত অমদি সবাং কৌবা অমনা খুনুংচক্কী অহৌবদা মীওই মবি হায়বদি তাওতং, মেলতং, সাংতং অমসুং চাউতং পুথোবক্তুনা থাংহুৎৱাদা (লাঙ্গোল) পাল্লমই। সবাংনা মচা অনি পোকই। অহল্দি লৈসাং কৌই। মহাক্না লৈসাং (সবাং-লৈসাংথেম) ওইখি। অতোনবনা সোংপু কৌই। মহাক্না সোংপু হাও ওইখি।[২২]

অনিসুবা মত অসি চুম্বা তাববদি নুঙঙৌ ইমথংবগী মমাংদা শলাই অসি লৈবমলে। নুঙহৌ ইমথংবনা পোলিটিকেল লিদব ওইবদুনা মহাকপু পুকোক ওইনা লৌনখিবা ওইগনি। শলাই অসিগী পুকোক ওইনা পীবিবা নুঙঙৌ ইমথংবদগী চারোন তককশুবদা লৈবা খোংচি নুংলাইবনা যাইবৈমা চনু পান্নদুনা নাউফং অহনবগা, নাউফং অতোনবগা অনি পোকই। মনাও নাউফংবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি। মযাম্বা নাউফং অহন্না চেংলৈবম ওইখি। শলাই অসিগী নিংথৌ চিংজেন নাবন পাঙ্গনবগী মতমদগী চেংলৈ শলাই মবাই চাইথখিদুনা নিংথৌ পানখিদ্রে মৈতৈগী মখা পোনপ্রে মতম অদুদগী য়েক অসিবু চেংলৈ হাযনসু খংনব্রে।[২৩]

য়েক অসিগী মশা অনি ফংই, মখোয়শিং অদুদি (১) হাওবোক কোম্ব্রৌ অমসুং (২) লোকতোনবমলোন। ঐখোয়না মথক্তা থেংনখ্রে মদুদি লোকপগী চাদা নাওদানা হাওবোক কোম্ব্রৌ ওইখি অমসুং লোকতোন অতোনবগী চাদানা লোকতোনবমলোন ওইনা লেপখি। অদুবু চিংননিংঙাই ওইবা ৱাফমদি হাওবোক কোম্ব্রৌ শলাই অসি সবাং লৈসাংগী চাদা নাওদা ওইবগী মহুৎতা অতোপ্পা ফুরুপ অমা ওইনা লৈজবম্ববু লোকপনা খুদুম চন্দুনা সবাং লৈসাংদা তিনশিনখিবগী প্রমান ফংই। ফুরুপ অসি য়েলহৌঙৈদগী লৈবক্রবা ওইনা মৈতৈগী পুয়াশিংদা ফংই। খুদম খবা থম্লবদা সোরাবেন্না কোম্ব্রৌজম লাইরেম্বী লৌদুনা মচা খোরিফাবা পোকপগী ৱারী কোম্ব্রৌজম নোঙ্গাবোন নৎত্রগা খোবিফাবা নাউথেমলোন কৌবা পুয়াদা ময়েক শেংনা উৎলি। নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদা মহাক্না হনচীং চীংদগী কুমলকপদা হাওরোক কোম্ব্রৌ ময়াম লোয়নবক্তুনা কোম্ব্রৌজম য়ুমফমদা লৈহনখি। মদুদগী হোংখিদুনা কোম্ব্রৌজম লৱাইদা তাখি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা শলাই অসিগী তোঙানবা মৈহৌববোন লৈজে।

লাই কসা - লাইয়িরেন কোংচিবা

লাই ইপুথৌ - ঋান (ঋান অঙৌবা)

যুমদাবা - মুবা খাংচেং

য়ি (ঈ) অংচি [২৩]

মথক্কী চার্ত অসিদগী লৌবা য়াবদি হাওরোক কোঙ্গৌ অমসুং সরাং-লৈসাং তোঙান তোঙানবা শলাইশিংনি। ঋানগী মতমদা ফুরুপ অসি মহাক্কী খুদম মখাদা পুরক্তুনা মচা নুপা লোকপবু শলাই অসিগী পুকোক ওইহনখিবা ওইগনি।

খুনুংচক্কী (হয়াচক) অহৌবদা ফুকপ অসি থোবক্তুনা থাংহৎ ঋাদা পাল্লমই। মতম খবা মোংপি চীংদসু তাবমই[২৪] পুঋাবীগী তাঙ্কক কযাদা শলাই অসি হোং হোংদুনা মফম কয়াদা লৈবমই। খৃঃগী চহিচা লাকপগা ইবোইননা যেক অসি নোংদাগী হেক মমাংদা কংলৈ লমহন্দা তারমই। তাক্লাখাদা মতম খবা লৈবমই। শেলোই লাংমাইনা তাঙ্ঘোকপিবক্তুনা লৈসাং হিদেন মপান্দা চাইনা তাখি।

মণিপুরগী খা মাইকৈদা মরুওইনা মোইবাং অমসুং অকোইবদা ফুকপ অসি তাবন্নগী ঋাবী ঋাখোংসু ফংই।

**খুমন ঃ**

লাই কসা - নোংদমলেন অখুবা / ঋাংববেন

লাই ইপুথৌ - অবোং

যুমদাবা - লুংবা

যি - বাং / লাং

খুমনগী হৌবকফমগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত লৈ। খুমনগী ৈ হৌববোনগী লাইবিক অযান্নদা শলাই অসিগী পুকোক পোইবৈতোন ওইনা উৎলি। অদুবু পোইবৈতোনদি খৃঃগী অহানবা চহিচাদা লাকখিবা অমসুং নোংদা লাইবেন পাখংবগী থাউমুনাওমু ওইবা মীনি। অদুনা পোইবৈতোন্না খুমনগী পুকোক ওইবা যাবোই। মহাক অসি খাঙুথক্কী পুকোক ওইগনি। পোইবৈতোন লাক্রিভৈদা খুমন, লুঋাং শলাইশিং হান্না লৈবে।

অনিশুবা মত্তা পীবিবনা নোংযাই কৌবা অমগী চাদানা খুমন শলাই ওইবকখি। মহাক্লা মচা অনি পোকই। মখোযশিং অদুদি ১) কাউবী অমসুং

(২) অঙৌ। কাউবীনা খুমন শাগে পোকএ, অঙৌনা অঙোম ওইখি।[২৫]

অহুমশুবা থিওবি অসিনা খুমন শলাই অসি লৈখাবোনগী নোংদমলেন অখুবগী চাদা নাওদা ওইনা উৎলি। নোংদমলেন অখুবগী চাদা নাওদা ওইবিবা অয়াম অমসুং অখাম শাগেশিং অসি খুমনগী শাগে ওইনা লৈবি। মথক্কী মত অসি মৈহৌরোন থিবেন অমসুং কংলা নোংলৈয়াং পুয়াশিংনসু শৌগৎলি।




কোন্দে খুচুমাইগী চাদা-নাওদানা অয়ামলোন ওই। শিলশু অখাগী চাদানা অখামলোন ওই।[২৬]

অতোপ্পা মত অমদনা খুমন অমসুং মোইরাং শলাই অনি অসি ঙানবদগী খাইখিবনি হায়না পীবসু লৈ। শলাই অহুম অসি পুকোক মান্নদ্রবসু যিগী মিংখৈ হাযবদি ইথনিক ত্রাইব বাং নৎত্রগা লাং হায়না উৎলি। যিগী মিংখৈ অসি যেংলুরগদি খুমন শলাই অসি খা-কবাং (অমা) ত্রাইব নৎত্রগা পালুংবা ওইবা য়াই। পেলোন তেংথাদা খুমনবু নোংয়াই হায়না শৈথানৈ। অথেংবা মতমদা অদোন নোংয়াই হায়নসু কৌনবকখি। চনুরাশিংবু শৈথানবদনা খয়োইবোন হায়না শৈথানৈ।

খুমন অমসুং লুব্রাং পুব্রারীগী তাঙ্কক কয়াদা ঈ তিন্নরকখি। মখাগী চার্ট সি য়েংউ ঃ




পোইরৈতোনগী মচা সিংতবুংনা অবোং অমসুং পামিংনবা পোকই। পামিংনবনা লুব্রাংগী নিংথৌ ওইখি। অবোংনা খুমনগী পুকোক (নিংথৌ) ওইখি। অবোংনা চিনফুবোন চনু পান্নদুনা তুমাহাবা পোকই। তুমাহাবনা ইবেম্মা অনী পান্নে। ঙানু থুম্বীদি শোইনাইদে, অদুনা লুব্রাং পুম্পিবগী নুপী ঙানুবোন থোঙাইবা চনু খাইনদুনা লৈববু মচা নুপা অনি লুংবা অমসুং নুংথোংঙাই চেন্নক্তুনা তুমাহাবনা লৌই। অঙাং অনিদু মচা শক্রা য়োকখি। তুমাহাবগী মতুংদা লুংবনা খুমন নিংথৌ ওইরৌই। নুংথোংঙাইদি লুব্রাংদা তিন্দুনা নোংমাইচীং তোংবা লুব্রাং ওইখি। অসুম্না খুমন য়েক্তা লুব্রাংগী ঈ য়াওবতা নত্তনা খাবা মচেৎ অমসু নপচবি। খাবা লৈরেনহনগী মচা মশুশিং খরা খুমন নিংথৌগী মানুংদা চংজবক্তুনা খুমন শলাইদা নপচখি। মখোইগী ঈদি তৌরেম, তৌমোম, তৌরিয়াম অসিনচিংবা য়ুম্নাকশিং ওইরি।

খুমননা হৌদোরকপা মফমদি লৈখারোমদগীনি। অব্রাংদা হায়গৎলক্তুনা কাংপোকপিদা লৈরম্লগা কোইরেঙ্গৈদা মতম খরা লৈরমই। কোইরেঙ্গৈদা লৈরিঙৈদা মচেৎ অমা হাওকপ চীংশাংদা তারমই। মখোয়বু খুনফম ঙাংজেং হায়না খংনৈ। মখোয়গী চাদানা ঙাংবম য়ুম্নাক ওইরি। মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা খুনফম ঙাংজেং লোই চন্দুনা মৈতৈগী মখাদা লৈখি।[২৭] পুব্রারীগী

তাঙ্কক অমদা খুমনশিং তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লৈরমই। চীংখৈ নোংছমশঙদা, কুমশঙদা, পুমলেন পাৎকী ময়াদা, মংখুদা, থৌবান্দা মথং মথং লৈবল্লগা খুমন লৈকোইপুঙদা (ময়াং ইম্ফাল) তাখি। খৃঃগী ১৩শুবা চহিচাদা পানখিবা নোংয়াই কাইখিনবগী মতমদা খুমন লৈবাক মবাই চায়থরক্লুনা নিংথৌ লেপ্পা ঙমদ্রদুনা মৈতৈ কোনুংদা চংজবক্লুনা মৈতৈদা তিনখি।

লুব্রাং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| লাইকসা | - | কৌব্রু |
| লাই ইপুথৌ | - | পামিংনবা / পোইবৈতোন |
| যুমদাবা | - | লুব্রাং পুঙ্সিবা |
| যি / ঈ | - | অং/নুং |

লুব্রাং শলাই কৌব্রুগী চাদ নাওদানি। পুব্রাবীগী তাঙ্কক অমদা পোইবৈতোন্না খুমন অমসুং লুব্রাংগী পুকোক ওইদুনা মশুগিপা পামিংনববু শলাই অসিগী নিংথৌ ওইহন্দুনা লাই ইপুথৌ ওইখি। লুব্রাং শলাইবু নুংপাল হাযনা শৈথানৈ। ফুরুপ অসি শেমগৎলকপদা মশুং ওইবা ত্রাইব অসি নুং ত্রাইব ওইগনি। নুং ত্রাইবশিংবু লব্রাং হাযনসু খঙৈ। লব্রাংদগী লব্রাং হাযন থৈথবকপা লোইছে ওইগনি। শলাই অসিগী খি ওইনা পীবিবা নুং অসি অনুংগী লোইছে ওইগনি। নুংবু অনুং হাযনসু খঙৈ। [illegible] নোংশেংলোনগী মকওইবা মীওইশিং অতিংকোক, অতিযা সিদবা অসিনাচিংবশিংবুসু নুংপাল হাযনা শৈথানৈ।[২৮]

পোইবৈতোনদগী লুব্রাং শলাই চিংথবকপা চার্ট



মথক্কী চার্ত অসিগী মতুং ইন্নদি লুবাং শলাই পোইরৈতোনদগী চিংথরকপা ওইনা পীরি। মৈতৈগী মেহৌববোনগী লাইরিক অয়াম্বদা খুমন অমসুং লুবাং পোইরৈতোনগী চাদা নাওদা ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। মথক্তসু পনম্রে, পোইরৈতোন খাঙতুথক্কী পুকোক্লি। পোইবৈতোন্না লৈবাক অসিদা লাক্লিঙৈদা লুবাং শলাই লৈবে। পুবারীগী মিৎয়েংদা শলাই অসিগী লাই কসা ওইনা উৎলিবা কৌব্রু অসি লৈশেম-নোংশেমলোন মতমগী লাইবুংথৌ ৯গী মনুংদা অমনি। লাংবা চক্কী মতমদা লুবাং শলাইনা লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা পানখিবা মতাংসু লৈ।[২১]

লাইনাউ তাবীগী ব্রাহৌগীদমক পোইবৈতোনগা নুংপাল পোম্বী লুবাওবা লম্বা তৌনখিবগী বাফমসু লৈবনা পোইবৈতোন লাক্লিঙৈদা লুবাং শলাই লৈবমলে হায়বদি অরানবা ওইবোই।

লুবাং য়েক্কী মশা কয়ামুক লৈ, মখোয়শিং অদুদি ঃ

১। লুবাং ইঙেনচীংতোংবা, বায়পা লানতাপগী চাদা। ফুরুপ অসিনা লুবাং য়ুমলেন ওই।

২। লুবাং লাংমাইচীং তোংবা, নুংঙৌ ইমথংবগী চাদা-নাওদা

৩। লুবাং ফুনানচীং তোংবা, নুংঙৌ ইমথংবগী মচা পুবেং নুমানবগী চাদা

৪। হৈবেম খুঞ্জান, লুমচেং অহনবগী চাদা

৫। থাঙঙা কম্বোং (খুনফম ঙাংচেং), লোকহন অমসুং লোকখুগী চাদা

লুবাং পুঙ্গিবনা ইবেম্মা মাপল পান্নে। মখোয়গী চাদানা লুবাং শলাই শন্দোকখি। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

১। ইবেম নাওশংখুনা নুংবান য়ুখুচেং পোকই। মহাক্কী চাদানা অসাংবম, অরামবম, তিনবিজম, লৈবোংজম, ময়েংবম অসিনচিংবা ওই।

২। চীংনুং হাওবা চনুনা লুমচেং অহনবা, লোকহন অমসুং লোকখু অহুম পোকই। লুমচেং অহনবনা ফৈদা খুঞ্জানময়ুম (হৈবেম খুঞ্জান) ওই। লোকহন্না কম্বোং লোকহন ওই। মখোয়গী চাদা নাওদানা থংকান (থঙ্গাল) মখান ওইখি। লোকখুনা কম্বোং লোকখু ওই। ফুরুপ অনি অসিবু থাঙঙা কম্বোং হায়নসু খঙনৈ।

৩। হাওকু লৈমা লমতং নিংথৌ চনুনা লাম্লৌজান্না পোকই। মাগী চাদানা ফাইরোইজম শলাই ওইখি। খাইখিবা থিয়াম মোইরেমপা ময়ুমনে।

৪। ঙানুরোন খোঙাইবা চনুনা লুংবগা নুঙথোংঙাইগা পোকই। লুংবনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। নুঙথোংঙাইনা নোংমাইচীং তোংবা লুৱাং (লুৱাং লাংমাইবা) ওই।

৫। ঙানুরোন খুয়োইচেনবীনা লানসু অহল (ৱায়পা লানতপা), সাবা য়াইমা, থাওদৈয়িমথং অমসুং ৱাহেং অতোনবা পোকই। মখোযগী চাদানা থৌকনাউজম শলাই ওই। নানবম, লাইসোম, সরাম, মৈত্রম, ৱাংহেংবম, ঙাংঙোম, থাওদৈজম, নহাকপম, কোনসম, য়ুমনাকশিং ওইবি।

৬। খয়োইবোন ঙানুথুম্বীনা সেনবা মিমাবা পোকই। খাইনদুনা মপামদা লৈবদগী সেনবা মিমাবনা খুমন নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী চাদাদি মবিংদা খরা লৈবি।

৭। তাইতল লৈমা মোইনুনা তাংমাইথং পোকই। মহাক্কী চাদানা ৱাকোংথেম ওইবি।

৮। ইবেম খোংলৈ সাংবীনা অদোন লৌথিবা পোকই। মহাক্কী চাদানা লাইবেঞ্জম, য়াঙবম য়ুমনাকশিং ওই।

৯। হাওসিযাং পুয়াংবা চনুদি শোইনাইদে। মহাক্কা লিক্লবিচা নোংতমনুগী মচা অনি খোইদোম অমসুং মান্দোমবু য়োকচৈ। খোইদোম্না নোংবান ফান্তেক ওইখি। মান্দোম্না লেবা খোংনাং ওইখি।

খৃঃ গী অঙনবা চহিচাদা লুৱাং শলাই মতিক মগুন লৈনা মশা মবেং কযাগা লোয়ননা মফম কয়াদা পানখি। মচেৎ-মচেৎ থোক্লা খাযদোকপনা অপুনবা লৈবাক অমা ওইবগী মহুত্তা মফম কযাদা চোইন-চোইনা তাদুনা মনিং তম্না পাল্লমই। মখোযশিং অদুগী মমিং মথক্তা পনখ্রে অদুনা মখোয়শিং অদুগী হৌবকফম অমসুং শন্নপ্লা পুৱাবী থমজগে।

১। লুৱাং ইঙেনচীং তোংবা ঃ-

ফুকপ অসিনা লুৱাং যুমলেন ওইবমই। লুৱাং পুন্সিবগী ইবেম্মা ঙানুবোল খুয়োইচেনবীনা (খুযাইচেনবী) পোকপা ৱাযপা লানতমপনা পিবাবেন ওইদুনা লুৱাং ইঙেনচীং তোংহৌই। মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃঃ গী নিপানশুবা চহিচাদা পানখিবা)গী মতমদা লুৱাং তাক্তুনা নিংথৌ পানখিদ্রে, মৈতৈদা তিনখ্রে।

২। **লাংমাইচীং (নোংমাইজিং) তোংবা লুৱাং ঃ-** ইবেম্মা ঙানুরোন থোঙাইবা চনুনা পোকপা নুঙথোংঙাইনা নোংমাইজিংদা চৎখিদুনা লৈখি। অঙোমগী মমাইবা ওই হায়দুনা ফুরুপ অসিবু লুৱাং লাংমাইবা হাযনসু কৌনৈ। নুঙঙৌ ইমথংবদগী মীবোন মবি চত্থবগা লৈবা পুবেংনুমানবগী মতমদা অঙোমগা নুঙগোইবীগী লাইফম অসি মুন্নবকপদগী মাইথিদুনা মচা মশু পুদুনা ফুনান চীংদা হোংখি। অসুম্না লাংমাইচীং তোংবা লুৱাং ফুরুপ অসিগী পুৱাবী থুপচিনখি।

৩। **ফুনানচীং তোংবা লুৱাং ঃ-** লাংমাইচীং তোংবা মথক্তা পনখিবা পুবেংনুমানবগী মতমদগী লুৱাং মচেৎ অসি ফুনানচীংদা লৈবকখি। পুবেংনুমানবদগী মীবোন মবি চত্থবগা লৈবা ফুনান তেনহৈবগী মতমদা খুমনগা খৎনদুনা ফুনান তেনহৈবা খুমন নিংথৌ লুংবনা হাৎতুনা ফুরুপ অসি মুৎখি। হিংহৌবা লুৱাং মচেৎ অদু তমদা কুমদুনা নিংথৌজাগী মখাদা লৈখি।

৪। **হৈবেম খুঞ্জান ঃ-**

মৈহৌবরোনগী লাইবিক অযাম্বদা হৈবেম খুঞ্জান লুৱাংগী ঈ ওইনা উৎলি লুৱাং পুন্সিবগী নুপী চীংনুং হাওবা চনুনা মচা অহুম পোকই। মচা নুপা অহল লুমচেং অহনবনা ফৈদা খুঞ্জান মযুম ওইখি। অদুবু অতোপ্পা মত অমগী মতুংইন্নদি নিংথৌ তাবিনা মচা মাপল পোকপগী মনুংদা মচা খাইসেংনা হৈবেম খুঞ্জান ওই হায়না পীবা পুয়াসু লৈ।°° শলাই অসি লুৱাং ওইবগী মহুত্তা লৈবাক অসিদা যেলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা ফুরুপ অমনি হাযবদা চিংননিংঙাই লৈতে। হৈরেম কৌবা ফুরুপ অমগা খুঞ্জান কৌবা অমগা পুন্সিদুনা শেমখিবা শলাই ওইবা যাই। হৈবেম ফুরুপ লৈশেম নোংশেমঙৈদগী লৈবা থেংনবে। লৈশেমলোনগী লাইবেন্থীশিংগী মনুংদা হৈরেম কাংহৈনু কৌবী ইবেম্মা অমা য়াওবি। হৈবেম পুৱাবী কৌবা পুয়াসু লৈ। পুযা অসিদা ৱাংঙুগী তম্ফা লাইবেন্থীগী ৱাবী ৱাখোং পীবি। মমিং অসিদগী খবা খজিক খেন্নবা হৈবোং কৌবা ফুরুপ অমসু লাইস্নাগী পাবি পুবি তাক্লকপদা পীরি। লাইস্নাবু হৈবোং নিংথৌ চনু হায়না শৈথারি। লাইনিংথৌ সনামহিগী মিংখে অমসু হৈবোম সিদবা হায়না খঙনৈ। মথক্কী নৈনরোনশিং অসি য়েংলুবগা ৱাবোই ওইনা লৌবা য়াবদি হৈবেম-খুঞ্জান যেলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা ফুরুপ অমনি হায়বদা লাল্লোই। লুৱাং পুন্সিবগী মচা লুমচেং অহনবনা ফুরুপ অসিগী নিংথৌ ওইখিবা ওইগনি।

ফুকপ অসি কেবেচীং হায়না খঙনবা ককচীংগী মনাক্তা লৈবা চীং অমদা মতিক মগুন লৈনা পাল্লমই। খুমনগা যেংথিনবদগী মৈতৈ অমসুং খুমন অনি চংদুনা মাইথিবা পীদুনা ফুরুপ অসি নিংথৌ পানখিদ্রে অমসুং মুৎখ্রে। চাওবাক্লা খৃঃ গী চহিচা নিপানশুবা মতমদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ থব়াছ্বাবগী মতমদা থোকখিবা থৌদোক্কি। ফুরুপ অসিগী চাদা নাওদানা ফৈদা-খুঞ্জান ময়ুম ওইনা লৈরি।

৫। **কম্বোং লোকহন অমসুং কম্বোং লোকখু ঃ -**

ইবেম্মা চীংনুং হাওবা চনুনা লুমচেং অহনবা, লোকহন অমসুং লোকখু অহুম পোকই। লুমচেং অহনবনা হৈবেম খুঞ্জান ওইখ্রগা লোকহন্না কম্বোং লোকহন অমসুং লোকখুনা কম্বোং লোকখু ওইখি। মচিন মনাও অনি অসি তোঙান তোঙানবা শলাই ওইনা লেপখি। কম্বোং লোকহন অসি অহানবদা লানপি সনচেনদা লৈবন্নগা থঙ্গান মখান ওইদুনা চীংমী ওনখ্রে। কম্বোং লোকখুনা হাওকপ চীংসাং তাবমই। শলাই অনি অসি খৃঃগী নিপানসুপা চহিচা ফাওবা লৈম্নগা লোকহনগী চাদানা থঙ্গাল হাও ওইখি। লোকখুগী চাদানা খুমুকচম, মোইফেংবম যুমনাকশিং ওইদুনা যুমদাখি।[৩১]

(৬) **ফাইবোইজম ঃ-** হাওকু লৈমা লমতং নিংথৌ চনুনা লাম্বৌজাম্বা পোকই। মহাক্না ফাইবোইজম শলাই ওইখি। মখোযগী চাদানা ফাইবোইজম, মোইবুংলোকপম, মৈত্রম যুম্নাকশিং ওইবি।

(৭) **হিজম শলাই ঃ-**

ফুনানচীং তোংবা ফুনান তেলহৈবগী মচা অনি নুংসাংবগা অযাংচাম্বগা অনীগী চাদানা হিজম শলাই ওই।

(৮) **লাইশোম শলাই ঃ-**

ঙানুবোন খুৎযাই চেনবীগী ঈদি- ব়াইবা লান্দম্বগা, ব়াইবা খুগা অনিনে। মখোয়গী চাদানা লাইশোম শলাই ওই। থাওদৈজম, নাওবোইবম, ব়াহেংবম, লাইকংবম যুম্নাকশিং মথং মথং শন্দোবকখি।[৩২] লুব়াং শলাইনা হৌদোবকপা মফমদি চীংখৈ নোংহুমশঙদনি। অদুবু অঙনবা মতমদা ফুকুপ অসি কৌব্রুচীংদা তাবম্বগী ব়াবী ব়াখোং লৈ। পুব়াবীগী তাঙ্কক কযাদা মফম কযাদা হোং হোংদুনা লৈবমই। লাংবা চক্কী মযাই ওইবপ্না লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা পাল্লমই।

নোংদা লাইরেন পাখংববু যোকপিখিবা অমসুং মহাকপু কৈংলৈ লমহন্দগী নিংথৌ ওইনবা শীনবদা লুৱাং লাংমাইবগী চাওববা থৌদাং লৈখি। খৃঃ গী চহীচা হৌবকপদা নোংদা লাইবেনগী হেক মমাংদা মতম খবা কংলৈ লমহন্দা তাবমই। মদুদগী হোংখিদুনা লুৱাংশঙবমদা লৈবমই। অদুদগী কেক্রেপন্দা লৈবন্নগা লাঙ্গোলদা হোংখি। মমৈদা লুৱাংচীংদা লৈখি। লুৱাং যুমলেন ওইবিবা লুৱাং ইঙেনচীং নৎত্রগা মকুবীচীং হাযনা খঙনবা চীং অসিদা পাল্লম্বা ফুকপ অমসুং হাওকপচীংশাং তাবম্বা খুনফম ঙাংচেং হাযবা লুৱাংগী মশা অসিসু মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংগী মতমদা (নিপানসুবা খৃঃগী চহিচা) নিংতম্বা মাংদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা তিনখি। ফুনান চীং তোংবা-লুৱাংগী মশা অসিনা খুমন নিংথৌ লুংবগী মতমদা মুৎখি। কেবেচীং তোংবা হৈবেম খুঞ্জান ফুকপ অসিসু খুমন অমসুং মৈতৈ নিংথৌ থৱান্থাবা (তবাহুমদোইশুবা খৃঃগী চহীচা) অনি চংদুনা মতম পুম্বগী ওইনা নমথখি। অসুম্না মথং মথং নিংতম্বা মাঙলক্তুনা খৃঃ গী ১৩ শুবা চহীচাদদি লুৱাং পুম্বগী নিংতম্বা মাঙদুনা মৈতৈদা তিনখি।

৬। খাবা ঙানবা ঃ-

খাবা অমসুং ঙানবা তোঙান তোঙানবা শলাইশিংনি। অদুবু পুৱাবীগী তাঙ্কক অমদা শলাই অনি অসি পুনশিন্নদুনা অমতা ওইখি। ঙানবা লৈচিক চিক্কলিবগী মতমদগী খাবা শলাই ঙানবা শলাইদা তিনখিবা ওইগনি। নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদা খাবা শলাই মবাই চাইথদুনা মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রদুনা ঙানবা শলাইদা তিনখি। থৌদোক অসি থৌৱাবেনগী মচা ঙানবা লৈচিক চিকলিবগী মতমদা ওইগনি। মৈহৌবোনগী লাইবিক অযাম্বদা শলাই অনী অসিগী অপুনবা পুকোক পীরম্নবা মযামগী মিৎযেংদ অনী অসি ঈ তিন্নবা ওইনা উহল্লি। অদুবু শলাই অনি অসিগী তোঙান তোঙানবা পুকোকশিং উৎপা মৈহৌবোনসু লৈজে। মথং মথং যেংসি।

খাবা ঃ

লৈপিবেন

তৌবেনখা + লৈখোমলেন

তৌবেনখুবা + লৈসংলেন

তৌখাবেন + লৈখম নিংথৌ চনু

তৌদিংতৌ + মহৌ নিংথৌ চনু / লৈরাইনিংথৌ চনু

তৌদাংতোন - খাবী

খাবা + লৈতংনিংথৌ চনু

লৈসংলেন - লৈচিকনিংথৌ চনু

খাবা লৈচিক চিকলিবা + লযথম নিংথৌ চনু

খাবা যুচাখা + লৈনুং যুপুবোই চনু

খাবা যুপুবোই + লাংমাই নিংথৌ চনু

খাবা তুকমপা + মঙাং নিংথৌ চনু

মহৌ লাইনিংথৌ + লাংমাই নিংথৌ চনু

খাবা ফান্তোংবা - মঙাং নিংথৌ চনু [৩৩]

খাবা ফান্তোংবা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মমাংদা তোংচেং ফক মযুংদা পাল্লম্বা নিংথৌনি। শলাই অসিগী মৈহৌববোন অসি যেংলবদি ফুকপ অসি যাম্না অঙনবা মতমদগী লৈবাক অসিদা লৈবে তাকচৈ। অদুবু খাবা শলাইগী অঙনবা মতমগী পুৱাবীদি লাম্না ফংদ্রে। লাংবাচক্কী অবোইবা শকক্তা মঙাং লুৱাং অমসুং অঙোম অহুম্না নোংমাইচীংদা পাল্লিঙৈদা খাবনা নোংমাইচীং কাবক্তুনা মখোই অহুম্বু তাম্থোকখি। অসিদা নত্তনা নোংমাইচীংদা তাবম্না লিকতোক, কৌবাং, সাকোক তাখুন পুম্নমকপুসু জয তৌবমই। পীবম্লিবা খাবগী নিংথৌ অসিগী মমিং খাবা খাংহঞ্জাম্না নোংপোক মহৌ লৈবাই পাংকা নিংথৌ

কৌই।[৩৪] মহাক অসি ফান্তোংবগী মপা মহৌ লাইনিংথৌ অসি ওইবা য়াই। খ্বাই নোংজেংবম পিবা হাযনা খঙনবা মীওই অসিনা নুমিৎ মচিন মনাও অনিবু তানখাইদুনা খাবা ফান্তোংবা হাযবা মিংথোলবু লৌদুনা নিংথৌ ওইখি। নোংদা লাইবেন পাখংবনা কংলে লমহন্দা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লববদা খাবা ফান্তোংবগা য়েংথিনদুনা খাবনা ঙমদুনা মোইবাংদা শৈদাংদুনা মতম খবা লৈকই। মফম অদুদা মচানুপা মুংযাংচাওবগা তাক্রুনুমিবগা পোল্লবা মতুংদা কংলৈদা কাবক্লুনা মোইবাংগী চাউবা সৌবোন ঙম্বগী মতেংনা খাবা ফান্তোংবা হাৎখি, খাবা শলাই মুৎখি। হিংহৌবশিং অদুনা মাইকৈ শলাই খঙদনা চেন্নখি। খাবা মচেৎ অমদি অঙৌবা পুবৈবোম্বদা (অঙোমদা) চেনশিনখ্রে মচেৎ অমনা তাংখুন মচিববু ওইখ্রে। মচেৎ অমনা মহৌ লোনযাই ওইযে, মচেৎ অমনা অৱাংলম চেনখিদুনা কৌব্রু লৈখাদা খাবা উলেন ওইখ্রে (মুৎখ্রে) ফান্তোংবগী মচা খাবা নোংমানবদি লাইনিংথৌ পাখংবগী ফাংখোংদা চোংশিনখিদুনা কনবিখি। মখোযনা ঙানবা শলাইদা তিন্দুনা খা-ঙানবা হাযবা যেক অসি ওইখি।[৩৫] মৈতৈ নিংথৌ নাওখম্বগী মতমদা মপুথৌ নোংদা লাইবেন পাখংবগা যেক্লখি হাযদুনা খাবা পুম্নমক থিদুনা তুম্না হাৎখি। লোন্না থুপ্না হিংহৌবা খবা অদুগী চাদানা নুংজেংবম অমসুং খুবাইজম ওইবি। তৌমোম, তৌবাংবম, তৌবিযাম, হুইদোনকোকপম অসিনচিংবা যুম্নাকশিং অসি মুৎথ্রবা খাবগী যুম্নাকশিংনি। মখোযশিং অসি অতোপ্পা শলাইশিং মকওইনা খুমন্দা তিন্দুনা লৈবি।

**ঙানবা শলাই ঃ**

লাই কসা - মার্জিং

লাই ইপুথৌ - ঙানবা লৈচিক চিকলিবা

যুমদাবা - খমচিংকোন হাইহৈবা

যি - বাং/লাং

ঐখোযনা মথক্তা থেংনখ্রে মদুদি ঙানবগী লাই কসা অসি মার্জিং, লাই ইপুথৌনা ঙানবা লৈচিক চিকলিবা, লাই যুমদাবনা খমচিংকোন হাইহৈবা অদুবু অতোপ্পা শলাইশিংগী মতৌগুম্না ঙানবা শলাইগী হৌবকফমগী মতাংদসু তোঙান তোঙানবা মত লৈ। মখোযশিং অসি মথং মথং নৈনদুনা যেংসি। লাইবোনগা মীবোনগা অনি অসি শমজিন্নবা ইঙম ঙমদবগী মওং অমা মৈতৈগী পুযাদা লৈবতা নত্তনা পুযাশিংবু ইবিবন্নিবা মাইচৌ-মাইনৌশিংনা কবিগুম্না খবা ফমদনা

থন্নগা য়েক শলাইশিংগী মৈহৌববোন উৎনবা হোৎনৈ। থিজিনবগী চাং ৱাৎপা অমসুং নিংশিংবগী ৱাংমদা লৈখ্রবা ৱাফম কয়া লৈবনা অসিগুম্বা চমম্নবা অসি থোকহনবগী মচাক অমসু ওইবি। মৈহৌববোনগী লাইবিক অযাম্বদা খৃঃগী মমাংগী ৱাফম কুপ্না থিজিল্লবগী মহুৎতা খৃঃগী চহিচাগী মতম, যেককী চৎনবী লাকপদগী মবিক চুম্বা মৈহৌববোন অমা উৎনবা হোৎনবম্বগী মওং ওইনা পুযাশিংদা ফংই।

ঙানবা শলাই মৈতৈ ফুকপনা হৌদোবকপদগী লৈবক্লবা শলাই অমা ওইজববসু পুৱাবী তাঙ্কক খবদা মমি শামলুববনা চমম্নবা কযাসি লাকখিবনি হাযনিংই। অহানবা মত্তা পীবিবনা হযি চক্কী অহৌবদা ইহান হান্না খুন লেপখিবা অসি ঙানবা শলাইনি। মহাকপু পোইবৈ নিংথৌহনবা ঙানবা খাইফবা থোঙা তেমফবা হাযনা খঙনৈ। মহাক্কা মচা অহুম পোকই। মখোযশিং অদুদি (১) থোঙাইবা, (২) খাবা অমসুং (৩) তাংবা। খাবনা খাকি, থকুক, মেলতং অমসুং পাঙন পোকই। তাংবনা তাংখুন হাও পোকই। থোঙাইবনা ঙানবা কৌনা ঙানবা শলাই লেপহৌই।[৩৬] মত অসিগী মতুং ইন্না থোঙাইবদগী ঙানবা শলাই শমথবকপা ওইনা পীবি। মহাক অসি পোইবৈ নিংথৌহনবা থোঙা (থোঙাই) তেমফবা অসি ওইবম্বা যাই। অতোপ্পা মত অমদনা ঙানবা শলাইগী খুমুজম অসি সহ্লোং লাইনিংথৌগী (অশিবা/ সনামহি) চাদা ওইনা উৎলি। মৈহৌববোন অসিদা উৎলিবনা অশিবনা শহ্লোং লাইনিংথৌ কৌবিঙৈদা শনচিনু (শননুবী) পান্নদুনা হাথবম্বদি পানবনে। পানবনা লৈচিক নিংথৌ চনু অমসুং লিলিলৈমা পান্নদুনা মখোইগী চাদানা ঙানবা খুমুজম ওই।[৩৭] মত অসিগী মতুংইন্না ঙানবা শলাইগী পুকোক অসি অশিবা নৎত্রগা সহ্লোং লাইনিংথৌ ওইগদৌবি। খুমন শলাইগী পুকোক ৱাংববেন নৎত্রগা নোংদমলেন অখুবনা ওইবম্বগুম ঙানবা শলাইগী পুকোক অশেংবা অসি লাইনিংথৌ সনামহি নৎত্রগা শহ্লোং লাইনিংথৌনা ওইগনি। অদুবু লাইবোনগী পুকোকশিং অসি লাম্বা ফংলমদবনা খাঙভুথক্কী পুকোকশিংবু পুকোক ওইনা পীনবি, লৌনবি। মৈহৌববোনগী লাইবিক অযাম্বদা পীনবিবা ঙানবগী মৈহৌববোন অসি চিনফুবোন লযচিক ঙানবীদগী চিংথবক্লগা থৱাবেন অমসুং পোইবৈতোন ফাওবা পুথবক্লগা থৱাবেন্দগী অমুক চিংথবকপনা খমচিংকোন হাযহৈবগা খুমুবোংগা অনি ফাওবা পুথবক্কুনা ঙানবা শলাই ওইহল্লি। জেনেবেলোজি অসি যেংসি




খমচিংকোন হাযহৈবনা ঙানবা যুমলেন ওইহৌই। খুমুবোংগী চাদানা-ঙানবা খুমুজম ওইখি। মোইবাংথেম নবেন্দ্রগী মত মতুং ইন্নদি ঙানবগী পুকোক অসি অশিবা নৎত্রগা সম্বোং লাইনিংথৌগী ওইনা থম্মবা হোৎনৈ। অদুবু সম্বোং লাইনিংথৌ অমসুং পোইবৈ-লৈসাংথৌ হনবগা অনীগী লাংদাই অদুদি পুথোকপা ঙমদ্রি।[৩৮]

ঙানবা শলাইগী মশা ওইনা খুমুজম শলাইবু পীবি। ঙানবা খুমুজম মখল অনী লৈ। খুমুবোংগী চাদা নাওদা অমা অমসুং সম্বোং লাইনিংথৌগী চাদাশিং। ঙানবা শলাইদা খাবা মচেৎ অমসু তিনশিন্দুনা শলাই অসিবু খা-ঙানবা শলাই হাযনা খৃঃগী চহী চা হৌবকপদগী খঙনবকখি।

মথক্তসু পনথ্রে ঙানবা শলাই হযিচক্কী মতমদগী লৈবক্লবা ফুকপ অমনি। হযিচক্কী শৈহৌদা ইহান হান্না খুন লেপ্পা হৌবকপসি ঙানবা শলাই ওইনা

পীনৈ। অদুবু ঙানবগী মমাংদা চকপা অমসুং মঙাং শলাইনা পাল্লন্নগী ব্রাফমসু হৌজিক্তি ফংবা ঙম্লে।

ঙানবা শলাই লৈখাবোমদগী কাবক্লগা মোইবাংদা মতম খবা লৈবমই। মদুদগী অৱাং লোমদা হাযগৎলক্কুনা নোংমাইচীং চীংগী চীংশা নাপোম মাপল যুমজাও কা মাপল হাযনা খঙনবা অসিগী মমাং ইথং থংবা কোকশঙ হাযনা কৌনবস্বা মফম অসিদা লৈবমই। অমুক হোংলক্কুনা সংলাংমৈদা তাবমই। খৃঃগী চহিচা হৌবকপদা কংলৈ লমহন্দগী তাম্ভোং-লেমথোংদা মতম খবা লৈবন্নগা চাইথোকখি। অসুম্না ঙানবগী পুৱাবী খৃঃগী অঙনবা চহীচাদগী থুপচিনখ্রে।

সম্ভোং লাইনিংথৌদগী চিংথবকপা ঙানবা খুমুজম

১। সম্ভোং লাইনিংথৌ + শনচিনু
↓
পানবা + লৈচিক নিংথৌ চনু
↓
ঙানবা লৈশা + লৈথম নিংথৌ চনু
↓
ঙানবা নহা + লৈনুং যুমোইবা চনু
↓
ঙানবা যুমোইবা + মঙাং নিংথৌ চনু
↓
ঙানবা থেংগোইবা + মঙাং নিংথৌ চনু
↓
ঙানবা যাওশা তানবা + লৈথমনিংথৌ চনু
↓
ঙানবা খুচংঙাং + মঙাংনিংথৌ চনু
↓
ঙানবা তোকঙাচা + পুবোইলেমনুসু
↓
কৈমু + লেমনুসু
↓
খুমুদোন + লৈথমনিংথৌ চনু
↓
তানমু - ঙানবা খুমুজম যুমনাক ওইখি।
↓
(২) অশিবা / সম্ভোংলাইনিংথৌ + শননুবী / শনচিনু
↓
পানবা + লিলিলৈমা + অনীশুবা নুপী
↓
ঙানবা শা + লৈনুং যুচাখা চনু
↓
ঙানবা চাখাবা + লৈথম নিংথৌ চনু
↓

ঙানবা মুবোইবা + মঙাংনিংথৌ চনু
↓
ঙানবা তেমফবা + মঙাং নিংথৌ চনু
↓
ঙানবা যুবাবা + পুবোই লেমনুসু
↓
খুমুবোং + হুবেন নানফৌ মচন পুংগ্রি-পুংগ্রাবী
↓
ব্রাংমু - মাগী ঈদি ঙানবা খুমজমনে।[৩৯]

৭। মোইবাং

লাইকসা - থাংজিং / ফকতোম অবিবা
লাই ইপুথৌ - য়ুচেং
লাই যুমদাবা - ঙাংনিংশিং অমসুং ঙাংহুহ্নোক
যি - বাং / লাং

মোইবাংগী মৈহৌববোন চযেৎনবা কযা লৈবতা নত্তনা তোঙান তোঙানবা মত লৈ। মখোযশিং অদুদি ঃ- কেকেনা মোইবাংগা যোইথোচাওগা অনী পোকই। যোই থোকচাওনা মোইবাং থোকচোম ওইখি।[৪০]

(২) লংবনা মোইবাংগা লাংতেগা পোকই। লাংতেনা লাংতে হাও ওইখি।

(৩) উবেন হনবনা মোইবাং থোকচোম পোকই। মথক্কী থিওবিশিং অসিনা মোইবাং অশেংবা মৈহৌববোন ওইবা যাবোই। মখোযশিং অসি খৃঃগী মমাংগী মতমদা মোইবাংদা তিনখিবা মীওইশিংগী ব্রাফম ওইগনি।

ফুকপ অসিগী মৈহৌববোন ইবকপদা ঙাংনিংশিং অমসুং ঙাংহুহ্নোক অনি অসিদগী ইথবকপা মৈতৈগী মৈহৌববোনগী পুযা অযাম্বদা ফংই। মমাংগী মৈহৌববোনশিংনা চমম্লবা মওংদা থমই। অদুবু পুযা কযামুক্তা মমাংগী মৈহৌববোন অসি মচেৎ মচেৎ উৎলম্বনা মমাংগী মীবোনশিং লৈ হাযবগী ঈঙ্গিৎ তাক্লি। মোইবাং কসা নিবদা থাংজিং কোইবেল লাই নৎত্রগা ফকতোম অবিববু লাই কসা ওইনা ঈবাৎনৈ।[৪১] মবম অসি লৈবনা ফুকপ অসি থাংজিংগী চাদা নাওদানি হাযবদা লাল্লোই। ব্রাফম অসি মৈহৌবোন থিবেন্নসু শৌগৎলি।[৪২] অদুবু ফুকপ অসি শেমগৎলকপদা থাংজিংগী চাদা নাওদা নত্তবা অতোপ্পা ফুকপ কযাগী মীওইশিংসু যাওবি। মতাং অসিদা থাংজিং কোইবেল লাই নৎত্রগা ফকতোম অবিবা কনানো নৈনবা য়াই। থাংজিং হায়বা ব্রাহৈ অসিদি

চীং মমিংনি। চীং অসি অঙনবা মতমদা তোঙান তোঙানবা মমিং কৌনবমই, খঙনবমই। মখোযশিং অদুদি থাংচীং, কোকশঙ, সবেংচীং অসিনচিংবা। লাইনিংথৌ থাংজিং অসিবু য়াইখুবেন, পিসাতাউ, খকলেনচি, চানোং, হুঙঙাংলেন অসিনচিংবা মিংথোল নৎত্রগা মিংলেন কয়া তোঙান তোঙানবা পুয়াশিংদা পীরি। চীংলোন লাইহুইদা লাইনিংথৌ অসিগী মমিং 'সনা নোংনিংথৌ তবেংবা'' কৌই হাযনা পীবি।[৪৩] লাইনিংথৌ অসিগী মমিং অসিনা মথক্কী মবি মখোং থিনবগী মিৎ-নাকোং ওইগনি। থাংজিং লৈশেম নোংশেমঙৈদা যাওখিবা লাইবুংথৌ মাপল অদুগী মনুংদা অমনি। থাংজিং চীংদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি হাযদুনা চীং অসিগী মমিং লৌদুনা থাংজিং হাযনা খঙনখিবনি। মহাক্তা নত্তনা মহাক্কী মতুংদা পানখিবা নিংথৌ খবসু থাংজিং হায়না শৈথানৈ। ব্রাফম অসি লৈবনা থাংজিংগী হৌবকফমগী মতাংদা চয়েৎনবা কযা লৈ। থাংজিংগী হৌবকফমগী মতাংদা পুযা কযাদা তোঙান তোঙানবা মত লৈ, নৈনদুনা য়েংসি ঃ-

১। ''নুংকাং মহাবাপকা (অতিংকোক) তাউপিলোইনাইগা অনিমনা নুংমু তুমদা মাংদবা মথক্তা যহিপ চাকচা তমদুনা ঈশিং ওংথি পোকএ, মৈসননুপিসু পোকএ। তাউপি লোইনাইনা অমবক পোকপদি যোইহৈচেং, অতোংবা, অবংবা, অকাযবা, অসংবা, অহুইবা, অকুপ অবংবা পোকএ।''

অতোংবনা থাদা কাখ্রে, অবংবনা নুমিৎতা কাখ্রে, নুমিৎ ওইবিএ, অসংবনা লৈবাক্তা সংচৈএ, অকুপ অবংবনা নোংথক্তা লাংজবিএ। অহুইবনা নুংশিৎ লোযনজবিএ। অকাযবনা হুই ওইখি। অঙাইবনা লাইকসা ওইএ, ব্রাযেন থৌদাজৈ, অবংবনা অপকমা লাংজবিএ, মোইবাং লাইসু ওইবে, সম্বোং লাইনিংথৌসু ওইবি।[৪৪]

মথক্কী মত অসিগী মতুং ইন্নদি মোইবাংলাই হায়বদি থাংজিং অসি অতিংকোক মকনা তাউপিলোইনাই পান্নদুনা পোকপা মচা ওইনা উৎলি। অদুবু তাউপিলোইনাই অমসুং অতিংকোক্না পোকই হায়না উৎলিবা মীওইশিং অসি মচা অশেংবা ওইবগী মহুৎতা মচা ওইনা শকখঙবা ওইবগী প্রমান কযাসু লৈতবা নত্তে। ব্রাফম অসি তোঙান্না থমখিসি। লৈশেম নোংশেমঙৈগী অশিবা নৎত্রগা লাইনিংথৌ সনামহিবু সম্বোং লাইনিংথৌ হায়নসু খংনৈ। ব্রাফম অসি

মথক্তসু থেংনখ্রে। অবংবনা মোইবাং লাইসু সম্বোং লাইনিংথৌসু অনিমক ওই হাযনা পীবম্বনা কনাগুম্বশিংনা অনী অসি অমতবা হাযনা লৌনবা যাওই। পুম্নমক অসিগীসু মথক্তা লাইনিংথৌ থাংজিংগী মমিং অমসু পিশাতাউ কৌই হাযনা পীবি।[৪৫] মিংথোল অসিমক লাইনিংথৌ সনামহিদসু পীবি। সম্বোংলাইসু মোইবাংগী ফকতোম অবিবা ফমই হাযনা ক্রথোংলমলেন্দা পীবি।[৪৬] থাংজিংবুসু ফকতোম অবিবা হাযনা খঙনৈ। মথক্কী ৱাফমশিং অসি যেংলুবগা থাংজিং অমসুং সম্বোং লাইনিংথৌ অমতনি হাযনা লৌবা যাই। অদুবু মসিমক্তা অবোইবা নৎত্রগা অচুম্বা ৱাফম অমা ওইবে হাযনা লৌবদি লানগনি। মবমশিং অদুদি লাইবোন্দা মীওই অনি অসি তোঙান তোঙানবা লাই ওইনা পীবি। প্রমান খবা পীববদা (১) সবাং লৈসাংগী মৈহৌববোন পীবকপদা নিংথৌ তাবিগী মবি মখোং উৎলকপদা অসুম্না উৎলি ঃ মোইবাং লাইনা সম্বোং লাইনিংথৌ পোকই, সম্বোং লাইনা হুইমুলৈমা পোকএ, নিংথৌ তাবিনা হুইমু লৈমা থিজৈ (যাওং ইল্লি), তাবিনা অমুক কোম্বৌজম লাইবেম্বী লৌদুনা খোবিফাবগা, নিংথৌ চবনবগা অনী পোকই।[৪৭] মথক্কী মত অসিগী মতুংইন্না সম্বোং লাইনিংথৌ থাংজিংগী মচা ওইবি।

(২) মোইবাং থাংজিং হবাওবগী লাই লমথোকপা নৎত্রগা খোংচিংবদা শম্বোং লাইনিংথৌনা সেনাপটিগী মওংদা শগোল তোংদুনা মমাং থংদুনা লমথোক্লনি। লাই অনী অসি অমতা ওইববদি থৌওং অসি তৌবমলোই। পবম পবাদগী চৎনবক্লবা নিতি নিযম অসি লাল্লি হাযনা হেক্তা হাযবদি অচুম্না অফবা ওইবোই। থাংজিংগী মথংদা শম্বোংলাইনা থাংজিংগী খুভম ফংহৌদুনা মহাকপু থাংজিং হাযনা শৈথানবা ওইগনি। থাংজিং হাযবা ৱাহৈ অসি মী / লাইগী মমিং ওইবগী মহুত্তা থাংজিং চীংদা পানখিবা নিংথৌশিংবু খঙনবম্বা ওইগনি, থা জিংগী খুভম অসি মশুনুপী হুইমুলৈমগী মবিদগী কোম্বৌজম লাইবেম্বীনা পোকপা খোবিফাবনা অমুক ফংজহৌদুনা খোবি ফাববুসু থাংজিং হাযনা শৈথানৈ। মহাক্কী মতমদা থাংজিং চীংদগী তমদা কুমলক্তুনা মোইবাং তম্পাক্তা খুন্দাবা হৌখি। মবম অসিনা লৈবনা কনাগুম্বশিংনা খোবিফাববু ইহান হানবা থাংজিং ওইনা লৌনবসু যাওই। মথক্কী নৈনবোলশিং অসি যেংলুবগা মোইবাংগী পুকোক ওইবিবা থাংজিং "অবংবা" ওইগনি। শম্বোং লাইনিংথৌ অমসুং খোবিফাবা মহাক্কী মতুংদা পানখিবা থাংজিং মিংথোন ফংখিবা নিংথৌশিংনি।

মৈহৌববোনগী লাইবিকশিংদা পীবিবা মোইবাং শলাই তাবকপগী চার্ত অসি য়েংসি ঃ-

অবংবা (হুংঙাংলেন / থাংজিং) + লৈনুং হিপোকপী

তুমাহাবা + শজিবী

নুংমু + চিৎনু লৈমা

কুকমলেন মৈনাইদবা + লৈফুবেন চনু

য়ুচেং + লৈচিক নিংথৌ চনু

যুকৌবোন + লৈথমলেন চনু

সনা খিংখিং লাংবা + লৈনুং যুপুবোই চনু

সিবু ককচিকপা ঙাংচেং লৈতকপা + লৈনুং য়ুনাওবোই চনু

উবেন হনবা + লৈনুং যুচাখা চনু

ঙাংনিংশিং - ঙাংহুহ্লোক

ঙাংনিংশিংনা মোইবাংথেম ওই, ঙাংহুহ্লোক্না মোইবাং থোকচোম ওই। মোইবাং শলাই অনীথোক্না খাযদোকই মদুদি (১) মোইবাংথেম অমসুং (২) মোইবাং থোকচোম। ঙাংনিংশিংগী চাদা নাওদানা মোইবাংথেম ওইবি, ফুকপ অসিবু মোইবাং অবিবা খঙনৈ। ঙাংহুহ্লোক্কী চাদানা মোইবাং থোকচোম ওই। মোইবাং থোকচোম অসি অশেংবা মোইবাং ঈবা থিজিলনিংঙাই ওই। ঐখোযনা মথক্তা থেংনখ্রে, উবেন হনবনা মোইবাং থোকচোম পোকই হাযনা। উবেন হনবা সিবু ককচিকপগী মচা নত্তে, মহাক অসি নিংথৌ কাংবগী মচানি। খুযোন্না লৈথিনগাই ওইদুনা মোইবাং লৈখোং কাযববদা নিংথৌ কাংববু নেক্তুনা মোইবাংগী ফম্বাল ফমহন্দুনা লৈতাই নোংদাইখি। মতম অদুদা কাংবগী মচা উবেল হনবনা লৈনুং যুচাখা পান্নদুনা মোইবাং থোকচোম ওইবিবা ঙাংহুহ্লোক পোকই। মসিগী মথক্তা চোথে থংব্রাই পাখংবনা (থিগ্রি নাচৌব) মোইবাংগী ফম্বাল থাদোক্তুনা কৌবৌ নোংদা কাম্রিঙৈদা মোইবাং অঙম্বশিংনা কৌবা অঙাংঙাবু হাযজদুনা মোইবাংগী ফম্বালদা ফমহনখি। থিগ্রি নাচৌবনা মোইবাংদা অমুক হল্লক্লবদা কৌবা অঙাংঙানা মোইবাং থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা মোইবাং অঙম্বশিংগী

খুজিন থৌবাংনা কৌবা অঙাংঙাবু অমুক হনবিবক্লবা খামখি। মোইবাং খুন্থক, খুনখা অনি অসিগী মনুংদা খুনখাদা পাল্লবনবা হাযজববদা কৌবা অঙাংঙানা অমুক হল্লক্তুনা মতম খবা লৈবন্নগা মচাশিং থনন্নগা কৌবা চীংদা কাখি। অসুন্না লৈহৌবা কৌবা অঙাংঙাগী মচাশিংগী চাদা নাওদানা মোইবাং থোকচোমদা তিনখি।

মোইবাং যেক্কী মশা কযামুক লৈ। মখোযশিং অদুদি (১) খ্বাং শলাই (২) কে কে, (৩) ঙাঙোই, (৪) মুংযাংজম, লোইবেঞ্জম অসিনচিংবনি।

১। খ্বাং শলাই ঃ- সবাং লৈস্যাংথেম শলাইগী নিংথৌ তাবিনা শন্থোং লাইনিংথৌগী মচানুপী হুইমু লৈমা যাওং ইন্দুনা খ্বাং অহনবা পোকই। মহাক্কী চাদা নাওদানা খ্বাং শলাই ওইদুনা মোইবাং অবিবদা তিন্দুনা লৈবি। মখোয়গী চাদানা হাওবোংবম, কোঞ্জেংবম, লিসম, যুম্নাকশিং ওইবি।[৪৮]

২। কে কেঃ- কে কে ফুকপ অসি কনাগী চাদা নাওদানো অমসুং কৰি ঈনো মৈতৈগী পুযাদা ফংদে। মোইবাংবু 'কেকে' হায়নসু শৈথানৈ। অদুবু মখোয অসি মোইবাং কংলৈবোনগী মতুং ইন্না মোইবাং থাংজিংনা তম্পাক্তো কুম্লকপদা মোইবাংগী তম্পাক্তা হান্না তাবন্নবা মীওই ওইনা উৎলি। কেকেগী পুকোক ওইনা উৎলিবা হনবা কোকচাউ অমসুং হনবা লৈখম অনি অসি কুবাক লমতাইবা অমসুং খুন্থোং লাৎপগী ঈবাৎ-থৌনিদা পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ইহান হান্না খুন্দাবা মীওইশিংবু ঈবাৎ-থৌনিবদা মখোযগী মমিং পীবি। লাইবোন (মীওইশিং) অসি শজিবু চৈবাওবগী চাক কৎপদসু থৌনিনবা লাইওইখ্রবা খুন্দা হানবা মীওইশিংনি। অদুনা কেকেগী পুকোক অনী অসি পিনাইদবগী মনুং চনগনি। নৈনবা যাবা অমনা 'কে কে' শলাইগা তাইগী মশা অমগা মমিং মথা মান্নে। খৃঃ গী চহীচা হৌদ্রিঙৈদা তাইশিংনা কবো তম্পাক যৌশিল্লক্তুনা মনি ুব যৌবকখি। খৃঃ গী মমাংদা লৈখিবা মণিপুবদা তাইগী খুন্থোক খুন্দা অসি অহুমলক্লি। অদুনা তাইগী মশা অমা মোইবাংদসু লৈবমগদ্রা থিজিননিংঙাই লৈবি। মোইবাংদা নত্তনা মৈতৈগী যেক শলাই কয়াদা তাইশিংগী ঈ ফনা নিংথিজনা য়াওবগী প্রমান ফংই। ব্রাফম অসি লৈবনা অখং অহৈ খবগী মত মতুং ইন্নদি মৈতৈগী হৌবকফম তাই ওইগনি হায়না মত পীনবসু লৈ।

ঙাঙোই ঃ-

খৃঃ গী মমাংগী লৈবাক অসিগী ব্রাবী ব্রাখোং চযেৎনবগী চযেৎনবা ভাক্তনি। লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অসিনা মানা মানা খণ্ডজবা, তাহৌবা ইশিল্লম্বনা পুযা অমগা পুযা অমগা মত খেনবতা নত্তনা মখোযনা তাহৌ উহৌদ্রবা কযাসু লৈতবা নত্তে। অদুবু ফববসু ফৎত্রবসু মখোযনা খবা থঙ্গীবল্লিবা অসিনা হৌজিক্কী মীবোন্দা মিৎ নাকোং ওইজনবা মচাক অমদি ওইবতা নত্তনা মখা তানা থিজিন্নবগী লম্বী অমদি যাৎপিবি। ঙাঙোই নৎত্রগা ঙাংলোই শলাই পোক্লক শাৎলকপগী তোঙান তোঙানবা মত লৈ। মথং মথং যেংসি ঃ-

১।




মঙাং — ঙাঙোই — হুংঙাংলেন[৪৯]

মথক্কী মত সিগী মতুং ইন্না ঙাঙোই চেৎপা ঙানবগী চাদা অঙাংঙানা পোকপা ওইনা উৎলি।

২। তাইবংপানবগী মপুনা মোইবাংলাই পুথোক্লে। তাইবংমী পুথোক্লগে খল্লদুনা মশামক্তগী লাইবেম্মা তবেৎ থোকহল্লে। নিপাদি ঙানবা কৌনা থোবক্লে। মোইবাংলাইজি পাংবদা লৈবা সবেংচী (থাংচিং) কৌবা চীং অসিদগী কুমলক্কুনা পাকচাউববা মোইবাং তম্পাক খাযনা খুনগুমলক্কুনা কুক্না মালেম সেকনিং মখাদা লৈবী লৈমবেন খোংজং লৈমা যাংহনবিগা তিন্নদুনা ঙাংঙোই পোকখি।[৫০]

মথক্কী মত অসি অহানবা থিওবি অদুগা থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে। ঙানবদগী ঙাঙোই পোকলক-শাৎলকপা ওইনা পীবি।

৩। খুনুং-লৈকোই চিগংলোই কৌবা পুয়া অসিগী মতুংইন্না পবা ঙাংচুম্বা কৌবা মীতোপ অমা কৌবৌ নোংথৌদগী কুমলক্কুনা মোইবাং লৈবাক্তা থুংলখি মহাক্লা মচানুপা পরাঙাঙোইবা পোক্লবা মতুংদা মচা অদু থনমদুনা মরৈবাক্তা

অমুক হনখি। পবা ঙাঙোইবগী চাদানা ঙাঙোই ফুরুপ ওইহৌই।[৫১] পারাঙাংচুম্বা কনানো অমসুং কদাইদগী লাকপনো মবি মখোং শেংনা পীরমদে। অসুম্না ঙাঙোইগী হৌবকফমগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত লৈ। ঙাঙোই হায়বা মমিং অসিসু তাইগী মশা অমগী মমিংগা মান্নে। অদুনা ফুরুপ অসিসু তাই ওইব্রা খিজিনবা চংই।

খুযোন ঃ-

মোইবাংদা তাবম্বা যেলহৌমীশিংগী মনুংদা খুযোন অসিসু অমনি। ফুরুপ অসি মোইবাংগী মফম কয়াদা অঙনবা মতমদা লৈবমই। থাংজিং চীংমৈ, থাঙ্গা অমসুং লমলাংতোংগী চীংশিংদা খুযোনশিংনা তাবমই। মোইবাংগী পুৱাবীদা থাদোক্লবা যাদবা ফুরুপ ওইজববসু মখোযগী হৌবকফমগী মবি মখোং থিবদি ৱাই, খাগেম্বা যুম্বীগী মতুং ইন্নদি ফুরুপ অসি ঙানবদগী থাইখিবা মশা অমা ওইনা উৎলি।[৫২] অদুবু যুম্নাক অসি অঙোম অমসুং মোইবাং অনিমক্তা ফংবনা ফুরুপ অসি সুমলৈমনা পোকপা খাকপগী চাদা নাওদা অসি ওইনিংঙাই লৈ। মৈতৈ পুযাদা খুযোন নৎত্রগা খুযোহ্নেমগী মৈহৌববোন অমা লৈজববসু মখোয অসি লৈবাক অসিদা অঙনবা মতমগী খাযেন ত্রাইবশিংগী চাদা নাওদা ওইবম্বা যাই। ফুরুপ অসি খৃঃগী মমাং চহীচা ১৫০০ অদুৱাইদগী লমদম অসোমদা যৌবক্তুনা মনিপুবগী মফম কযা হাযবদি থাংজিং, চীংখৈ, থাঙ্গা, লমলাংতোং, মুংপীচীং, উখ্রুল অসিনচিংবা মফম কযাদা তাবমই। ফুরুপ অসিবু মৈতৈনা ককযেন মীঙম্বা হাযনসু খঙনৈ। ওইথোকপা যাবা অমনা ফুরুপ অসি কনবান নৎত্রগা খাযেন হাযনা খঙনবা খৃঃগী মমাং চহি ৬০০ অদুৱাইদা কবো তম্পাক্তা তাবম্বা ফুরুপ অদুগী চাদা নাওদা ওইবম্বসু যাই। ফুরুপ অসি গিবিনিগী মত মতুং ইন্না অখা নৎত্রগা খাশিংগী মশা ওইনা পীবি।[৫৩] ফুরুপ অসি তিবেতো বর্মন ওইবগী মহুত্তা মোন অনাম (অষ্ট্রেলোইদ) ফুরুপকা হেন্না নকশিন্নবা ফংই।

মুংযাংজম লোইবেঞ্জম ঃ-

ফুরুপ অসি মোইবাং অবিবদা থমজববসু নিংথৌজা ঈনি। নোংদা লাইবেন পাখংবনা খাবগী মখুত্তা মাইথিবা ফংদুনা মোইবাংদা মতম খবা শৈদাংদুনা লৈবিঙৈদা যুনম কৌবী ইবেম্মা অসিগা হৈ ৱাযনদুনা মুংযাংচাওবা

অমসুং তাক্রুনুম্বিবা অনি পোকই। মখোয মচিন মনাও অনিগী চাদা নাওদানা মুংযাংজম অমসুং লোইবেঞ্জম যুম্নাক ওইদুনা মোইবাংদা তিন্দুনা লৈহৌই।

মথক্তা পীবিবা ফুরুপশিং (মোইবাংগী মশা ওইনা লৌনবিবা) অসি নত্তবা কযা অমসু মোইবাংদা তিন্দুনা লৈবি মখোযগী মনুংদা মপুং ওইবশিংদি মোবি, বিষ্ণুপ্রিয়া পনবা যাই।

**মোবি ঃ-**

মোইবাংদা তাবন্বা মীওই ফুরুপশিংগী মনুংদা মোবি অসিসু অমনি। অসামদা মখোইবু মোবান হাযনা খঙনৈ। মখোযগী হৌবকফমগী মতাংদা অখঙ অহৈশিংনা পীনবিবা মততি - মখোইসি বোডা কছাবিগা মবি মতা ওইবা ফুরুপনি। খৃঃ গী মমাং চহি ১৫০০ অদুৱাইদা খা-নোংচুপ থংবা চিনাবোমদগী লাক্কুনা যাংসিকিযাং তুবেলগী হৌবকফমদা মখোয মচিন মনাও অহুমনা লুচিংদুনা থংলখি। মফম অদুদা মতম খবা লৈবম্লগা বোডোশিংনা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎখ্রবা মতুংদা মখোযসু মফম অদু থাদোক্কুনা মযাম্বা অহল মোইলাং থনম্লগা মনাও অনিদু অৱাংলোমদা হাইগৎলকখি। নিংথি তুবেলগী খোংলম ইন্দুনা কবো তম্পাক তাবকখি। পাতকৈ বেঞ্জগী লম্বীবোমদা চৎখিদুনা আসাম-নেপাল অমসুং মথং-মথং চৎখিদুনা -বিহাব ফাওবা যৌখি। মচেৎ অমনা কালেদা লৈহৌই। মফম অদুদগী মনিপুব বোমদা চংশিল্লক্কুনা সম্ছোং মোবিচীং অমসুং মোইবাংগী তম্পাক্তা তাবকখি। মোইবাং হাযবা মমিং অসি মখোয মচিন মনাও অহুমগী মনুংদা অহল মোইলাংগী মমিং লৌদুনা থোনখিবা ওইবমলোই হাযনিংঙাই লৈতে। মখোযগী চাদা নাওদানা মোবিবম যুম্নাক ওইবি। ফুরুপ অসিগী পুকোক অদুবু মৈতৈনা লাই মোবিবা হাযনা খঙনদুনা হৌজিক ফাওবা ঈবাৎ থৌনিনবি।

**মোইবাং যেক্তা নপচবিবশিং ঃ-**

মোইবাং শলাই শাগৎলকপদা তোঙান তোঙানবা ফুরুপ কযাসু পূৱাবীগী থৌদোক কযাদা মোইবাংদা লাক্কুনা তিল্লখি। মখোযগী মনুংদা চকপা অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া পনবা যাই।

চকপা ঃ চকপা ফুরুপ যেলহৌঙৈদগী লৈবাক অসিদা লৈবক্রুবা মীওই কাঙলুপনি। মৈতৈ পুযা খবগী মতুংইন্না মৈতৈ ফুরুপকী পূৱাবী হৌদ্রিঙৈদা চকপশিংনা

লৈবাক অসিদা পাল্লমই হায়না পীবি। ককপা ৱালকাবী কৌবা অমনা খুন লেপলমই। মানা চিংথোক্লবা (পুথোবকপা) সাগৈদি চকপা তবামাথোইনি।[৫৪] মনিপুরদা লৈরিবা চকপশিং বর্মা (হৌচিক্কী ম্যানমার) বোমদগী চংলকখিবনি। চকপশিংনা অপব বর্মাদগী তপ্না তপ্না মনিপুরগী খা নোংচুপ থংবা মাইকৈবোমদা চংলক্লুনা মাইকৈ অসোমদা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখি। জিরিনিনসু ৱাফম অসি শৌগৎলি।

মৈহৌবরোনগী লাইরিকশিংদা পীবল্লিবা হাওখা লোকখা হায়না খঙনবা ফুরুপ অসি শুগ্নুবোমদা অঙনবা মতমদা শুগ্নু অমসুং মসিগী অকোয়বদা তাবমই। ফুরুপ অসি হাওখা অমসুং লোকখা ফুরুপ অসি তিন্নদুনা শেম্বনি। লোকখানা সোংপু হাওনি অমসুং হাওখানা চকপনি।[৫৫] মখোয়গী মৈহৌবরোন উৎলকপদা লোকখা, হাওখা, অহৌহাওবোঙ, অহৌঙাম, য়ৌপু, থোকশেন, ঙাসেন, পুকস্রি, লাইতং, যেনৱাই নিংথৌবা হায়না পীবি।[৫৬] মখোয অসি নিংথৌ যেনৱাইবগী চাদা ওইনা উৎপসু লৈ। ফুরুপ অসি মমৈদা মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রদুনা অবোংদা তাংজদুনা লৈখি।[৫৭] খৃঃ গী অহুমশুবা চহীচাদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ তাউথিংমাংনা লোই চন্দুনা নিংথেম পাচা ইনখ্রে। চকপশিংনা মনিপুরদা চংলকখিবা অসি থেংখাং মবিদগী তাদনা ফংই। মীওই ফুরুপ মচা মচা ওইনা চংলকপনি। অহানবা চংলকপা অসি মখোয তবামাথোইনি। মখোযশিং অদুদি সৱাং, নোংফুরেন, নোংলেন, লেমপা, পিপি, পিথ্রাই, তেংকোন, নোইনুচৱাই, নোইনুচিনতোন, হবি অমসুং হবা। মখোযসি মৈতৈ ফুরুপকী পুৱাবী হৌদ্রিঙৈদা চংলকখিবা কাঙবুনি। খৃঃগী মাং চহি চনিদগী চাহুম ফাওবগী মনুংদা ওইবা যাই। মোংপি চীংদা তাদুনা মখোযগী লুচিংবী ককপা ৱানকাবী কৌবী অমনা মকোক ওইদুনা পাল্লমই।[৫৮] ফুরুপ অসিবু চকপা অহল হায়না খঙনৈ। কাঙবু অসিগী নাউফমলোন ৱাইথমপোক পীবমবনা মোংপিচীংদা যৌবক্ত্রিঙৈদা ৱাইথমপোক্তা মতম খবসু লৈবমগনি। মখোযবু অতিযাসিদবগী খুদুম মখাদা অমুক লৈবকপদগী মখোযগী লাইবু হনকোই নিংথৌ সাল্লম সঙাং ঙম্বা (অতিযা সিদবা) ওইনা উৎলি।[৫৯] ৱাফম অসি লৈবনা অতিযা সিদবনা লৈবোন নোংলোন মথং মথং শেমলকপদা পাফননা পুবা লৈবোন অদু ঙাকখিবা মীওইশিং অদু চকমবিংবা, তাংমবিংবা, মুংমবিংবা অমসুং পামবিংবা হায়না পীবি।[৬০]

অনিশুবা খুম্বোক অসিসু ফুরুপ মচা মচা ওইনা খাদগী অৱাংলোমদা কাবকখিবনি। মখোয় তবেৎকী খুৎপুনি। মখোযশিং অদুদি সৱাং নোংফুবেন অচিব, চকপা, তাংবা, পাংকক, চিকচিকপা, লৌপোন অমসুং সৱাং। মখোয অসিসু খৃঃ মাংগী খুম্বোক্রি। মখোযনা মোংবা যোইশঙকাইদা তাবমই।[৬১]

অহুমশুবা খুম্বোক অসিগী খৃৎপু অসিনা মখোয মাপল নৎত্রগা তবানা শাবনি। মখোয অদুদি চকপা, তাংবা, কাশি, হবি, হবা, নোংলেন, নোংফু, মেনোঙ, মেনোংমিৎ অমসুং হামেংমিৎ। ফুরুপ অসিসু মোংবা যোইশঙকাইদা তখি।

পোইবৈতোন্না খুম্বোবকপা মতমদসু চকপা অমা যাওবকখি। মহাক্না হান্না খুন্দাদুনা লৈবম্না চকপশিংদা তিনখি। থৌদোক অসিনা খৃঃ গী অহানবা চহী চাদা ওইগনি। খৃঃ গী তবাহুমদোইশুবা চহীচাদা চকপা খুম্বোক অমসু মনিপুব যৌবকখি। অন্দ্রো খুম্বোক ওইনা পীনবিবা হলেং অমসুং হুনচোক্কী খুম্বোক অসি অবাকানদগী লাকখিবা চকপা খুম্বোক্রি। মখোয মচিন মনাও অনিগী মযাম্বা অহল হলেংগী কাঙবুনা মথং মথং চৎখিদুনা চিতাগোং অমসুং ত্রিপুবা যৌখিদুনা মযমশিং অদুদা খুন্দা লৈতাখি। মনাও হুনচোক্কী কাঙবুনা মযাম্বগী খোঙ্গুল লিবা ফংদ্রদুনা অন্দ্রোদা চংদুনা লৈখি। অসুম্না অকোনবা লাকপা ফুরুপ অসি অনৌবা নাৎকী ঈনোৎ কযা মনিপুবগী চকপশিংদা পুবকখি। চকপশিংগী তোঙানবা লোন, মযেক অমসুং নাৎ লৈজে। অদুবু মোইবাংদা লৈখিবা চকপশিংদি মোইবাং (মৈতৈ) ওন্দুনা মৈতৈগী মনাৎ চৎখি।

**বিষ্ণুপ্রিযা ঃ-**

মোইবাং শলাইদা নপচদুনা লৈবিবা ফুরুপ অমদি বিষ্ণুপ্রিযাশিংগী মপা মপুশিংনি। বিষ্ণুপ্রিযাশিংবু মৈতৈনা অঙনবা মতমদা মযাং নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই হাযনা কৌনবমই। অঙনবা মতমদা মখোয অসি শাক্তা লাইনিং চৎলমই অমসুং নাইগী থাক্তা লৈবা লোই ওইবমই। ভাগ্যচন্দ্র মবাজগী মতমদা মখোযগী নুপী অমা লৌকুবদগী লৌখৎপিদুনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎহনখি অমসুং লমাংদোংদা লৈবিবা বিষ্ণুগী সেবা চৎহন্দুনা বিষ্ণুপ্রিযা হাযনা মিংথোনবিখি। অদুবু কনাগুম্বা খবগী মত মতুং ইন্নদি কালিসাশিংবু হিন্দু ধর্ম্ম (গৌবধর্ম্ম) লৌহনখিবসি নবসিংহ মহাবাজগী মতমদা ওইগনি পীবি অমসুং মখোযগী

দিক্ষা গুরুনা অধিকাবিময়ুম্না ওইখি। ফুরুপ অসিদা মীওই মখল মখেল কযা যাওবি। খৃঃগী মাংদা বেঙ্গললোমদগী চংলকখিবা এবযানশিংগী শকওং শক্তা ওইবা মীওই কাংবু অমা (২) ত্রিপুবাবোমদগী খুম্ভোবকপা নাউতিযা ফুরুপকী চাদা নাউদা ওইবা কালিচিযা অমসুং (৩) নোংচুপ হাবমদগী চংলকপা মীওই কযাসু ফুরুপ অসিদা চাইশিনখি। বি কুলচন্দ্র শর্ম্মনা বিষ্ণুপ্রিযাশিংবু কালিচিযাশিংগী চাদা নাউদা ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। অদুবু পনবা যাবদি ত্রিপুবাগী মীওই কাঙলুপ অমা ওইরিবা নাউতিযাশিংগী মশা অমা ওইবিবা কালিচিযাশিংদি মোঙ্গোলোইদশিংনি। অদুবু বিষ্ণুপ্রিযাশিংদি মপুংদা এবিযান যিযুচবনি। ফুরুপ অসিদা কুচ অঙৌবা অমসুং অমুবা মখল অনিসু ফংই। মসিনা তাকপদি বিষ্ণুপ্রিযা তোঙান তোঙানবা মীওই ফুরুপাশিংনা শেমগৎলকপা অমনি হাযবদা লাল্লোই।

মৈতৈ পুযাগী মতুং ইন্না খৃঃগী মমাংগী থৌদোক অমদা মপা মপুগী খোঙ্গুল লিবা লাকখিবা মীওই অমা মোইবাংদা যৌবকখি। ব্রাফম অসিগী মতাংদা মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবদা মোইবাং কংলৈবোনবু শৈথাবকপদা খুন্দা - হানবশিংবু উৎলকপদা ''অমুলাচা খোকপিভসুমপনা মপল হৈনা তুংনাউ সোমপা লম'' হাযনা শৈথাবি।[৬২] ভানবা খুমুকচমলোনদসু চেকালাচা, অমুলাচা, খকালাচা হাযবা মমিং পবেং অমা থাঙ্গাদা পাল্লম্বা লাইনিংথৌহনবগী মৈহৌববোন্দা পীবি। অসুম্না যেলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা বেঙ্গললোমদগী হৌবকপা এবিযান খবগী চাদা নাওদা লৈবাক অসিদা লাক্লুনা লৈবখি।

অতোপ্পা কাঙবু অমনা খুগা তুবেলগী তোবর্বান্দা লৈবম্বা পাঙন মবা খুলেন্দা লৈবম্বা মীওইশিং অসিসু বেঙ্গললোমগী মীওইশিং ওইগনি। পাঙন হাযনা শৈথাবিবা অসিনসু মখোযগী হৌবকফম উৎলি। খুমন নিংথৌ খিংকোন মে'বিহনবনা জয তৌদুনা মখোয পুম্নমকপু ফাদুনা পুবক্লগা মযাং ইম্ফালদা তাহনখি। মখোয অসিনা খুমন ইনবা নোংচুপ হাবমনি।

অসিদা নত্তনা মোইবাং যেক শাগৎলকপদা তোঙান তোঙানবা ফুরুপ হাযবদি অতোপ্পা যেক শলাইগী মীওই কযাসু পুব্রাবীগী থৌদোক ব্রাখোক কযাদা মোইবাংদা লাক্লুনা তিল্লখি। মখোযগী মনুংদা চোথে থংব্রাই পাখংবা, মযাম্না থিংগ্রিনাচৌবা হাযনা খঙনবা, নিংথৌ কাংবগী মচাশিং উবেনহনবা অমসুং লংবা, কৌবা অঙাংঙাগী মচা, নিংথৌ তাবিগী মচা- খোবিফাবা,

হেপুককচিকপা, ভাংচেং লৈতকপা কয়া মথং মথং মোইরাংদা তিনখি। অসুম্না মোইবাং শলাই (য়েক) শাগৎলকপদা মপুং ওইবা ফুকপ অদুদা অতোপ্পা শলাই কয়াগী অমসুং মপানগী মীওই কযা তিনশিন্দুনা শেমলকই।

**মোইবাংনা পাল্লম্বা মফম ঃ**

মোইবাং লাইনা হৌদোবকপা মফমদি নোংমাইজিং চীংদনি। ব্রাফম অসি লৈবনা থাংজীংবু নোং নিংথৌ তবেংবা হায়না শৈথানৈ। মদুদগী কোভাপাৎ মনাক্তা লৈবল্লগা খাবোমদা চৎখিদুনা চা কৌবা হিংচাববু মাইথিবা পিদুনা থাংজিং চীংদা কোইবেং (কোলহেন) শিংগী মপু ওইদুনা পানখি। কোইবেংশিংগী লাই ওই হাযদুনা থাংজিং কোইবেং লাই হায়না খঙনৈ। খোবিফাবনা নিংথৌ ৎইববা মতুংদা থাংজিং চীংদগী কুমলক্তুনা চাউব্রিপুঙদা মতম খবা লৈবমই। মদুদগী অমুক হোংদুনা সনা কৈথেল লৈবিবা অদুদা খাংপক খন্দুনা মতম খবা লৈবল্লগা মোইবাং লৈকোইপুঙদা খুন্দাখি।

শলাই অমগা শলাই অমগা লৈনবা ঈ মবি ঃ

নংথৌজা যেক্লা মোইবাং অবিবগী মুংযাংজম অমসুং লোইবেঙমগী ঈ মবিনে। মংযাংজম অমসুং লোইবেঙম যমনাক অনি অসি নোংদা লাইবেন পাখংবগী মচা মুযাং চাউবা অমসুং তাংক্রন্মিবগী চাদা নাওদানি।

অঙোম যেক্লী মশা ওইবিবা নিঙোন-লাইতোনগী কাংবুগা (যুমনাকশিংগা) মোইবাং অনৌবগী কৌবা অঙাংভাগী চাদা নাওদাগা ঈ মবি লৈনৈ। কৌবা অঙাংভাগী চাদা নাওদাস্ মোইবাং অনৌবদা তিনখিবনি। সবাং লৈসাংথেমগী মশানি লৌনবিবা হাওবোক-কোম্ভৌগা খা ভানবগী খুবাইজম, নোংজেংবম অমসুং মোইবাংগী খুাং শলাইগা ঈ মবি তিন্নৈ। মতৌ অসিগুম্না খাবা শলাইগা অঙোমগী অতোম যুমলেম্বম, হিদম অমসুং লাংমাইথেম (তেম্লোংশংবম) যুমনাকশিংগা-ঈ মবি তিন্নৈ। ব্রাফম অসি লৈবননি লাংমাই অসি অঙোম ওইবগী মহুত্তা খাবগা হেন্না নকশিন্নৈ হায়না মথক্তা নৈনখিবদু।

খুমন অমসুং লুৱাং-যেক অনি অসি অমগা অমগা ঈ-ইযান যানশিন্নখ্রে। লুৱাং শলাইগী ঈ ওইবিবা অবোং অমসুং লুংবা খুমনদা চংদুনা খুমন ওইখি। অসিগুম্না মখলগী যেক অমগা যেক অমগা ঈ তিনখিবগী ব্রাফম অসি সাইকক অচৌবা হায়না কৌনৈ। মখোয অসি য়েক থোক্রবগুম্না মতম পুম্বগী লৌনা লৈনবদা অথিংবা লৈ।

নুপী মবিদগী শলাই অমগা শলাই অমগা ঈ মরি লৈনবসু য়াউখি। পুরাবীগী অঙনবা শরুক্তা ইবেম্মশিংনা তোঙান তোঙানবা শলাইশিংদা হোং হোং-হোংদুনা মযুম পান্দুনা থম্লম্বা মচা মশুশিংনা ওইবা যুমনাক মশেলশিং মীবোল মঙা ফাওবা লৌনা লৈনবা অথিংবা লৈবমই। অসিগুম্বা পুরাবীগী মকওইবা থৌদোক তরুক লৈখি। মখোয় অসিবু পেন অচৌবা নৎত্রগা পি তিন্নবা হায়না খঙনৈ। মখোযশিং অদুদি ঃ-

১) **লিক্লাবিচা পেন ঃ-**

অঙোম শলাইগী কস্বাম, অকোইজম, নিংঙোম্বম, লাইতোঞ্জম অমসুং হুইবেম যুম্নাক মঙা অসিগা-লুৱাংগী খোকনাম, সম্বানদুবাম, খোইবম যুম্নাক অহূম অসি পি তিন্নৈ। লিক্লাবিচা নোংতমনুগী ঈ শিংনি।

২। **হুইমুলৈমা পেন ঃ-**

সবাং লৈসাংথেম শলাইগী থাংজম, তোংব্রম, সোবাইসম, পোইতাম, তৌবাংবম, ঙাথেম, থুমগনবম, মযাংলম্বম, লৌসিযাম, লযসাংথেম, খাগোকপম, মাইবাবমবম, নাউশেকপম, যুমসুদম, খোইস্রাম, মৈনম, হৈব্রাম, সবাংথেম, ব্রাইবোকপম, চনম, যল্লাংবম, চিংঙাখম, সোবোকখাইবম, মাইবাবিমাম, কেজেংবম, সামোম, হাওবোকচম, কোন্থৌজম, ব্রাকনবম, লোকতোনবম, যাঙ্গোইজম, হেম্মোইবম যুম্নাকশিং অসিগা মোইবাং অবিবগী হাওবোংবম, কৌজেংবম, লাইজম অমসুং লিশম যুম্নাক মবি অসিগা পি তিন্নৈ।

৩। **লৈচিক ঙানবী পেন ঃ-**

খাবা যুমনাক অনি নোংজেংবম অমসুং খুবাইজমগা ঙানবা শলাইগী খুমুজম যুম্নাকশিংগা পেন তিন্নৈ।

৪। **ঙানুথুম্বী পেন ঃ-**

লুৱাং শলাইগী হিজম অমসুং সলাম যুম্নাকশিং অসিগা খুমনগী ওইনাম, মাইমোম, লাংহৈবম , মাইতেম অমসুং লাইশ্রম মঙা অসিগা পেন তিন্নৈ।

৫। **চিনফুবোন লৈচিক ঙানবী পেন ঃ-**

খুমনগী অখাম অমসুং অযাম যুম্নাক অনি অসিগা খাবগী নোংজেংবম

অমসুং খুবাইজমগা পেন তিন্নে। মতৌ অসিগুম্না ঙানবগী মৈহৌবম, তেকচম খুমুজম, থোঙাম, অহৈবম, যুম্নাম, খিনবম, লাঙ্গোঞ্জম, সনজিবম অমসুং থাইদেম যুম্নাক তবা অসিগসু মথক্কী যুম্নাকশিং অসিগা পেন তিন্নে। ইবেম্মা চিনফুবোন লৈচিক ঙানবী পেননে।

৬। **লৈনুং (লযনুং) যুচাখা চনু পেন ঃ-**

মোইবাং অনৌবা শলাইগী যুম্নাক ১৬ কা মোইবাং অবিবা শলাইগী যুম্নাক ৮ গা পেন্নে। লযনুং যুচাখা চনুগী পেন্নে। অদুবু শলাই অনি অসি যেক্কী অথিংবস লৈ। মথক্কী পেন তকক অসি চাবোন মঙা লৌনা লৈনবদা অথিংবা লৈবমই। অদুবু থৌদোক অসি খুঃ মমাংগী থৌদোক ওইবনা চাবোন মঙা হৈনখ্রবনা লৌনা লৈনবগী অথিংবা অসিদি লৈখিদ্রে।

মখোযশিং অসি নত্তবা লনাই ওইনা শলাই অমদগী অমদা নপচা লংজবদগী শলাই অদু ওনাখিবা থৌদোক ৱাথোক কযাসু লৈখিদবা নত্তে। মখোয় অদুগী মচা মশুশিংগী মবক্তা লৌনা লৈনবা চাবোল অহুম ফাওবা অথিংবা লৈনবমই। মসিবু সাইকক মচা হায়না খঙনৈ। পেনদসু লনাই ওইবা থৌদোক থোকই। মদুবুনা পেন মচা কৌই। মখোযগী চাদা নাওদাসু চাবোন অহুম অথিংবা লৈগনি। অসুম্না শলাই অমগা শলাই অমগা ঈ মবি মথং মথং তিন্নরকখি।

## মরিশুবা পারা

# য়েক ৭ অসিদা তিল্লখিবা চীংমী অমসুং হারমগী মীওইশিং, নপচরম্বা অমসুং য়েক তরেৎ অসিনা কোনশিলমদবা ফুরুপশিং:

মথক্তসু নৈনখ্রে যেক অমা শেমগৎলকপদা মপুং ওইবা শলাই অদদা তোঙান তোঙাম্বা শলাইশিংদগী চংলকপা ঈ কযা যাওবতা নত্তনা লনাই ওইনা মীতোপ কযাসু (চীংমী অমসুং হাবমগী মীওইশিং) যাওশিনখিদবা নত্তে। খুদম খবদং পিববদা থৌবালদা নৈবা ব্রাহেংবমদি মবিংনে, সিংগামাদি তবাউনে, থৌবাল তাবা মংসা তাবমদি তাংখুলনে। চীংমীশিং অসিদা নত্তনা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমগী মীওই কযাসু নিংথৌগী অপাম্বা অনিংবা মতুং ইন্না যেক শলাই কযাদা তিনশিনখিখি। প্রমান ওইনা উৎলবদা ''নাওফংবগী মতমদগী হৌনা নোংচুপ হাবমগী মীওইশিং লাকপা হৌরে। শাগে শলাই তান্না লাকপদি কম্পোং লোকহন্দা চাইশিনখ্রে। কোন্না লাকপনা কম্পোং লোকখুদা তিনশিনখি। কম্পোং লোকহন-লোকখু লুবাংগী মশা অমনি। অতোপ্পা খুদম অমগা পিববদা তেখাওদগী থোবকপা তোলেক তাউনা লৌসিকাম চনু পানবগা পোকপা মাগী চাদা নাউদানা - নিংথৌজমদা চংখি। অসুম্না চীংমী কযা, হাবমগী মীওই কযা অসিগী মথক্তা নিংথৌগী কৈশিংদা লৈবম্বা কৈবোই অমসুং নাই (ফুঙ্গানাই) কযাসু গবিবনিব্রাজ মহবাজগী মতমদা মাগী মাগী মহুৎ হলম্বা নত্রগা মথৌ মঙম কোকপিদুনা মৈতৈ খুনাইদা তিনখি। মতমগী মতুং ইন্না কাওনখিদুনা হৌজিক্কী কনানা কনানো মশক তাকপা লুনা থোকলে। অদুবু মখোই মখোইগী মখুনদগী হোংদ্রিব কৈবোইশিংদি মশক তাকপা ঙমলি। খুদম ওইনা পিববদা কোইবেঙ্গদা লৈবা কৈবোইদি কোইবেং হাওনে। পেবে কৈদি পকমনে।

চীংমীশিং অসিগী মথক্তা চহিচা কযাদা চংলকখিবা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমগী মীওই কযাসু মৈতৈ খুনাইদা তিনখিদুনা মৈতৈ ওনখ্রে। মখোই অসি অহানবদদি তোঙান তোঙানবা শলাইশিংদা অযিনবা হাযদুনা লৈবম্বনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা চকপাশিং অমসুং বিষ্ণুপৃযাশিং অসিসু মৈতৈ সমাজদা তিনশিল্লক্লুনা মৈতৈ ওনখ্রে। খৃগী মমাংদা লাকখিবা মীওইশিং অদুদি মৈতৈ সমাজদা তিন্দুনা মৈতৈগী পাবি পুবি ওইখ্রে। অদুবু য়েক শলাইগী চৎনবী লাক্লবা মতুং হাযবদি খঃগী চহিচা কযাদা লাকখিবা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবম হাযনা খংনবা মীওইশিং অদুদি মৈতৈ সমাজদগী তোপ্পা থমলমই। অহানবদা মখোইশিং অসি শলাই অমদা নপচবা নত্রগা অযিনবা ওইনা থম্বা কাংবু, তোঙান্না মৈতৈ সমাজদগী খাইদোক্লুনা থম্না মখল, অসুম্না মখল মথেলগী কয়াগী ফিভমদা লৈবম্বদগী তপ্পা তপ্পা নিংথৌবোন কযাগী হাক্তক্তা মৈতৈ ওন্দুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিখি। অদুবু মখোই খবদি যাম্না ভন্না শলাই অমা নত্রগা অমদা চাইশিনখিবসু যাওদবা নত্তে। নিংথৌ পাল্লিবৈগী মতমদা মৈতৈ সমাজদা তিম্বা ভমহৌদবসু কযানি। যুম্লাক ফাওবা পিবিবমদবা কযাসু লৈবি। অদুবু গোত্র অমমমদি পিবিদুনা শাগৈ নত্রগা কাংলুপ কাংলুপ ফাওবদি শেম্নীবমই। মখোই খবনা তোঙানবা শলাই, (মৈতৈগী শলাইশিং নত্তবা) অমমম পিবিদুনা মশক তাকপিবমই।

**নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হারম:-**

মণিপুবগী নোংচুপ লোমদগী লাকপা মীওইশিংবু নোংপোক হাবম হাযনা খংনৈ। নোংচুপ লোমদগী চংলকপশিংনা নোংচুপ হাবম কৌই।

**নোংপোক হারম:-** খৃঃগী নিপালশুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী মতমগী নোংপোক হাবমগী মীওইশিং মণিপুবদা চংলকপা হৌবকখি। তোঙান তোঙান্বা মফমশিংদগী তোঙান তোঙান্বা মীওইশিংনি। মখোইশিং অদুদি - খাগী, পোং অমসুং কবো অসিনচিংবনি। যুনান, শান ষ্টেট অমসুং কবো তম্পাক অসিনচিংবা লমদমশিংদগী লাকখিবা মখোই অসি তোঙান তোঙানবা য়েক-সলাইশিংদা নপচা তাংজদুনা লৈবমই। অদুবু মখোই খবদি হান্না লাক্লুনা লৈবম্বা ফুকপশিংদা তিনখিবসু যাওই।

**নোংচুপ হারম :-** মণিপুবগী নোংচুপলোমদগী চহিচা কযাদা মীওই কযা লমদম অসিদা লাক্লুনা শৈদাংজবখি। খৃঃগী মঙাশুবা চহিচাদা পানখিবা

মৈদিংঙু নাউফংবগী মতমদগী হৌনা চহিচা কযাদা নিংথৌরোল কয়াগী হাকতক্তা মীওইশিং অসি শলাই ওইনা নত্রগা কাংলুপ ওইনা চংলকখিবনি। মখোইশিং অদু মখাগী অসুম্না খাযদোক্তুনা থম্নীবমই।

১) তেখাওলোন, ২) তখেল লোন, ৩) কুমফি লোন, ৪) ক্ষেত্রিলোন, ৫) লাইবিকযেংবম লোন, ৬) উখোংশাংলোন, ৭) চিংভুবেম্বী খোংলুপ, ৮) নিংথৌ নাই, ৯) লৈমা নাই, ১০) মৈতৈ বামোন, ১১) মৈতৈ পাঙল অসিনচিংবা। নোংচুপ হাবমগী মনুংদা যুম্নাক পিবমদবা অদুবু গোত্র অমদি পিবম্না কাংলুপসু লৈবি। লোনশিং অসিগী মনুংদা উখোংসাংলোনশিং অসি যুমনাক পিজববসু মখোইগী ওইবা শলাই অমমম পিদুনা মৈতৈ সমাজদগী তোঙান্না থমলমই। মসিগী ব্রাফম মখাদা নৈনবকখিগনি। মথক্তা পনখিবা মৈতৈ সমাজদা তিনখিবা নত্রগা নপচদুনা লৈবম্না ফুকপশিং অসিগী মনুংদা নোংচুপ লোমদগী চংলকখিবা মীওইশিংগী মনুংদা মৈতৈ বামোন অমসুং মৈতৈ পাঙনশিং অসিসু অমনি। খৃঃগী ১১ শুবা চহিচাদগী হৌনা ভাবতকী মফম কযাদগী লেপ্পা লৈতনা লাকখিবা ব্রাহ্মনশিং অসিদসু মৈতৈগী যুম্নাক পিদুনা লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাহনখি। অসুম্না মখোইগী ওইবা যুম্নাক ৬১ উবা ফংলকখি। অদুবু মখোইশিং অসি ১৮শুবা খৃঃগী চহিচা লাকপগা ঈবোইন্না হিন্দু লাইনিং লাকপদগী মখোইগী শক্তম ঙাক্তুনা মৈতৈ সমাজদগী তোখাইনা লৈবকখি। মতৌ অসিগুম্না মণিপুব মুসলিমশিং অসিসু ১৩শুবা খৃঃগী চহিচাদগী যৌবক্তুনা মণিপুবদা খুন্দা লৈতাহনখি। মখোইবুসু মৈতৈ যুম্নাক পিদুনা অযিনবা ওইনা লৈবকখি। মখোইসু মশিং যামখৎলক্তুনা যুম্নাক ৫৭ শুবকখি চুবাচান্দ মহাবাজগী মতমদগী মখোইগী লাইনিং ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা যাহনবিদুনা ঙসিদি মখোইগী শক্তম ঙাক্তুনা মৈতৈ পাঙন হাযনা খংনদুনা লৈবি। অসুম্না মপান্দগী চংলকপা মীওইশিং হাযবদি নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমশিং অসি নোংমগী মশিং যামখৎলক্তুনা নোংপোক হাবমগী যুম্নাক-১৭, তেখাওলোনগী-১৫২, তখেললোন-৭৩, কুম্বী (কুমফিলোন)-৮, লাইবিক যেংবমলোন-২৮, ক্ষেত্রিলোন-২৬, উখোং সাংলোন-৫৪, নিংথৌনাই-২৩, লৈমানাই-১৯, চিংভুবেম্বী খোংলুপ-২৭, মৈতৈ বামোন-৬১, মৈতৈ পাঙন-৫৭, পুন্না যুম্নাক ৬১৭ লৈবকখি। মখোইগী মনুংদা যুম্নাক ফংদবা কযাসু নাই অমসুং কৈবোই ওইনা লৈখিবসু কযানি। অদুনা হৌজিক লৈবিবা মৈতৈ সমাজ অসি মপানগী মীওইনা যামনাক মশিং হেন্না লৈবি।

**তেখাও লোন:-** ফুকপ অসি মৈদিংঙু থৱান্থাবা (১১৯০-১২৩১) নিংথৌগী সনা হাক্তক্তগী মণিপুরদা চংলকপা হৌবকখি। তেখাও লৈবাক্তগী লাকই হাযদুনা মখোইবু তেখাও লোন হাযনা খঙনৈ। তোঙান তোঙান্বা মীওইশিংনি। শলাই অমসুং কাংবু মচা মচা ওইনা লাকখিবনি। মীওইশিং অসিগী মনুংদা এবিযান ইলিমেন্তসু য়াওব্রা চিংননিংঙাইলৈ। যুমখাইবা যাওবগা মখোইগী যুমনাক ১৫২ লৈবমই। মখোইশিং অসি তপ্না তপ্না মৈতৈ সমাজদা তিনখ্রে।

**তখেল লোন:-** তখেল (ত্রিপুরা) লৈবাক্তগী লাকই হাযদুনা লোন অসিবু তখেল লোন হাযনা কৌনৈ। খৃঃগী ১৩ সুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মতমদগী হৌনা তখেল লৈবাক্তগী মখোইশিং অসি মণিপুরদা যুমহোংলকখি। ত্রিপুবিশিংদা নত্তনা তাউমী হাযনা মৈতৈনা খঙনবা মীওইশিং অমসু নোংপোক বঙ্গগী কুমিলাদা লৈবা ব্রাইব কযা লোন অসিদা যাওবি মখোই খবদি মৈতৈগী যেক শলাইশিংদা তিনখিবসু যাওখি অদুবু অযাম্বদি মখোইগী ওইবা যুম্নাক পিবিদুনা অযিনবা ওইনা লৈবমই। লোন অসিদা পুন্না যুম্নাক ৭৩ লৈবমই।

**কুমফিলোন:-** লোন অসিবু কুম্বীলোন হাযনসু কৌনৈ। মতম অমদা ত্রিপুবাগী মনুংচলবা কুমিলা সহবদগী লাকই হাযদুনা কুমফিলোন হাযনা খংনবম্বনি। মৈদিংঙু পুন্সিবা (১৪সুবা খৃঃগী চহিচা) অমসু নিংথৌখোম্বা (১৪সুবা খৃঃগী চহিচা) অনিগী হাকতক্তা চংলকখিবনি। লোন অসিদা যুম্নাক ৮ লৈবমই।

**লাইবিকযেংবম লোন:-** মৈতৈ নিংথৌ লমক্যাম্বগী (তবাতকক সুবা খৃঃগী চহিচা) হাকতক্তা কৌথোকলুবা কবিচন্দ্রগী চাদা নাওদাবু লাইবিকযেংবম লোন হাযনা খঙনৈ। তোঙান তোঙান্বা মীওইশিং অর্য, সূদ্রা, নাপিৎ, পোৎ পুবা মীওই, লানযা অসিনচিংবা কযা তিনখ্রবনা লোন অসি মৈতৈ সমাজদা তিহন্দনা তোঙান্না হন্থবা থাক্তা থমলমই। তেখাও, তখেল, কছাব অমসুং বেঙ্গল(সান্তিপুব) অসিনা চিংবা মফমশিং অসিদগী লাকখিবা মীওইশিংনি। অদুবু মখোই খবদি এবিযান ফিযুচব ওইবা যাওবি। মখোইশিং অসিসু মৈতৈগী যুম্নাক পিবমই অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম লাক্লবা মতমদা গোত্রসু পিবমই। নবসিংহ মহবাজগী মতমদা লাইবিকয়েংবম অসি কাষ্টকী থাক্তা থাঙ্গৎপিদুনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌহন্দুনা মৈতৈ সমাজদা তিনহনখি। লোন অসিদা যুমনাক ২৮ লৈবমই।

**ক্ষেত্রিলোন:-** অর্যশিংগী ক্ষেত্রি কয়াসু অঙম্বা মতমদগী হায়বদি মৈদিংঙু চলাম্বগী (খৃঃগী ১৬ সুবা চহিচা) মতমদগী লাক্তুনা মৈতৈ সমাজদা তিল্লখি। মখোইশিং অসি কাসি, শান্তিপুব (নদিয়া) তখেল, তেখাও অমসুং কছাবদগী লাকখিবা এবিয়ান ক্ষেত্রিশিংনি। মখোইবু ক্ষেত্রিময়ুম হায়না খংনৈ। গোত্রনা মখোইগী কাংলুপ নত্রগা শাগৈ মশক তাকই। লোন অসিদা অঙনবা মতমদা শাগৈ কুনতকক লৈবমই। ফুরুপ অসি মৈতৈ ওন্দুনা লৈজখ্রবা মীওইশিংনি।

**উখোংশাংলোন:-** লোন অসি কছাব, তখেল অমসুং তেখাও লৈবাকশিংদগী লাকখিবনি। মখোই অসি বোডো ওইজববসু শাক্তা লাইনিং চৎপা ওইবমই। মখোইনা লাৎলিবা লাইবেম্বী অসি বাইক্ষস্য দেবী ওইনিংঙাই লৈ, অদুনা মখোইগী মনুংদা অকোকসা, লাইখিসা (বাইক্ষস্য) হাযবিবা কাংলুপ অনি অসি হিংচাবীগী নুংশিৎ চেন্বা (শক্তী লৈবা) কাংবু ওইনা লৌনৈ অমসুং কিনৈ। মখোই অসি মৈতৈ সমাজগী মপান্দা থমদুনা মখোইগী তোঙানবা শলাই তরুক শেমবিদুনা লৈহল্লমই। মখোইশিং অদুদি ১) হাজানুসা শলাই, ২) খৌসেন শলাই, ৩) তৌউং খোংপাই শলাই, ৪) হাইসা শলাই, ৫) অখেশা শলাই অমসুং ৬) লাইখিস্য শলাই অসিনচিংবনি। মখোইগী মবক্তা বোডো নত্তবা কোন্না চংলকপা তাউমী, ডোবী, নাপিৎ কয়াসু তিনখ্রে। অদুনা লোন অসিগী খবনা মৈতৈ সমাজদগী তোপ্না থম্লগা খরনা নপচবা ওইনা লৈরমই। লোন অসিদা পুন্না য়ুমনাক ৫৪ লৈবমই। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা (১৭শুবা খৃঃগী চহিচা) নিংথৌগী স্না হাকতক্তগী হৌনা মথং মথং লাকখিবনি।

**ময়াং নিংথৌ নাই অমসুং লৈমানাই:-** ময়াং কালিশাশিংবু নাইগী থাক্তা থমদুনা নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই হায়না কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্তুনা থমলমই। কাংলুপ অসিবু বিষ্ণুপৃয়া হায়না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী কৌনখি। মখোইগী খুল্লোক অসি অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই অমসুং মীওই ফুরুপসু মখল অনি শুই। অহান্বা থোবকপা কাংবু অসিদি খৃঃগী মমাংগী খুল্লোকনি। অনিসুবা খুল্লোক অসিনা খৃঃগী মতমগী খুল্লোকনি। অর্যগী শক চংবা কাংবু অমসুং মোঙ্গোলোইড শক চংবা কাংবু মখল অনি ফংই। অসিদা নত্তনা লোন অসিদা অতোপ্পা মীওই কয়াসু চংশিনখ্রে। খুদম ওইনা পিববদা মৈদিংঙু থবাল্লাবদা তিলি দেবান্দ কৌবা অমা থোরকএ, ময়াং নিংথৌ নাইদা চংখ্রে। অহান্বা থোবকপা কাংবু অসিনা বেঙ্গললোমদগী (পসা) লাকপা মীওই

ওইগনি। অকোনবগী খুন্থোক অসি কবম্বা মতমদা লাকখিবনো চপ চানা হায়্রবঃ ঙমদে। বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মগী মতম মতুং ইন্নদি মখোইশিং অসি ত্রিপুরাগী নাউতিয়া ত্রাইববকী মশা অমা ওইবিবা কালিচা ত্রাইব ওইগনি পিবি। অদুবু পনবা যাবদি ত্রিপুবিশিংদি বোডো ত্রাইবনি অমসুং মোঙ্গোলোইড ফুরুপনি। অদুবু ঐখোইনা মযাং নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই লোন অনি অসিদি অর্ষ অমসুং মোঙ্গোলোইড অনিমক্কী শকওং শক্তা উবা ফংই। অদুনা লোন অসিগী মীওইশিং অসি য়ানশিন্নববা মীওইশিং ওইগনি। অঙনবা মতমদা লোন অনি অসিদা যুমনাক কুন্থ্রামবি (২৪+১০) লৈবমই। মযাং শক চংবনা ইবাই লাইনা মশক তাকপা ঙমই। মখোইগী চাদা নাওদাশিংনা ইথিং, থাঙ্গা, ঙাইখোং (খুনৌ-খুলেন) নিংথৌখোং, খাঙবোক, যাইবিপোক, ককচিং, হৈবোক, লৈসাংখোং অসিনচিংবা মফমশিংদা চাইনা চাইনা তাবি। লোইগী শিংদা চন্দুনা লৈবম্বদগী ভাগ্যচন্দ্র মহবাজগী মতমদা লৌখৎপিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনহনবিদুনা বিষ্ণুপুয়া হাযনা খংনবকখি।

**চীংঙুবেশ্বী খোংলুপ:-** মৈদিংঙু থবাস্থাবগী লৈমা য়াংখু চনুনা (য়িমখু চনু, খৃঃগী ১৩সুবা খৃঃগী চহিচা) পোকপা কাকপা থবাস্থাবনা খোংনাং খোংমবি (কছাবগী মাইবোং) মচানুপী চীংঙুবেশ্বী লৌই। নাইইল ওইনা মখোই ১০ উলমই।[২] মতুং খবা লৈবগা মখোই খবসু অমুক থোবকই। মখোইগী মনুংদগী কয়া অমা নাই ওইনা শাগে কযাদা তিনখ্রে। খুদম ওইনা পিববদা তিলি দেবান্দনা মযাং নিংথৌ নাইদা চংখ্রে। দাধা কৌবা অমনা নাই ওইক হায়দুনা ব্রাইখোমদা চঙখ্রে। দুম ঙাখিবা কতৌ কৌবা অমনা শৌগাইজমদা চঙখ্রে। অসিনা চিংবা লৈহৌবিবাশিং অদুগী চাদা নাওদনা যুম্নাক ২৭ ওইদুনা লৈবি। মখোই অসি নোংচুপ হাবম ঙাকনে।

**মৈতৈ বামোন:-** ব্রাহ্মিনশিংনা মণিপুবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদগী (১৪৬৭-১৫০৮) হৌনা মণিপুবদা চংলকপা হৌবকখি। ১৮শুবা খৃঃগী চহিচাদগী মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌবকপগা লোযননা ব্রাহ্মিনশিংগী খুন্থোক নোংম নোংমগী হেনগৎলকখি। ভাবতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিং ত্রিপুরা, অসাম, কুলিগ্রাম, ববানগব (গোসালপুব) প্রযাগ, গুজবাত, নদিযা, কানপুর, গৌরদেস, শান্তিপুব, বৃন্দবন, গংগোত্রি, বাইবাবি, বধাকুন্দ, কাশি, নেপাল অসিনচিংবা মফমশিং অসিদগী চহিচা কয়াদা নিংথৌবেল কয়াগী হাকতক্তা

লাকখিবনি। অঙনবা মতমদা লাকখিবা কয়াদি মৈতে সমাজদা তিনখ্রে অদুবু হিন্দু ধর্ম্ম লাক্লবা মতুংদদি নৌহৌন্না ব্রাহ্মিনশিংবু থিগৎতুনা মখোইগীসু যুমনাক পিবিদুনা ইকাই খুমনফম ওইবা ফিদা পিবিদুনা মৈতে সমাজদগী তোঙান্না লৈবকখি। মণিপুরদা লৈবিবা ব্রাহ্মিনশিংবু বামোন হায়না কৌনৈ। ফুরূপ অসিসু কাংবু অনি থোক্লা খাইদোকই ব্রাহ্মন অমসুং গনক। গনকশিং অসিনা হন্থবা থাক্তা লৈ। লাইতিনগী সেবা, পুজা-লাংবা তৌবগী অথিংবা লৈ। সমাজগী থাক্তাসু হন্থবা থাক্তা লৈবমই। মখোই অসি নত্তবা মৈতে বামোনশিংগী মনুংদা শাগৈ খবসু লাইতিনগী থবক অমসুং গোবিন্দগী সেবা চংবদা অথিংবা লৈবমই। মখোইশিং অদুদি গোশাই ময়ুম, মথুবাবাসি ময়ুম (হঙোইবম) তখেনচংবম, শিজগুরুমযুম অসিনচিংবনি।

**মৈতৈ পাঙল:-** মণিপুরদা খুন্দাবিবা ফুরূপশিংগী মনুংদা মুসলিমশিং অসিসু অমনি। ফুরূপ অসিবু মৈতৈনা পাঙল নত্রগা মৈতে পাঙল হায়না কৌনৈ। তরাহুদোইশুবা খৃঃগী চহিচাদগী হৌনা লৈবাক অসিদা চংলকপ হৌবকখি লৌনৈ। লৈবাক অসিদা অঙনবা মতমদা লৈবস্না ফুরূপশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা পঠানলোন হায়না শক তকলিবা ফুরূপ অসি কুবলাই খান্না লান তাবকপদা লৈহৌবা মুসলিমশিং ওইগনি। অদুবু খ্বাইদগী মশিং যাম্না লাকখিবদি মৈদিংঙু খাগেম্বাগী মতমদা (খৃঃ ১৭শুবা চহিচা) লানফা ওইনা ১০০০ ফাহৌবা অদুনি। মৈতৈগী মতৌগুম মখোইসু যুম্নাক পিদুনা লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাহনখি। অদুবু মখোই অসি মৈতে সমাজদদি তিনহনখিদে, অতৈ হাবমগী মতৌগুম্না হন্থবা থাক্তা থমদুনা অথিংবা কয়া থমলমই। চাওবাক্লা যুম্নাক ৫৭ লোম লৈবমই। ২০০৯গী সেন্সস রিপোর্ট মতুং ইন্না মৈতে পাঙলশিংগী মিশিং ১,৯০,৯৩৯ ওইখি।

অদুবু ডা ব্রাউনগী মত মতুং ইন্নদি মৈতে পাঙলশিং অসি লোইগী শিংদদি চলহল্লমদে অমসুং মখোইসু মৈতৈগুম্না তোঙান্না লাল্লুপ কাহল্লমই হায়না উৎলি। মখা তানা থিজিনবা দরকার ওইবি।

***অপিক অপিকপা শলাইশিং:-***

যেক তবেৎ/শলাই মাপল অসি নত্তবা অঙনবা মতমদা অপিক অপিকপা ফুরূপ (শলাই) কয়াসু লৈবমই মখোইশিং অদুদি -

## ১. উরোক উসা (উরোক লোন)

ফুকপ অসি মৈহৌবোনগী পুৱাবিদা তোঙান তোঙাম্বা মত লৈ । নিংথৌ তাবিগী মচা ইবুংও পুবাংনা উবোক উসা, চকলাই অমসুং মংসাকৈ অহুম পোকই হায়না খুন্দাবোনদা পিবি ।[৩] খাগেম্বা যুম্বীদা পিবিবনা ফুকপ অসিগী মৈহৌবোন অসি নোংশা, মবা অমসুং পোবা (তোবা) হায়বিবা মীওই অহুম অসিগী চাদা নাওদা ওইনা উৎলি ।[৪] অতোপ্পা মত অমগী মতুং ইন্না পিবিবা মতনা অতিংঙা সিদবগী চাদা নাওদা ওইনা উৎলি ।

লাইকসা - অতিংঙা সিদবা
লাই ইপুথৌ - লোইনাই খুন্দাবা
অপোকলোন যুমদাবা - কেক কে
যিগীমিংখৈ - লীংলেং

মথক্কী মত অহুম অসিগী মনুংদা অবোইবগী মত অসিনা হেন্না মবিক চুম্বা ওইবনা মত অসিনা অচুম্বা ওইগনি । উবোক উসা হযাচক্কগী হৌনা ফুকপ অসিগী মমিং তাবা ফংলে । ফুকপ অসিগী মাইকৈ লাই অসি থোঙাবেনবু পিবদুনা থা মাইকৈ হাযবদি মণিপুবগা ম্যানমাবগা তাইনবা মফম নত্রগা কবো তম্পাক অসোমদগী অৱাংলোমদা কাখৎলক্কুনা খুযোই নিংথিবী ঈনচিংফমদা লৈবমই । লাংবাচক লাকপগা লোযননা লুৱাং লাংমাইবনা (লুৱাংপচাহনবা) ঈবাৎ থৌনিগী থৌবম থৌদা তৌখিবগা লোযননা মখোই অসি চীংদা কাদুনা হাও ওইখি । অদুবু মচেৎ অমা অথেংবা মতম ফাওবা লৈহৌদুনা অঙোম যেক্তো তিনখিব্রা হাযনা লৌনৈ । খোঙ্গুল মুৎখ্রবা ফুকপশিংগী মনুংদা মখোই অসিসু অমনি ।

২ **হাওখা লোকখা:-** লোন অসি চকপা অমসুং সোংপু অনি পুন্সিন্দুনা শেম্বা ফুকপনি । হাওখানা চকপনি অমসুং লোকখানা সোংপু হাওনি । ফুকপ অসি অবোং ইন্দুনা অবোং ওইখ্রে । ফুকপ অসিগী মচেৎ অমা মৈতৈ নিংথৌ তাওথিংমাংগী মযাম্বা যোইমোংবনা তুদেং খোংদেংবা চৎপদা লোই চলমদনা মচেৎ অমা নিংথৌজা ইনখ্রে ।[৫]

৩ **মান্তিং মোবা:-** লৈমা কাংখল অমসুং নিংথৌ তাবিনা পোকপা মচা মানতংনা মান্তিং মোবা শলাই ওইখি । অতোপ্পা মত অমগী মতুং ইন্না ফুকপ

অসিগী পুকোক মান্তিং তিং হায়না পিবি।[৬] অদুবু লাংদাই লাংহৈ পুযাগী মত মতুং ইন্নদি ফুরুপ অসিগী পোকফম অসি তুসাবোক হায়না পিবতা নত্তনা সৱাং নোংফুবেল কিংনাইববু ফুরুপ অসিগী লাই ওইনা পিবি। ফুরুপ অসি চকপা ওইবা যাই। ফুরুপ অসিগী চাদা নাওদাশিং অঙোমদা তিন্দুনা মান্তিংবম অমসুং অঙোমজামবম যুম্নাক ওইবি।

৪ থৱারোন:- খোঙ্গুল মুৎত্রবা ফুরুপশিংগী মনুংদা লোন অসিসু অমনি। ফুরুপ অসি হৌবকপদা লৈবম্বা মীওইশিংদি থৱা, কোইচিং, কোইমা, তিনচেং, তানসেং, ঙাসেন, থাংথোক, থনথোক, খুমুনাউ অসিনচিংবনি।[৭] থৱাবোন ফুরুপ অমা অনি পুন্সিন্দুনা শেম্বা কাংবু অমা ওইগনি। থাৱা হায়না খংনবা মীওই কাংলুপ অমা লৈবম্বগী প্রমান ফংই। লৈশেম নোংশেম্বগী মতমদা মাইকৈ ঙাকপা লাই মবিগী মনুংদা থৱা অসিসু অমনি। পোইবৈতোনগী মযাম্বা অমসু থৱাবেন কৌই। ফুরুপ অসিগী পিবমলিবা পুকোকশিংগী মমিং খবগা হাওখা লোক খাগী পুকোক খবগী মমিংগা মান্নবা লৈবনা ফুরুপ অসি শাগৎলকপদা চকপা মচেৎ অমসু যাওবম্বা ওইথোক নিংঙাই লৈ।

৫. হনলোইবা লোন:- লোন অসিগী হৌবকফম থিবা ফংদে। মপান্দগী চংলকপা মীওই কাংবু মচা অমা ওইগনি। মখোইগী পুকোক ওইনা পিবিবা মীওইশিংদি লৈনুংখিকপতে, নোংসাপতে, পুবা, খমলা, চিংমিৎ, তমিৎ, মুবিং, ফেফাম, প্রাংঙা অসিনচিংবনি। মখোইগী চাদা নাওদানা হনলোইবা লোন ওইবি। ফুরুপ অসি খুমন শলাইদা তিন্দুনা লৈবি।[৮] খুমন শলাইগী হুংলেম অমসুং হনলোইবম যুমনাকশিং অসি মখোইগী চাদা নাওদানা ওইখিবনি।

৬. পসালোন (তিলিপসা):- নোংপোক থংবা বেঙ্গলবু মৈতৈনা পসা হায়না খংনবমই। পসাদগী লাকই হাযদুনা মীওইশিং অসিবু পাসা নত্রগা পাসি হায়না খংনবমই। লৈবাক অসিগী পুৱাবী হৌবকপদগী হৌনা মৈতৈশিংনা যুমথংনবা নোংচুপলোমগী মীওইশিংগা তোৎনা তিন্নবম্বা অমসুং মবি লৈনবম্বগী প্রমান কযা ফংই। খুদম খবা থমলবদা লাইনিংথৌ থাংজিংবু শৈথাবদা "তখেন লাকচিন ফম্বা, ময়াং সকাং তোংবা, পাঙন তম্পাক কোইবা" হায়না শৈথাবি।[৯] অতোপ্পা ৱাফম অমদনা পুবৈবোম্বনা শগোল তুখাই তোংদুনা লোইজিং চীং লানখিদুনা নোংচুপ লম যৌখিদুনা পাঙল তম্পাক পুম্নমক শেমএ হায়না থিবেল

মৈবমলিবদা পিবি। অসুম্না বঙ্গদেসতগী হৌরকখিবা বিষ্ণুপ্রিয়াশিং অসিসু মখোইগী মপা মপুগী খোঙ্গুল লিবকপদা মণিপুব যৌবকখি হায়না মোইরাং নিংথৌবোল লম্বুবদা পিবি।(ল:৭) অদুবু মথক্তা পনখ্রিবা পসালোন অসিগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগা অনি অসি তোঙান তোঙান্বা ফুকপ ওইগনি। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী চাদা নাওদাশিংদি ঙসি ফাওবা লৈবাক অসিদা লৈবি অদুবু পসা নত্রগা পাসিশিংদি খোঙ্গুল মুৎখ্রে। ৱাইবংদা লৈবিবা পাসি খুলেন্দা লৈবিবা মীওইশিং অসি মখোইগী চাদা নাওদা ওইবা যাই। লৈহল লাং কৌবা অমনা ফুকপ অসিগী পুকোক ওইনা হৌই। মহাক্তা লোযনবকপা মীওইশিং অদুদি তিমুল, অসাংউ, শাশিল লেম, সাচাহা, লোংমোললেপ, পুন্না মখোই তবেৎ লাকখিবনি।[১০] কাংবগী মচা ইবেমগী মমাংদা লৈবমই লৌবা যাই। মখোই অসি অহান্বা খুন্থোবকপদা উসোইশঙদা লৈবকই।[১১] মদুদগী চাইথোকখিদুনা তোঙান তোঙানবা মফমদা মখোইগী চাদা নাওদানা খুন্দাবন্বগী ৱাফম পুঙকনবা লোন্দা ফংই। খুদম অমা অনিদং লৌখৎতুনা য়েংসি।

১) পসি চুকোকপ লাইহাৎ থৌবনা চিঙবাফু তোংএ, (২) পাসি খেলৱাং খালৱাংবনা য়িসোক লাংয়াদা তোংএ, (৩) পাসি চিকংবনা খাবী নম্বোল তোংএ, (৪) পাসি চুকোক ফুবান ফৌওইচীং তোংএ অসিনচিংবা।।

৭. **তেংলৈরোন:-** খৃঃগী মমাংদা লৈবন্বা ফুকপশিংগী মনুংদা খোঙ্গুল মুৎথ্রবা ফুকপশিংগী মনুংদা তৌলৈবোন অসিসু অমা ওইবি। মৈতৈগী পুয়াদা মখোই খরগী মমিং পিবন্বা নত্তনা অতৈ থোইদোকপা ফংদে। মখোইশিং অদুদি তেংলৈমুচা, হাওবামুচা, হাওবম কোকচা, হাওবম সাংচা, তেকতাপা, তোযতাপা, পানমা তোমপা অসিনচিংবনি।[১২] মখোই অসি কদাইদগী লাকপনো অমসুং কবন্বা যেক শলাইদা তেনখিবনো মবি মখোং থিবা ফংদে। ফুরুপ অসিগা হাওবালোনগা নকশিন্নবা মবি লৈবগুম তৌই।

৮. **হাওবা লোন:-** লোন অসি খোঙ্গুলমক্তী মুৎখিদ্রিবা অদুবু মমি শামথ্রবা ফুকপশিংগী মনুংদা অমনি হাযবা যাই। মখোইগী হৌবকফম অমসুং মবি মখোং লান্বা ৱানা থোক্লে। হুইবোই মঙা হাযনা খংনবা মীওইশিং অসিগী চাদা নাওদা ওইনা উৎপসু লৈ।[১৩] মখোইগী চাদা নাওদানা শা-তানবা অমসুং ফাবা চৎপদা হুইপুদুনা শাগী খোঙ্গুল লিদুনা লমজিংবগী থবক তৌবমই। হুইবোইগী

**থবক তৌবদগী মখোইবু হুইবোই হায়না খংনখিবনি। মখোইগী চাদা নাওদাশিং কবম্না য়েক শলাইদা তিনখ্রবনো হাযবগী চপচাবা উৎপা ঙমদে। অদুবু মখোই** অসি চেংলৈ যেক্তা তিনখ্রব্রা খল্লি। লুৱাং পুন্সিবগী নুপী মাপলগী মনুংদা অমা ফুরুপ অসিগী চনুনিঙোলনি। ইবেম্মা অসিগী মমিং যুশিল লৈমা চিংনুং হাওবা চনু হাযনা শৈথানৈ। মোইবাংগী ৱাবীদসু মবোই হাওবা হাযনা খঙনবা কাংলুপ অমগী ৱাবী ৱাখোংসু ফংই।

**৯. পঠানলোন (কুসু পঠান):-** মপান্দগী লাকপা মীওই কযা অঙনবা মতমদগী লৈবাক অসিদা চংলকখি, মথক্তসু নৈনখ্রে, বেঙ্গললোমদগী লাকপা পসা বোনগী ৱাফম। অদুবু মৈতৈগী পুযাশিংদদি অসিগুম্বা মীতোপশিং অসি লৈবাক অসিদা পোকখিবা ওইনা উৎলি। কুসু পঠানশিং অসি নিংথৌ কাংবগী মচা উবেনখুবগী মচা ওইনা পিবি।[১৪] ফুরুপ অসিগী মীওইশিংদি ককলা সা. পোবোন সা, সেত সা, সান সা, ত্রৎ সা, অমসুং তৌউৎ সা অসিনচিংবনি।[১৫] মীওইশিং অসিগী মমিংদা যাওবিবা ''সা'' হাযবা ৱাহৈ অসি ''সহা''দগী থৈথবকপা নত্রগা শমজিনবা ৱাহৈ ওইবা যাই। কনাগুম্বা অখং অহৈ খবগী মত মতুং ইন্না কুসু হাযবা অসি বেঙ্গলগী লম অমগী মমিংনি, অদুবু অতোপ্পা মত অমদনা মপুথিবা নিংথৌগী কোনুংদা লাকখিবা সৌবোন যাইবেন চনুবু থাজখিবা লন্থোইবা অদুগী লাকফম পিবকপদা কুসু খুলেন হাযনা পিবি। লমদম অসিগী লৈফম থাবকপদা হৌজিক্কী ম্যানমাব ওইনা নুমিৎপু শৈথাবা লাইশো দা পিবি। ৱাফম অসি লৈবনা কুসু হাযবা মফম অসিগী তাংদাবা মফম পুথোকপা চযেৎনবা লৈবি। ফুরুপ অসি পঠান ওইবা তববদি খৃঃগী ১৩সুবা চহিচাদা লান তাবকখিবা কুবলাই খানগী লান্মীশিং ওইবা যাই।

**১০. মঙাং শলাই:-** খোঙ্গুল মুৎখ্রবা শলাইশিংগী মনুংদা মঙাং শলাইসু অমনি। কনাগুম্বাশিংনা নিংথৌজা শলাইবু মঙাং ওইনা লান্না লৌনবা যাওই। অদুবু ফুরুপ অসি তোঙানবা শলাই অমনি। মঙাং শলাই মৈতৈগী পুৱাবী হৌবদগী লৈবক্লবা ফুরুপনি। খুন্দাবোন কৌবা পুযাগী মতুং ইন্নদি হযিচক্কী অহৌবদা মঙাংনা পানখি হাযনা পিবি। অদুবু ফুরুপ অসি ঙাম্বা শলাইদগী খাইখিবা মচেৎ অমা ওইবনা মথক্কী ৱাফম অসিদি লানগনি। মঙাং শলাইগী মৈহৌবোন যেংসি।

লাইনিংথৌনা নোংহ্নমশঙদগী হৈ মকগুম্না ককখাইবকঙৈগী মমিংদি চেৎপা ঙানবা কৌই। চেৎপা ঙানবনা চেৎপী ঙানবী পান্নদুনা লয়হিং কোয়বা পোকই, লয়হিং কোয়বনা মীহিংলেন, মীহিংলেন্না অঙাং, অঙাংনা-অঙাংঙা, অঙাংঙানা-মঙাং পোকই। ব্রাফম অসি লংদাই লাইহে পুয়ানসু শৌগৎলি।[১৬] ফুরুপ অসি মতিক মগুন লৈনা লোইজিংচীংদা পালমই। মৈদিংগু নাউথিংখোংনা মঙাংশিংবু মাইথিবা পিদুনা মঙাং শলাই তাকখি। মঙাং নিংথৌ কোনখুচাগী মচা সিংমিৎ য়োইবেম্বনা ঙানবা যুমলেন্দা চংখ্রগা লেমহৌবা অতৈনা ঙানবা খুমুকচমদা চাইশিনখি। অসুমনা মঙাং সলাই তাকখি।

মথক্তা নৈনখিবা শলাইশিং অসি নত্তবা মবি মখোং থিবা খংদ্রবা অমসুং খোঙ্গুল মুৎখ্রবা ফুরুপ কযাগী মমিংসু ফংই। মখোইশিং অসি মমিং পলম্না নত্তনা অতৈ থোইদোকপা ফংদে। মখোইশিং অদুদি :- তাউমী, মুকসন, তোমসোম পাসোম, মোঙ্খৌ মোনসাং, চকলাই, মংসাংকৈ, কুম্বী খোংযাং, য়িথম মোঙ্খৌ, ককলা হামচেং অসিনচিংবা পুম্নমক অসিগী মথক্তা যুমথংনবা লৈবাকশিংদগী লৈবাক অসিদা চংলক্নুনা খৃঃগী মাং অমসু খৃঃগী অঙনবা মতমদা লৈবম্না ফুরুপ নত্রগা মীওই কয়াসু লৈবমই। মখোইশিং অসি নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবম খুম্ভোকশিংগী মমাংদা লাকখিবশিংনি। মখোগী মনুংদা পনবা য়াবদি-

**নোংপোক মাইকৈদগী চংলকপশিং**

১, খাকি- কোলোইপুঙ লৈরমই,
২, খামবন- হুইদোমচীংগী চীংখোংদা তাবমই।
৩, পোং- লাঙ্গোলদা লৈবমই।
৪, কবো-ক্যাং- ক্যাং ইংখোলদা লৈবম্নদগী হোংদুনা সোলাইদা লৈবমই।
৫, উবোক উসা- খয়োই নিংথিবী ইনচিংফম খোং মনাক্তা লৈবম্নদগী চীংদা কাদুনা হাও ওইখি।

**নোংচুপ লোমদগী লাকপশিং:-**

১, তেখাও- থুমপিখোং (পলেনগী মখৈ)
২, তখেন- থিংক্রুচীং খা পাংবদা
৩, ময়াং- ময়াংখোং/ময়াংখাং

**নোংচুপ হারমগী য়ুমনাকশিং:-**

| | |
|---|---|
| তেখাওলোন- | ১৯২ |
| তখেল লোন- | ৭৩ |
| কুমফিলোন- | ৮ |
| লাইবিকযেংবমলোন- | ২৮ |
| ক্ষেত্রিলোন- | ২৬ |
| উখোংশাং লোন- | ৫৪ |
| ময়াংনিংথৌনাই- | ২০ |
| লৈমানাই- | ১৪ |
| চীংঙুৰেম্বী খোংলুপ- | ২৭ |
| মৈতৈ বামোন- | ৬১ |
| মৈতৈ পাঙন- | ৫৭ |
| অপুম্বা | ৫৬০ |
| নোংপোক হাবম- | ৫৭ |
| অপম্বা | ৬১৭ |

অসুম্না মপান্দগী চংলকপা মীওইশিংগী য়ুমনাক ৬১৭ লৈবক্তুনা মৈতৈগী য়ুমনাকতগী হেন্না লৈখ্রে। মসিদা হান্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈবমলবা চকপাশিংগী য়ুমনাক যাওদ্রি। মথক্কী নৈনবোল অসিনা তাকপদি মৈতৈশিংদগী মীতোপনা হেন্না লৈবম্বা যানা লৈবে। মৈতৈ সমাজদা মৈতৈ ফুকপ মাইনোবিতি ওইববা ফুকপনি হাযবা যাই।

**চীংমী:-**

হৌজিক ফাওবা ভারত সবকাবনা সেদুল ত্রাইব ওইনা শকখংলবা মণিপুবগী চীংমী অসি কুন্থ্রা তকক শুবে। কযা অমসু লৈবি। অঙনবা মতমদা খৃঃগী মমাংদগী লৈবক্লবা চীংমী কাংলুপ অসি ৬০-৭০ ফাওবা ফংই। তম্পাক্কী লম অসি ঈশিং থুমদুনা খুন্দা লৈতাবা যাদ্রিডৈদা মৈতৈগী মপা মপুশিং অসিসু চীংদা লৈবমই। মসিগী অমতা ঙাযববা প্রমান হায়ববু মৈতৈগী মরুওইবা লাই অয়াম্বগী খুভম চীংথক্তা লৈবিবা অসিনি। অসিদা নত্তনা যেক সলাই কয়াগী মপা-মপু অমসুং মখোযগী মশাশিং কয়াসু খৃঃগী অঙনবা চহিচাশিংদা চীংদা

তাবন্না য়াওদবা নত্তে। খুদম ওইনা পীববদা মঙাং সলাইনা লোইজিং চীং কৌব্রুনা কৌব্রুচীং, মার্জিংনা মবাম, অঙোমনা কোংবা মক, নিংথৌজানা ঈবিল মক, থাংজিংনা থাংজিং চীং, সন্থোং লাইনিংথৌ, (লাইনিংথৌ সনামহি)না সন্থোং মোবি চীং, হৈবেম খুজান্না কিবি চীং, নিংথৌ তাবিনা খুপুনচীং অসিনচিংবনি। খুঃ গী চহিচা লাকপগা ঈবোইননা মৈতৈগী মপা মপুশিংনা চীংদগী তমদা কূমলক্কুনা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখি। নিংথৌজাগী পুকোক ওইনা লৌনবিবা নোংদা লাইবেন পাখংবনা ঈবিল তুবেলগী খোংলম ইন্না কূমলক্কুনা হনচিং চীং তাবক্লগা মফম অদুদা লৈবম্বা হাওবোক-কোম্বৌগী (হাওকু-তাংখম) মতেং লৌদুনা কংলৈ লমহন্দ যৌবক্কুনা কংলাদা পানখি। মতৌ অসিগুম্না অঙোম নিংথৌমচা অনিখক থঙ্গালদগী হৌবক্লগা খংকুইদা মতম খবা লৈবমই। মদুদগী তমদা কূমলক্কুনা যাওবৈবীদা পাল্লমই। থাংজিং কোইবেল লাই হায়না খংনবিবা মোইবাংগী পুকোক অসিসু হৌদোবকপদি থাংজিং চীংদনি। মশুনিপা খোবিফাবনা মোইবাং নিংথৌ ওইববদা থাংজিং চীংদগী তমদা কূমলক্কুনা পানবা হৌখি। মতৌ অসিগুম্না মৈতৈগী যেক শলাই অযাম্বা চীংদা পাল্লম্বদগী তমদা হোংলকখিবনি। মখোয়না কূমলকপা মতমদা চীংমী কয়াসু লোযনবক্কুনা তমদা তাবম্না যাওই। অদুবু তমগী পুন্সি মহিং অসি হৈনবক্তবদগী চীংদা অমুক হন্নখি। মসিগী প্রমান হায়ববু শলাই ৯ অসিনা যুমজাও কা মাপলদা লৈবম্বদগী চাইথোবক্কুনা তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈবকখি। মখোযগা লোযনবকপা চীংমী কয়াসু তমদা লৈরমই। খুদম ওইনা পীববদা মবিংনা লৈবম্না মফমদি হাওবম লৈপা অদুদনে (হৌজিক্লা বাপুপাবা)। খোইপুনা লৈবম্বদি মোইবাংখোম মথক মোংপাহনপা তুথুপতনে। তবাওগী যুমফমদি লোকলাওপুঙতনে। অদুদগী চীংদা কাখিদুনা হাও ওইখিয়ে।[১৭] মৈতৈগী যেক সলাই কযামুক্লা চীংমীশিংগা ঈ মবি লৈনবা নৎত্রগা পু তিন্নবা য়াওবি। খুদম অমা অনিদং পীববদা হাওখা লোকখাগী হাওখাগা সোংপু হাওগা অমতনে পীবি। মতৌ অসিগুম্না লুৱাং সলাইগী মশাশিং হৈরেম খুঞ্জান, কমপোং লোকখু অমসুং ককলা হামচেং, লাপপি সনসেন (খুনফমঙাংচেং) অসিনচিংবগা থঙ্গান মখান চীংমীশিংগা হৌবকফম তিন্নে।[১৮] অঙোম সলাইগা থঙ্গাল চীংমীশিংগসু মবি লৈনবগী ৱাফম অঙোম খোংহৌ খোইরাংদা উৎলি। সলাই অসিগী য়ুমনাক মান্তিংবম অমসুং অঙোমজাম্বম অনি অসি মান্তিং মোরাশিংনা ওইখিবনি। মসিগী ৱাফম

মথক্তসু পনগ্রে। য়েক-সলাই কয়াদগী লনাই ওইনা নংত্রগা য়ুম্লাক পুল্লপ ওইনা চীংমী ওনখিবসু কয়ানি।

খাবা সলাইগী অয়াম্বা শরুক চীংমী ওইগ্রে। নোংদা লাইরেন পাখংবা য়েক্লরুবগী নোংদা লাইরেন্না মোইরাং নিংথৌগী মতেং লৌদুনা কংলৈদা কাবক্তুনা খাবা ফান্তোংবগা লাছেংনখি। মোইরাংগী অথৌবা চাউবা শৌবোন ওম্বগী মখুত্তা খাবা ফান্তোংবা নোংমনখি। খাবা পুম্নমক তুম্না হাৎখি। হিংহৌবশিং অদুনা মাইকৈ-সলাই খণ্ডদনা চেন্নখি। খাবা মচেৎ অমদি অঙৌবা পুরেবোম্বদা (অঙোমদা) চেনশিনখ্রে, মচেৎ অমনা তাংখুন মচিববু ওইখ্রে, মচেৎ অমনা মহৌ লোনয়াই ওইখ্রে হায়বা ৱাফম মথক্তসু পনগ্রে।[১১] (চকপা খুন্দা খুন্থোকলোন লঃ ৩) মতৌ অসিগুম্না খুমন নিংথৌ সেনবা মিমাবগী মচা মশুশিং মরিং ওনখি। খুদম অমা অনিদং পনবগী ৱাফমনি। অসিগুম্বা পুৱারীগী থৌদোক ৱাথোকশিং অসি নত্তবা লনাই মীওই কয়াসু মৈতে সমাজদা তিন্দুনা মৈতে ওইদুনা লৈরি। লানফা ওইনা পুরকখিবা, মরাল কয়া লংজরুবদগী মৈতে নিংথৌগী মফমদা চংজফম লৌজরবা, নাইওইনা লাকপা চীংমী কয়া, কৈরোই, ফুঙ্গানাই, লাই মনাই ওইদুনা মতম কয়া লৈরম্লগা মৈতে নিংথৌগী অনিংবা অপাম্বা মতুং ইন্না মনিং তম্বা পীবিখিবা নংত্রগা নাইগী মহুৎ হল্লমদুনা মৈতে ওনখিবা লনাই অমসুং খুন পুম্নমক্কী মীওইশিং মশিং থিবা ৱানা থোক্কনি। কৈ তারিবা খুনশিং, ক্যামকৈ, থিনুংকৈ, মোংশাংকৈ ... অসিনচিংবা খুনশিংদা লৈরিবা মীওইশিংগী মনুংদা চাদা ৯০ দি চীংমীনা ওনবা মৈতৈশিংনি। লনাই ওইনা নাই ওইবদগী মৈতে ওনখিবা চীংমীসু কয়ানি। মখোই খুদিংমক্কী ৱাফম নৈনবদি ওইথোক্তে। খুদম খরা য়েংসি - ফোইজিং চীংমৈ তাবা সোইবমদি মরিং হাওনে। লানশোনবীগী মোইরাংখেমদি কবুই হাওজোংনে। তাকয়েল তাব. কোননোম, শগোলমাং তাবা অরাম্বম, করাম অমসুং পনলুজম য়ুম্নাকশিংদি অচেপ হাওনে।[২০] নিংথৌ পাম্লিঙেগী মতমদা নিংথৌগী কৈ শংনবা কৈরোই খুন ৪৩ লৈরমই। মখোয়গী মনুংদা চামগী মনুংদা ৯০ দি চীংমীশিংনি। অরেম্বনা নোংচুপ হারমগী মীওইনি। খৃ: ১৮৯২ দগী অসিগুম্বা হাম্নগী চংনবী অসি মুথৎখিদুনা-কৈরোই খুন পুম্নমক নিংতম্না ফংখি অমসুং মৈতে সমাজদা তিনখি। অদুনা মশিং য়াম্নবা চীংমী কয়া মৈতে ওইদুনা লৈরি।

# অনিশুবা শরুক

**লোই ঃ**

নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা লৈরম্বা লৈবাক নংত্রগা খুঙ্গংশিংবু লোই হায়না কৌনবমই। ইংলিসকী ত্রিবুতরি নংত্রগা কোলোনি হায়বা ৱাহৈ অসিগা মৈতৈগী লোই হায়বা ৱাহৈ অসিগা চাংদম্নবা য়াই। অনি অসি অমতনি হায়না লৌবসু য়াই। অদুবু মৈতৈগী ৱাহৈ অসি হিরম অনিদা শিজিন্নরমই, মদুদি লোইলম অমসুং লোইথাবা। লৈবাক অসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী হাকথেংনবা লৈঙাক সাসন অসি পনা মরি হায়বদি খাবম, লাইফম, অহল্লুপ অমসুং নহারুপ অসিগী ভমখৈ ৱাংমদগী হেন্দোক্লমদে। অসিগুম্বা পানা মরি অসিগী ৱাংমদা লৈবা চীং অমসুং তম অনিমক্তা লৈবা খুঙ্গংশিংবুনা ত্রিবুতরি নত্রগা লোই ওইনা থম্লমই। লোই অসি চাওরাক্লা মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি তম্পাক্তা লৈবা লোই খুঙ্গংশিংবুনা তম্পাক লোই অমসুং চীংদা লৈবা খুঙ্গংশিংবুনা চীংলোই। মৈতৈগী পুয়াশিং মরু ওইনা কৈ-লোইলিংখংপা চৈথারোল কুম্বাবা অসিনচিংবশিংদা করম্বা মতমদা অমসুং করম তৌনা খুঙ্গংশিং অসি মৈতৈ নিংথৌগী খুদুম মখাদা পুরক্লুনা লোই ওইহনখ্রিবনো হায়বগী ৱাফম নৈনরি-পীরি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফমদি হৌজিক ওইরিবা মনিপুরগী ভমখৈ অসি খৃ:গী ১৯ শুবা চহিচাদা ওইখিবনি। মদুগী মমাংদা পুৱারীগী তাংকক অমদা লৈবাক অসিগী ভমখৈ নোংপোক্তা ম্যানমারগী কবো তম্পাক ফাওবা, অৱাংদা নগালেন্দগী কোনুং কোহিমা অমসুং মসিগী অকোইবদা লৈরিবা খুঙ্গংশিং ফাওবা ওইরম্বা মতমসু লৈরমই। নোংচুপ মাইকৈ রোমদনা খৃ:গী মাং তাংকক অমদা নোংপোক থংবা বঙ্গদেস ফাওবা মৈতৈগী লোইলম লৈরমই। থাংজিংগী শৈথাদা- তখেল লাকচিন ফম্বা, ময়াং সকাং তোংবা, পাঙল তম্পাক কোয়বা হায়বা ৱাহৈ অসিমক্তা মসিগী প্রমান ওইরি। অসিগুম্বা শতম অসি চহিচা কয়াদা নিংথৌরোন কয়াগী হাক্তক্তা মথং মথং শেমগংলকখিবনি। মপাঙ্গল শোনবা নিংথৌশিংগী

মতমদা অসিগুম্বা ভমখৈ অসি পিকশিল্লকপতা নত্তনা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগী লোইলম ওইখিবসু য়াওখিদবা নত্তে। ব্রাফম অসি লৈবনা জেমস জোহষ্টেন্না অসুম্না হায়বমই- মনিপুবগী ভমখৈ অসি মতম মতমগী ওইনা অহোংবা লৈখি, পাল্লিবা নিংথৌ অদুগী শক্তিদা লৈবে "Territories of Manipur varied according to the mettle of its rulers"[১] মৈতৈ নিংথৌশিংনা কবম্বা চহিদা অমসুং কবম্বা লোইলমশিং অসি মথং মথং জয় তৌদুনা মনিপুবগী ভমখৈ অসি শেমলকখিবনো হায়বগী ব্রাফম লাইবিক অসিদা কুপ্পা নৈনবদি মতাং চাদে খল্লি। মতাং অসিদা হংনিংঙাই ওইবা ব্রাহংদি কবিগীদমক্তা অসুক যাল্লবা খুঙ্গংশিং অসি লোই ওইনা থমলম্লিবনো ? মসিগী মক ওইবা মবমশিংদি (১) লাইনিং লিচৎ তিন্নদবা (২) মৈতৈ নিংথৌগী লৈঙাক্লোন অমসুং শেনমিৎলোনগী মওং (৩) মপান্দগী চংলকপা (নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবম) মীওইশিংনা খুন্দাবা খুঙ্গং কযামকুম লৈবম্বা অমসুং (৪) সমাজদা হন্থবা থাক্কী মীওই কযা লৈবম্বা অসিনচিংবনি। লোই খুঙ্গং কযাদি নাইগী থাক্তা লৈবমই।

মথক্তসু পনখ্রে মৈতৈ নিংথৌগী হাকথেংনবা লৈঙাক সাসন অসি পনা মবি অদুগী এলাকা খক্তদা ওইবমই। লোই খুঙ্গংশিং অসিগী মনুংগী ওইবা লৈঙাক সাসন্দা খুৎ থিংজিল্লমদে। অদুবু মোইবাংগী ওইনদি লাইবেনলাকপা কৌবা ফম্নাইবা অমা অমসুং হিদং হাপ্তুনা যেংশিনহনবগী থবক তৌহল্লমই। অসুম্না মাগী মাগী জগাদা মনিং তম্না মখোয মখোযগী চৎনবী মওংদা লৈঙাক সাসন তৌহঞ্জবমই। চহিগী ওইনা অমসুং অখন্নবা থৌদোক ব্রাথোক খবদা লোইপোৎ পীবগা লোযননা মৈতৈ নিংথৌগী মখা থাবা নিংথৌ নৎত্রগা খুল্লাকপনি হায়বা অদুতমক যাহল্লমই। অসিগুম্বা অশোইবা লৈঙাক সাসন অসিনা হৌজিক্তি অপুনবগী শক্তম শাগৎনবা হোৎনবদা অকায়বা ওইবক্লি। অকাউবগী লৈরোন চনখিবগা লোয়ননা হৌজিক্তি চীংগী খুন কয়ানা মখোয় অসি মনিং তম্না পাল্লম্বা অমসুং মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোল্লমদে হায়না ফোঙদোক্ল বা য়াওরকই।

লোই হায়বা ব্রাহে অসি লোইথাবা হায়বা থৌদোক অসিদসু শিজিন্নে। মৈতৈগী লোইথাবা হায়বা ব্রাহে অসি ইংলিস ব্রাহেগী ভেনিসমেন্ট হাযবা ব্রাহে অসিগা মান্নে। নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা লৈঙাক সাসনগী ওইবা নিয়ম লৈজরমই। তোঙান তোঙানবা মবালগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা দন্দি

পীবমই। অসিগুম্বা দন্দিশিং অসিগী মনুংদা লোইথাবা অসিসু মরু ওইবা দন্দি অমা ওইবমই। খুদম অমা অনী পল্লবদা নিংথৌগী ফিজি-ফিনা নেৎপা, সেনাক শোকপা, লান হৌবা অমসুং যাওরুবা অসিনচিংবা কযানি। নিংথৌগী মচা মশু অমসুং অঙম্বশিংনা নিংথৌদা লংজবা নৎত্রগা নিংথৌনা পেন্দ্রবা মতাংদসু লোইথাবগী চৈবাক অসি পীদুনা মতম খবগী ওইনা ইন্থোক্তুনা থম্বগী চৎনবীসু লৈবমই। অদুবু মতম খবা লৈবগা অমুক কৌখৎপিদুনা মখোয মখোযগী মথৌদা হঞ্জনবিবমই। অদুবু লোইদা লৈরুবগী শেংদোকপা অমদি তৌবমই। লোই থাবগী মনুংদা খ্বাইদগী শাথিবা মওং অমদি লৌনা লৈনবগী নিযম থুগাযবা নুপা নুপী অনিমক চৈবাক ওইনা মপুন্সিগী ওইনা লোই থাদুনা ইছোক্তুনা থল্লমই। মখোযশিং অসি হাওজোংপন, শমুপন অমসুং যাইথিবী খুলশিংদা ওইনা লোই থাবমই। অদুবু অতোপ্পা মবালশিংগী ওইনা লোই থানবম্বা খুনশিংদি মরুওইনা শুগ্নু, পলেন, থাঙ্গা, শগোলমাং অসিনচিংবনি।

লোই মখলশিং ঃ

লোই অসি চাওবাক্লা মখল অনিথোক্লা খাযদোকপা যাই মদুদি (১) অকোইবদা লৈবিবা চীংগী লমশিংদা লৈবা লোইশিংবু চীংলোই হাযনা খঙনৈ। (২) তমদা লৈবা লোইবুনা তম্পাকলোই হাযনা কৌনবমই। চীংগী লমদা খুঙ্গং ১০৫ অমসুং তম্পাক্তা খুঙ্গং ৫৭ বোমগী মমিং ফংই। মসিগী মনুংদা তম্পাক্কী লমদা লৈবা লোই খুঙ্গংশিংগী মমিং মথা পীবকপদা ঈশিং অচৌবা মপান্দা তাবা খুঙ্গংশিংগী মশিং তোঙান তোঙান্না পীবমদে, ঈমু-ইপান হায়না পুন্না মশক তাকলম্বনা তম্পাক্কী লোই খুঙ্গং অসি ৫৭ অসিদগী হেনগনি। মতৌ অসিগুম্মা চীংগী খুঙ্গংশিং পীবকপদসু মনুং হঞ্জিন্না লৈবা খুনশিং অমসুং মনিপুরগী হৌজিক ওইবিবা সিমনাগী ব্রাংমদা লৈবা খুলশিংগী মমিং মথাসু যাওদ্রি। মমিং মথা পল্লম্বা খুঙ্গংশিং অসিদি চহিগী কায়দনা অকক্লবা পোৎলম চৈবম মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ তল্লম্বা খুঙ্গংশিংতনি। মনুং হঞ্জিন্না লৈবা খুঙ্গংশিংগী (সিমানা মযাদা লৈবশিং) ওইনদি লোইপোৎ থৌবা চৎলুবদা পীবকপা অদুতমক লৌবকই। থোইদোক্লা পোৎশক অদু পীগদবনি হাযবগী নিযম লৈবমদে।[২] মথক্তা পীবিবা খুঙ্গংশিং অসি খাগেন্না নিংথৌগী মতম ফাওবদা মৈতৈনা লোই চল্লম্বা খুঙ্গংশিংগী মশিংনি। খাগেম্বদগী গম্ভিবসিংহ মহারাজ ফাওবগী মতম অসিদসু চীংগী মনুং হঞ্জিনবা মফম কয়া মনিপুরগী খুদুম মখাদা

পুরকখি। গম্ভির সিংহ্ মহারাজগী মতমদা মনিপুরগী সিমনা মাইকৈ কয়াদা চাউথোকখি অমসুং কবো তম্পাকসু মহাক্কী মতমদা মাঙখি। খুদম অমা অনিদং থমজগে।

চহি তবেৎ খুন্তাকপা (১৮১৯-১৮২৬) মতুংদা গম্ভির সিংহনা বৃটিসকী মতেং লৌদুনা মনিপুব অমুক হন্জিনখি অমসুং মনিপুবগী নিংথৌ ওইরবা মতুংদা অৱা লানগাই মনুংদা মনিং-মখা তমলুববা নৎত্রগা লোইপোৎ কারকউ য়াদ্রবা চীংগী খুঙ্গং পুম্নমক নিংথৌ মশামক চৎতুনা মথং মথং নমথখি। খৃ. ১৮২৮ দা অৱাং হাও পুম্নমক মহাক্কী খুদুম মখাদা অমুক পুবকখি। মপা মপু হাক্তক্তদি মনিপুবগী ঙমখৈ অসি মরামদগী ইহেন হেলমদে অদুবু নিংথৌ অসিগী স্না হাক্তক্তা মশামক লেংদুনা থা অমা চুপ্না মখান খুন্দা লৈদুনা অৱাং মাইকৈদা লৈবা খুঙ্গং পুম্নমক লোই চন্দুনা মনিপুবগী ঙমখৈ মাও ফাওবা য়ৌহনখি।[৩] অসিদা নত্তনা মাও লাহ্মোক্তুনা থিপুমৈ হৌজিক্কী কোহিমা লোই চন্দুনা মফম অদুদসু থা অমা লৈদুনা মনাক নকপা খুন পুম্নমকসু লোইচল্লমই। লোই হাববা খুঙ্গংশিংদি উপিতোনমৈ, থিশামৈ, তোনলোইচামৈ, পিৎতেমৈখুলেন, খুনৌ, উতুৱাশামৈ, ৱাইমৈ, খিশামৈ অসিনচিংবনি। খোঙচৎ অদু তুং কোইনা নিংশিংনবা থিপুমৈগী পুক্রি মপান্দা অহকপা নুঙ অনি মফম অদু ফাওবা মনিপুবগী লম ওইরে খঙনবা নুঙ য়ুংদুনা থমলমই।[৪] নুঙ অসিগী মনুংদা অমদি হৌজিক ফাওবা নাগালেন্দগী ষ্টেট ম্যুজিয়মদা লৈবি।

মনিপুবগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ ঙমখৈদসু লাম্মী মপৈ কযা থাদুনা নোংচুপ ঙমখৈদা লৈবা কুৱাই তুবেলগী (থ্বাই তুবেল) নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিমথক্তা লৈবা খুঙ্গং পুম্নমক লোই চল্লমই।[৫] খৃঃ ১৮২৬ কী থৱান থাদা নিংথৌ মশামক লেংদুনা ওখ্রুন নাবা চৎলি। ২১ নি থাংজদা খুন থুগাই। খোঙচৎ অসিদা হুইনিং, থোমথম, শোমতান, ফতাং পুম্নমক নমথরমই।[৬] মতৌ অসিগুম্না খা মাইকৈদসু তুভাই তুবেল ফাওবা অমুক হন্না মহাক্কী খুদুম মখাদা পুরকখি। অসুম্না নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা চীংগী লমদম পুম্নমক মহাক্কী খুদুম মখাদা লাকখি। ৱাফম অসি লৈবনা চীংগী লোই খুঙ্গংশিং অসিসু ১০৫ অসিদগী য়াম্না মশিং হেন্না লৈরকখি।

মথক্তা নৈনখিবা চীংলোই অমসুং তম্পাক লোই হায়বা মখল অনি অসিগী মনুংদা নিংথৌগী মখাদা হাকথেংননা লৈবা অমসুং পনা মরিগী মখাদা

লৈবা লোই হায়নসু অমুক্তা মখল অনি থোক্লা লৈরম্না থেংনৈ।[৭] লোই খুঙ্গং ময়াম অসিগী মনুংদা ইরেং, মখান, খুনমু অমসুং মপাও খুন মবি অসিবু লোইকোক হায়না খঙনৈ। খুন মরি অসি অতিয়া সিদবগী লোইফমনে। মখোয অসি লোই ওইজরবসু লমচা অমসুং লম্বু থাদুনা লোই থৌনদে। মখাল অমসুং খুলখু খুন অনি অসিবু লৈমা লোই হায়না কৌই। লৈমবেল শিদবীগী লোইফম ওইরম্বনে। মখোই অসি সেল্লুংবনা পানৈ।[৮] অদুগা লোই ময়ামগী মনুংদা শেললোই হায়বদি শেল শাবা অমসুং তম্বা লোই খুঙ্গংশিং মমিং পল্লবদা লৈশাংখোং, নাচৌ, হৈযেন, হঙ্গন, ঙাইখোং, কুমফি, থাঙ্গা লাইমনাই অমসুং নিংথৌনাই, অবোং, ফৌগাকচাউ, হৈবোক, নিংথৌখোং অমসুং খাঙাবোক খুঙ্গংশিং অসি হন্থবা থাক্তা লৈবমই। মখোই অসি খবনা নোংচূপ হাবমনি, খবনা বিষ্ণুপ্রিযানি। বিষ্ণুপ্রিযাশিং অসি অঙনবা মতমদা নিংথৌনাই অমসুং লৈমানাই হায়না কৌনবমই। নাইগীশিংদা চল্লম্বনা হন্থবা থাক্তা লৈবম্বনি।

লোই খুঙ্গংশিং অসি চাউবাক্লা মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা যাই হায়না মথক্তা থেংনম্রে। লোই খুঙ্গংশিং পুম্নমক লাল্লুপ কাহনবগী মহুৎতা চহিগী ওইনা লোইপোং ওইনা লৌবমই। মখোয় মখোযনা পীবা পোংলম চৈবমগী মতুংইন্না লোই অসি অমুকসু মখল মথেল কযা থোক্লা খাযদোক্লমই। চাওবাক্লা মখল ১৭ লোম লৈবম্বা থেংনৈ। মখোযশিং অদুদি উবোই, লাবোই, লংলোই, যোংচাকলোই, ঙাবোই, হৈরোই, নুমিৎ নৎত্রগা থুমলোই, ফুবোই, পানা লোই, তাজিনলোই, নাইবোই, যাখুবোই, হাওবৈমা লোই, যোৎলোই, শেললোই, মৈতানলোই, খোইকলোই, অসিনচিংবনি। মখোযগী চাওবাকপা মবম মখাগী অসুম্না নৈনবা যাই।

১। উবোই ঃ উ তম্বা অমসুং যানবগী থবক তৌবা লোই খুঙ্গংশিংবু উবোই হায়না খঙনৈ। মখোযগী মক ওইবা মথৌদি চীংদগী উ থা খুদিংগী যানবা অমসুং দবকাব ওইবা উশিং পীবনি। মসিগী মথক্তা উবোইগী খুন অমা ওইবিবা শুগ্নুদি উচালসু কৎকনি। উবোই খুঙ্গংশিংদি ৱাঙড্ডু, নুঙড্ডু অমসুং শুগ্নুনি।

২। লারোই ঃ লৈবাক্কী নিংথৌগী দবকাব ওইবা লা তম্বা লোইশিংবু লাবোই হায়না খঙনৈ। লাল্লুপ খুদিংগী লা অহুমলক তমলমই। চাং কয়া তমলম্বগী অকুপ্পা ৱাফমদি ফংদে। লাইবম চীংশাং, শেকমাই অৱাং লা তম্বা লোইশিংনি।

৩। লংলোইঃ মুগা- কাব্রংগী লং তন্বা লোই খুঙ্গংশিংবু লংলোই কৌই। লংলোই খুঙ্গংদি থোংজাও, সোইসা কমেং, খোরিখুন (খুরখুন), কৌক্রক, ফয়েং অমসুং চকপা খুনৌ অসিনচিংবনি। মখোয়না চহি অমগী ওইনা তন্নম্বা লংগী চাংদি মী অমনা মুগা খন অমা, লংয়াই খন অমা অসিনি। (1st class & 2nd class silk)

৪। য়োংচাক লোই ঃ য়োংচাক তমলম্বা খুনশিংদি খারম পলেন অমসুং নোংঙা কোইরেং খুন অনি অসিনি।

৫। ঙাবোই ঃ ঙা অমসুং ঙাগী পোখোক (হেন্তাক) তন্বা লোইশিংবু ঙাবোই হায়না কৌই। পাৎ মপান অমসুং তুবেল অচৌবা মপান্দা তাবা খুঙ্গংশিং মক ওইনা মোইবাং, থাঙ্গা, অবোং, কুমফি অসিনচিংবা খুনশিংনা ঙা অমসুং হেন্তাক লোইপোৎ ওইনা কাবমই।

৬। হৈরোই - হৈ তন্বা লোই খুঙ্গংশিংবু হৈরোই হায়না খঙনৈ। হৈ ওইনা লোইপোৎ পীবম্বা খুঙ্গংশিংদি কবাং, ইথিং, বাঙজু অমসুং সেঙ্গম খুনৌ মবি অসিনি। খুনশিং অসিদা হৈকোল শেমদুনা মতম মতমগী ওইবা হৈ নিংথৌদা কংলৈ।

৭। নুমিৎলোই নৎত্রগা থুমলোইঃ- মনিপুরদা থুমখোং কয়ামকম লৈরমই, হৌজিকসু খরদি লৈরি। থুমখোং ময়াদা লৈবা খুনশিংবু থুম শুংহন্দুনা চহিগী ওইনা অকক্নবা চাং লেপ্লুনা লোইপোৎ কাহল্লমই। থুমবু লোইপোৎ ওইনা পীরম্বা খুনশিংদি- সিখোং, নিঙেল, চন্দ্রখোং, ফানজাংখোং, ইচম, মোন্থৌ, কাবোং, সবাংঙাইখোং, কৈথেনমানবী, সবিখোং, নুংবংখোং অমসুং বাইখোংনি।

৮। ফুরোই ঃ- হৌজিক শীজিন্নরিবা ধাতুগী কোললিকশিং লৈত্রিঙৈদা চফুগী পোৎশিং ঙাক্তা শিজিন্নরমই। চাক থোংনবা চফু, উয়াল, ঈশিং শোক্নবা পুল, ঈশিং লুম্নবা, কম্বি, লাইগী পোৎচৈ, ঙাহুক অসিনচিংবা পুম্নমক ফুরোই খুনশিংনা লোইপোৎ ওইনা কাবক্লমই। ফুরোই খুনশিংদি থোংজাও, খা চাইরেন, খা থোংজাও, খা সেকমাই, কোংপাল থৌবান্দোং, খোমিদোক, তাউথোং চাইরেন অমসুং চাইরেন অসিনচিংবা।

৯। **পানালোই ঃ**- পানা মানা তম্বা লোইবু পানালোই হায়না কৌই। পানা তম্বা খুঙ্গংশিংদি মকাসাং অমসুং ফাইরোং খুনশিংনি।

১০। **তাজিনলোই ঃ**- তাগী তাজিন পীরম্বা লোইবু তাজিনলোই কৌনৈ। লাংতে হারম ফাওদুনা তখেন লৈবাক্কী খুন খরদগী তাগী তাজিন খোমলমই।

১১। **নাইরোই ঃ**- লোই খুঙ্গংশিংগী মনুংদা মীনাই ওইনা লোইপোৎ পিববু নাইবোই হায়না খঙনৈ। তোকপা, খুছোননম্বা, চাঙৌপুঙ, নোংফৌমু খুনশিং অসিনা কুম লেপনা নাই অমমম কৎলে। কৈশিংসু মতাং মতাংগী ওইনা নাই কম্বলি।

১২। **য়াখু লোই ঃ** য়াখু হায়বা য়াই মখল অসি তমই হায়দুনা য়াখুলোই হায়না খঙনৈ। য়াই মখলসি হু শেম্নবা অমসুং শামী কৌবদা শিজিন্নৈ। য়াখু তম্নম্বা লোই খুঙ্গংশিংদি চন্দ্রখোং, নিঙেন, শিখোং, ৱাইখোং, পলেন, ককচিং অমসুং লাংঙথেননে।

১৩। **হাওরৈমা লোই ঃ** নিংথৌগী সনা কোনুংদা অকুপ অনোম অমসুং নিংথৌ অমসুং বানিশিংগা লৈনবা মবি য়েংশিন্নবা অমসুং স্না কোনুংগী চৎন-লোনচৎ কায়রক্লবদা ৱায়েল-বিচাব তৌবী হাওবৈমা হাযনা মিংগৌবী অদুবু অহল ওইরবীশিংবুনা ইপি হায়না ইকাই খুম্নবিবী হাও নুপী কযামকম লৈবমই। অসিগুম্বা নুপীশিংবু লোইপোৎ ওইনা চীংগী খুন খবনা পীবমই। মখোযবু হাওবৈমা লোই হায়না খঙনৈ। নিংথৌ অহোংবা খুদিংগী পীদবা যাদে। খুনশিং অদুদি মকেং, তুমা, তাতোন, তাতৌ, চিংতাই, পাখুন, হুইনিং, লমলাং, চীংশোং, থিংপা, মবাম অমসুং তৌরা অসিনি।

১৪। **য়োংলোইঃ**- লৈবাক্কী দবকার ওইবা য়োংশিং ককচিং অমসুং মরিংশিংনা লোইপোৎ ওইনা পীরমই। মখোয়বু য়োংলোই হাযনা খঙনৈ।

১৫। **শেললোই ঃ** - মনিপুরগী নিংথৌগী শেল ময়েক শানবা লোইশঙ লৈবমদে। শেলমখাই (শেমখাই) হায়না খঙনবা বেল মেতেলনা শাবা অপিকপা শেল মখল অমা শিজিন্নরমই। নিংথৌ-নিংথৌগী মতুং ইন্না পাক চাওরা অমসুং মওং খেন্নৈ। শেল অদুদা মপুং ওইনা পাল্লিবা নিংথৌ অদুগী মমিংগী অহৌবা ময়েক নৎক্রগা শ্রী হায়না নমই। অসিগুম্বা শেল অসি ৪২০ দগী ৪৫০ ফাওবগা বৃটিসকী লুপা অমগা মান্নৈ। ১৮ শুবা খু:গী চহিচাদগী লুপা অমসুং

সনাগী পৈশাসু পুখোকপা হৌখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা চিটাগোংদা লৈবা বৃটিস ফেক্তবিগী মেনজর মিঃ হেনরি ভেলরেসকা চুক্তী অমা তৌনখিবা অদুদা মনিপুরগী সনাগী শেল মযেক ৫০০ এদভান্স পীরম্বগী ৱাফম লৈ। অসিগুম্বা লুপা অমসুং সনাগী শেল ময়েক অসি নত্তবা মথক্তা পনখ্রিবা শেমখাইশিং অসি লোই খুঙ্গং কযামুক্তা শাহন্দুনা চহিগী লোইপোৎ ওইনা কাহল্লমই। মীওই অমমম্না চাউবাক্রা শেমখাই ২০০০-৪০০০ ফাওবা হায়বদি লুপা ২-৪ ফাওবগী চাংদা অশাবা শেলশিং অসি তমহল্লম্বনি।[১] কনাগুম্বা অখং অহৈশিংগী মত -নুং ইন্নদি শেল মযেকশিং অসি শান্নবা মচাক হায়বদি বেল মেতেল অসি সনা কোনুংনা-পীবগা শাহনবগী থবক অদুতমক তৌহনবনি হায়না পীবম্বসু যাওই। শেল মযেক অসি তম্বা লোইশিংবু সেলোই হায়না খঙনৈ। খুঙ্গংশিং অদুদি লৈসাংখোং, হৈয়েন হঙ্গুন, ঙাইখোং, কুম্বী, থাঙ্গালাইমনাই, থাঙ্গা নিংথৌনাই, অবোং, ফৌগাকচাউ, হৈরোক, নিংথৌখোং অমসুং খাঙবোকনি।

১৬। খোইক তম্বা লোইবু খোইকলোই হায়না কৌনৈ। ঙাখুলেন খুননা খোইক তমলমই।

১৭। মৈতানলোই ঃ - মৈতান তম্বা লোইবু - মৈতানলোই হায়না খঙনৈ। মৈতান তমলম্বা খুনশিংদি মৈতান কৈশঙবম অমসুং মোইরাংনি।

১৮। শজিক লোই ঃ নিংথৌগী শমুক, শগোলনা চান্নবা শজিক তম্বা লোইবু শজিক লোই কৌই। শজিক তমলম্বা লোইদি নাচৌনি।

### লোই কনানো ?

মথক্তসু পনখ্রে মনিপুরগী নিংথৌগী মখাদা লৈবা মখা থাবা (ত্রিবুতবি) খুঙ্গংশিংবু লোই হায়না খঙনৈ। মৈতৈনা চীংদা লৈবিঙৈগী মতমদা খুঙ্গং কয়া মংে য় মখোয়গী খুদুম মখাদা লৈরমই অমসুং হাকথেংননা মখোয়গী লৈঙাক সাসন মখাদা থমলমই। মসিগী অকুপ্পা ৱাফম অরিবা মৈতৈগী পুয়াশিং- সনামহি লাইহুই, উমংলোন, পাখংবা নোঙ্গারোন অসিনচিংবা লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। ৱাফম খুদিংমক নৈনবদি লাইরিক অসিগী হিরমদা চুশিন্নবা ৱাৎপনা থমজদ্রে। অদুবু খৃঃগী চহি হৌরকপগা ইরোইন্না মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ অসিনা চীংদগী তমদা কুমলক্লুনা অকংবা মফম য়েং য়েংদুনা খুন্দা লৈতাবা হৌরকখি। অদুবু মখোইগী মনুংদা খরদি অথেংবা মতম ফাওবা চীংদা

লৈরম্নগা তমদা কুমলকখি। শলাই ৯ অসিনা চীংদা পাল্লিডৈদা মখোইগী খুদম মখাদা লৈবম্বা চীংমী কয়াসু লোয়নবক্তুনা তমদা মতম খবা লৈরম্বা য়াওই। অদুবু তমগী হব্রা-নুশিৎ অমসুং পুন্সি মহিং অদু হৈনদবদগী মাগী-মাগী হান্নগী চীংশিংদা হন্নখি। অসুম্না খুঃ অঙম্বা চহিদা অপিক অপিকপা মনিং মখা তম্বা নিংথৌ পাম্বা লৈবাক মচা কয়া তম্পাক অমসুং চীংগী লমদা লৈবকখি। মতমগী মতুং ইন্না মতিক মগুন লৈবা নিংথৌশিংনা অশোনবা লৈবাক নত্রগা খুঙ্গংশিংবু মখোইগী খুদুম মখাদা পুবক্তুনা মখোই মখোইগী লৈবাকশিংদা তিনশিনবা নত্রগা লোই ওইনা থম্বগী চৎনবী লাকখি। তবামঙাশুবা খুঃগী চহিচাদা নিংথৌজা শলাইনা অতোপ্পা শলাই পুম্নমকপু নমথদুনা অপুনবা মৈতৈ লৈবাক অমা শেমলকখি। অসিদা নত্তনা চীং অমসুং তমদা লৈবম্বা অপিক অপিকপা ফুরুপশিংবু নিংথৌবোন কযাগী হাকক্তা মথং মথং মখোইগী খুদুম মখাদা পুবকখি। পনা মবি অদুগী মনুংদা লোই ওইনা থমলম্বা খুঙ্গং কযাসু লৈবমই। মখোইশিং অসি মক ওইনা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবম মাইকৈদগী লাক্তুনা লৈববা মীতোপশিংনা খুন্দাবা খুনশিং য়াওবনি। মসিগী মথক্তা কৈ অমসুং নাইগী খুন কযাসু লৈবমই। শম্না হায়ববদা মৈতৈ নত্তবা মীওইশিংনা তাবা খুঙ্গংশিংবু পানা থোকহল্লমদে অমসুং লোইগীশিংদা থমলমই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মৈতৈ নিংথৌনা মখল মথেল কযাগী মবালদা অখলনবা খুঙ্গং খবা, হাওচোংপল, শমুপল, থাঙ্গা, শুগ্নু, পলেন অমসুং শগোলমাং অসিনচিংবা খুনশিংদা লোই থাবমই। মখোইগী মবক্তা মৈতৈ অশেংবসু কয়া যাওবি। অসিগুম্না খুঙ্গংশিং অসিসু লোই ওইনা থমলমই। পানা থোকহল্লমদে। অদুবু মৈতৈগী যেক ৭ অসিগী মনুংদা ওইবিবা মোইবাংবু লোইগী মনুংদা থমলমই। কবিগীদমক্তা মোইবাংবু লোইগী মনুংদা থমলমলিবনো হাযবগী মবম চপ চানা পিবা ঙমদে। অদুবু বৃটিস ওফিসাবশিংনা পিবম্বা মত মতুং ইন্নদি মখোই অসি মৈতৈ অশেংবা ওইদ্রবনা লোই ওইনা থমলম্বনি। হায়বিবা ব্রাফম অসিদা অচুম্বা খবদি লৈতবা নত্তে। মোইবাংদা তোঙান তোঙানবা মনুং অমসুং মপানগী মীওই কযা তিনশিনখ্রে। মোইরাংগী মতৌগুম্না অঙোমগী মশা অমা ওইবিবা অবোংবুসু লোইগী থাক্তা থমলমই। অবোংদা চকপা কয়া তিনখ্রে। অসিগী মথক্তা চীংগী লমদমশিং অসিসু মৈতৈ নিংথৌগী হাকথেংনবা লৈঙাক সাসন তৌরম্বগী মহুৎতা মখোই মখোইগী খুল্লাকপাশিংনা মনিং মখা তম্না লৈঙাক

সাসন তৌহল্লগা শুপনতগী মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোনবা অমা ওই হায়না য়াজহল্লগা মমিংগী ওইনা লোইপোৎ চহিগী পিহলমই। অসুম্না তম্পাক্কী অকোইবদা লৈরিবা চীংগী খুঙ্গংশিং অসিসু লোইগী থাক্তা থমলমই। অসিগুম্না মওংগী লৈঙাকলোন অসিনা হৌজিক্কী মীয়োলনা চীংমীশিং অসি মনিং মখা তন্না ওইনা লৌনবা য়াওদবা নত্তে।

অরিবা মৈতৈগী পুয়াশিংদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা খৃঃগী অহান্বা চহিচাদগী ১৯ শুবা খৃঃগী চহিচা ফাওবদা চীং অমসুং তমগী খুঙ্গংশিং মথং মথং জয় তৌদুনা হৌজিক ওইরিবা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি শেমলকখিবগী ৱাফম ময়েক শেংনা পিবি। মসিদা মত্তনা মতিক মগুন লৈবা নিংথৌলোন কয়াগী হাকতক্তা হৌজিক্কী সিমনা অসিগী ৱাংমদসু লোইলম কয়াসু শন্দোকলমই। ১৮শুবা খৃঃগী চহিচাদা পানখিবা গবিবনিৱাজ মহৰাজগী মতমদা অৱাগী কোনুং ফাওবা লান তাখিবগী ৱাফম ইতিহাসনা শাখিনি। অমসুং অপর বর্মাগী অয়াম্বা শকক মহাক্কী খুদুম মথাদা লৈদুনা মৈতৈগী লোইলম ওইবমই। মতৌ অসিগুম্না ১৯ শুবা খৃঃগী চহিচাদা পানখিবা গম্ভিরসিংহগী মতমদা হৌজিক্কী নগালেন্দগী কোনুং ওইবিবা কোহিমা (খিবোমৈ) ফাওবা মহাক্কী খুদুম মখাদা লৈবমই। অসিগুম্বা শাংলবা পুৱাবিগী ৱাফম অসি মথং মনাও নাইনা উৎপদি মতাং অসিদদি মবি লৈনদে, ৱাফম অসি পুৱাবি শুবশিংগী মথৌ ওইজরসনু অদুবু ময়ামগী পুক্নিং চন্নবা মিৎ নাকোং ওইনবা খুদম অমা অনিদং লৌখৎচগে।

খৃঃগী অহানবা চহিচাদা পানখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা চকপা থৌবান্দোং, খা সেকমাই, অৱাং সেকমাই, অন্দ্রো, ফয়েং, কৌত্রুক, লৈমবাম, থোংজাও, ককচিং, সিখোং, নিঙেন, তিংসাং, লাইকোক, লৈসাংখোং অমসুং চাইবেন খুঙ্গং ১৫ লোই চলমই।

মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী মতমদা- হাওখা লোকখা জয় তৌই।

নিংথৌ চেংনা হাওগৈ লোইচলমই।

মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মতমদা-হাওকু, লৈহৌ লোইচলমই।

ইৱাঙ্বাবাগী মতমদা-চিংশোং হাও, কামু, কৌবা লৈবামপোক অমসুং থঙ্গান খুন মরি লোইচলমই।

মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা-নোংচুপ কোংয়াংকাই, লম্মাংদোং, হৈয়েন, হঙ্গুন, ফৌগাকচাউ অমসুং ৱাইখোং খুন তরুক লোইচলমই।

মুংয়াম্বগী মতমদা (১৫৬৩-১৫৯৭) অৱাং হাও অয়াম্বা লোইচল্লি।
খৃঃ ১৫৮৬ তা মরাম লোই চল্লি।[১০]

## মৈতৈ সমাজদা লোইগী থাক (Social position of the Lois)

নিংথৌ পাল্লিঙেগী মতমদা সমাজ অসি থাক থাক কয়ামকম লৈরমই। মখোইশিং অদুদি ফ্রিমেন নত্রগা মৈতৈ অশেংবা, লোই, কৈ, লৌমী, নাই অমসুং য়াইথিবী অসিনচিংবনি। নাই অসি মখল কয়ামরুম খায়দোকলমই। মখোইশিং অদুদি নিংথৌনাই, লৈমানাই, ফুঙ্গানাই। ফুঙ্গানাই অসি কাংলুপ কযা লৈবমই মখোইশিং অদুদি চাওবোক, ফেনিন, তেংখন অসিনচিংবা। ১৮শুবা খৃঃগী চহিচাদা নিংথৌগী ফুঙ্গানাই অসি চাওবাক্লা মশিং ৩০০০ *হেন্না লৈরকপদগী মখোইগী যাইফা থৌবাং খবা পায়খৎপিবা য়ানবা ফুঙ্গানাইতগী* ওইবা পানা অনি হায়বদি হিদাকফানবা অমসুং পোৎশংবা কৌদুনা খায়দোকপিখি। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা থাকশিং অসিগী মনুংদা যাইথিবী হায়বা কাংলুপ অসিনা খ্বাইদগী হন্থবা থাক্তা লেবমই। মতম অদুগী সমাজদা অথিংবা কযা থমলমই। মখোইগী মথক্তা থমলম্বা অথিংবাশিং অদুদি:-

১) লোইশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌবা যাহল্লমদে। অদুবু নিংথৌগী য়াথংনা মৈতৈ সমাজদা তিনবা য়াহলবিববা মখোইশিং অদুদি হিন্দু লাইনিং লৌদুনা লুপ্তন থাংবা যাহল্লমই। মখোইবু পানা থোকপা লোই হায়না খংনৈ।

২) লোইশিংগা লৌনা লৈনবা অমসুং চামিন থকমিন্নবা অথিংবা লৈবমই। লোই নুপী লৌববদি নিপা অদু মৈতৈ সমাজদগী তাহোক্তুনা লোই ওইহলখি। চৎনবী অসি হিন্দু ধর্ম্ম লাক্লবা মতমদা লাকখিবা চৎনবী ওইগনি । লোইশিংদি হান্নগী লাইনিং লম্বী অমসুং চাকচা ইথক চৎনরম্বনা অথিংবা অসি লাকখিবা ওইগনি।

৩) কৈ লোইনা নিংথৌগা হকথেংন্না উন্নবা য়াদে। কনাগুম্বা অঙম্বা অমদা হায়জদুনা মখোইগী অপাম্বা অমসুং ৱাকৎ অদু নিংথৌদা হায়জগনি। খুল্লাকপা অমসুং অঙম্বশিংগীদি অথিংবা অসি লৈবমদে।

৪) লৈবাক্কী ওইবা হৱাও কুমহৈ পাংথোকপা অমসুং চাংদম্লবদা কৈ, লোই, নাইনা মৈতৈশিংগা লম্না তৌবা য়াদে। মখোইগী ওইবা চাংদম্লবা তোঙান্না পাংথোকহল্লমই।

৫) কৈ, লোই, নাইনা পানাদা ফম নাইবা য়াদে। (Prohibited to serve in the royal offices)

৬) কৈ, লোই অমসুং নাইনা হিদাকফু তোংজে লুপা যোম্বা থকপা যাদে। ফি অবিবা (Traditional cloths of the Meiteis) শিজিন্নবা অথিংবা লৈ।।

৭) লোইনা দোলাই তোংবা যাদে। অদুবু লোইগী মনুংদা চোথে খুনলাকপা, মোইবাংগী খুনলাকপা, লুপলাকপদি দোলাই তোংদুনা সনা কোনুং কাবকপা যাই। চোথে খুনলাকপা অমসুং লুপলাকপা লাংপোকপী মখৈ তোংগনি।

৮) কৈ, লোই অমসুং হাবমগী মীওইনা সনামহি অমসুং পাখংবগী থৌগন চংবা যাদে।

৯) লোইগী মনুংদা যাইথিবীশিংদি শোক্রা শম্নবা ফাওবা অথিংবা পিবমই। মকোক্তা ফি হিংগোক অমা যেৎতুনা যাইথিবিনি খংনবা মশক তাকলমই। মখোইদি লো কোর্ত ফাওবা চৎপা যাহল্লমদে।

লোইগী পোৎনা (Tributes of the Lois)

চীং অমসুং তম অনিমক্কী লোই খুঙ্গংশিংদা নিংথৌনা লেপ্পা অৎক্লবা পোৎচৈ চহি খুদিংগী মেবা থাদা পিহল্লমই। অদুবু লোই খুঙ্গং খবদি লাল্লুপ খুদিং নত্রগা থা খুদিংগী লোইপোৎ তম্বসু যাওই। মখোই মশা মশানা লাক্তুনা মৈতৈ নিংথৌগী কোনুংদা থিল্লক্কদবনি। অদু মনুং হজিন্না লৈবা খুঙ্গংশিং(on the broder) গীদি হাও লম্বু কৌবা ফমনাইবশিং অসিনা লোই থৌবা চৎলমই। অসিগুম্বা খুঙ্গংশিং অসিগীদি অককনবা পোৎলম চৈবম পিগদবনি হাযবগী নিযম লৈতে। মখোই মখোইনা ঙমজবা পিবকপা পোৎচৈ লৌবগী চৎনবী লৈবমই। খুঙ্গং পুম্নমক্কী ওইবা কবি পোৎচৈ পিগদগে হাযবগী ব্রাফম লোইগী পোৎনা, তম্পাক লোই মশিন, লোইযুম্বা শিনযেন, লোইনা শিনলোন অমসুং হাওচোংবগী মশিন, চীংলোই মশিন কৌবা পুযাশিংদা মবিক চুম্না পিবি। মৈতৈ নিংথৌগী দবকাব ওইবা পোৎচৈ অযাম্বা লোই খুঙ্গংশিংনা শাহল্লমই। অদুনা খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগা পোৎলম চৈবম মান্নদবতা নত্তনা পিবগী চাংসু খেন্নবা ফংই। লোই খুঙ্গং খবদি মমিংতগী ওইবা লোইপোৎ পিবগা মৈতৈ নিংথৌগী মখা থাবা খুল্লাকপনি হায়বাতমক য়াজহল্লমই। অদু খুঙ্গং খবদদি পিরিবা পোৎনা অসি খরা হেমনব্রা হায়নিংই।

খুঙ্গংশিং অসিনা চহিগী নত্রগা থাগী ওইনা পিরিবা লোইপোৎ অদুগী মথক্তা থৌদোক ব্রাথোক কয়া হায়বদি মেবা হাওচোংবা, নিংথৌনা ফম্বাল কাবা, ব্যানিশিংনা মচা পোকপা অসিনচিংবা থৌদোকশিংদসু অককনবা পোৎলম চৈবম পিহল্লমই। লোই খুঙ্গং খবদি লাল্লুপ খুদিংগী নত্রগা থা খুদিংগী লোইপোৎ থোমগৎলমই। খুদম ওইনা পিববদা লাবোই খুনশিংনা লাল্লুপ অমমম খুদিংগী লা অহুমলক তমলমই। মতৌ অসিগুম্না শেল্লোই খুনশিংসু থা খুদিংগী অকক্লবা শাবা লোইববা শেল মযেক পিখৎলি। ব্রাফম অসি লৈবনা খুঙ্গং খুদিংগী কবি পোৎ অমসুং চাং কযা যাম্না পিরক্বগে হায়বা লাইবিক অসিদা লোইনা নৈনবদি তবাইদে অদুনা খুদম খবদং লৌখৎতুনা যেংসি·

১) অন্দ্রোগী পোৎনা:

লোইপোৎ থোমগৎপদা খুদোং চান্নবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি শকক মবি থোক্লা থাযদোকলমই, মখোইশিং অদুদি ১: সিংলেন, ২. সোইকন, ৩. সোইযাই অমসুং ৪. সোইতোন। শকক অমমম অসিদা মীওই কযা লৈবগে হাযবসু মশিং থিদোক্তুনা লোইপোৎ কযা কাগদগে লেপথোকলমই। অন্দ্রোগী মপুং ওইবা লোইপোৎতি চফুগী পোৎথোকশিংনি। খুনমী খুদিংমক্লা চহি অমগী ওইনা ঈশিং হাপন্নবা থকং অচৌবা কুনতকক তমগনি। অসিগী মথক্তা শকক (division) অমমম্না ফুট কুম্ভাতকক শাংবা লশিংনা শাবা অপৌবা মখলগী ফি অমসু তমগনি। মপুং ওইবা পোৎলমশিং অসিদ নত্তনা পোৎ মচা মশু খবসু তমগনি। মখোইশিং অদুদি যেনখৎ, কাংহু, খোইনিং, কংগ্রাইবী অমসুং সাকু ব্রালোং অসিনচিংবনি। কযা যাম্বা চাং পিবম্বগে হাযবদি ফংদ্দে। চহিগী ওইনা তমলম্বা পোৎলম চৈবমশিং অসিগী মথক্তা থৌদোক ব্রাথোক কযাদসু পোৎচৈ কযাসু তমহল্লমই। মখোইশিং অদুদি.-

১) মেরা হাওচোংবদা:- ব্রাইযু অমসুং উশিলগী ওক অমা

২) নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা:- শাংপাল, ফুযৈচৈ, শুম্বল অমা, খুনগী খুনলাকপনা পিথ্রাইগী পুখম-১, লুপলাকপনা তেঙ্গোৎ-১ অমসুং খুন পুম্নমক্কী মীচমশিংনা পুন্না শেল ৫০০ কৎকনি।

৩) নিংথৌগী চাবোক ব্রাঙ্গোলদা:-

মহাবানীনা মচাপোকপদা- খুনমী অনিনা ফি ১, লৈমা খুবী অমসুং অপানবীনা পোকপদা খুনমী অহুম্না ফি ১ অমসুং অতৈ লৈমাশিংনা মচা

পোকপদনা খুনমী মরিনা ফি ১ । মমিংগী ওইনা তমলম্বা ফিনি, অদুক হাক্লা ফবা, ফত্তবা, চাওবা, শাংবা লৈতে।

**মোইরাং:-**

মোইবাংগীসু অন্দ্রোগী মতৌগুম্না ডিভিজন মরি খায়দোকই। ডিভিজন অমমম্না মশুমফি-১ (নাউহোঙ) খুন অযাম্বনা শবেং ঙতাই ১৫, হেন্তাক চফু ১০, লমচাবগীনা ফৌপোৎ ১০, হাওথিবদা মী অমনা শেল-১০০, মী অনিনা উপু-১, হেন্তাক চফু-১, পৌঙা-১, ঙামু কাংপোন-১, চিনওক-১০ তমগনি।

পুন্নমক অসিগী মথক্তা ফক-১, পাল,লিমোন,হামেং চাউবেন-১, উবোক১সু চহিগী ওইনা তমগনি। নিংথৌগী সনা শঙ্গাই শাবদা ফক অমগা মৈতানগা কৎলি।

**নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা:-** খুনলাকপনা পুখম-১, লুপলাকপনা তেঙ্গোৎ-১, লাইবেন লাকপনা তেঙ্গোৎ-১, লাইবেন হিদংনা মুশুমফি-১, পাখংলাকপনা মুশুমফি-১, নহাবাকপনা মুশুম-১, তমগনি। (*whole population*)মী অমমম্না শেন ৫/৫ কৎকনি।

**চাবোক ব্রাঙ্গোলদা:-** মহারানীনা মচা পোকপাদা মী অনিনা ফি-১, অপানবীগীনা মী অহুম্না ফি-১ অতে লৈমাশিংগীনা মী মরিনা ফি অমা নাযে।

চীংগী খুন খবগী লোইপোৎ য়েংসি।

১) মকেসাং অমসুং ফাইবোং খুন অনিনা থা খুদিংগী পানা মনা তমই।

২) মোযোন খুনদি মী অমনা থোইদিংপোন অমা চহিগী তমগনি। নিংথৌনা সিং তসন কাবদা অমসুং রানীশিংনা মচা পোকপদসু খুম্নীশিংনা ফি অমমম কৎকনি।

৩) মকেং থঙ্গল খুনগী অচৌবা খুন ওইবনা ডিভিজন কযা থোক্লা খাযদোক্লুনা লোইপোৎ পিহল্লি। ডিভিজন অমমম্না চহিগী ওইনা ফি-১, পাল অমসুং শিং থুমোক অমমম তমগনি। নিংথৌনা ফম্বাল কাবা অমসুং চাবোক ব্রাঙ্গোলদসু মী অনিনা ফি অমমম কৎকনি।

৪) তোকপা, খুনথাননম্বা, চঙৌপুঙ, নোংফৌ খুন মবি অসিদি চহি ওন্না ওন্না নাই অমমম পিগনি।

খুনশিং অসিগী মনুংদগী খবদি মেবা হাওচোংবদা অকক্লবা পোৎচৈ তমহলবসু য়াওই। মথক্তসু পনখ্রে মনুং হজিন্না লৈবা খুনশিংদি অকক্লবা পোৎলম চৈবম পিগদবনি হায়বগী নিযম লৈতে, লোই থৌবা চৎলুবদা পিবকপা খবা অদু লৌবকই।

**লোইশিংগী সমাজ অমসুং শেলথুমগী ফিভম :-** মথক্তসু নৈনখ্রে লোইশিং অসি মৈতে অশেংবা নক্তে হায়না। অঙনবা মতমদা মখোই মখোইগী চৎনা লোনচৎ, লাইনিং লম্বী লৈজবমই অমসুং মখোই খবদি মশাগী লোনসু লৈজবমই। অসিগুম্বা লোন অসি মখোইগী ঈবাৎ থৌনিদা হৌজিকসু শিজিন্নবি। মতমগী মতুং ইন্না মৈতৈগা তোৎনা তিন্নবদগী মৈতৈগী ফেজেৎ চাকচা চৎনা লোনচৎ তমলক্তুনা মৈতে পুবা ওইখিবসু কোঙ্গাইনি। অদুবু মখোই খবদি নিংথৌগী থৌজান মখাদা হিন্দু সমাজদা তিনশিনবিদুনা মৈতৈ ওনহনবসু যাওবি। মখোইবু পানা থোকপা হায়না খংনৈ। হৌজিক ফাওবা মখোই খবদি মখোইগী লাইনিং লিচৎ চৎনা লোনচৎ, চাকচা ইথক চৎলিবা মীওই কয়া লৈবি। মখোইশিং অসি মৈতে নিংথৌনা লৌখৎপিবমদ্রবা অমসুং হিন্দু সমাজদা তিনহনবিবমদ্রবা কাংবুশিংনি। মতৌ অসিগুম্না বিষ্ণুপৃযাশিং অসিসু অঙনবা মতমদা মযাংকালিসা হায়না খংনদুনা নিংথৌনাই অমসুং লৈমানাই ওইদুনা লৈবমই। মখোইগীসু তোঙান তোঙানবা লোন লৈজবতা নত্তনা লাইনিংসু সাক্তা চৎলমই। ভাগ্যাচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা মখোইগী নুপী অমা লৌকবদগী মখোই খবদি নিংথেমচা ওইখি। অমসুং অতৈনা নিংথৌ অসিনা থোংজাওবোক্তা লৈবিঙৈদা বিষ্ণুগী মন্দিব অমা শাদুনা লাৎপা মতমদা মযাং কালিসাশিংবু বিষ্ণুগী সেবা চৎহল্লবদগী বিষ্ণপৃযা হায়না মিংথোলবিদুনা মৈতে সমাজদা তিনশিনবিখি। নবসিংহ মহাবাজগী মতমদা মণিপুবগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা, বিষ্ণুপৃযা পুম্নমক থিদুনা অধিকাবিমযুমনা গৌবা ধর্ম্মা দিক্ষা লৌবিখি। অসুম্না অতোপ্পা ফুকপ কযাসু মতমগী মতুং ইন্না তপ্পা তপ্পা মৈতে সমাজদা তিনসিনবিখি অমসুং হিন্দু মৈতৈগী চৎনা লোনচৎ চৎখি।

**শেলথুমগী ফিভম:-** নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লৈবাক অসিগী শেলথুমগী ফিভম থোইদোক্লা অফবা ওইরমদে। অদুবু ৱাৎতা পাদবা হায়বদুদি ওইবমই।

মতম অদুগী ইচম চম্বা পুন্সি খুলেন অদুনা ওইগনি। লৌউশিংউবনা মপুং ওইবা অমসুং মদুনা মতম অদুগী শেনমিৎলোনসু ওইবমই। মতম অদুগী লোইশিংগী শিনফম অমসুং শেনমিৎলোন নিংথৌগী অপাম্বা অনিংবা মখাদা লৈবমই। মখোইগী হিংনবগী লানফম অদু থেংনবতা নত্তনা লোইপোৎসু পিবা তাবমই। অদুনা তঙাই ফদনা শুবা নোম্বা কনবা তাই, কলসু কল্লমই। নিংথৌদা পিজদৌবিবা লোইগী পোৎনা (tribute) অদুনা মখোইগী মপুং ওইবা শিনফম ওইবা তাই। যোৎ পিগদবা খুনমীশিংনা যোৎ শুংবগী থবক তৌবা তাই, ঙা তমগদবনা ঙা ফাবগী শিনফম তৌবা তাই। অসুম্না মানা মানা পিগদবা পোৎনা অদুগী মতুং ইন্না শিনফম অদু তৌবা তাই। কনাগুম্বা অমতনা মখোইগী শিনফম অদু নত্তবা অতৈ তৌবা যাদে। মুগাগী ফি শাবগী থবক কবো লৈকাইগী মীওইশিং নত্তনা অতৈনা তৌবা যাদবগী অথিংবা লৈ। অদুবু মখোইগী হিংনবগীদমক্তা নিংথৌনা খুনগী ওইনা লৌচা কযাদি পিবমই। অদুবু লৌশিং অদুগী খজনা ওইনা খুন অদুগী ওইনা ফৌপোৎ ১৫দি নিংথৌদা তম্বা তাবমই। মতম অদুদা লৌ পবি অমদা ফৌপোৎ ১০০ দগী তাদনা থোকপনা ফৌপোৎ ১৫ খক পিবদি কাযদে খল্লি। লোই খুঙ্গং খবা খুদম ওইনা শেলোইশিংনা পিবিবা খজনাদগী চাং অসি লাইববা প্রজাশিং অদুদদি কাহেনমল্লি হাযনা বোর্বদ ব্রাউনা মহাক্কী মত ফোংদোকলমই। অদু লোই খুঙ্গং খবদি মমিংতগী ওইবা লোইপোৎ পিবিসু যাওবি। তশেংনা হাযববদা মখোই খবদি মণিপুব সমাজদা তুহৎপিববা মীওই ওইবমই হায়বদা হাযমনবা থোকলোই। অদুবু অসামগী চিফ কম্মিসনরনা পিবা বিপোটকী মতুং ইন্নদি মণিপুবগী লোই খুঙ্গংশিংগী ফিভম ভাবতকী অতোপ্পা ষ্টেটশিংগা চাংদম্নবদদি থোইদোক্লা ফত্তবা নত্তে হাযনা পিবমই।[১১]

# কৈবোই

কৈগী থবক তৌহন্নবা থম্বা মীওইশিংবু কৈবোই হায়না খংনৈ। মখোই অদুনা কৈ অদুবু যেংশিনবা অমসুং ফৌশুবা, চেং, চেংকুপ, ৱাইকুপ খোমজিন পৈশিনবা, লৌশিনবগী থবক শুবমই। নিংথৌগী ওইবা কৈবোইশিংদি নিংথৌগী লৌসু উবমই। লৌচা ওইনা খুন অদুদা চাহনবসু যাওই। চহিগী লৌশাল ওইনা সিংলেন অমগী ফৌপোৎ ৩০ তমহল্লমই।[১২] নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা লৈবম্বা কৈশিং অসি মখল মথেল কয়া থোক্লা খাযদোক্তুনা নৈনবা যাই। মখোইশিং অদুদি ১) নিংথৌগী কৈ, ২) লাইগী কৈ, অমসুং ৩) লনাই মীওইশিংগী কৈ।

## নিংথৌগী কৈ:-

মণিপুবদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা নিংথৌ অমসুং নিংথৌকোনগী ওইবা লৌ কয়ামুক লৈবমই। নিংথৌনা লৈবাক্কী মপুনি অমসুং লম পুন্নমক মহাক্কীনি, অদুবু লৌশিং অসি লালুপ কাবা মীওই পুন্নমক, অঙম্বশিং, সিফাই, লাইগী লৌচা, ব্রাহ্মনগী লৌচা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি খাইদোকখ্রগা লেমহৌবিবা পুন্নমক নিংথৌগী ওইবমই। কৈ অমসুং লোইশিংদসু লৌচা পিবিবা যাওবমই। অসিগুম্বা নিংথৌ অমসুং নিংথৌকোনগী লৌশিং অসিদগী কাবকপা ফৌ অমসুং লোইপোৎ ওইনা পিবকপা ফৌশিং অদু থমনবা কৈ কয়া নিংথৌবোন কয়াগী হাক্তক্তা শাখি। স্না কোনুংদা ফৌশিং অদু পুলপ থম্বগী মহুৎতা লৈবাক্কী মফম কয়ামুক্তা কৈশিং অসি শাবমই। কৈশিং অসিগী থবক এনখাং শুন্নবা মীওই কয়ামুকসু থমলমই। অসিগুম্বা মীওইশিং অসি চাদা নাওদা তাবক্তুনা মতমগী মতুং ইন্না মীশিং যামখৎলক্তুনা কৈ অদুনা লৈবিবা মনাক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবকপদগী কৈ/কৈবোই খুনশিং মথং মথং ওইবকখি। কবম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা কবম্বা কৈ শাবম্বগে হায়বগী ৱাফম কৈ লোই লিংখৎপা অমসুং কৈবোই কৌবা পুয়াশিংদা পিবি। চাওবাক্লা মতম অদুদা খৃঃ১৮৯১ গী মমাংদা কৈ নিফুহুমদোই রোম লৈবমই। মখোইগী শমলপ্পা ৱারোল মখাদা পিরি।

১) মৈদিংঙু নাওফংবগী (খৃঃগী ৫শুবা চহিচা) মতমদা শঙাইগ্রৌ, কৈপুক, শেক্তা কৈ, অহোংকৈ, লম্পান কৈ মঙা অসি শারমই।

২) মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী মতমদা (খৃঃগী ৮ শুবা চহিচা) থংপিট্রো কৈ, থমপন লৈমনাই কৈ, লুপ্পাতবৌ কৈ, হাওবং কৈ, কৈখু কৈ মঙা অসি লিংখৎলমই।

৩) মৈদিংঙু খুম্বোবনা (খৃঃগী ১৩শুবা চহিচা) ৱাকচিং কৈ, চঙানকৈ, চউমকৈ, কোন্থা কৈ অমসুং অচানপিকৈ মঙা অসি শাবমই।

৪) মৈদিংঙু কবোম্বা (খৃঃগী ১৬শুবা চহিদা পানখিবা) হাক্তক্তা ক্রথোং কৈ শাবমই।

৫) মৈদিংঙু মুংযাম্বানা (খৃঃ ১৪৬২-১৫৭২) পানবা মতমদা ক্যামকৈ লিংখৎখি।

৬) মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) যাইবিপোক লৈমনাই কৈ, তিংগ্রিকৈ, কোইবেংকৈ অমসুং কৈনৌ কৈ মবি অসি শাবমই।

৭) মৈদিংঙু খুঞ্জাওবাগী মতমদা (খৃঃ ১৬৫২-১৬৬৬) ফোইচিংকৈ, যাইবপোক কৈ, থিংনোং কৈ অহুম শাবমই।

৮) মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাক্তক্তা (১৬৬৬-১৬৯৭) লানশোনপি কৈ অমসুং চকপবৌ কৈ অনি লিংখৎলে।

৯) মৈদিংঙু পামহৈবনা (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) চবাংপাৎ কৈ, (তখেনকৈ), পাংকৈ কৈ অনি শাবমই। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা কবো তম্পাক্কী মংসাদসু কৈ অমা শাদুনা কবো তম্পাক্কী ফৌশিং কৈ অদুদা থমলমই। মৈতানগী ওইবা কৈ অমসু মহাক্কী মতমদগী লৈবা হৌখি। মৈতান শংবা মীওইশিংবু মৈতান কৈশংবম হায়না খংনখি।

১০) মৈদিংঙু মবাম্বা (গৌবশ্যাম) হাক্তক্তা (১৭৫৩-৫৯) মবাম্বা কৈ লিংখৎখি।

১১) মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা (খৃঃ ১৭৫৯-৬২ অমসুং ১৭৬৩-৯৭) মহবাজগী হাক্তক্তা অতোম কৈ লিংখৎখি।[১৩] মথক্তা পিবিবা কৈশিং অসি নত্তবা কৈ কয়াসু কৈবোই কৌবা পুযাদা মমিং পলমই, অদুবু কবম্বা নিংথৌ হাক্তক্তা লিংখৎলম্বনো ( শাবম্বনো) হায়বদি উৎলমদ্রে মখোইশিং অদুদি - লাংঙথেন কৈ, লমলোং কৈ, লাকোক কৈ, ককময়াই কৈ, চাউবোক কৈ, চাবৌ কৈ, ফোংজিং কৈ, মাকলং কৈ, পেবে কৈ, অতোং কৈ অসিনচিংবা।[১৪]

**লাইগী কৈ:-**

লৈবাক নিংথৌগী ওইবা কৈশিং অসিগী মথক্তা মকওইবা উমংলাই খবগী ঈবাৎ থৌনিদা মতেং ওইন্নবা নিংথৌনা লৌ কযা লৌশাল লৌদনা পিবমই। হিন্দুগী লাইশিং খবগীসু লৌ চাউনা চাউনা পিবমই। লৌশিং অদুগী ফৌ অদু লাই অদুগী ওইবা কৈদা থমলমই। অসিগুম্না মখলগী কৈবু লাইগী কৈ হায়না খংনৈ। কৈ অদুবু যেংশিন্নবা থবক এনখাং তৌন্নবা অমসুং লৌ উন্নবা মীওইসু নিংথৌনা পিবমই। খুদম ওইনা পিববদা- তাকযেল তাবা কোনোম, অকাংজম, শগোলমাং তাবা অৱবম, কবাম, পনলুজম মখোই অসিদি অচেপ হাওনে। লৈমবেন, কুক, ঈবৈমা, মৱাওলৈমগী মনাইনে লাইগী কৈনে।[১৫]

**লনাইগী ওইবা কৈ:-**

যুম অমা পাল্লবদি ফৌ চেং থম্নবা কৈ অমা লৈবা তাবনি। অসিগুম্না যুম যুমগী ওইবা কৈ মচা মচাশিং নত্তবা মশক নাইবা কৈ কয়াসু লৈবমই। লৈবাক্কী ফমনাইবা, নিংথৌগী মচিন মনাওশিং মচা মশুশিং অমসুং লমচাবাশিংগী ফৌয়াম অদুবু থমজনবা লনাইগী ওইবা কৈ কযাসু লৈবমই অমসুং কৈ অদু পান্নবা মীসু থমলমই অমা অনিদং লৌখৎতুনা যেংসি.

১) " হাওবং সবল তোংবদা লৈবা পুখ্রনবদি ইবুংশি লোকশাইগী কৈনে (কৈবোইনে)

২) হাওবং সবল তোংবদা লৈবা ৱাহেংবদি কৈথেল তাবগী কৈনে।

৩) সনজেনবম হৈবোং পোকপিদা লৈবা লৈতানথেমদি ইবুংসিজ কৈথেনতাবগী কৈনে।

৪) তখেলম্বমদি ইবুংসি খুচংগী কৈনে।[১৬]

মথক্তা পিবিবা যুমনাকশিং অসি মতম অমদা মীগী কৈবোই ওইবম্বদগী নিংতম্বা ফংলদুনা মফমশিং অদুদা খুন্দা লৈতাখিবগী ৱাফমনি। অসুম্না অখন্নবা মীওই কয়াগী মক ওইনা ফমনাইবা, নিংথৌ কোনগী লৌয়ামচাবা মীওইশিংগী কৈ লৈবমই হায়না মথক্কী ৱাফম অসিনা তশেংনা উৎলি।

খৃঃগী ৭।৮ শুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী মতমদগী হৌনা কৈবোই হায়বা ফুরুপ অসি খায়বা হৌবকখি। কৈবোইশিংগী তোঙানবা খুন লিংদুনা মখোই মখোইগী মথৌ মঙম পিবতা নত্তনা অককনবা লোইপোৎ

লৌবগী চৎনবীসু হৌদোকখি। অহানবা লৈবম্বা কৈবোইশিং অসি লাইগী ওইনা তৌবমই লাইগী কৈবোইশিংগী মমিং মখাদা পিবি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | লাংপোক কৈ।কৈবোই | - | শবাবেন অবিবগী কৈনে। |
| ২ | থৌবান কৈ | - | পাখংবগী কৈনে। |
| ৩ | চিংনুং চকপা কৈ | - | পুবৈবোম্বগী কৈনে। |
| ৪ | লৌকু কৈ | - | লাইনিংথৌহনবগী কৈনে। |
| ৫ | লাংপোক্তগী খাযবা উনম কৈ | - | শবাবেনগীনে। |
| ৬ | হেনৌপোক কৈ | - | লোযাবাকপগী কৈনে। |
| ৭ | ক্যামকৈ কৈ | - | পাখংবগী কৈনে। |
| ৮ | নিংঙোম্বম কৈ | - | যোইবাংপোঙ্কী কৈনে। |
| ৯ | চিংনুং চকপা কৈদগী খাযবা নাককপা কৈ | - | পুবৈবোম্বগী কৈ।কৈবোইনে |
| ১০ | তাংখম নাককপা কৈ | - | কৌববেনগীনে। |
| ১১ | লৌকুদগী কৈবোই | - | খানাচাওবগীনে। |
| ১২ | শোকঙাই ঈচিন কৈবোই | - | ব্রাংববেনগীনে। |

মথক্তা পিবিবা খুন ১২ অসি কৈবোই খুনশিংনি।[১৭] খাগেম্বগী মতুংদা পালকপা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তসু কৈবোই খুন কযামকুম মথং মথং শেমলকখি। অসুম্না কৈবোই খুন নিফুহুমদোইদগী তাদনা লৈবকখি। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না অমুক পিকশিলক্তুনা খৃঃ ১৮৯১ গী মতুংদদি নিংথৌগী কৈ অসি শুপনতগী তরুকখকতমক লৈবকখি। মখোইশিং অদুদি লাঙাথেল, যাইবিপোক কৈ, তিংগ্রিকৈ, থিনুং কৈ, চবাং পাৎ কৈ অমসুং লানশোনবী কৈ অসিনচিংবনি।

কৈবোই কনানো ? (Identity and Origin)

কৈগী থবক তৌবা মীওইশিংবু কৈবোই হাযনা কৌনবমই হাযনা মথক্তসু পনখ্রে। কৈবোই হাযবা ব্রাহে অসিদগী শমজিন্দুনা কৈবোইশিংবু কৈ হাযনসু পুযাশিংদা পিবা যাওবি। অদুনা কৈগা কৈবোইগা কনাগুম্বা চমম্নবা যাওগনি। কৈবোই অযাম্বা মীনাইশিংনা ওইবমই। অদুবু নাইশিং অসি নত্তবা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমগী মীওইশিংসু কদা কচিৎ ওইনা যাওবি। নিংথৌগী চৈবাক ফংবদগী কৈবোই ওইখিবসু কদা কচিৎ ওইনা যাওবি। অসিগুম্বা চৈবাক অসিগী মখাদা মতম খবগী ওইনা কৈবোই ওইহনবসু যাওখি। (It is a kind of punishment in the form of social degradation) ব্রাফম অসি লৈবনা

কৈবোই অযাম্বা মৈতৈ অশেংবা ওইদে। খুদম খবা পিববদা নিংথেম মযাং ঙম্বগী মচানুপী অমা হাওবমদা পিযে, পুকম হাও অমা নাইঙল ওইনৈএ, পেবেদা তাহন্দুনা কৈ (কৈবোই) ওইহল্লে।[১৮] ১) কৌব্রু হারমদি কোইবেংনা লেং ওইনৈযে, খুনবি চাবম চাহল্লে, লৌ পিজৈযে, কোইবেঙ্গেদা তাহল্লে, কৈ ওইয়ে।[১৯] মথক্কী ব্রাফম অসিনা উৎলিবদি পেরে কৈদা লৈবিবা কৈবোই অসি নাই ওইনা উল্লকপা পুকম হাও অমগী চাদা নাওদানি। মতৌ অসিগুম্না কোইবেঙ্গেদা লৈবিবা কৈরোই অসিনা কোইবেং হাওনি।

নাই অমসুং চীংমীশিং অসিগী মথক্তা নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমদগী লাকখিবা মীওই কয়াসু কৈবোই ওইহল্লমই। খুদম ওইনা 'থোকচোমদা পকপা থোকচাউ লাইবিক হৈবদি তেখাওনে, চাওবোক কৈনে। ব্রাংজিং তাবা শগোলশেমদি ময়াংনে, কৈনে। শঙাইপ্রৌ কৈ থিবিক্তী মযাংনে'।[২০] মথক্কী মীওই মখল অনি অসি নত্তবা মৈতৈ অশেংবনা নিংথৌগী চৈবাক ফংদুনা কৈবোই ওইখিবসু কদা কচিৎ ওইনা য়াওদবা নত্তে। খুদম অমতং পিববদা -'খুদৈবন তাবা লাংমাইথেম গোপালগী মপাদি নিংথেম মযাংঙম্বদা লংজদুনা লাংঙথেলদা লোই থাই, লাংঙথেল কৈ ওইখি।'[২১] অসুম্না কৈবোই অযাম্বা চীংমী অমসুং হাবমগী মীওইশিংনা ওইবমই।

**সমাজগী ওইবা অথিংবশিং:-**

কৈবোইশিং মৈতৈ অশেংবা নত্তবনা হন্থবা থাক্তা লৈবমই। মথক্তসু পনখ্রে নাই কযামুক কৈবোই ওইহল্লম্বনা কৈবোইশিংবু নাই ওইনা খন্নে। লোইগী মতৌগুম্না মখোইসু চপ মান্না সমাজগী অথিংবা কযা থমলমই। ব্রাফম অসি মথক্তা লোইগী মতাংদা নৈনখ্রবনা অমুক হন্না থমজববোই।

অদুবু কৈবোইশিংবু অখন্না ঙাকপি শেনবিবগী নিয়ম (আইন) শেমদুনা থমলমই। মতম অদুদা চৎনবম্বা কৈবোইশিংবু ঙাকপি শেনবিনবা আইনশিংদি মখাগী অসুম্না লৈরমই।

"কৈবোইদা থাংনা তেন্না শোকপদি নিংথৌ অমসুং লাম্মীনে, শুক্লা তেংখোক্লা শোকপদি চৈবাপনে, শিংজংনা, উবোংনা শোকপদি দোলাইপাবনে। অঙম্বদগী হৌবগা মীচম অমতনা কৈবোইবু ফুচৈবা, হাৎপা তুপ্পা য়াবমদে" অকনবা চৈরাক ফংগনি।[২২]

## কৈরোইশিংগী মথৌ মঙম অমসুং লোইপোৎ (পোৎনা)

কৈবোই খুঙ্গংশিংসু লোই খুঙ্গংশিংগুম্না ডিভিজন মবি মরি খাযদোকই। কেরোই খুন খবদি লৌ চাহনবা য়াওই, খরনা নিংথৌগী লৌ পিদুনা উহল্লি। মী অমমম্না যামদ্রবদা লৌ পবি অমদি উবমই। অমসুং চহিগী লৌশাল নত্রগা পোৎনা ওইনা সিংলেন অমমম্না ফৌপোৎ ৩০ তমলমই।

ডিভিজন অমমম্না চহিগী ওইনা চেংকোক, ব্রাইকোক, ব্রাইশেং, খোইজুলৈখাম, লফুচনাম, উবোং শুমজিৎ, য়েন্দাই, চেংজালুক, খবাই পাকসি অসিনচিংবা তমই।[২৩]

পুম্নমক অসিগী মথক্তা মতাং মতাংগী ওইবা থৌদোক ব্রাথোক কযাদসু কৈরোইশিংদা মথৌ মঙম কয়া পিবতা নত্তনা পোৎচৈ কয়াসু তমহল্লমই।

লমচাবা অঙম্বাশিংদা ফৌ চাংকোৎ-১, হব্রাই অমসুং হেন্তাকলা পিগনি। লৈশৌ মপি, চোঙাবাবা, লমখুনু, চোঙা অসিসু তমগনি। য়াই খৈবিক্কী মদ্ধ, য়োৎখোক, থাংখোকসু তমগনি, তেরা হেকপগী থবকসু মখোইনা তৌগনি। শা ফান্নবগী মৈহুম মোবোক পাউচেনবগী থবকসু কৈবোইনা তৌগনি। নিংথৌ শিবগী লান্না থৌবমগী শঙ্গোম খাংগনি অমসুং তমগনি। নিংথৌ সনা খোংলেংবদা কৈবোইনা লম ইল্লি। পুগদবা পোৎতি কম্বি, মৈকোৎ, চৈগপ, মিৎখল অসিনচিংবনি। মহবাজনা কীর্ত্তন কুম্লবদি চাখুমপোৎ কৈনা পুই। ভন্দ্রা কীর্ত্তন থোক্লবদা কৈনা ব্রাই কৎলে। থাঙ শাবনা থাংফেং নুং য়ানবদা কৈসু য়াওহনগনি, লৈবাক ব্রাথোক্লবদা কৈনা মৈরিংই, মিৎশেংগী শীং খাংই, মেবা থাওমৈ ব্রা কৎলে। লৈমাশিংনা চাবোক বঙ্গোন কুম্লবদা নাওফম ফুম্বদি কৈনা ফুমই। নিংথৌনা মচা পোক্লবদা চউম্বগী চেং, চেংমি, ফৌকাক, শঙশংবা, য়িবোইয়া, ফৌতোংপা, শগোলয়াং ব্রাংচিং কৈনা খাংয়ে। মহাবানীনা লম থোক্লবদা কৈনুবীনা দোলাই পুর্গনি। কুমগী চনৌ কৈনা কৎলি, থুম কুবিত্র।[২৪]

### কৈ খুঙ্গংশিংগী লৈঙাক সাসন:-

লৈবাক নিংথৌগী কৈ অশুম অশুম হেনগৎলকপগা ইরোইন্না কৈবোই মশিংসু তপ্না তপ্না হেনগৎলকলমই। অসুম্না চহিচা কয়াদা মখোইগী চাদা নাওদা লৈবকতুনা কৈবোই খুঙ্গং মথং মথং লাকখি। মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা পানবা মতমদগী হৌনা কৈবোই খুঙ্গং খায়দুনা তোঙান্না থম্না হৌবকখি। মহাক্কী মতমদা

লিংখৎলম্বা কৈবোই খুঙ্গংশিংদি ১) থৌবান কৈবোই, ২) চিংনুং চকপা কৈরোই, ৩) লাংপোক কৈবোই অমসুং ৪) লৌকু কৈবোই খুনশিংনি। খৃঃগী ১৭শুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লিংখৎলম্বা কৈবোই খুনশিংদি ১) উনম কৈরোই, ২) হেনৌপোক কৈবোই, ৩) ক্যামকৈ কৈবোই, ৪) নিংঙোম্বম কৈবোই ৫) যাইবপোক কৈবোই, ৬) তাংখম নাকপপা কৈবোই, ৭) খানা চাউবা কৈরোই অমসুং ৮) শোকঙাই ইচিন কৈবোই পুন্না খুন নিপাননি। অসুম্না খাগেম্বগী মতম ফাওবদা কৈরোই খুন তবানিথোই লৈবম্বদগী মহাক্কী মতুংদা লাকপা নিংথৌবোন কয়াগী মতমদা তপ্না তপ্না হেনগৎলক্তুনা কৈবোই খুন নিফুহ্মদোই খৃঃগী ১৮৯১ ফাওবদা লৈরমই।[২৫] কৈবোই খুনশিং অসিবু য়েংশিন্নবা কৈবোই লাকপা তরা হাপলমই অমসুং কৈবোই লাকপা পুবেন্না ফমদৌ খুনলাকপনা পুরমই।[২৬]

মৈদিংঙু ময়াং ঙম্বা (গরিবনিবাজ) হাক্তক্তা কৈরোই, লোইবম পুম্নমক মাগী মাগী মহুৎ হলমদুনা লৈমা নিংথৌ খল্লবা য়াহল্লমই। নিংথৌগী সেনাক খল্লে, লৈমা সিজ লৌবে, ইবুংঙো ইবেম্মা কৌবে।[২৭] অসুম্না ইহান হানবা থৌদোক ওইনা কৈ লোইশিংবু মথৌ মঙম কোকপিদুনা ফ্রিমেন ওইহনবিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিখি। অদুবু মহাক্কী মতুংদা পানখিবা নিংথৌ দেবেন্দ্রনা লাল্মীশিংগী থৌওং থৌদা পেন্দবা খবা লৈবদগী খৃঃ ১৮৪৮ দা হুকুম অমা থোক্তুনা পাঙন, কৈ, লোই, সিফাই খনবা পুম্নমক মাগী মাগী মফমদা হঞ্জিনহনখি।[২৮]

মণিপুবদা বৃটিসনা পাল্লিঙৈগী মতমদা কৈ মশিং খংহন হঙ্ববকখি মতম অদুদা শুপ্পগী কৈ তবেৎতগী হেন্না লৈবমদে। খৃঃ ১৮৯২ দগী হৌনা মণিপুবদা হান্না চৎনবম্বা কৈ, লোই অমসুং নাইগী চৎনবী পুম্নমক মুথৎখি। খৃঃ১৯৪৯ গী মতুংদগীদি নিংথৌগী কৈ পুম্নমক মুথৎখিদুনা শুপনতগী সনা কোনুংদা লৈবিবা কৈ অসিতমক ঙাইহৌখি। কৈ ময়াম লৈখিদবগা লোযননা কৈবোইগী চৎনবী অসিসু মমি শামখি, কৈশিং অদুনা লৈবম্বা মফম অমসুং কৈবোই খুঙ্গংশিংদি হান্নগী মমিং হোংদনা ঙসিসু লৈরি। অদুবু ঙসিদি অথিংবা লৈখিদ্রবনা কৈবোই ওইবম্বা কয়া অতোপ্পা অতোপ্পা মফমদা খুনহোংনবা যাওহনখ্রে। কনানা কনানো মশক তাকপা অবাইবা ওইদ্রে।

**ৱাবোই:**

কৈবোই নাইগীশিংদা চনবা কৈ পান্নবা অমসুং কৈগী থবক শুন্নবা থন্বা মীওইশিংনি। মখোই অযাম্বা হাও (চীংমী), নোংপোক হাবম অমসুং নোংচুপ হাবমগী মীওইশিংনা ওইহনবনি। লৌ অমসুং লৌচা পিদুনা লৌসু উহল্লমই। চহিগী লৌশাল ওইনা ফৌপোৎ ৩০দি সিংলেন অমনা তমহল্লমই। কৈবোইশিংবু চহিগী ওইনা মখল মথেলগী পোৎচৈ কযাসু তমহল্লমই। থৌদোক ৱাথোক্কী ওইনসু মথৌ মঙম কয়া তৌহনবতা নত্তনা পোৎচৈ কয়াসু তমহল্লমই। কৈরোই মখল কয়া থোক্লা খায়দোকপা যাই। মখোইশিং অদুদি লাইগী কৈ পান্নবা কৈবোই, নিংথৌগী কৈশিং পান্নবা অমসুং নিংথৌকোন, অঙম্বা অমসুং লমচাবাশিংগী কৈ পান্নবা কৈবোইশিং। কৈবোই নাইগীশিংদা চনবা মৈতৈ সমাজদা হন্থবা থাক্তা লৈবম্বা ফুকপনি অদুবু ফুকপ অসি মৈতৈ নিংথৌনা অক্কনবা আইন শেমদুনা ঙাকশেন্দুনা থমলম্বা কাংবুনি। অতোপ্পা নাইগীশিংদা চনবা কাংবুশিংদগীদি খবা হেন্না ফবা থাক্তা লৈজববসু মতম অদুগী সমাজদা তুহৎপিরবা কাংলুপ অমদি ওইবমই।

# Institution of slaves

# মীনাই থম্বগী চৎনবী

1 Origin/ Historical back ground

2 Sources of Slaves

3 Different forms of Slaves

4 Services of the Slaves

5 Slaves Villages

6 Slave Law & legislation

7 Social status of the Slaves

8. Emancipation and Social inclusion

# মীনাই থম্বগী চৎনবী

মণিপুরদা মীনাই থম্বগী চৎনবী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবগী খুদম ফংই। অদুবু কবম্বা মতমদগী চৎনবী অসি লাকখিবনো হায়বদি চপ চানা হায়বা ঙমদে। হয়িচক্কী মতমদা পালম্বা মীওইশিংনা মখোয়গী মখাদা লৈবা মীওই খববু মখোইনা চানা থক্লবা শিন লাংহলবগী চৎন মওং অমা লৈরমব্রা চিংনবা পোকই। মতম অদুদা লৈবম্বা লাই কাংলুপশিং অদুনা খোইনিংনা তুথবকপা চাই হায়না পিবি। মসিদা পিবিবা খোইনিং অসি উচেক (বুল বুল) ওইবগী মহুৎতা খোইনিংমাঙ্গী হায়না খংনবা হয়িচক্কী মীওই ফুকপ অদু ওইবম্বা য়াই। ব্রাফম অসিনা চুম্বা তাববদি, Bonded labour মক নত্রবসু Force labourগী মওং অমা হয়িচকক্তগী লৈবাক অসিদা লৈবব্রা হংনিংঙাইনি। অদুবু খৃঃগী মাং অহানবা চহিচাদদি মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈবাক অসিদা লৈবে হায়না মৈতৈগী পুয়াদাময়েক শেংনা মমি তাবে। শেলোই লাংমাইগী মপু লাইবেন তাউবোইনাইগী মচা ইবেম্মা তম্ফা ব্রাংঙমলোন পাম্বোইবীবু খাবা শোকচোম্বগী মচা তবংখোইনুচাদা লুহোংবদা পাম্বোইবীনা মপা ইবুংঙো তাউরোইনাইদা মহাক্কী অউন পোৎতি কাউরেন লাবা পাবোৎ অমসুং মীনাই মশম শাংবা মখুজিন শাংবা উনবিগদৌবগী শকক তবা চাক অথোংবা চফু চফু উনবিযু হায়জবা ব্রাফম অসিনা তাকপদি মতম অদুদা নিংথৌ নত্রগা খুলাকপাশিংগী মচা মশু লুহোংবদা মীনাই উনবগী চৎনবী লৈবে অমসুং মীনাইশিং অসি লৌউ শিংউবগী থবক তৌহল্লমই। মথক্কী ব্রাফমশিং অসিনা খৃঃগী মাং অহানবা চহিচাদা লৈবাক অসিদা মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈবে হায়বা যাবে। খৃঃগী মঙাশুবা চহিচদা পানখিবা নাওফংবা নিংথৌগী হাক্তক্তগী নিংথৌগী লৈবাক্কী কৈ লিংখৎতুনা মীনাইশিংবু কৈবোই ওইহনবগী চৎনবী লাকখি। খৃঃগী নিপালশুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী মতমদগী কৈবোই খুঙ্গং লিংখৎলম্বনা নাইশিংগী মশিং নিংথিনা লৈবে হাযবা যাবে। হাযবিবা মতম অসিদগী লৈবাক্কী আইন্না যাববা অমসুং শক খংলবা মীনাই মখল মথেল লৈবা হৌবে। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদ (১৭শুবা খৃঃগী চহিচা) তোঙান তোঙানবা নাই অমসুং নাই খুঙ্গংশিংনা তৌগদবা মথৌ অমসুং নিংথৌদা লোইপোৎ কাগদবা পোৎলমশিং নিংথিনা যাৎতুনা থম্বগী চৎনবী লৈবে। নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা লৈরম্বা নাই অসি মখল মথেলনি। ফুঙ্গা নাইতদা নিংথৌগী ওইনা ১২০০-১৫০০

ফাওবা লৈবমই। অসুক য়াম্না নাইশিং অসি লৈবকখিবগী মবম মখল মথেলনি। মখোইশিং অদুদি হৌবকফম মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই।

১) লানফানা ওইবা নাই।

২) মবাল অমা লংজকুবদগী মথৱাই হিংনবা চংজবকপা চীংমীশিং।

৩) নিংথৌদা লংজবা, নিংথৌ শেম্না যাওকুবগী মনাই-নাইখোম্বা মখোই অসিনা অযোকপা ওই।

৪) মপা খংদনা পোকপা মচাসু লৈবাক-নিংথৌগী লন ওইদুনা চাউবোক কৌদুনা নাই ওইহল্লি।

৫) মনাইনা মবেম্মদা তানখৎতুনা পোকপা মচাসু নিংথৌগী ফুঙ্গা নাই (ফুনিন) ওইহল্লি।

৬) লৌ মুন্নববদা-ফৌ খোইখোক্লবদি থৱাই হাৎলে হাযবগী ৱাকোং শেন ওইনা নাই অমা লৌযে।

৭) নিংথেম নুবিনা থৌগন শোয়ববদা মবিল মহুই নাইজবন্নবদি (ময়ুম মকৈ পান্দুনা মচা মশু লৈববদি) নাই মঙা লৌযে। শকক অহুম থোক্লা য়েল্লে, অমদি নিংথৌদা কৎলে, অনিদি যোইবু যোইহৈবীগা (ইপি) ফৈদাগা য়েন্নে।

৮) নিংথৌনা ফম্বাল কাবা খুদিংগী ফম্বাল নাই তাল্লি। ফম্বাল নাই অসি ৱাংখৈ ময়ুম্না ফংগনি। কবিগুম্বা হাও নাকরগা ফম্বাল কাবা ওইববদি ফম্বাল নাই অদু য়াবেকশঙনা ফংগনি। ফম্বাল নাই অসি অনান চীংমীশিংনা তমই।

৯) নিংথৌনা শিরগা মৈ কোইন্নবা (য়ারেকশঙনা) নাই অমা তাল্লি। মৈকোই নাইদি চাউবোক্লা পিগনি অদুবু নাইখৈদি (নাইগী মমলদি) পনা মবিনা পুগনি।

১০) মহাবানিনা মচা পোকপা খুদিংগী চউম নাই কৈরোইনা তমই।

১১) নিংথৌগী মতুবু লৌরবদি মশল-মনাই লৈবা মখৈ লৌএ।

১২) নিংথৌগী মচাশিজ লৌবদা নাই অমা তাল্লে। খৎনা চৈনবদা মপা মপু চৈরবসু নাই অমা তাল্লে।

১৩) পুম্নমক অসিগী মথক্তা চহিগী ওইনা নত্রগা কুম লেপ্লা নাই তম্বা লোই খুঙ্গং কয়াসু লৈবমই। মখোইশিং অদুদি

ক) পুথি নিংথৌনা (ককচিংগী নিংথৌ) নাই অমা কুম খুদিং কৎকনি।

খ) মযাং নিংথৌনা ঈনা কুম খুদিং নাই কৎলে।

গ) তোকপা, খুনথোন নম্বা, চাঙৌপুঙ, নোংফৌ খুন মবি অসিদি কুম লেপনা নাই কৎলেঃ

ঘ) চোথেনা-চাবোক ৰাঙ্গোল নাই অমসুং অনান ফম্বাল নাই তমই।

মণিপুরদা অঙনবা মতমদগী Slave hunting অমসুং Slave trade লৈবম্বগী খুদম ফংদে। অদুবু মীনাই থম্বগী চৎনবী অসিদি খৃঃগী মমাংদগী লৈবকলে। চৎনবী অসি লৈবাক্কী আইন্না যাববা চৎনবী অমা ওইনা খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা লৈবমই।

ঙ) নিংথৌগী মচা মশুশিংনা যুমথংনবা লৈবাকশিংগা চাবৌ মৌবৌনবদা অউনপোৎ ওইনা নাই কযামকম উলকই। অসিগুম্বা নাইশিং অসি ফুঙ্গা নাই ওইবসু যাওই, কবিগুম্বা মতমদা খুন ওইনা তাহনখিবসু যাওই।

চ) অসুম্না মখল মথেল কযাদগী লাকপা মীনাইশিং অসি নোংমা নোংমগী যামখৎলক্কুনা যান্নবা মশিং অসি ওইবকখিবনি। অসিগুম্বা মীনাইশিং অসি মযুম মকৈ পানবগী খুদোং চাবা পিবমই। মখোইনা পোক্লকপা মচাশিং অদুসু মপু অদুগী নাই ওইহলমই।

ছ) কনাগুম্বা মীওই অমনা মীগী মপোৎ হুবাল্লুবগা, হুবাললুবিবা পোৎ অদু লোযনমক নত্রগা খবা ফংবা ঙমদ্রবদি পোৎ অদুগী মমল অদু ফংনবা মহাক মশা, ইমুং মনুংগী মীওই, মক ওইনা মতু মচা লৈতবা মচাশিং মীনাই ওইনা যোল্লগা মমল অদু মপু অদুদা পিগনি। মহাক মশাসু হৌনবী চৈবাক ফংগনি। অসুম্না culprit অমসুং মহাক্কী ইমুংগী মীওই কযা মীনাই ওই।

**নাইয়িবী অসুং হাওরৈমা:-**

নাইশিংগী মনুংদা ইকাই খুম্মনিংঙাই ওইবী নাই মখল খবসু লৈবমই। মখোইশিং অদুদি মৈতৈ নিংথৌগী নাইয়িবী অমসুং হাওবৈমা মখোই অসিবু ইপি হাযনা ম্রা কোনুংদা ইকাই খুম্নবী নাইশিং ওইবি। মতৌ অসিগুম্না অঙোম নিংথৌগিসু নাইযিবী কয়ামকম লৈবমই। মৈতৈ নিংথৌগী নাইয়িবী অমসুং হাওবৈমা অসিনা লোই অমসুং কৈ খুনশিংনা তমলকপনি। অদুবু অঙোম

নিংথৌগীদি অঙোম শাগৈ খবনা পিবনি।

এ) মৈতৈ নিংথৌগী নাইযিবী তম্বাশিং:-

| | | |
|---|---|---|
| ১) | মোইবাং নিংথৌ নাইদগী | ১০ |
| ২) | লৈমা নাইদগী | ৫ |
| ৩) | চোথেদগী | ৫ |
| ৪) | পুকুমদগী | ১ |
| ৫) | মোংসাংকৈদগী | ১ |
| ৭) | কোন্থা কৈদগী | ১ |
| | অপুনবা মশিং | ২৪ |

বি) হাওবৈমা তম্বা খুনশিং -

| | | |
|---|---|---|
| ১) | মকেং | ১ |
| ২) | তুমা তাতোন | ১ |
| ৩) | তাকৌ | ১ |
| ৪) | চীংদাই | ১ |
| ৫) | হাউকু | ১ |
| ৬) | হুইনিং | ১ |
| ৭) | লমলোং | ১ |
| ৮) | চীংশোং | ১ |
| ৯) | লনহাং | ১ |
| ১০) | থিঙবা | ১ |
| ১১) | মবাম | ১ |
| ১২) | তোবা | ১ |
| | অপুনবা মশিং | ১২ |

অঙৌপানবগী (অঙোমনিংথৌ) নাইযিবী -

অ) ১) অঙোম নাই, ২) কোংবম নাই, ৩) যুমলেনবম নাই, ৪) হিদাম নাই, ৫) হোনেংশুমবম নাই, ৬) চকপ্রম নাই, ৭) চিঙ্গাংবম নাই।

আ) লোংজমনাই - ১) লুৱাংজম নাই, ২) লাইবেনলাকপম নাই, ৩) খবিবম নাই।

**ই) পুখ্রবমনা কৎপা নাই:- ১) খুমনথেম নাই, ২) মংসাতাবম নাই, ৩) নাবেংবম নাই, ৪) মৈযেংবম নাই, ৫) ব্রাহেংবম নাই, ৬) লাইবেনলাকপম নাই, ৭) যাংঙম্বম নাই, ৮) খুবাইজম নাই, ৯) কিয়াম নাই, ১০) লাইশ্রম নাই, ১১) হাওবম নাই, ১২) ঙাংবম নাই, ১৩) লৌখাম নাই, ১৪) পুংগ্রাইবম নাই, ১৫) ওইনাম নাই, ১৬) চিংঙাখম নাই অমসুং ১৭) পুয়াম নাই।**

**অঙৌপানবগী** অপুনবা নাইযিবী কুনতবেৎনি ।[২১]

# নাই মখলশিং

নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা মণিপুরদা লৈবম্বা নাই নত্রগা মীনাই অসি মখল মথেলনি। অদুবু চাওবাক্লা মখল অনি থোক্লা খাযদোকপা যাই মদুদি ১) ফুঙ্গা নাই অমসুং ২) লোইগী মনুংদা নাই ওইবা খুনশিং ।

অ) ফুঙ্গা নাই অসি মখল মথেল কযানি । মখোইশিং অদুদি ১) অযোকপা ২) চাউবোক, ৩) ফুনিন, ৪) তেংখন ।

বৃটিস অফিসারশিংনা হিদাকফানবা অমসুং পোৎশঙবা পনা অনি অসিবুসু ফুঙ্গা নাইগী মনুংদা লৈবা কাংলুপ ওইনা উৎলমই । নিংথৌগী ওইবা ফুঙ্গা নাইশিং অসিগী মথক্তা অঙম্বশিং অমসুং লনাই মীওইশিংনা থম্বা নাইশিংবুসু ফুঙ্গা নাই হাযনা খংনৈ। ব্রাফম অসি লৈবনা ফুঙ্গা নাইশিং অসি চাউবাক্লা নিংথৌগী ফুঙ্গা নাই অমসুং লনাই মীওইগী ফুঙ্গা নাই হাযনা খাযদোকপা যাই ।

নিংথৌগী ওইবা ফুঙ্গা নাইশিংঅসি মপুন্সিচুপ্পগী মীনাই ওইবগদবা অমসুং মখোইগী মচা মশুসু মীনাইশিংদা চল্লগদবা নাইশিংনি । মতৌ আসগুম্না নিংথৌনা অচানবা ফমনাইবশিংদা পিবা নাইশিংসু মপুন্সি চুপ্পগী ওইবগদবা নাইশিংনি । অদু লনাই মীওইশিংনা লোইবা নাইশিংদি (ফুঙ্গানাইশিং) মখোইগী মহুৎ নত্রগা শেন্দোল হলবা ঙম্বা নুমিৎতা নিংতম্বা ফংখিবা যাই । অদুবু কদাকজিৎকী ব্রাফমনি ।

ফুঙ্গা নাইশিংগী মনুংদা অযোকপা, চাউবোক অমসুং ফুনিন মখল অহুম অসিগী হৌবকফমগী মতাংদা পুযাশিংদা মখাগী অসুম্না পিবি ।

১) অযোকপা - নিংথৌদা লংজবা, নিংথৌ শেন্বগী মনাই নাইখোম্না হাযবদি মহাক্কী নাইশিংনা অযোকপা ওই ।

২) চাউবোক - মপা খংদনা পোকপা মচাদি লৈবাক নিংথৌগী লন ওইনৈ। মখোই অসিনা চাউবোক হাযনা খংনবা নিংথৌগী নাই মখল অসি ওইহল্লি।

৩) ফুনিন.- মনাইনা মবেম্মদা তানখৎপা (লান্নদুনা) পোকপা মচানা ফুনিন ওইহল্লি।

তেংখন হাযনা খঙনবা নাই অসিগী হৌবকফমদি ফংদে। তম্পাক লোইশিংগী মনুংদা নিংথৌ নাই অমসুং লৈমনাই হাযবিবা লোই খুনশিং অসিসু নাইগী থাক্তা থমলমই। হাযবিবা নাই মখল অনি অসিনা তাবন্বা খুনশিংদি ব্রাংবন নিংথৌ নাই, থাঙ্গা নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই, যাইবিপোক লৈমা নাই, শিজা খুবাই লৈমা নাই (খুবাই) অমসুং ককচিং লৈমা নাই (অনৌবম) অসিনচিংবনি।

নাইগী মনুংদা ইকাই খুম্মনিংঙাই ওইবী নিংথৌ কোন্দা মক ওইবা থৌদোং লৌবী নুপী কযাসু লৈবি। মখোই অদুদি মৈতৈনিংথৌগী কোনুংদা নাইযিবী নত্রগা ইপি অমসুং হাওবৈমা অমসুং অঙোম নিংথৌগী ওইনা অভৌপানবগী লাইযিবী পনবা যাই।

মীবেন কৌবী নিংথেম নুবীদি নিযাইবীবু কৌযে। মখোযসু ইপী হাযনসু খংনৈ। নিংথৌশিংগী 'তু'গী খোংলোই ওইনৈযে। দুলাই পাবী হাপ্তুনা থোঙশং মৈবিংবী ওইতল্লে। নিংথৌগী ইকম খন্নেযে। খোংনা ফংবী কৌনৈযে।[৩৩]

হাওবৈর্মশিংসু ইপী কৌযে, মখোযসু লৈমাশিংগী খোংলোই ওইনৈযে।

অহল লাইওইবর্শিংদি চৈবাপ্ত ইহল পাউহন্নেযে।

নিংথৌবেনশিংনা মপান্দা খোং লেংবদা ইপি খোংনা ফংবিশিংনা ইনমচৈ, মৈবুলনচিংবা খনবদি লাকতোন যৌনা খনলে।

নিংথৌগী থৌগলদা নোংঙাল্লগা সনা খুদোং পুথোকএ।

মিবেন কৌবী নিংথেম নুবীশিংনা অপানবী, লৈমাখুবীশিং লৈমবেল লোযন্না নিংথৌগী যাতাফম, যাথোকফম, যাহিপফম চাকচাফম্নচিংবা শিল লাংগনি।

যুমজাওদা ফমজাও থাগনি নিযাইবী অযাম্বীনা পুংলৈ খেনলৈ পুংথি খেনথি খঙনা থৌগন চঙযে। শোয়ফবা যাদে। শোয়ববদি নাইগী ব্রাবকথৌ পাউতৌয়ে। মমা মন্দোল যোকচা খৈবিক্লা অশোযবা মী অদুবু শিঙকায পাক্লা

যৈযে। য়ুমজাওদা লৈদুনা নিংথৌগী থৌগন অয়াম্বা যেংদুনা পান্নেয়ে।

লাইওইরবী যোইবু যোইহৈনচিংবী পুম্নমক্না তিন্ননবা শঙ্গাইগী নোংপোক্তা চৈবাপ শং অমা শাইযে। মদুদা নোং ঙাল্লবগা মাগী ফমফমদা ফমদুনা ব্রাযেল তৌযে। মথং নোংঙাল্লবগা চৈবাপ্ত পাউতমএ।

থৌগন শোযববদি ফাদুনা বিচাব তৌএ।নিংথৌ মহাবানী অনিনসু ব্রাবক ব্রাতেমএ। লোই থাবা থোক্লবদি য়ুমজাওদা থাযযে। মকুম মহুই নাইবা মীদি যৈদুনা তাম্থোকএ। খোংনা ফংবীশিংনা লান্না লঙজববদি শিঙকাইপাক্লা যৈযে। মবিল মহুই নাইজবল্লবদি নাই ৫ লৌযে। শকুক (৩) থোক্লা যেল্লে। অমদি নিংথৌদা কৎলে। অনিদি যোইবু যোই হৈবীশিংগা ফৈদাগা যেন্নেযে। নীযাইবী নিংথৌদা কৎলকপিশিংদি নুমিৎ (৫)নি য়ুমজাওদা লৈএ। লৈত্রবা নুপিদি নিংথৌগী তু শীংদা চন্দে।

ই) ফম্বাল নাই -

নিংথৌনা ফম্বাল কাবা খুদিংগী ব্রাংখৈ মযুমদা নাই অমা পিনবমই। কবিগুম্বা হাও খুনশিং নাকুবগা ফম্বাল কাবা ওইববদি ফম্বাল নাই অসি যাবেকশঙনা ফংগনি। ফম্বাল কাবাদা পিবা নাইনি হাযদুনা ফম্বাল নাই হাযনা খংনৈ। নই অসি আনান চীংমীশিংনা তমলমই। কবিগুম্বা থৌদোক্তা নিংথৌগী ফুঙ্গা নাইদগী পিবসু যাওই।

ঈ) চউম নাই·-

নিংথৌগী মহাবানীনা মচা পোকপা খুদিংগী কৈ না চউম নাই অমা তমই। অদুবু নাই অদুগী মমলদি পনা মবিনা খাযবগা পীবমই।

উ) মৈকোই নাই -

নিংথৌনা শিবগা মৈ কোইবগী নাই অমা তাল্লি। মৈকোই নাই অসি চাউবোক্লা পিগনি।[৩১] য়ুমজাও নাউদানা মৈ কোই নাই ফংজৈ।

ঊ) লাইমনাই·-

লৈবাক্কী নিংথৌগী মরু ওইবা উমং লাইশিংগী থবক এনখাং তৌহন্নবা থম্বা মীবু লাই মনাই হাযনা খংনৈ। হাও মযাংনা লাই মনাই ওই। মাগী মাগী মনাক্তা লৈবা কৈবোইনসু লাই মনাই ওই।

**নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই:-**

নাইগী শিঙদা চলম্না লোই খুন কযাসু লৈবমই। মখোইশিং অদুদি ব্রাংবন নিংথৌ নাই, থাঙ্গা নিংথৌ নাই, থাঙ্গা লৈমা নাই, যাইবিপোক লৈমা নাই, শিজ খুবাই লৈমা নাই অমসুং ককচিং লৈমা নাই (অনৌবম) অসিনচিংবনি। ফুকপ অসিদা তোঙান তোঙান্না মীওই কাংবু যাওবি। বেঙ্গল, ত্রিপুরা অসিনচিংবা মফমশিংদগী লাকপা মীওইশিংনি কোন্না চংলকপা নোংচুপ হাবমগী মীওই কযাসু ফুকপ অসিদা চাইশিনখ্রে।

**ফুঙ্গা নাই:-**

ফুঙ্গা নাই অসি নিংথৌগী ওইবা অমসুং লনাই মীওইগী ওইবা মখল অনি লৈবম্না অসিগী মথক্তা অমুকসু চাউবাক্লা মখল অনি থোক্লা খাযদোকপা যাই অদুদি ১) মশানা যাবা যাদবা থিদনা নমদুনা মীনাই ওইহনবা ২) মশানা যাজনা মীগী মীনাই ওইজবা।

ক) নিংথৌ, নিংথৌকোন অমসুং অঙম্বশিংগী ফুঙ্গানাইশিং অসি মপুন্সিগী মীনাই ওইবতা নত্তনা মচা মশু ফাওবা মীনাই ওইববা মীওইশিংনি। মখোইগী হৌবকফম মথক্তা নৈনখ্রে। মখোইশিং অসি মশানা যাবা, যাদবা থিদনা মপুন্সিগী মীনাই ওইববা মীওইশিংনি। অসিগুম্না মখলগী মীনাই অসি নিংথৌকোন খক্তগী ওইনা খৃঃ ১৮৯১ দা চাওবাক্লা ১২০০-১৫০০ ফাওবা লৈবমই। লৈবাক্কী ফমনাইবশিং, নিংথৌমচা নুপিশিংদা উলখিবা নাইশিংগী মশিং থাদননি। অসিগুম্না মীনাই (ফুঙ্গা নাই) থন্নবগী চৎনবী অসি খৃঃ১৮৯১ দগী মণিপুরনা বৃটিসকী মখুত্তা মাইথিবা ফংদুনা বৃটিসকী সাসন মখাদা লাক্লবা মতুংদগীদি খৃঃ ১৮৯২ দগী চৎনবী অসি মুথৎখি। অদুবু মচিৎ মখাক খবদি কাইনাথং ফাওবা লৈবম্নগী ব্রাথোক লৈখি।

খ) মীগী শেন্দোল তোনবা শিংবা ঙমদবদগী মহাক মশা নত্রগা নুপি অঙাং মীগী মীনাই ওইবগী চৎনবী মণিপুর সমাজদা অঙনবা মতমদা যাম্না তোযনা থোকপা থৌদোক ওইবমই। মচা মশু লুহোং কৈহোংবা, অশি অনাগী মথৌ মঙম তৌনবা শেলগী দবকাব ওইবদগী মীঙোন্দগী শেল পুকবা শিংবা ঙমদবদগী মহাক্কী নুপী, মচা নত্রগা মশামক মীনাই ওইদুনা শেন্দোল অদু শিংনবগী পাম্বে ওইনসু তোযনা থোক্তবা নত্তে। মীনাই অদুনা মশা মউ ফবা

অমসুং হৈশিংবা ওইদুনা মপু অদুগী থবক এনশাং শুনোমলিবা অদুগী মথক্তা অহেনবা শেল তান্দুনা শেন্দোল অদু শিংবা ঙম্বসু যাওই। অদু নত্তবা শিংদি শেন্দোল অদু শিংবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। কনাগুম্বা মপুশিংনা মীনাই অদুনা শুনোমলিবা অদুদা পেনবিদুনা শেন্দোল অদুগা শকচিন্নবীদুনা মীনাই ওইবগী লিপুন অদু কোকপিদুনা নিংতমহনবীবসু যাওই। যাম্না ইকাইনিংঙাই ওইবা মতম অদুগী মীনাই ওইবগী চৎনবী মওং অমদি, কনাগুম্বা নুপাশিংনা শগোল অমা লৈনবগীদমক মহাক্কী নুপীবু মীগী মীনাই ওইহনবা যাওই। নুপা অদুনা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক থিদুনা অনৌবা পুন্সি অমা অমুক হৌখি। অতোপ্পা মখল অমনা কনাগুম্বা লাইববা মপা মমানা মচাশিংবু মবুক থন্না পিজবা ঙমদবদগী এনাক খুনবশিংগী মযুমদা মচাবু মীনাই ওইহন্দুনা মবুক থন্না চাবা ফংজহল্লি। অসিগুম্বা মখলগী চৎনবী অসি ইয়ুরোপিয়ান ওফিসাবশিংনদি যাম্না তুকচনা যেংলমই। মসিনা তাকপদি নিংথৌ পাল্লিভৈগী মতমদা মণিপুব সমাজদা খমথেংনা লাইববা মচা মশু ফাওবা মবুক থন্না পিজবা ঙমদ্রবা মীওই কযা লৈবমগনি হাযবদা হাযমনবা থোকলোই। অসুম্না ওইখিবা মীনাইশিং অসিদি মপু অদুগী থৌজান নত্রবদি মীনাই নাইথাংদগী কোকপগী অসা যাম্না ব্রাংলি। অদুবু মীগী শেন্দোল শিংবা ঙমদবগী মশানা যানা ওইখিবা মীনাইশিংদি শেন্দোল অদু শিংবা নুমিৎতা নিংতমলে। থোইদোকপা আইনগী ওইবা মিৎযেং লৈতে। চৎনবী অসিদি মশা মশা যানদুনা তৌনজবা থবকনি। অদুবু লুবিবা ব্রাফমদি শেন্দোল অদু কদাইদগী কবম্না শিংগদগে হাযবা ব্রাফম অসিনি। মসিগী মথক্তা কনাগুম্বা মবুক যত্তবা মপুশিংনা তোল্লিবা শেন্দোল অদুগী মথোই, মথোইগী মথোই লৌন্নবা ব্রাফম পুথোক্তুনা শেন্দোল অদু শিংবা ঙমদবগী ফিভম লাক্তুনা, লৈবাক্কী অঙম্বা শিংনসু শেল চাদুনা মপু অদুগী মীচংদা লেপলমই। মথক্তা পনখিবা ফুঙ্গা নাই মখলশিং অসি মতম খবগী ওইবা অমসুং মশানা যানা মীনাই ওইজবা মখলশিংনি

**নাইশিংগী মশিলঃ-**

থাঙ্গা নিংথৌ নাই - (সিংলেন, সোইযাই, সোইকন-সোইতোন) থা অমদা সিংলেন অমনা মী ১না সেল ৩০০০/৩০০০ সোইযাই সোইতোন ১৫০০/ ১৫০০ তমগনি।

ফম্বাল কাবদা হঞ্জবনা- পুখম১, হিদংনা তেংকোৎ ১ খুলমী অযাম্বনা সেল ৫০০/৫০০ কৎলে।

মহাবানী নাউশোংবদা- ঙমু ১০ শবেং পৌঙা থাংচি ৫/৫ (তাংদা) শিং পবি ১

হাওথিবদা- মীপুম তিংনা সেল ১/১

নাহুৎপদা- শিং,ঙা কৎলে। যেন্দু, মৈ থৌবি-ব্রায ৫ শাংবা ১ কৎলে।

সোইবোই চংএ। ঙা তাল্লে।

অপানবীনা- নাওশোংবদা ঙমুক৯, চীনত্তক ঙা তাঙ ৯, শিং পবি ১[৩২]

**ময়াংনিংথৌ নাই/লৈমানাই**

শিং খাঙবা, মৈতান খাঙবা, শজিক ফানবা, অমোম কোনশেনবা, উকাবা, ঈকপ্পা। নুঙৌ পুইযে, কাঙা থাএ। খোইকংএ ঙানু শোইকোই যোকএ।

পোৎনা -

ফি হৈবি মক-১, মী(২)না শবেং পৌঙা ১ মী(২)না ফি পুঙৌ-১, মী(৬)না নিংখম-মৈবোই-১, লিমোন, উতিগী লফু চনাম (কাংপোন) মেবাদা শবেং ঙাতাই-নাএ, শিং, মৈতান কৎলে। কুম খুদিং নাই কৎলে।

দুলাইবোই খল্লে, লম চৎলবা খুদিং অযেং চৎলে। লাইগী কাংঙা থাএ। শগোল শমু পুশিলএ, শংএ।

অযোকপা চাউবোক ফুনিন অহুমগী মশিলঃ-

ফুঙ্গা নাইশিংগী মক ওইবা শিনফমদি নিংথৌগী লনাই ওইবা থবক এখাংদা অমসুং থৌদোক কযাদসু মখোইগী মথৌ পিবমই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা পোৎচৈ কযাসু মখোইনা খাংহলমই।

লা, লফু, লযোই, যেনশাং মনা-মশিং, মবোই, পেকক, লাইপেকক, উচিশুম্বল, লালুকোক, খুনু চেংবী, পেককনুখেং, চেঙ্গুম, উহন, পোকলা উবী, নলাচেংঙ, মোনশাউবী, অসিখাংলা, কৌজেং যোংমানবী, খামেন, তোর্বোত, শনসিবী, অসিনচিংবা পোৎলম চৈবমশিং দবকাব ওইবকপা মতমদা তমহল্লি।

**থৌদোক ৱাথোক্তা তৌবা থবকশিংদি.-** নিংথৌ অমসুং নিংথৌকোনগী অশিবগী থবক্তা লা থাবা, লফুগী মোন থাবা, খোপোকশিবগী মফম তৈবা, খালি তুঙ্গাগী লফু খাঙবা, কৈখোংগী লফু খাঙবা, মৈ কোযবগী চগুম সেংবা, মংফমদা মরু মবাং হুনবা।

অশিবগী পিন্তগী চকুম অমসুং ধবা হৈফমনা ফুনিন্না শেংগনি। অযোকপনা অশিবগী থৌবমদা যেনশাং মনামশিং, মবোই মপাং, লফোই, খালি তুঙ্গাগী লফু খাংগনি। যুমশেংবদা হঙ্গাম মরু অঙৌবা পুশিনগনি।[৩৩]

**তেংখনগী মশিল:-**

তেংখনগী মপুংওইবা মশিলদি- নুঙ খাঙবা, নুঙ যানবা যেৎপা অমসুং নিংথৌগী লৈকোন শেমশাবা, চেকপন থোনবা, লাংখোং তেংবা, লৈবং থোনবা, তৈবা অসিনচিংবনি।

*থৌদোক ৱাথোক্কী ওইবা মশিলদি অশিবগী হুমাইখোক পানবা, মং* শেন্বা, খংলৈপাক শেন্বা, নাপি ফানবা, মৈতান খোন্বা, মুৎপা, ফুন্বা, কোম তৌবা, মৈথিন তুন্বা, ধবা হৈবগী মফম শেংবা, লংতিংবা, পোলোই হিথাবগী তুলশি থাবা, যুমশেংবদা নুঙ পুশিনবা নিংথৌগী হুইমাই থৌগন চংবা। অসিনচিংবনি। পিবম্বা/তমলম্বা পোৎশিংনা -অশিবগী হৈগী মখৈ খাংগনি। হামেংসু খাংগনি। খুচুমপেবেগী উৎ, খাংখাগী উৎ, খোইনিং, পুকশবি, হৈদা তোংবা খোইগী জাৎশিং, অশিখাংলা, পোকলাউবী, খোমদ্রোকপি, উচিহঙ্গাম, ঈশিংচাইবা হিদাক, থাউনম, ঙাবৌবী, কেগে, শগোল হিদাক, ককচেং, নোংমৈথৌ অসিখৈবিকসু খাঙ্গনি।[৩৪]

**লাই মনাই:-**

লৈবাক-নিংথৌগী ওইবা মরুওইবা লাইফম তবানিথোই থক্কী সেবা চৎনবা মীওই কযা থমলমই। মখোইবু লাই মনাই হাযনা খংনৈ। মখোইনা লাই অদুগী লাইশং শেমজিন শাজিনবা, ৱাইবম শিৎপা-শেংবা, কোললিক ফেংবা লাইগী ঈবাৎ-থৌনি অমসুং সেবাগী অৱাৎঅপা যেংশিনবগী থবক তৌই। লাইগী দোলাইসু পুই। লাই মনাইশিং কবম্না ওইবকখিবগে মতাংদা মৈতৈগী *পুযাশিংদা পিবম্বা খবা খুদম ওইনা পিজগে।*

১) মৈতৈ নিংথৌ ইরাঙ্বাবগী হাক্তক্তা থৌবান হাওখাগী লাইফমদা কৈশাম্বদা লৈবা হাও যুমনাক তবা সর্গদগী তাবকপা স্নাগী শগোল (লাই) অদু শংহল্লে লাই মনাই ওইযে।[৩৫]

২) নোংশাবদা চকপ্রম লাইথংবম যুমনাক অনি পিবমই। লৈশাংখোং খোমাদা লাইনিংথৌ সনামহিনা ফাওববদা লোংজম, থৌনাউজম যুমনাক অনিখক লাই মনাই ওই পিবমই।[৩৬]

৩) লাই মনাই অসি যুমনাক ওইনা পিবম্বগী মওং নত্তবদা লনাই মীওই ওইনা পিবম্বসু যাওই। খুদম ওইনা পিববদা- হৃয়িং খোংবান্দা লৈবিবা-সনা মহিগী থৌগন চংনবা খাগেম্বনা নোংপাললোন চনু অমা যাওনা খবিবা নহা ফানজাওবা, অতোপ নোংযাই নহা লুরাংবা মুংযাং, হাওবিজাম্বচা, তবাযাইখুবা মোইবাম্বচা অমসুং লোংদাং মখোই পুন্না তকক পিবমই।[৩৭]

৪) কবিগুম্বা থৌদোক্তা মৈতৈ নিংথৌনা শা-লান চৎপদা মায পাকলকপদা উমংলাইশিংদা লাই মনাই খুদোন তম্বসু যাওই। লান চৎলমদাই নত্রগা লম্বীদা লৈবমলিবা লাই অদু থৌনিজদুনা মখোইগী মতেংনা মাই পাকলক্লবা মতমদা নিংথৌনা হবাওদুনা উমংলাই অদুদা খুদোল তম্লম্বগী মওংনি।

লাই মনাইদি অযাম্বনা হাও মযাংনা ওইযে। মাগী মাগী মনাক মনাক্তা লৈবা কৈবোইনসু লাই-মনাই ওইহল্লে।[৩৮]

মীনাই খুনশিং অমসুং মখোইগী ব্রাযেনথৌদা অণ্ডনবা মতমদগী হৌনা নাইশিংতগী ওইবা খুঙ্গংশিংসু লৈবকখি। ফুঙ্গা নাইশিং অসিদি লনাই লনাইগী ওইবা নাই ওইবনা মাগী মাগী মযুমদা মমাং শঙ্গোই নত্রগা মখোইগী ওইনা শাবিবা যুমদা ইংখোল অদুদা লৈনবমই। অদুবু নিংথৌগী ওইবা ফুঙ্গা নাইশিংনা সনা কোনুংদা থমলমই।

লাই মনাইশিংনা মহাক মহাক্লা নাই ওইবিবা লাই অদুনা লৈবা মফমদগা মযুম-মকৈ শাদুনা লৈবমই।

নাইগী শিংদা চনবা নোংচুপ হাবমগী মীওই কাংলুপ অনি নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাইশিং অসিদি মখোইগী ওইবা লৈফম খুঙ্গং পিদুনা পুন্না খুন্দা লৈতাহলমই। মখোইশিং অসি বিষ্ণুপৃয়া হায়না খংনবিবা মীওইশিং অসিগী মপা মপুশিংনি।

মখোইশিং অসিনা অঙনবা মতমদা তাবন্বা খুঙ্গংশিংদি- থাঙ্গা, ব্রাংবন, ককচিং, যাইবিপোক অমসুং খুবাই অসিনা চিংবনি। মদুগী মমাংদা মখোইশিং অসি থাঙ্গা অমসু পাঙন মাবা খুলেন্দা তাবমই। পাঙন মাবাখুলেনগী কাংবু অসি খুমন নিংথৌ থিংকোন মোবিবনা পুলপ ফাদুনা পুবক্লগা মযাং ইম্ফালদা তাহনখি। হৌজিক হৌজিক মখোইনা তাবিবা খুঙ্গংশিংদি থাঙ্গা, যাইবিপোক, খাঙাবোক, হৈবোক, ব্রাবন, নিংথৌখোং, ঙাইখোং খুলেন, খুনৌ, নাচৌ অসিনা চিংবনি।

## মৈতৈ সমাজদা নাইগী থাক

নাই (মীনাই) হায়বা অসিমক্তবু মপু অদুগী মপোৎ মচৈ/লন ওইবা তাবনি। মথক্তা পনখ্রে মণিপুবদা লৈবন্বা/চৎনবন্বা নাইশিং অসি মখল মথেলনি। ফুঙ্গা নাই (অযোকপা, চাউবোক, ফেনিন, তেংখন), নাই ওইবা লোই (লৈমা নাই, নিংথৌনাই), লাই মনাই, ফম্বাল নাই, চউম নাই, মৈকোই নাই। অবোইবগী মখল অহুম হায়বদি ফম্বাল নাই, চউম নাই, মৈকোই নাই অসিনাচিংবা নাইশিং অসিদি থৌদোক ব্রাথোক্কী ওইনা মমিং থোনজবতনি ফুঙ্গা নাই কাংলুপ্ত থম্বা যাই। নাই অদু ফংলিবা মীওই অদুগী ফুঙ্গা নাই ওইখিবনি।

নাইগীশিংদা চনবা লোই খুঙ্গংশিং (নিংথৌ নাই অমসুং লৈমা নাই) অসি অতৈ লোইশিংদগী হন্থবা থাক্তা লৈবমই। নাইগীশিংদা চনবা লোইশিংগী মথৌ অমসুং পোৎনা মথক্তা নৈনখ্রে। মদুদগী অহেনবা থবক মখোইদা পিদে। মখোইদি ফুঙ্গা নাইগী মতৌগুম মপুগী মযুমদা লৈদুনা মপুনা চাবা থকপা থাক্তুনা লৈবমদে, মাগী মাগী খুন নিংদুনা মশানা শুজা নোমজদুনা হিংজবা কাংব্নি। নাইগী শিংদা থম্বতগী ব্রানি। সনা কোনুন্দা লৈবা ফুঙ্গা নাইশিং অসিসু লনাই মীওইশিংগী যুমদা লৈবা ফুঙ্গা নাইদগী হেন্না ফবা ফিভমদা লৈবমই। খ্বাইদগী তোনবা থাক্তা লৈবিবা নাইশিংদি লনাই মীওইশিংগী মযুমদা লৈবিবা ফুঙ্গ নাইশিং অসিনি। অসিগুম্বা মখলগী ফুঙ্গা নাইশিং অসিসু মখল অনি থোকই হায়বগী ব্রাফম মথক্তা থমখ্রে, মদুদি মপুম্সিগী ওইবা মীনাই অমসুং মতম খবগী ওইবা মীনাই মখল অনিমক মপু অদুগী মযুমদা শঙ্গোই মচি অমদা নত্রগা মখোয়গীদমক্তা শাবীবা যুম অমদা লৈহল্লি। মপুগী যুমদদি পুন্না লৈমিন্নরমদে। মনিপুবদা লৈবন্বা মীনাইশিং অসি ইয়ুবোপ অমসুং

অমেবিকাগী লৈবাকশিংদা লৈবম্বা মীনাইশিংগা চাংদম্নবদা ফিভম যাম্না ফনা লৈ হাযবা যাই। মপুনা মীনাইবু তাথি তাওইনা তৌবগী ব্রাথোক তাংনা থোকই। মীনাইশিংবু লুনা চান্না তৌবিবতা নত্তনা মবুক থন্না পিজদুনা নুংশিনা লোযনবী। কনাগুম্বা মীনাইদি মপুগী অচানবা মনাই ওইদুনা মচিল চৎপা ওইবসু যাওদবা নত্তে। কবিগুম্বা কান্দা নুংশিবীদুনা মহাক্কী শাগেদা তিনশিনবিখিবগী ব্রাফম যাম্না তোযনা থোকই। পর্মেন্ট স্লেবশিংদি মপু অদুনা শিনবীদুনা মযুম মকৈ পালহনবিদুনা মচা মশু পোক্কুনা লৈহল্লি। অদুবু মীনাই অদুগী নুপী অমসুং মচাশিং অদুদি যুম অদুগী মীনাই ওইবা তাই। মপু অদুগী থৌজান নৎত্রবদি মনিং তম্বদি যাদে। শম্না হাযববদা মনিপুবদা লৈবম্বা মীনাই অসি পৃথিবীগী অতৈ মফমদা লৈবম্বা মীনাইশিংগা চাংদম্নবদা যাম্না ফবা ফিভমদা লৈবমই হাযবা যাই। অদুবু নাইগীশিংদা চনবা মীওইশিংগী মথক্তা লৈবাক্কী আইন্না অথিংবা কযামুক্তি থল্লমই। মখোযশিং অদুদি মীনাইনা পানা থোক্কুনা পনাদা ফম নাইবা যাদে। নাইশিংনা লৈবাক্কী ওইবা গেমস স্পোর্টসতা ফ্রি মেনশিংগা লম্বা তৌবা যাদবা কযানি।

**মীনাই-মীনাই নাইথাংদগী কোকপিবা ঃ**

মথক্তসু নৈনখ্রে মযাং ঙম্বা (গবিবনিব্রাজ) নিংথৌগী হাক্তক্তা মাগী মাগী মহুৎ হনবা ঙম্বা কৈবোই অমসুং নাই পুম্নমক মহুৎ হনলমদুনা মনিং তম্বা মী ওইহনখি। মখোযশিং অসি হাও-মযাং ওইজব নু মৈতৈ সমাজদা তিনবা যাহনখি, মৈতৈ ওম্থোকখি। লৈমা নিংথৌ খনবা যাহনবতা নত্তনা লৈমা-শিজা ফাওবা লৌবা যাওবক্কুনা ইবুংও-ভঙাং কৌনরকখি। গবিবনিব্রাজ মহবাজগী মতুংদা নিংথৌবোল কযাগী হাক্তক্তা কৈ অমসুং নাইদা নৎতনা লোই কযাসু মথং মথং ইন্সানসিপেসন তৌবিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিখি। লনাই ওইনা, যুম্নাক পুম্নমক নৎত্রগা খুন পুম্নমক ইমানসিপেসন তৌবিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিখিবা কযানি। অদুবু লৌখৎপিবমদবা কাংবুসু কযা অমনি।

মৈদিংঙু দেবেন্দ্র নিংথৌগী হাক্তক্তা নাইগী মকওইনা ফুঙ্গা নাইগী চৎনবীদা অহোংবা খবা লাকখি। মথক্তসু নৈনখ্রে মপুশিংনা মখোইগী মীনাই অদুবু নুপা ওইববদি নুপী থিবিদুনা মযুম মকৈ পানহনবি। অদুবু মখোযনা পোকপা মচা অমসুং মশুশিং অদুদি মপু অদুগী মীনাই ওইবা তাই। অসিগুম্বা

চৎনবী অসি নিংথৌ অসিগী স্না হাক্তক্তগীদি অশেংবা মীনাই অদু নত্তনা মশা-মশুশিংনা মীনাই ওইহনবগী চৎনবী অসি মুৎথৎখি। অসুম্না চাবোল শুবোল ফাওবা মীনাই ওইনবগী চৎনবী লৈখিদ্রে।[৩৯]

**Total nos. of slaves in 1891**

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1) | Married couple | - | 394 |
| 2) | Singleman | - | 434 |
| 3) | Children (Male) | - | 288 |
| 4) | Children (Female) | - | 128 |
| 5) | Widows | - | 77 |
| 6) | Old & infirm | - | 10 |
| | | **Total** | **1331** |

**লৌমী ঃ-**

মনিপুবদা নিংথৌ পাল্লিঙেগী মতমদা মৈতৈ সমাজদা হন্থবা থাক্তা লৈবম্বা মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদা লৌমী অসিসু অমনি। হৌজিক্কি লৌশিংগী থবক তৌবা মীওইবু লৌমী হায়না খঙনবে। অদুবু নিংথৌ পাল্লিঙেগী মতমদা নিংথৌগী লৌশিং উনবা মীওইশিংসু লৈবমই। মখোইবু লৌমী হায়না খঙনৈ। মখোয় অসি মকওইনা নিংথৌগী নাইশিংনা ওইবমই। অদুম ওইনমক মতম মতমগী ওইনা কবিগুম্বা মবাল অমা লংজকবগী নিংথৌগী মনাইশিং নৎত্রগা মীচমশিংবু চৈবাক ওইনা লৌমী ওইহনবা যাওই। মখোয় অসি মপুন্সি চুপ্পগী ওইনা লৌমী ওইখিবসু যাওদবা নত্তে, কনাগুম্বনা মতম খবা লৈবগা লৌখৎপিবসু যাওই। লৌখৎপিববা মতুংদা অমুক শেংদোকপা অমদি চংই।

পুব্রাবীগী তাঙ্কক খবদা থোকখিবা থৌদোক খবা প্রমান ওইনা থমজগে ঃ

১) খৃ· ১৭৮৯ গী হিযাঙ্গৈ থাদা তেখাওদগী ঠাকুব বমানা তেখাও ৬০ শগোল ১৯ ভগবৎ স্কন্ধ মঙা পুদুনা থোবকএ। মতুং ইনবা মী ৭০ শিবকএ। ইবোই শা চাবকপা খিবিকপু লৌমী ওইহল্লে।[৪০]

২) খৃ. ১৭৯০ গী হিযাঙ্গৈ থাদা চিংথংখোম্বা মহবাজ তেখাও লৈবাক্তা মোবান নাবা চৎলে। মথং চহিগী লমতা থাদা মহবাজনা শগোল শেনবা হঞ্জবা কপানচিংনা মীওই ৭০০ থল্লম্লগা মনিপুবদা হল্লকখি। অদুবু

মথং থা শজিবুদা মোবানশিংবু লাকশিন্নবা থম্লন্নিবা মীওই পুম্নমক ঙম্না হল্লকএ। মহবাজনা শাওদুনা পুম্নমকপু দণ্ডি তৌএ।" পনা মবিগী হাজাবিনচিংনা মী ১৭ কৈথেল মনাক্তা শগাই শাদুনা নুমিৎ চুপ্পা পুনএ। থৌখনবা লান্মীশিংদি কৈথেল মনাক্তা পুন্দুনা উবোংশীংনা য়েএ। লৌমী ওইহল্লে . . ।।[৪১]

(৩) খৃ. ১৭৯৬ কী পোইনু থাদা - পঞ্চবতন ব্রাযেনবনা ফুঙ্গানাই (অযোকপা) ব্রাথি নাইদনা যে হাযদুনা চৈ থাইএ (ফুইএ)। দোলাই পাবদি লৌমী থাইএ (ওইহল্লে)।[৪২]

মথক্কী ব্রাফমশিং অসি যেংলুবগা মতম অদুগী সমাজদা লৌমী হাযনা খঙনবা মীওই কাঙলুপ অমা লৈবমব্রা হাযনা নিংই।

**যাইথিবী ঃ (হবিজন)**

খৃঃগী চহিচা কযাদা লেপ্পা লৈতনা চংলকখিবা নোংচুপ হাবমগী মীওইশিংগী মনুংদা সূদ্র অমসুং হবিজন কযা যাওবকখি। মখোযশিং অসিনা অসুম অসুম মশিং যামখৎলক্তুনা খৃ গী ১৯ শুবা খৃ গী চহিচা ডা ব্রাউনগী মতমদা সূদ্রগী মশিং - ২৪৯০ অমসুং হবিজনশিংগী মশিংনা ৪৮৫ মনিপুবদা লৈবমই- হবিজনগী যুমশিংনা ১৭ লৈবমই।[৪৩]

বৃটিস ওফিসাবশিংনা পীবল্লিবা বেকোর্দ অসি লাল্লোই হাযনা খল্লি। হবিজন (হবি) কযা ফুঙ্গানাই ওইনা লৈবম্বগী ব্রাফম মৈতৈগী পুযাশিংদসু পিবি। খূদম অমা অনি লৌখৎতুনা যেংসি ঃ-

(১) নোংমৈ কাপমদা খোইবু ফুঙ্গা (ফুঙ্গানাই) অমা লৈযে, হবি অমাকচম যুম্নাক অমসু লৈযে। (২)তাংখম তাবা যুম্নাক অমা, অংথা তাবা ফুঙ্গা অমা, হাওখা তাবা যুঙ্গা অমা মখোযশিং অসিদি হবিনে।[৪৪] মখোযশিং অসি অঙনবা মতমদি ফুঙ্গানাই ওইনা লৈবম্বনি। অদুবু ১৮ শুবা খৃ গী চহিচাদা মৈতৈশিংনা হিন্দু লাইনিং লৌবক্তুনা মহবাজ চিংথংখোম্বগী মতমদদি হিন্দু ধর্ম্মগী সমপ্রাদ্য অমা ওইবিবা গৌবা ধর্ম্ম মশা মবেং ফন্না মপাল মব্ধ তানা শন্দোবকপগা ঈবোইননা অশেং অমাংগী চৎনবী কন্না চৎনবা হৌবকখি। অসুম্না হবিজনশিংবু যাইথিবী হাযনা খঙনদুনা মৈতৈ সমাজদগী ইন্থোক্তুনা শোক্লা পন্নবা যাদবা মীওই কাংলুপ ওইনা তোঙানবা খুনদা লৈহলখি। খোংজোম খুন খাদা খুনুদা

চিনজিনগী মনাক্তা য়াইথিবীশিং অসি পুন্না তাহনখি। খৃ· ১৮৯১ গী খোংজোম লানগী মতমদা লাঞ্জেন্নখিদুনা যাইবিপোক লৈবোংথেলদা পুন্না তাখি। অসুম মীশিং য়ামখৎলক্তুনা মমৈদা খুন অনি থোক্লা খাযদোকখি। মমৈদা মচেৎ অমা হোংলক্তুনা থৌবাল খুনৌদা তাবা হৌখি। যুদ্ধাক অমনা সোবাগী মমাং থংবা চীংদা খৃ· ১৯১৭ অদুৱাইদগী তাবা হৌবকখি। মখোযসু মশিং যামখৎলক্তুনা যুম ৩/৪ লৈবন্নগা চহি খবগী মমাংদগী যুমহোংখ্রে। ফুরুপ অসি মনিপুবদা খুং দাবা মীওইশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হন্থবা থাক্তনা লৈবা, শোক্লা শম্নবা যাদবা লন্নী চৎপা ফাওবা সোবোক্কী মযাইদা চৎপা যাদবা অথিংবা কযা থন্নম্বা মীওই ফুরুপনি। মঙ্গা মচুগী ফি অমা মকোক্তা যেক্তুনা মখোযগী মশক তাক্তুনা লন্নী সোবোক্তা চৎলমই। মতমগী ঈচেল কনানসু থিংবা ঙমদে। হিজম ইবাবৎ অমসুং মহাক্কী খোংলোইশিংনা শেংবা-মাংবগী মাইযোক্তা চংশিল্লকপা খোঙথাং অমা ওইনা যাইথিবীশিংবু সমাজগী ঈচেলদা পুশিল্লক্তুনা অশেং-অমাংগী চৎনবী মুৎথৎনবা হোৎনখি। মহাকপু মতেং পাংবা লালিতামাধোপ শর্ম্মা অমসুং বঙ্কবিহাবী যাওনা যাইথিবীশিংগা পুন্না চামিন-থকমিন্নখি। মহাক্কী মতৌ অসি ককচিংগী লুচিংবশিংনা সোবাদা লৈবা যাইথিবীশিংগা চামিন থকমিন্নবগী থৌবম শিন্দুনা মনিপুবদা লৈবিবা খুনাই পুম্নমক চপ মান্নবা সমাজদা থম্নবা খোঙ থাংজিনবা হৌখি। অসিগুম্বা প্রজাশিংগী ঈহৌ অসি মন্না খঙলবা মহবাজ বোধচন্দ্রনা অনিশুবা পৃথিবীগী লান লোইশিল্লকপগা সবকাবগী হুকুম অমা থোক্তুনা যাইথিবীশিংবু ব্রাযেন-বিচাব লোইশঙ কাবা যাহনখি। অসুম্না সমাজনা ঈহ্মোক্তুনা থন্নীবন্নবা মীওই কাঙবু অসিবু মনিপুব সমাজদা পুন্সিবিদুনা খুদা অমা পীবিখি।

## ব্রাযেন-বীচাব অমসুং নাই

নাইগী ব্রাকৎ অমসুং ব্রাযেল বিচাব লুপলাকপনা তৌবমই। মতম অদুগী আইন্না মীনাই থম্বগী চৎনবী যাবমই। কবিগুম্বা মবাল অমগীদমক নাই লৌবা তাববদি নাই অদুবু নিংথৌগী ওইগনি। অদুবু হিবম খবদা নাই অসি নিংথৌগী ইপিশিং অমসুং দোলাই পাবগা যেন্নবসু যাওই। মীগী মপোৎ মচৈ হ্বাল্লুবগা পোৎ অদু ফংদ্রবদা নৎত্রগা শকক খবা ফংবা ঙমদ্রবদা হ্বানবা অদু মীনাই ওইনা কৈথেলদা যোনগনি। মদুদগী ফংলকপা পৈশানা পোৎ অদুগী মমল মপুদা পিগনি। পৈশা অদুদগী শকক খবা ফি ওইনা লৌবমই। লুপলাকপনা

শেল ১০০০ (শেলখাই ৮০) লৌগনি অমসুং নিংথৌদা শেল ৫০০ (শেলখাই ৪০) পিগনি। মীগী শেন্দোল শিংবা ঙমদবদগী নাই ওইবগী (ফুঙ্গানাইশিংগী) ব্রাকৎ- ব্রায়েলসু লুপলাকপনা তৌগনি। নাইশিং অসি হন্থবা থাক্তা থম্বীববসু লুনা চান্না-ইমুং মনুংগী মীওইগুম্না থম্বী, কবিগুম্বা মবম চাদনা নাইশিংবু তমথিনা ফু চৈবা থোক্তুনা ব্রাথি ব্রানাই থোক্লবদি নিংথৌনা হকথেংননা মিৎযেং চংদুনা মপু অদুবু নৎত্রগা চেন্নবা মীওইশিংবু অকনবা চৈবাক পিবমই।

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহবাজগী মতমদা নিংথৌকোনগী নাইশিংগী পনা হিদাক ফানবা অমসুং পোৎশঙবা কৌবা অনি লিংখৎখি।[৮৫] নবসিং মহবাজগী মতমদা ফুঙ্গানাই শঙলাকপা হাপ্তুনা নাই খুঙ্গংশিংগী ব্রাযেল থৌদা তৌহনবা হৌদোকখি। নাই ওইবা খুঙ্গংশিংগী ব্রাযেন বিচাব অমসুং মখোযগী লৈঙাকলোনদি মখোয মখোযগী খুনলাকপনা তৌজবমই। মহাকপু মতেং পাংনবা হঞবা অমসুং হিদংগী ফমশিংসু হাপ্লমই।

## মীনাই যোৎহিংদগী কোকপিবা ঃ

কৈ-লোই অমসুং নাইশিংবু মৈতৈ নিংথৌ কযানা চহিচা কযাদা লৌখৎপিদুনা মৈতৈ সম্যাজদা তিনশিনবিখি। মথক্তসু পনখ্রে মযাং ঙম্বা (গবিবনিব্রাজ) মহাবাজগী হাক্তক্তা কৈবোই, কৈখা, লোইবম পুম্নমক মাগী মাগী মহুৎ হনবা ঙম্বশিংদি মহুৎ অমা পিবম্বা নৎত্রগা মমল হল্লমদুনা পানা থোকপা যাহল্লমই। লৈমা-নিংথৌ খনবা নিংথৌগী সেনাক খনবা যাহল্লমই। লৈমা সিজ লৌদুনা ইবুংও-ইবেম্মা কৌবমই। অসিদা নত্তনা লাই-মনাই ওইবসু হাও-মযাংনা ওইবা যাহল্লমই। মাগী মাগী মনাক্তা চংবা হাযবদি লাই অদুগী মনাক্তা তোযনা চংবা কৈবোইনা লাই মনাই ওইবা হৌবকখি।

চকপা খুঙ্গং নৎত্রগা যুম্নাক কযাসু নিংথৌবোন কযাগী হাক্তক্তা লৈবাক্কী নিংথৌগী দবকাব ওইবকপা মতুং ইন্না লৌখৎপিদুনা হিন্দু ধর্ম্মদা লাইমিং লৌবিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিখি। মখোযবু পনা থোকপা হায়না খঙনৈ।

নিংথৌবোল কযাগী হাক্তক্তা লৌখৎপিদুনা গৌবধর্ম্ম চৎহন্দুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবিব্রবা কৈ, লোই অমসুং নাই খুনশিং মখাগী অসুম্না পিবা যাই।

১। ভাগ্যচন্দ্র মহৱাজগী মতমদা লৌখৎপিবম্বশিং খুলশিং ঃ - তিংসাং, লৈসাংখোং, হৈযেন, হঙ্গুন, ফৌগাকচাউ, অবোং, ৱাঙড়ু, হৈবোক, লাঙাথেন, ৱাইকোক, থৌবান্দোং, নাচৌ, নিংথৌখোং, ঙাইখোং, খাঙঙবোক, মোইবাং, থাঙ্গা, কবাং, ইথিং অমসুং কুম্বী =২০

২। গম্ভিবসিংহ ঃ

চাইবেন, নুঙড়ু, লাইমনাইখুন, চন্দ্রখোং, নিঙেন, শিখোং, সেকমাই (খুনবী), সোইসা কমেং, হাওজোংপন অমসুং শমুপন =১০

৩। চন্দ্রকৃতি মহৱাজগী মতমদা লৌখৎপিবম্বা খুনশিং ঃ ককচিং, ৱাইখোং, থোংজাও, পলেন, অমসুং বিষ্ণুপুব = ৫

৪। চুবাচান্দ মহাবাজনা লৌখৎপিবম্বা খুনশিং ঃ- তাংজেং, শুগ্নু অমসুং লৈমবাম =৩

অসুম্না কৈ-লোই অমসুং নাই খুঙ্গং ১৮ লৌখৎপিবমই।[৪৬] মথক্ততসু পনখ্রে খৃঃ ১৮৯২দা বৃটিস সবকাবনা হুকুম অমা থোক্লনা মণিপুবদা নাইগী চৎনবী মুৎথৎখি। অদুবু বৃটিসনা মণিপুবগী লৈঙাক সাসনগী মপু ওইজববসু নিংথৌ পানবগী চৎনবী লৈবম্বনা নিংথৌনা লৌখৎপিবমদবা খুনশিংদি লাইতিনগী থবক্তদি যাওহল্লমদে।

## মৈতৈ সমাজদা লৈবম্বা সমাজগী থাকশিং

যেলহৌঙৈ মতমদগী লৈবাক অসিদা (মণিপুব) তোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপ কয়া লৈবকলে। যামদ্রবদা মীওই ফুকুপ হুমফুদগী হুমফুতবা ফাওবা লৈবমই। হিন্দুগী কাষ্ট-সিষ্টেমগী চৎনবী অদুমক নৎত্রবসু অঙনবা মতমদগী লৈবাক অসিদা লৈবম্বা মীওইশিংগী মনুংদা সমাজগী থাক থাক নাইবগী চৎনবী অমদি লৈবম্বগী প্রমান ফংই। মতম অদুগী সমাজ অদুদা (খৃঃগী মমাংগী চহিচা) লাই, তিন, মী অমসুং পোং হায়না খৎনবা মীওই কাংলুপশিং লৈবমই। কাংলুপশিং অসিগী মনুংদা লাই কাংলুপনা পুম্নমক্তগী অথোইবা অমসুং হৈথোইশিংথোইবা ওইবমই। মখোইগী কুচু কুমেন অমসুং চৎনা লোনচৎসু মযামদগী তোঙাল্লমই। লৈবাক ঙাকপগী চুপলিসু মখোইনা পাযবমই। লাই কাংবুনা অতোপ্পা ফুকুপশিংবু হন্থনা যেংবগী চৎনবী অসি ঐখোইগা যুমথংনবিবা চিন হিলতসু খৃঃগী অঙনবা চহিচাদা উবা ফংই। মতমগী মতুং ইন্না মী অমসুং

পোং অনি মিচং ওইবকপা অমসুং মশিং য়ামখৎলক্কুনা খুৎকল পাঙ্গলবা ওইবকপদগী লাই অমসুং তিন কাংলুপ অনি মতিক মঙাল মবাই চাইথবক্কুনা মী অমসুং পোং অনিনা লৈবাক্কী মপু ওইবকখি। লাইশিংনা নোংলোনদা কাপ্লে। অদুবু মখোই খবদি খৃঃগী চহিচা ১৩শুবা ফাওবা মীশিংগা পুন্না লৈমিন্নরমলগা মী মবক্তা তিনখি। তিন কাংবুনা লৈবাক অসিগী খাবোমদা মকওইনা লৈখাবোন্দা চৎথ্রে। অসিদা নত্তনা লৈশেম নোংশেমগী মতমদগী লৈবাক অসিদা লোইলম চনবা অমসুং মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈবক্রে। মসিগী প্রমান হায়ববু মথক্তা পনখিবা মৈতৈগী লৈশেম নোংশেম্বগী মকওইবা থৌদাং লৌখিবা অমসুং ফুকপ অসিগী খ্বাইদগী মকওইবা লাই ওইনসু লৌনবিবা অতিয়াসিদবগী লোই ওইনা ইবেং, মখান, খুনখু অমসুং মপাউ মবি অসিবু পিবমই। লোইগী থাক অদু কবম্না মওংদা লৈবম্বগে হায়বদি তাংদাংবা ফংবা ঙমদ্রে। লৈশেম নোংশেমগী মতমদা লৈবম্না মীওইশিং অদুগী চানা থক্লবা পুন্নমক খোইনিং নত্রগা খোইনিংমানবী হায়না খংনবা মীওই কাংবু অদুনা শিল লাংদুনা পিবম্বনা কাংলুপ/ফুকপ অসি নাইগী থাক্তা লৈবা মীওইবা চিংননিংঙাই ওই। খৃঃগী চহিচা হৌবকপগা লোয়ননা যেক শলাইগী চৎনবী লাকখি অমসুং চীংদগী তমদা কুমলক্কুনা খুন্দা লৈতাবসু হৌবকখি। মতম অদুদা যেক ৭ অসি সমাজগী থাক্তা চপ মান্নবা ফিভমদা লৈবমই। মখোই মশেল অমগা অমগা চাবৌ-মৌবৌনবা অমসুং চামিন থকমিনবদসু অথিংবা লৈবমদে। মতম অদুদা চীংমী তমই অনিগী খেন্নবসু লৈবমদে। চীংমী নিংওন কয়া মৈতৈ নিংথৌগী লৈমা ওইখিবা কোঙ্গাইনি। অসিগী মথক্তা চীংগী লোই খুন খবনা পিবকপা হাওবৈমা হায়না খংনবী ইবেম্মশিংঅসি মতম অমদা মৈতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌদ্রিঙৈদা নিংথৌগী সনা কোনুংদা খ্বাইদগী ইকাই খুম্নবী অমসুং থাজনিংঙাই ওইবী ইবেম্মাশিং ওইবমই। অসিগুম্বা চৎনা লোনচৎশিং অসিনা তাকপদি মতম অদুদা চীংমী অমসুং তমই অনিগী মবক্তা থোইদোক্লা খেন্নবা লৈবমদে হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মতম অদুগী বাজনিগী ওইবা ফিভমদি অপিক অপিকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা কয়ানা চীং অমসুং তম্পাক্কী মফম কয়াদা মনিং তম্না পালমই। মকোক থোংবা তান্নবকপা অমসুং শক্তী মুন্নবকপদগী যাম্না তোয়না অমগা অমগা লান শোক্লবমই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদগী নিংথৌজা শলাইনা পুন্নমকপু নমথদুনা খৃঃগী তবামঙা শুবা চহিচাদদি পুন্নমক্কী মপু ওইবক্কুনা

অপুনবা মৈতৈ লৈবাক অমগী মমি তমলকখি। মমৈথংদা য়েক ৭ অসি নত্তবা তম্পাক অমসুং চীংদা খুন্দাবিবা অতোপ্পা ফুকপশিংবু তপ্পা তপ্পা মহাক্কী খুদুম মখাদা পুবক্তুনা লোই ওইনা থমলকখি। মথক্তসু নৈনখ্রে মৈতৈগী য়েক শলাই তবেৎ অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা ফুকপ পুম্নমক মৈতৈ নিংথৌগী হাকথেংনবা লৈঙাক সাসন মখাদা থম্বগী মহুৎতা লোই ওইনা থমলমই অমসুং লোইশিংবু হম্বুবা থাক্তা থম্বগী চৎনবী লাকখি। অসুম্না মণিপুর সমাজদা মৈতৈ ফুকপ অমসুং লোই হায়না থাক অনি লৈবা হৌবকখি। খ্ঃগী চহিচা হৌবকপগা ঈবোইন্না মণিপুরগী মপান্দগী মীওই কয়া লাক্তুনা লৈবাক অসিদা চংজফম লৌদুনা লৈববা হৌবকখি। নোংপোক মাইকৈদগী চংলকখিবা মীওই ফুকপশিং মকওইনা কবো, খাগি অমসুং সাননচিংবশিংবু নোংপোক হাবম হায়না খঙনৈ। নোংচুপ লোমদগী লাকখিবা মীওইশিং তখেল, তেখাও, কুমফি, লাইবিকযেংবমলোন, চীংঙুবেন্বী খোংলুপ, উখোংশাংলোন, ক্ষেত্রিলোন, মৈতৈ পাঙন অমসুং মৈতৈ বামোন অসিনচিংবশিং অসিবুনা নোংচুপ হাবম হায়না কৌনৈ। মখোইগী মবক্তা খবদি মৈতৈ সমাজদা তিনখিবা যাওখ্রে। অযাম্বদি মৈতৈ সমাজগী ব্রাংমদা থমদুনা তোঙানবা খুনশিংদা খুন্দা লৈতাহল্লগা লোই খুঙ্গং ওইনা থমলমই। অসুম্না তম্পাক্কী লম অমসুং লোযাবমদা লোই খুঙ্গং কয়া তপ্পা তপ্পা হেঙ্গৎলকখি। মতমগী মতুং ইন্না মৈতৈ নিংথৌনা মতিক মগুন অসুম অসুম হেনগৎলকপগা লোযন্না লোইশিংবু হম্বুবা মিৎয়েংনা যেংবা হৌবকখি অমসুং হম্বুবা থাক্তা লৈবা হৌবকখি। মমৈথংদা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌববা মতুংদগীদি লোই খুঙ্গংশিংগা চামিন থকমিন্নবা অমসুং চাবৌ-মৌবৌনবা ফাওবা অথিংবা লাকখি।

খৃঃগী নিপাল চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নওথিংখোংগী মতমদগী লাইগী কৈ শান্নবা কৈবোই থম্বগী চৎনবী হৌদোক্তুনা মৈতৈ সমাজদা হম্বুবা থাক্কী মীওই কাংলুপ অমসু উবা ফংলকখি।

নাই নত্রগা মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈবাক অসিদা য়াম্না ঙনবা মতমদগী লৈরক্রে। অহানবা লৈবম্বা নাই মখল অসি ফুঙ্গা নাই অসিনি। নিংথৌগী অঙম্বশিংগী ময়ুমদা থবক-এনখাং শুন্নবা থম্বা নাইশিংনি। নাইশিং মপু অদুগী মবলনি। কনাগুম্বদা পিথোকপা, য়োম্বোকপা মনিংনি। নিংথৌনা অঙম্বশিং, ব্রহ্মনশিংদসু নাই অসি খাইবী। লাইগী ওইবা নাইসু নিংথৌনা পিবিরমই।

নিংথৌকোনগী মচা মশু লুহোংবদসু নাইবু অউনপোৎ ওইনা উনবগী চৎনবী লৈবমই। লনাই মীওইশিংগীসু মতম শবগী ওইবা নত্রগা মপুন্সিগী ওইবা নাই ( ফুঙ্গা নাই) লৈনবসু যাওই। নিংথৌগী ওইবা ফুঙ্গা নাই অসি মখল মথেলনি (অযোকপা, চাউবোক, ফুনিন, তেংখন) অমসুং মশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্লুনা মৈদিংঙু ভাগৎচন্দ্র মহবাজগী মতমদি মখোইগী ওইবা পনা অনি হিদাকফানবা অমসুং পোৎশঙবা লিংখৎখি। ফুঙ্গা নাই অসিগী মথক্তা নাইগী শিংদা চনবা ফুকপসু লৈবমই। মখোইশিং অদুদি ১) লাই মনাই, ২) নিংথৌ নাই অমসুং ৩) লৈমা নাই। মখোইশিং অসিদি খুন ওইনা লিংদুনা লৈবা কাংলুপনি। নিংথৌনাই অমসুং লৈমা নাই অনি অসি মণিপুবগী মপান্দগী চংলকপা নাইগীশিংদা চনবা লোই খুঙ্গংশিংনি। অসুম্না মৈতৈনা হিন্দু ওন্দুনা কাষ্ট-সিষ্টেমগী চৎনবী লাকত্রিঙৈদা মৈতৈ সমাজদা মৈতৈ ফুকপ, লোই, কৈ (কৈবোই) অমসুং নাই হায়বা থাক মবি লৈবমই।

খৃঃগী তবানিপানশুবা চহিচাদগী মৈতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌবা হৌবক্লুনা হিন্দু সমাজদী চৎনবী কাষ্ট-সিষ্টেমগী চৎনবী লাকখি। মৈতৈ সমাজদা ব্রহ্মনশিংনা অথোইবা বর্ন ওইবগী চৎনবী লাকখি। ব্রহ্মশিংবু মৈতৈনা বামোন হায়না কৌনবমই। বামোনশিং অসিগী মবক্তসু কাংলুপ অনি থোক্লা খাযদোক্লুনা 'গনক' (গোনোক) হাযবা হন্থবা থাক্কী বামোন কাংলুপ অমা লৈবকখি। মৈতৈশিংবু হিন্দুগী সমাজদা তিনশিনবিদুনা ক্ষেত্রিগী থাক্তা থম্বীবমই। অদুবু ক্ষেত্রিমযুম সাগে অসিনা মৈতৈদগীদি অৱাংবা থাক্তা থমলমই। গোবিন্দগী সেবাগী ঈশিং-মাইশিং হোন্দুনা পিবগী থবক অসি ক্ষেত্রিমযুম শাগে নৎত্রবদি যাবমদে। কিতনা মযুম কাংবু অসিনা বৈশ্যগী থাক্তা থমলমই। কাইনা থংদা নবসিংহ মহবাজগী হাক্তক্তা লাইবিকযেংবম কাংবুবু কাযষ্ঠী থাক্তা থাংগৎপিদুনা মৈতৈ সমাজদা তিনশিনবীখি। অসুম্না হিন্দুগী কাষ্ট-সিষ্টেমগী মতৌ তমদুনা মণিপুবদা লৈবিবা শুদ্র অমসুং হবিজনশিং মশক খন্দোক্লুনা শুদ্রশিংবু ফুঙ্গা নাইগী থাক্তা থমলমই অমসুং হবিজনশিংবুনা যাইথিবী হাযনা খংনদুনা শোক্লা পন্নবা যাদাবা মীওই কাংলুপ ওইনা থম্বীরমই।

বোবার্ত ব্রাউনগী মতমদা মণিপুবদা লৈবম্বা তোঙান তোঙানবা কাষ্টশিং মখাদা পিবি--

| কাষ্ট | য়ুমশিং | মীশিং |
|---|---|---|
| ব্রক্ষিন | ৩০৪ | ১৫৪০ |
| গনক | ৩১ | ১৫৫ |
| নিংথৌগী ফেমিলি | ১০১ | ৫০৫ |
| ক্ষেত্রি | ৪২৫৬ | ২১২৪০ |
| বৈশ্য | ৪২ | ২১০ |
| কায়স্থ | ৯৯ | ৪৯৫ |
| শুদ্র | ৪৯৮ | ২৪৯০ |
| হবিজন (যাইথিবী) | ৯৭ | ৪৮৫ |
| মৈতৈ পাঙন | ৩০৪ | ১৫২৫ |
| অপম্বা মশিং | ৫৭৩৭ | ২৮৬৪৫ |

# এপেন্ডিক্স -০১

## মণিপুরগী তম্পাক্তা লৈবমবা লোই খুঙ্গংশিং

১ অন্দ্রো
২ অৱাং সেকমাই
৩ অবোং
৪ চন্দ্রখোং
৫ চাইবেন
৬ ইথিং
৭ ফযেং
৮ ফৌগাকচাউ
৯ পলেন
১০ ফানজোংখোং
১১ ইবম চবুংবম
১২ ইবম লৈসাংখোং
১৩ ইচম
১৪ হযেন
১৫ হঙ্গুন
১৬ কৈখোং লাইমনাই
১৭ কৌত্রুক
১৮ কবাং
১৯ কুম্বী
২০ ককচিং খুলেন
২১ ককচিং খুনৌ
২২ ককচিং ৱাইবি
২৩ খাঙাবোক
২৪ খা সেকমাই
২৫ খোমিদোক
২৬ লাঙাথেল
২৭ লৈমবাম
২৮ লমলাই
২৯ মোইবাং
৩০ নাচৌ
৩১ নোংদম
৩২ নিঙেন
৩৩ নিংথৌখোং
৩৪ নুংঙু
৩৫ ঙাক্রম
৩৬ ঙাইখোং খুনৌ
৩৭ ঙাইখোং খুলেন
৩৮ থৌবান্দোং
৩৯ থাঙ্গা ৱাইবি
৪০ থাঙ্গা লাইমনাই
৪১ থাঙ্গা নিংথৌনাই
৪২ থোংজাও খুলেন
৪৩ থোংজাও খুনৌ
৪৪ থমখোং
৪৫ তাংজেং
৪৬ সেনজম
৪৭ শিখোং
৪৮ সুসা কমেং
৪৯ শুগ্নু
৫০ ৱাইখোং লাইমনাই
৫১ ৱাইখোং নিংথৌনাই
৫২ ৱাঙু
৫৩ য়িহবাই
৫৪ যাইথিবী
৫৫ হৈবোক
৫৬ হাওচোংপন
৫৭ ৱাঙঙ

# এপেন্ডিক্স -০২

## চহিগী লোইপোৎ কাবম্বা মণিপুরগী চীংমী অমসুং খুনশিং

১ আইমোন
২ অনান
৩ অলুক
৪ অতাং হাও
৫ অৱাং হাও
৬ ইবেং
৭ ইথম
৮ ইচুম
৯ কবুই অনৌবা
১০ কবা খুন
১১ কোনসা খুন
১২ করাখুন অৱাং
১৩ কোংয়াং
১৪ কৈহৌ
১৫ কাংচুপ
১৬ খুনপিচবম
১৭ খুনমু
১৮ খোইবু
১৯ খাবম চীংসাং
২০ কোঙা খুন
২১ খোনখু
২২ খাসা তাংখুল
২৩ খোংসাং
২৪ খসাবোই খুনৌ
২৫ খা থঙ্গান
২৬ খাবম থাদোই
২৭ খমশোল
২৮ ঙাবংয়াল
২৯ থময়োল খুলেন
৩০ থময়োল খুনৌ
৩১ থৱাই
৩২ থঙ্গাল
৩৩ মেলপা/থালপা
৩৪ থমলোং (থমলোং)
৩৫ চিক
৩৬ চবোই খুলেন
৩৭ চবোই খুনৌ
৩৮ চোথে
৩৯ চিনতাই/চিংতাই
৪০ চিংশোং
৪১ চাতোং
৪২ চঙৌপুঙ
৪৩ চবোই পাদোংবা
৪৪ তাংখুল খাকুপ
৪৫ তাংখুল অৱাংলুপ
৪৬ তোংপাঅ খুনথৌনম্বা
৪৭ তবাও
৪৮ তিংসাং
৪৯ তুমনৌ পোকপি
৫০ তংখাইদিং
৫১ তুমা
৫২ তাতৌ
৫৩ তাফৌ
৫৪ তোবা
৫৫ পুকম
৫৬ পুকম নিংথৌনাই
৫৭ পাখুন
৫৮ পনসাং
৫৯ পবেংবা খুলেন
৬০ পাবেংবা খুনৌ
৬১ ফাইরোং
৬২ মবিং খুন
৬৩ মকাসাং
৬৪ মোযোন
৬৫ মোনসাং
৬৬ মাইপুং খুনৌ
৬৭ মকেং থঙ্গাল
৬৮ মখুই লোলোই
৬৯ মনময়াং
৭০ মোছৌ
৭১ ময়াংখাং
৭২ মখান খুলেন
৭৩ মখান খুনৌ
৭৪ মুংতু
৭৫ মোংচে
৭৬ মৱাম
৭৭ লাইকোক শাবম
৭৮ লুহুপ্পা
৭৯ লিতান
৮০ লাংলোই
৮১ লাইবোই
৮২ লাংতে
৮৩ লাইবম চীংশাং
৮৪ লাফোং খুলেন
৮৫ লাফোং খুনৌ
৮৬ লমলাই
৮৭ লস”
৮৮ লৌতে
৮৯ নুবাথেম্বা
৯০ নুঙডু
৯১ নাতোকপা খুলেন
৯২ নাতোকপা খুনৌ
৯৩ নুংফৌ
৯৪ নমুক খুন
৯৫ নুংকোং
৯৬ সাইপুম
৯৭ শিংকোপুঙ
৯৮ শদুখুন
৯৯ শকাং
১০০ শাংয়ি
১০১ যোংখুন
১০২ ৱাফোং খুলেন
১০৩ ৱাফোং খুনৌ
১০৪ ৱাইনোপ
১০৫ ৱাংখৈবোই
১০৬ হুইনিং

# এপেন্ডিক্স -০৩

**১) চকপাশিংনা খুন্দারিবা খুনশিং:-**

খন্দ্রো, অৱাং সেকমাই, খা সেকমাই, নোংপোক সেকমাই, চন্দ্রখোং, চাইবেন, ফযেং, ৱাইবোক, কৌক্রক, থৌবানতোং, থোংজাও খুলেন, থোংজাও খুনৌ, তাংজেং, নিঙেন, খোবখুন, লৈমবাম, ক্কাথা, সেকতা এসিনাচিংবা।

**২) বিষ্ণুপুর্য়াশিংনা খুন্দারম্বা অমসুং খুন্দরিবা খুনশিং:-**

খাঙাবোক, হৈবোক, নিংথৌখোং, নাচৌ, ঙাইখোং খুলেন, ঙাইখোং খুনৌ, থাঙ্গা লাইমনাই অমসুং নিংথৌনাই, ৱাইখোং লাইমনাই অমসুং নিংথৌনাই।

**৩) য়াইথিবী খুনশিং:-**

যাইথিবীশিং অসি অহানবদা যাইথিবী খুন হায়না খংনবা খুনুদা চীংজিনগী খোংজোংলোম থংবা মাইকৈদা তাবমই। মদুদগী খৃঃ ১৮৯১ গী লানদা চেন্দুনা যাইবিপোক লৈবোংথেন খুন অনিদা তাখি। মচেৎ অমা খাইবক্তুনা থৌবাল খুনৌদা তাখি। য়ুমনাক অমনা সোবা মমাং লৈকাইদা তাবমই অদুবু মুৎখ্রে। ৱাইথৌ ময়াই লৈকাইদস্ তাখি।

## সলাইশিংগী থাঙ



নিংথৌজা



অঙোম



খুমন



লুৱাং



চেংলৈ



খা-ঙানবা



মোইবাং

# ফুট নোট অমসুং বিফবেন্সশিং

**ব্রাহৌদোক:**


1 Colquhoun A R Ethnic Hsistory of Shan P-XI

2 Chatterjee S K , Kirata Jankriti P-142

3 Singkhaw Khai Zo people and Their Culture P-9

4 Vumson, Zo History P-48

5 Frank M Laber, G.C Hickey & John K Musgrave, Ethinic groups of Mainland South East Asia P-69

6 Ibid -P-79-81

7 Girinni, G E, Ptolemy's Geography of Eastern Asia P-10

8 Vumson, op cit-P-2

9 J B Bhattacharjee (ed), Proceeding of N E Hist Assn Vol-V Relevent paper of Moran state formation by, S Dutta P-96-97


অহানবা পাবা


১. মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি: শাগৈ শলাইবোন, - লঃ ১০

২. মথক্কী লাইবিক - লঃ ১৫১

৩. নবেন্দ্র মোইবাংথেম: মৈহৌববোন - লঃ ৬০ শলাই খুনগুমলোনসু যেংউ

৪. ভাগ্য যেংখোম, লৈথক লৈখাবোন -লঃ ১১১, খাগেম্বা যুম্বী ঃ ল৪

৫. য়াইমা খুমলন্বম, কংলা লযাৎ - লঃ ২৩

৬. লাংদাই লাংহৈ, ফোংদ্রিবা পুযা - লঃ১৬

৭. ইবিদ

৮. চকপা খুম্বোক খুন্দা, ফোঙদ্রিবা পুয়া - লঃ ২

৯. খাগেম্বা য়ুম্বী লঃ-৪ লৈথক লৈখারোন - লঃ ১১১

১০. ভাগ্য যেংখোম, মথক্কী লাইরিক - লঃ ৪১-৪২

১১. ইবিদ

১২. লাইগী মিংথৈ, ফোঙদ্রিবা পুয়া - লঃ ১

১৩. ইবোচৌবা এন, থিরেন লয়াৎ - লঃ ২০
১৪. ইন্দল এস ,কছারি - লঃ ৮৮
১৫. লৈকোই চিগংলোই, ফোংদ্রিবা পুযা - লঃ ১০
১৬. শাগৈ শলাইবোন - লঃ ২৯৫
১৭. কোলকুহাওন, ইথনিক হিষ্ট্রি ওফ শান, লঃ XI
১৮. চন্দ্রসেখব খুলেম, লোইযুম্বা শিনয়েন - লঃ ৪৮
১৯. ইবুংওহল অমসুং খেলচন্দ্র, চৈথাবোন কুম্বাবা - লঃ ৪
২০. শাগৈ শলাইবোন (কৈবোই) - লঃ ১৫৯
২১. মথক্কী লাইরিক - লঃ ১৬৩
২২. কুলচন্দ্র শর্ম্ম বিঃ, খুমন নিংথৌবোন লম্বুবা - লঃ ৪৬
২৩. ইন্দ্রমনি নাওবোইবম, পেলোন তেংথা - লঃ১৫

## অনিশুবা পাবা

১. ইবোচৌবা এন, থিবেন লযাৎ - লঃ ৩২
২. মৈহৌবোন থিবেন, লঃ-১, শাগৈ শলাই - লঃ ১ ফোংদ্রিবা পুযাশিং
৩. ভাগ্য যেংখোম, মথক্কী লাইবিক - লঃ ১০৯-১১০ খাগেম্বা যুম্বী, লঃ-৩
৪. মৈহৌবোন লাথুপ, ফোংদ্রিবা পুযা - লঃ১
৫. ভাগ্য- মথক্কী লাইবিক - লঃ৭৭-৭৯
৬. মৈহৌরোন যুম্বী, মৈহৌবোন লাথুপ, শাগৈ শল'ই অমসুং কংলা নোংলৈয়াং যেংউ।
৭. মৈহৌবোন লাথুপ - লঃ ১
৮. অপোকলোন অমসুং কংলা নোংলৈযাং যেংউ।

## অহুমশুবা পাবা

১. মৈহৌবোন থিবেন লঃ ১, শাগৈ শলাই লঃ ১
২. মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি, শাগৈ শলাইবোন (নোঙ্গ্রং) লঃ ৯৮
৩. ডোগেশ্বব ওইনাম, নিংথৌবোন লম্বুবা লঃ ৩৬ চেংলৈবোনসু যেংউ।
৪. খাগেম্বা যুম্বী লঃ ১০

৫. কংলা নোংলৈয়াং (ফোংদ্রিবা পুয়া) লাঃ ৩
৬. অমুবী ইবোম, লৈহৌ নাওফমলোন লঃ৮-৯, লাংদাই লাংহৈসু যেংউ লঃ২৮
৭. ভাগ্য যেংখোম, লৈথক লৈখারোন লঃ১১৬
৮. শাগে শলাইবোন (লাংথাবানলোন), লঃ ৯৪-৯৫
৯. খাগেম্বা য়ুম্বী, লঃ৭
১০. শাগে শলাইবোন (চেখো), লা-৫৯
১১. ভাগ্য য়েংখোম, মথক্কী লাইবিক- লাঃ ১১৯
১২. খাগেম্বা যুম্বী লঃ ৯
১৩. শাগে শলাইবোন, (লাংথাবানলোন) লঃ ৯৪-৯৫
১৪. খাগেম্বা যুম্বী লঃ-৬
১৫. ইবোচৌবা নামৈবাকপম, থিবেন মৈবমলিব, ল-১৫
১৬. লেবব, হির্ককে অমসুং মুসগ্রেপ, ইথনিকহিষ্টি ওফ মেন লেন্দ সাওড ইষ্ট এসিযা, লঃ১২৯
১৭. লাংদাই লাংহৈ, লঃ১১
১৮. চকপা খুন্দা খুম্বোক, ফোংদ্রিবা পুয়া, লঃ ২
১৯. চৈথারোন কুম্বাবা, লাঃ ১১
২০. কুলচন্দ্র বি, খুমন নিংথৌবোন লম্বুবা, লঃ ২২
২১. লাই খুন্দা (ফোংদ্রিবা পুযা) লঃ ১
২২. অমুবী ইবোম, লৈহৌ নাওফমলোন, লঃ ৯, লাংদাই লাংহৈ, লঃ ২০
২৩. খাগেম্বা যুম্বী, লঃ১১
২৪. অমুবী ইবোম, লৈহৌ নাওফলোন- লঃ ৪১
২৫. লাংদাই লাংহৈ, লঃ ২০
২৬. শাগে শলাইবোন (নোংথ্রং), লঃ ৮৩
২৭. ভোগেশ্বব ওইনাম, নিংথীবোন লম্বুবা, লঃ ৩৩
২৮. ওঃ ভোগেশ্বব, লোযন শিনলোন- লঃ ২৬
২৯. লাংদাই লাংহৈ লঃ ১৯
৩০. ইবিদ-লঃ ১০- লাইখুন্দা-লঃ ১

৩১. শাগৈ শলাইরোন (নোংপ্রং) লঃ ১১১
৩২. শাগৈ-শলাইরোন (শঙ্গাই ফম্মাং) লঃ ৩০২
৩৩. মথক্কী লাইরিক লঃ ২৯৪ অমসুং খাগেম্বা য়ুম্বী লঃ ১৬-১৭
৩৪. ইবোচৌবা নামৈবাকপম, থিরেন মৈরমলিবা লঃ ৯
৩৫. চকপা খুল্লোক খুন্দা লঃ ২
৩৬. লাংদাই লাংহৈ লঃ ২০
৩৭. শঙ্গাই ফম্মাং, লঃ ২৯৬
৩৮. নবেন্দ্র মোইরাংথেম, মৈহৌবোন, লঃ ২৭
৩৯. শঙ্গাই ফম্মাং, লঃ ২৯৬
৪০. লাংদাই লাংহৈ, লঃ ২০
৪১. মোইবাং কসা, (ফোংদ্রিবা লাইশোন) লঃ ১
৪২. মৈহৌবোন থিবেন, লঃ ১
৪৩. খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, চীঙ্গোইরোন লঃ ২২
৪৪. ভাগ্য যেংখোম, লৈথক লৈখাবোন লঃ ৮১
৪৫. মথক্কী লাইবিক লঃ ৯৬
৪৬. ইন্দ্রমনি নাওবোইবম, ক্রথোংলমলেন লঃ ২৪
৪৭. ভাগ্য যেংখোম, মথক্কী লাইবিক লঃ ৮৩
৪৮. ইবিদ লঃ ৩২২
৪৯. পুদিন, (ফোংদ্রিবা) লঃ ১৩০ লাংদাই লাংহৈসু যেংউ।
৫০. তোম্বা, মৈতৈ লৈবাক্তা যেক শলাই লঃ ৪৬-৪৭
৫১. খুনুং লৈকোই চিগংলোই (ফোংদ্রিবা পুযা) লঃ ১০
৫২. খাগেম্বা যুম্বী লঃ ১৮
৫৩. গিবিনি, টোলেমি জিওগ্রাফি ওফ ইষ্ট এসিযা - লঃ ১৩২
৫৪. শলাই মরিগী খুন্দাবোন (ফোংদ্রিবা পুয়া), লঃ ১
৫৫. লৈথক লৈখারোন, লঃ ১১১
৫৬. খাগেম্বা যুম্বী, লঃ ১০
৫৭. ইবিদ, ল-৩
৫৮. খুন্দাবোন অমসুং শলাই মরিগী খুন্দারোন, লঃ১।১
৫৯. লাংদাই লাংহৈ লঃ ২১

## অনিশুবা শরুক

১.  জোহন্টোন, জেমসঃ মাই ইস্কপরিয়েল ইন মণিপুর এন্দ নগা হিলস লঃ ৩৬
২.  লোইগী পোৎনা, ফোংদ্রিবা পুয়া লঃ ৬
৩.  সি কে. লঃ ১২৮
৪.  ইবিড লঃ ২৩৬
৫.  ইবিড লঃ ২২৮
৬.  ইবিড লঃ ২২১
৭.  কৈ-লোই লিংখৎপা লঃ-৬-৭
৮.  চন্দ্রশেখর- লোয়ুম্বা শিনয়েন- লঃ ৭৭
৯.  ব্রাওন এর, ষ্টেতিকেল একন্ত ওফ মনিপুর - লঃ ১৪
১০.  কৈলোই লিংখৎপা - লঃ ১-২
১১.  চন্দ্রশেখর, মথক্কী লাইরিক - লঃ ৭
১২.  ইবিড
১৩.  কৈ-লোই লিংখৎপা লঃ ১
১৪.  লোইনশিলোন - লঃ ১০ কৈবোইসু য়েংউ।
১৫.  মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, শাগৈ শলাইবোল (কৈবোই) ল-১৬৭
১৬.  মথক্কী লাইরিক লঃ ১৬৮
১৭.  কৈ-লোই লিংখৎপা লঃ ২
১৮.  কৈবোই লঃ ১৬৮
১৯.  ও. ভোগেশ্বব, লোইনা শিনলোন লঃ ৫৪
২০.  কৈরোই লঃ ১৬৯-১৭০
২১.  মথক্কী লাইরিক লঃ ১৬৮
২২.  চন্দ্রশেখর, ফমলোন - লঃ ১১
২৩.  লোইগী পোৎনা - লঃ ২
২৪.  চন্দ্রশেখর, লোয়ুম্বা শিনয়েন - লঃ ৪৭- শঙপানবগী মশিলসু য়েংউ।
২৫.  কৈ-লোই লিংখৎপা - লঃ ১-২
২৬.  চন্দ্রশেখর - মথক্কী লাইরিক - লঃ ১১

২৭. কৈরোই - লঃ ৭৬
২৮. চৈথারোল কুম্বাব, লঃ ২৮৪
২৯. ওঃ ভোগেশ্বর, লোয়নাশিনলোন - লঃ ১১
৩০. মথক্কী লাইরিক - লঃ ১০
৩১. চন্দ্রশেখর মশিল- লঃ ২২
৩২. তম্পাক লোই মশিল, লঃ ৪/৬ লোয়না শিনলোন লঃ ৫৯-৬০
৩৩. ইবিদ
৩৪. কোনসম মনিকচান্দ- শঙ পানবগী মশিল - লঃ ৫০-৫১/৩৭
৩৫. মিয়াৎ- লারৈ লাথুপ - লাঃ ৩
৩৬. চন্দ্রশেখর, লোয়ুম্বা শিনযেন- লঃ২৭
৩৭. ও. ভোগেশ্বর,- খাগেম্বা লাংজৈ- লঃ ৭৩
৩৮. কৈবোই - লঃ ১৬৭
৩৯. মঙ্গী- মনি, বিজয প্রক্রালি- ভোল ঃ - লঃ ২৯
৪০. চৈথাবোল কুম্বাবা, লঃ ১৪২
৪১. ইবিদ, লঃ ১৪৭
৪২. ইবিদ, লঃ ১৬০
৪৩. ব্রাওন বাঃ ষ্টেতিকেল একাউন্দ ওফ মনিপুব লঃ ২
৪৪. কৈবোই, লঃ ১৬৭
৪৫. চন্দ্রশেখব, ফমলোন- লঃ ১৩
৪৬. গোর্ভনমেন্ট অমসুং প্রাইভেত কলেক্সন নং-১- ফাই. নং. ৭ ডি, য়াইথিবী অমসুং লোই- লঃ ৭-১৫
৪৭. ব্রাওন রোবর্ত, মথক্কী লাইবিক - লঃ ২

---

# বিব্লিওগ্রাফি

## ফোংদ্রিবা পুয়াশিং/ওরিজিনেল সোর্সেস


১. অঙোমলোন
২. অঙোম খোংহৌ খোইবা
৩. অপোকলোন ( মখল অনি)
৪. অপোক অশাৎলোন
৫. চকপাবোন (মখল অহুম)
৬. চকপা খুন্দা খুঙ্গোকলোন
৭. চকপা ভিংসাংলোন
৮. চীংঙুরেম্বী খোংলুপ
৯. কাংহুজমলোন
১০. কংলা নোংলৈযাং
১১. কৈ-লোই লিংখৎপা
১২. কৈবোই
১৩. কৈকোই-কৈথি কৈফৎ
১৪. কুমফিলোন
১৫. খুনুং লৈকোইবোন
১৬. খুনুং লৈকোই চিগংলোই
১৭. ক্ষেত্রিলোন
১৮. লাইবিকযেংবমলোন
১৯. লাংদাই লাংহৈ
২০. লোইগী পোৎনা
২১. লাই খুন্দাবোন/শলাই মরিগী খুন্দাবোন
২২. মৈহৌবরোন
২৩. মৈহৌরোন লাথুপ
২৪. মৈহৌরোন যুম্বী
২৫. মৈহৌরোন থিবেন
২৬. মৈহৌরোন সকোক

২৭. মোইরাংলোন
২৮. মোইরাং কসা
২৯. নিংথৌনাই-লৈমা নাই
৩০. নোংলোন সকোক
৩১. পেলোন (অরিবা অমসুং অনৌবা)
৩২. পোংনিং
৩৩. পুদিন
৩৪. সঙ্গাই ফম্মাং
৩৫. সলাই তবেৎ খুম্থোকলোন
৩৬. শিল লাংবগী মশিন
৩৭. শাগৈ শলাই
৩৮. তখেল লোন
৩৯. তেখাও লোন
৪০. তম্পাক লাই মশিন
৪১. থিবেন নানম্বা
৪২. বাংববেন খুনগুম
৪৩. চীংলোন মশিন

## অফোংবা পুয়াশিং


১. অমুবি ইবোম, (১৯৮১) লৈহৌ নাওফমলোন, ইম্ফাল
২. ইবোমচা অশেম, (১৯৯৭) লোয়শঙগী থৌবম থৌগন, ইম্ফাল
৩. ইবোচৌবা নামৈবাকপম, (১৯৮২) থিবেন মৈবমলিবা, ইম্ফাল
৪. ইন্দ্রমনি নাওবোইবম, (২০০৬) কবথোং লমলেন, ইম্ফাল
(১৯৯৮) পেলোন তেংথা, ইম্ফাল
(১৯৯০) পাখঙবা লাইওই, ইম্ফাল
৫. কুলচন্দ্র ঙারিয়ানবম (১৯৮৯) চকপবোন, ইম্ফাল
৬. কুলচন্দ্র বি: (১৯৮৯) খুমন নিংথৌবোন লম্বুবা, ইম্ফাল
৭. চন্দ্রশেখর খুলেম, (১৯৮৪) লুব্রাংলোন খোঙ্গুল, ইম্ফাল
(১৯৯৭) মশিল, ইম্ফাল
(১৯৮৭) ফমলোন, ইম্ফাল
(১৯৭৫) লোয়ুম্বা শিনয়েন, ইম্ফাল

৮. চন্দ্রসিংহ মোইবাংথেম, (১৯৭১) চকপরোন, ইম্ফাল
৯. মনিকচান্দ কোনসম, (২০০৭) শঙ পানবগী মশিন, ইম্ফাল
(২০১০) নোংশাবা লাইওই, ইম্ফাল
১০. পকা মৈতৈ, (১৯৮৭) শলাই য়ুমজংবা হাথবোন, ইম্ফাল
১১. য়াইমা খুমলন্বম, (১৯৭১) পোইরৈতোন খুন্থোক, ইম্ফাল
১২. লাইবেনময়ুম ইবুংওহল
অমসুং এন: খেলচন্দ্র, (১৯৬৭) চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল
১৩. খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম (১৯৮২) চীঙ্গোইরোন, ইম্ফাল
(১৯৮০) চোথে থাংব্রাই পাখংবা
অমসুং নুংবান পোম্বী লুব্রাওবা, ইম্ফাল
(১৯৮০) খুমন কংলৈরোন, ইম্ফাল
১৪. নবেন্দ্র মোইবাংথেম (১৯৯৬) কৌবরেল খুনগুম, ইম্ফাল
১৫. সোবিতা দেবী (১৯৮২) মোইরাং কংলৈরোন, ইম্ফাল
১৬. মনাউয়াইমা. এন (১৯৮৯) চেংলৈবোন, কৃকচিং
১৭. ভোগেশ্বব ওইনাম (১৯৩৭) লোইনা শিনলোন, ইম্ফাল
(১৯৮২) মোইবাং নিংথৌরোন লম্বুবা, ইম্ফাল
(১৯৬৭) নিংথৌবোন লম্বুবা, ইম্ফাল
(১৯৬৮) খাগেম্বা লাংজৈ, ইম্ফাল
১৮. ভাগ্য য়েংখোম (১৯৬৭) লৈথক লৈখাবোন, ইম্ফাল
১৯. য়ুমনাম বুদ্ধিচন্দ্র (১৯৮৪) লুৱাংলোন খোঙ্গুন, ইম্ফাল
২০. মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি (১৯৯৪) শাগৈ শলাইবোন, ইম্ফাল

## সেকেন্দরি সোর্সেস

১. বিরচন্দ্র এন (১৯৮৩) য়েলহৌঙৈদা মণিপুব,
অদোমগী কংলৈপাক, ইম্ফাল
২. কুলচন্দ্র বি: (১৯৯৭) মৈত্রবাক্কী খুন্থোক খুন্দারোন, ইম্ফাল
৩. নরেন্দ্র মোইরাংথেম (২০০৫) মৈহৌবোন, ইম্ফাল
৪. মঙ্গি ইরোম (২০০৩) জনা নেতা হিজম ইরাবত, ইম্ফাল
৫. হরেশ্বর গোস্বামী (২০১০) খাগী লৈবাক য়ুনান, ইম্ফাল

## ENGLISH SECTION


1 Boris Piotrousky & Grigony (1980), Ancient civilisation of East and West Progress Publishers, Moscow

2 Brown R. (1874), Statistical Account of Manipur, Calcutta

3 Bina L (2002), Loi of Manipur, Mittal Publications, New Delhi

4 Basham A L (1974), The Civilisation of Monsoon Asia, S Chand & Co(P) Ltd New Delhi

5 Colquhoun A R (1985), Ethenic History of the Shan, Minas Publication Delhi

6 Dun E W (1981), Gazetter of Manipur, VP Company Delhi

7 Davies H R The Ethnography of Yunan and Neighbouring Region

8 Frank M Laber, Gerald C Hickey & John K Musgrave (1964) Ethnic groups of Mainland South East Asia Human Relation affairs Press New Haven

9 Grierson GA (1967), Linguistic Survey of India Vol III part III Delhi

10 Gilhodes C (1975), The Kachins, Mittal Publications New Delhi

11 Ginni G E (1974), Researches on Ptolemy Geography of Eastern Asia.

12 Gogoi P (1968) The Tai and Tai Kingdom Guahati

13 Gurdon P R (2002), The Khasis, Low Price Publications Delhi

14 Gogoi L (1989), The Tai Khamtis of North East India Omsons Publications, New Delhi

15 Gautam Kumar Bera (2010), The Land Of Fourteen Gods Mittal Publications New Delhi

16 Hareshwar Goshwami (2004), History of the People of Manipur, Imphal

17 Hudson (1996), The Naga Tribes of Manipur, Low Price Publication Delhi

18 Hudson (1978), The Meitheis B R Publishing corporation Delhi

19 Johnstone J (1983) My Experience in Manipur and Naga hills New Delhi

20 Luce G.H (1985) Phases of Pre-Pagan Burma, Vol-I Mittal Publication New Delhi

21 Lewin T H (1984), Wild Races of the Eastern Frontier of India Mittal Publication New Delhi

22 Marla Sarma (1981), Bonded Labour in India. Biblia, Inplex Private Ltd New Delhi

23 Mecullock, w (1980) Valley of Manipuri, Gian Publication Delhi

24 Pemberson R B (1966), Report on the Eastern Frontier of India Guahati

25 Shakespear J (1983) The Lushei Kuki clans Cultural Publishing House Delhi

26 Spearmam H R (1983) Gazetter of Burma Vol-I Delhi

27 Sidney Endle R (1997) The Kacharies Low Prices Publication Delhi

28 Steven Harrell, The way being Ethnic in South China University of Washington Press Seattle and London

29 Sanajaoba N (2005), Manipur Past and Present Vol-4 Mittal N Delhi

30 Singkhaw Khai (1995), Zo Peoples and their culture Khamu Haizaw, New Lamka, Churachandpur

31 Singh K S (1998), People of India, Manipur vol-XXXI Seagull book Calcutta

32 Terwiel B J (1980), The Tai of Assam and Ancient Tai ritual vol-I Gaya, Bihar

33 T S Gangte, (2003), The Kukis of Manipur, Gyan Publishing House, New Delhi

34 Sarma Marla, (1982), Bonded Lanour in India, Biblia Impex Private LTD New Delhi

35 William Shaw (1983) The Thadou Kukis, Cultural Publishing House, New Delhi

36 Suniti Kumar Chatterjee (1974), Kirata Jana Kriti, The Asiatic Society

37 Shimray A S W (2001), History of Tangkhul Nagas, Akansha Publishing House, New Delhi

38 Manipur State Kala Akademi (Editor K B Singh 1976), An Introduction to Tribal Language and Culture of Manipur Imphal

39 Jadav Pegu, (2004), Reclaiming Identity (A discouse on Bodo History) Jwngsar Narzary Kokrajhar

## DOCUMENTS

1 Yaithibi and Lois of Manipur Government & P Collection Vol-I File No 73 Manipur State Office

2 Note on Chakpa and Loi Community as members of Scheduled caste By Sestimaran Aive, Regional Asst Commissioner 1953

3 Inclusion of Lois as Scheduled tribe

Do Letter No G.Hin 223/54 dates 15-6-1957 From P C Matew ICS Chief Commisner to Shri B N Maheswari ICS Deputy Minister of Home affairs

4 Judgement order of High Court (Guahati) Imphal Braneh 17-11-1995 Civil rules No 317/95 and Civil rules No 141/95, 800/94

5 Parawana No 57-1906

## TERTIARY SOURCES

**Papers**

1 Dr N Birachandra, Yelhoungeida Leibak Adsida Leiramba meeoi Phurupsing, Seminar Orgn Manipur Historical Society Imphal (Kangla)-2010

2 SH Ruhinikumar Hoodeitamba Cheiteinya, Sanathong Vol10/8 (Ed) Manidra Konsam

3 N Indramani, Ariba matamdagi Khundaraklaba Meeoi Kanglupsing, Reform Issue I-2008 (REFORM)

4 S,Butta, The Moran, Proceeding of N E India History Assn 4th Session-1983




**ডা: এন. বীরচন্দ্র**
***এসোসিয়েট প্রোফেসর ইন হিষ্ট্রি,***


মনিপুর পুবাবী অমসুং নাৎপু নুংশিজবা, যোকখৎনবা হোৎনজবা মশকনাইবা অমনি
হিবম অসিদা ওঝা ইবুংনা ফোংবিস্ত্রবা লাইবিকশিংদি :

১) মেলহৌৈডেদা মনিপুর অদোমগী কংলৈপাক ১৯৯৩
২) মৈতৈ সোসাইটি এ ষ্টদি (পোকপদগী সিবা ফাওবগী থৌবমশিং) ২০০৬
৩) চহি তবেৎ খুন্তাকপা - ২০০৯
৪) প্রাইমেল বেলিজন চেঞ্জ এন্দ কন্তিনিযুতি ২০১৩

হন্দক ফোংলিবা লাইবিক অসিনা মঙাওবা লাইবিকনি, অসিদা নওনা
লৈবাক অসিগী পুবাবী অমসুং নাৎকী ওইবা পেপব কযাস
লেপ্পা নাইদনা ঙসি ফাওবা পুথোকপিবি




**জি. এম. পব্লিকেসন্স**
***কৈশামথোং, ইম্ফাল।***
*e-mail, gmp ljrun@gmail com*

*ISBN 978-81-910975-4-2*